# চন্দ্রীমা

( অহানবা শরুক )

ইজবী :

মেমা অরাম্বম

ফংক্ষম থোকপা পুন্নমক অইবীপীনি ।

ফোংজবী
অরাম্বম ওংবী তোম্বী দেবী
নিত্যাইনন্দ লৈরক।

অহানবা ফোংবা : ১৯৭৯ ইং
কোপী : ২৫০০

অনীশুবা ফোংবা : ১৯৯২ ইং
কোপী : ২০০০

মমল : লুপা ৩০/-

নম্ফম :
**লক্ষ্মী প্রিন্টিং প্রেস,**
নাগা মপাল আর, এম, সি, রোড় কোনর, ইম্ফাল।

# " নিজবা "

পম্লৌশিং-ও
কোরৌ নোঙ্গা তমখ্রবা
পোইরৈ অশৈবশিং-ও পাম্মুবা !
মথোয় খিবিক শিন্থানা
থম্মোয়নুংদা কাউওমদা।
য়াব্রা শৈদম শুজদ্রিবী
নুজা মপোক ওইবীনা;
মার খোঙ্গুল লিজবগী
থম্মোয় পাউতাক " চন্দ্রীমা " সে।
চামগী পুন্সি লম্মীদা
পম্থুং শারেপ তাল্লিঙৈ;
থাজরমগে লৈরাং অমগুম
শকনাইদবী চন্দ্রীমাসে।
নখোয় খুদিংগী ওইরিবা
মৈতৈ খোর্জে লৈকোন্দা।
নিজরি হৌফম অমতবু,
থিজরি শাৎফম অমতবু
পীনবীয়ু পীনহৈবা থম্মোয়না
পম্লৌ শরু অশৈবশিং-ও।

এম, অরাম্বম

# "থাগৎচবা"

খুৎহই ওইনা লৈরিবা ময়েকপু অশোয়-অঙাম য়েংবি-বগা লাইরিক মচা অমা ওইহনবা য়াগনি হায়না তাক-পীরকপা ঐগী ইবুং শ্রীয়াম্বেম টিজেন্দা সিংহবু হন্না হন্না থাগৎচরি। ঐগী লাইরিক্কী অব্বাবা শরুক্তা তেংবাংবি-খিবা ঐগী নুংশিজরবী মরুপ ওজা লাইজিংলেম্বী, শিলাবতী লোয়ননা ইন্দ্রমনি ইঙু দমবা মখোয় অহুমবুসু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

অরোইবদা লক্ষ্মী প্রিন্টিং প্রেসকী মীওই খুদিংমকপুসু থাগৎচবগা লোয়ননা মমল নাইদবা লমন অমা তোন-শিনজরে॥

# ৱাহৈ খরদং

মতম্না পীবা চৈথেংলা ?
ৱাখল থেনবগী চৈনারা ?
নুপীজা পুন্সিগী থৌদোক্লা ?
ৱাদ ঙম্লক্তে ঐগী থম্মোয়
খল্লুবদা কিরক্লে মীরমচং
নুপীজাগী পুন্সি ৱারোরগা
কপ্পা হৌরক্লে ইতোমতা তুমিন, তুমিন।

ঐগী "চন্দ্রীমা" হায়বা লাইরিক মচা অসি মিংনা উরুবা, তারুবা, ৱাহৈ থৌদোক খরনা মরম ওইজহনা ইজখিবনি। ঐগী পীক্রবা লাইরিক মচা অসিনা সমাজগী অনোৎপা, অনৈবা, ৱাথোক থৌদোক খুদিংমক চুমথোকপা ঙম্লগনি হায়হনা পান্নোম তিংহনা চোংথোকচরকপদি নত্তে, অহুম্নদি ওইরগা পাক-চাউরবা সমাজগী খুজি পায়রিবী নুপীশিংনা নোংম-নোংমগী লৈখা তারকপা অসিদগী খজিক্তং ওইরবস্থু ফগৎহনজনিংই।

ইশা ফত্তবনা মরম ওই, চৎলুই ডাক্তর খানাদা। মফম অহুগী চৎনবী, থৌদোক ৱাথোক উরুরগা মিপায়জখি ঐগী পুক্লিং। অফোংবা থৌদোক্কী ৱারীদি নিনিশুনা লিল্লদে। অরোনবা থৌদোক্কী ৱারীদি তপ্পা তপ্পা যৌরকখি মীপুম খুদিংগী নাপ্পদা। মীনম্বা চন্নুরা কয়াগী ৱারী তারবস্থু থাজরনদে পুক্লিংনা, তশেংনা

ইমিংনা উরুবা, ইনানা তারুরবা মতম অসিদদি খল্লকই, "অসিরা নুপী পুন্সি" নুমিৎ অতুদগী ঐগী থম্মোয়দা নুপীগী পুন্সিগী মরমদা কুপ্পা খনবা হৌরকখি। নুমিৎ কয়া অসুম্মা খল্লরবা মতুংদা নুপী-শিংবু মশাগী লমচৎ ঙাক্না চৎহনবিংবগী ইথিন অমা কম্না ফাউরকখি। মসিতগী রাখলনা লমজিং ওইতুনা অথাং কনবী নুপী অমগী শক্তম অমা ঐগী পুক্নিংদা তশেং তশেংনা মমি তারকখি। মতমগী মতুং ইন্না নুপী নুপা চাং অমদা হিংবা ঙম্মরক্লবা অসিদা নুপীশিংনা মরমচৎপু মিনম্লগা অশেংবা চন্নুরা শান্নরকপা অসিদা ঐগী থম্মোয়দা চৈনা অমা ফাউরকখি। ঐগী কল্পনাগী নুপীনা পুন্সিগী চৈনা খুদিংমক খাংখিবগুম, নুপীশিংনা মরালগী ফংফম থোকগা দণ্ডি অতু মায়োক্নবা চোংথোক্নবা লেপ্পা হায়বা অসি তঙায়ফদবনি। ঐ, ঐ কয়ানা শেম্মী সমাজ, ঐ কযানস্থ লৈখা তাহল্লি। ঐ কয়ানা অচুম্বা থবক তৌরবদি কৈদোংদস্থ চংবা ঙম্লোয় নত্তবা লমচৎ, কৈদোংদস্থ মাংলম্লোয়, চন্থরা হায়বা মিংথোলহু।

ইজবী ঃ
অইবী ইশামক

# কচ্চবা

" লৈচিন খোঙনেৎনখ্রবা ঁপাকা "
পল্তৌ ইবুংঙো লৌবিয়ু
নচা ঐগী চন্দ্রীমা
হৈত হৈত শৈরেংজবা
ৱাহৈ মঙা তরাদং
শৈশকচখিবনি নচানা
ল্লৌবিয়ুকো অপোকপা ।

# চন্দ্রীমা

## অহানবা শরুক

করিবু হায়না হায়শিবা ?

ঐনা চিঠি অমতং ইহুনা পুক্নিংগী অশেংবা রাহৈ অমত্তুহ্ কোংদোকহৌত্রে। মসিমক ঐগী চাউরবা ইন্নাগ অমনি। হৌজিক উপাই অমুক লৈখিগদ্রা? মহাক্কুহ্ ঐহু লাক্না লৌত্রে। মরমদি, ঐগী মরমদা শক্নোকখিবা: ওন-তৈনবা পাউনিংখোল অদুদা। বাকম অসি অমুক খল্লরোই হাব্নবহ্ ওমদে, খল্লু খল্লুবা থুদিংদা ঐগী খাখল্লগী পান্নেপকমদি থিবা থক ছমদে, অবা মৈশাগী চাংতমক হেন্নগৎহল্লি। হুন্নবী খুৎলাশিংদুনা মমারদা খাল্লগা স্মর অমম্ম লুম্না লোক্নরবা বাক্না তপা মোল্লকই— তামো ······ ···, ঐনা

খন্থবা খরা ব্রাৎখিবনা কয়াদা বানা লেল্লিবা ঐগী পুল্লিনো! অসিরা সংসারসিদা মীওইনা খোঙ্কখা খুংঙাইখা হায়বসিবু, কদোমদনো ঐগী লম্বীনা থম্ংফম খঙদ্দা অশুমক লোইশিল্লগরা; করিনো ঐনা তৌগদৌরিসিবু? অশুম্না ব্রাখলদা তাউত্না লৈরিবিদা চাওবা চা কপ অমা পুরগা চংঙকই। মানা চাদু টেবল মথক্তা তপ্না থম্মগা—ইচেম্মা, চা লৈরে।

ঙসাইমথৈ ব্রাখলগী ঈপাক্তা লুপ্লিবী চন্দ্রীমা চাওবগী খোঙ্গেল তাবদা তুমব্রদগী মীকপ থোরকপগুম্না জ্ঞান খঙতা ত্রারকখি। মানা খঙলপ্না খুম্মকই— উম, থম্মু।

চাউবা মচেম্মাদা মুম্না য়েংলগা— ইমাসিনা ইচেম্মাবু কলেজ লেংলোইদ্রা হংঙকই?

– অং ঙসিদি চৎলরোই।

মহাক বা মথা তারমদ্রে তুমিন্না থোকখ্রে। মা হেক থোক খিবগা ইহে! ঐহাক মঙোন্দা বা অমত্তা হায়হৌগে তৌবনি অদুবু ইকাউ হেক কাউইদা। চাওবা! চাওবা, হো-চাউবা।

—করি হায়গে ইচেম্মা?

—এহাক অমুক্তা চংঙকউ বা অকত্তা হায়গে।

চাউবা তপ্না চংঙক্রগা— করি হায়গে ইচেম্মা?

—মচেম্মা মচাহুন্না কলেজ চৎহৌদ্রিক্রা?

—চৎহৌজ্রি ইমুংদা লৈহৌবা উই।

—করিগীনো থেংজ্রিক্রা, হৌজিক কাওবা চৎত্রিবদি? মতম মনা থেংলম্মগনি। হায়রগা মমায় লৈথোক্তল্রা বাগী নাকল ওই-রপ্না কক্লাংদা য়াল্লিবা ঘড়ীস্লদা য়েংই। অতুগা মরে মরে চৎলো, নহাক্না থোকখিবদা মচেম্মা-মচানু লৈরবদি ঐনা অমুক্তা

চংঙকট হায়না থরা হায়রম্মু। চাওবা মচেম্মাগী বাহৈ থরন্থ তারবগী তুংদা পদাহ্থ হায়দোক্লদা খোকখি'। মানা মচেম্মাগী মনাকতগী থোরকপদা মচেম্মা মচাগা লময়াইদা থেংনৈ। মানা মচেম্মা রাধাবু উবদা কৌরুকই—ইচেম্মা।

রাধা তানা তানা খুমললমদনা চংখি। চাওবা মচেম্মা মচানা খুমলমদনা চংখিবন্থদা তাম্রবোট নিংন্থনা অমুক হন্না কৌরকই—ইচেম্মা, ইচেম্মা।

হন্দক্তি রাধা খোঙথাং থরা তপথরগা নৈথোরকই অন্থগা হায়কেং নোক্লগা হংলকই—করি হায়গে?

—মীনা কৌরগা খুমদে য়াম্মা শাওনিংই।
—ঐ য়াম্মা থেংখ্রে অন্থনা তৌবনি শাওগনু। খংদ্রে ইবুংঙো শাওগনবা মীনা করি হায়গে হায়না হংলবস্তু কৈস্নু হায়দে, ঙসাই মীনা নখোয় নচেম্মা মচাসে মশক য়াম্মা ফজে হায়রকই মহাই, শাওনা শাওগল্লিবা হাযরমলগা অমুক চংকে ত্রৌই। মচেম্মা মচানা অমুক চংখিগে তৌবন্থদা মানা মখুং থাঙ্গৎলগা ঐনা কৌবা নত্রেযে ইচেম্মনা কৌবনি।

—করিগীনি হায়গে ইচেম্মনা ঐবু কৌরিবদি?
—ঐহাকস্নু মুম্না খংদে, হেক উমবিরো। অন্থগা ভাব তারনি, অন্থবু অরাবা পোৎলা? রাধা চাওবদা নোক্লগা হায়রকই—ইবুংঙো মরৈ, নংগা রা ঙাংমবা ঙমজরব্রোই, ঐ য়াম্মা থেংখ্রে বাহৈ থরন্থ হায়রম্লগা রাধাস্নু নোক্ল নোক্লন্থনা মচেম্মাগী মনাক্তা চংখি। মানা তপ্না চংশিল্লগা—করি হায়গে ইচেম্মা?

—ওঃ নহাক লাক্রব্রা? ঐ ঙসিদি হুকচাংস্নু কম্না মুংঙাক্তে মীগী কেস অমস্নু লৈ অন্থনা কলেজ চংপা ঙম্মরোইদৌরে অন্থনা

প্রিন্সিপালদা চে. অসিমতা পীরম্মু। রাধা মচেমদগী চেহ্ন লৌশিনগা তপ্না হায়রকই—ইচেমনা ওরাং তাম্বো প্রোপানলদা উজিহায়খিবনুদি ?

—ইহে! ঐদি ইকাওবু কাওক্লরে, অহুদি হোরেল ঐমা কোর্টকারকপদা উম্বা তারে। করিগুম্বা নহাক্না গোপাল থেংনরবদিঐনা উম্মদবা মাদে হায়বীরম্মু। রাধা মচেম্নগী রাইটহু খরহুতারবগী তুংদা কাহুদগী থোকখি। মা হেক থোকখিবগা মীগীকেস অসি শোইবা য়াবা নত্তে হায়দুনা মপুক্লিং চঙনা লাইরিকপাবা হৌখি। ঙহাক লৈরগা চাওবা চংঙক্লগা হায়রৈ—ইচেম্মানুপী খরা লাকই চঙহনলকউরা ?

—অং চংহনলকউ।

অহল ওইরবী নুপী মরিখক মরি মরি চংঙকই। মানাঅহলশিংহুদা নোক্লগা হায়রকই—ইমাখোয় ওইরে, লেংশিনবীয়ু,লেংশিনবীয়ু করি তৌসি হায়বা? মাগী রাঙাংহু তারগা খরামীয়াই ওইরপ তৌবী নুপীহুনা খুম্মকই—খংদ্রে ইবেম্মা করি হায়নাহায়সিগে? ইচাহু মহা পাপীহুগী মথুত্তগী কনবীয়ু নুপীহুগী রাঙাংহুতারগা মানা তপ্না - অহুদা ·· ·· ·, ইমা অঙাংহুনা করিগুম্বামশানা য়াবা ওইরম্নবদি অরেম্বদা কেস ফেল ওইহুনা তৌকনি।মশানা য়ারবদি লু-হোংবীবনা ফত্রনে কদাইদগীনো ইবেম্মা, ইচানানুপাহু শুকপাম পামজদবনি। মখোয়গী অহল-লমন থারক্লনাহামনা হায়হল্লে, অহুদা ইমানা ইচাগী মওং 'অমা খঙনিংহুনাহংবা মতমদা য়ানিংবগী মওং খজিক্তা কাওবা উংখিদে। খরালৈরগা মশা মশাম্নু খঙনৈ হায়বহুদা হৈখাম মচা অমদা ইমানামাবু খাঙ্কে। লুহোংব্রগী হুম্নিং লেপ্পরবা মহুংদা মী থাজিন্দুনাকৌখোক্লগা কাহুনা পুথিকব্নি। ইচাহুনা মঙোম্না লোগদৌম্বগী

শরুক শিজখিবনা হেন্না কৈ হায়রুনা ফ্রং ফ্রং চোংহুনা লৈহৌই হায়বা তাবদা ইমাদি লৈফম থংদ্রে ইবেম্মা। মানা মুপীহুগী বাহৈশিংহু মুন্না তাব্রগা মখা তাবকই—ফরে ইমা, অঙাং অহুনা মশানা য়াদবা অশেংবা ওইরবদি ঐখোয়না শোইদনা মঙ্গল ওইগনি থোইনা বাবীকগনু।

—খঙদ্রেদা ইবেম্মা ইচাগী বাঙাংসি তারগদি ইমাগী পুক্নিংসে খরা খজিক ময়িংই, অহুদা হিংচা-য়াইতম্বগী কাংবুনিনা মুংশা ওম্বোক্না থীখ্রে।

—থোইনা মুংশা থীবিরুমুদা ইমা অচুম্বগী মমাংদা লেপকদোবা মীসি খরা তাংভি সংসারসিদা। মুংশা থীবিরুগনু শোইদনা মঙ্গল ওইগনিকো।

—অহুদি ইবেম্মা পুংসু ফনা থেংলে ইমাখোয় অমুক য়োৗজরগে।

—ফনি ফনি ইমা য়োৗবারো।

—ইবেম্মগা, ঐখোয়গা কদাইদা অমুক উম্নগনি।

—কাটা ওইনা উম্নরসি।

—অহুদি, ইমাখোয় অমুক য়োৗরগে? বাহৈ খরা অসি হায়রগা অহলশিংহু মন্নদগী হৌগৎলি। মখোয়গী মরক্তগী খরা অহল ওইবী নুপীহুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলগা—ইবেম্মগীহুবু করি হায়যে, ঐদি য়ান্না কাউগললিনে, নিংশিংবা থোক্লে য়ান্না ফজবনিনে?

—এঃ, ইমাখোয় ঐগী মিং খংবীব্রিব্রাও? অহু খঙববু কয়া লুবনো হায়রগা লোইরেদনা। ঐগী ইমিংদি চন্দ্রীমা কৌই। অহলহুনা থল্না মখা তাথরকই—ইচাগী মিংনে, শক,নে ওইব্রিবা ফন,নে ওম্বোক্না চুনখ্রে, লেম্না মাঙলোইকো ইবেম্মা। ইচাগী বাঙাং তারদা ইমাখোয়গী পুক্নিংসে উনঙম্না হেক ঈংইদা। মখোয়

মরি চন্দ্রামাগী মরমদা-রারী শার শারহুনা মপান থোকখ্রে। অহলশিংহু চৎখিবা ওহাক লৈরগা থেংখ্রে হায়হুনা মহাকম্ মপান থোরকখি। মানা মপান্দগী কৌরকই চাউবা চাউবা।

—করি হায়গে ইচেম্মা?

—অঙাং, অনিহু করি তৌরি চাক চথ্রবা?

—চাদ্রি।

—হৈশা, থেংদ্রিব্রাও হৌজিক ফাওবদু করিগীনো? থেংখ্র চাক চাথোকও হায়্যু। মতম্গা থেংবনে চৎকদৌবা থবকনগা য়াম্বনে, লো-কলেজদম্ যৌদবা যাদ্রি। করে, অমম্ অমম্ নংমবা হোৎনবা হায়বহু মঙাইরে। ঙাংনা ঙাংনা মফি-মরোল লৌথোকল্লগা বাঠক্লমদা ইরুজবা চংখি। মানা ইরু-মায়থজবা লোয়রগা চাক চাবা চংখিবদা চাউবদা হায়রম্মী ইবুংঙো নহাক গেরেজদগী গাড়ীহু থরা থোদোকপিরম্মু। ঐহাক য়ামনা থেংখ্রে। মচেম্মানা হায়রম্বা মতুং ইম্না চাউবা গেরেজদগী গাড়ী থোদোক-লুরে। অহুগা ওফিস মনুংদগী মচেম্না পুগদৌবা লাইরিকশিংহু লৌথোক্লগা ফার মনুংদা হাপচিনলম্লগা ইমুংদা চংখি। "মহাক্না ইমুং চংখিবদা কুকুগা পোলীগহু মফি-মরোল লোম্পা লোইরক্লুনা লৈরম্মী। মা হেক চংঙক্লপা উবদা কুকুনা হাম্লরকই মামো, মামো ঐখোয় থীনবীরো।

—ঙসিদি ঐনা থীল্লরোই, মখোয় মমানা থিনগদি হায়বনি। মখোয় অনি হুরাউই, চপ, মান্না খুবাক খুই। খুবাক খুবা হেক লোইবগা পোলীনা মখা তারকই ঐদি মমাদা অঙাং থানি-খোয়গী বাবানা লৈখিবা এরোপ্লেন মচা অহুগুম্বা অমা লৈয়ু হায়গনি। কুকুনা পোলীদা যেংলগা খুম্মকই—ঐদি এরোপ্লেন

পাৎদে, অত্তুগী শরুকপুদি কাউত্তুনা শামনা য়াবা-থোল অমা লৈবীদু হায়গদি। অমমা অসুক ঐগীদি হৌজিক হৌজিকমক লৈদু হায়গনি। মখোযনিমা লাংবদা মপান্দগী মমানা কৌবকপা ভাদে। থোরক্কমজ্রবত্তুদা থরা কল্লপা কৌরকই।

—কুঁকু, পোলী করি তৌবি নখোযনিবু থেংথ্রে খবা থনা লাক-ওনে। মমাগী খোঞ্জেল তাবদা মখোযনিমক লাইরিক থাউ অমমম, পুত্থনা থনা থোকখি। চন্দ্রীমা মচা অনি পুত্থনা ময়ুমদগী থোকখি। বজার মনুং যৌবকপদা মখোয়নিনা চপ, মামনা হাযবকই মমা, বাল লৈযু, এবোপেন লৈযু।

—হৌজিক্তি যায়া থেংথ্রে হোবেল ঐনা নখোয় লৌবা লাক-পদা লৈরসি। হৃদক্তি মখোযনিমক তুমিন তুমিন লৈনখি। ঙহাক লৈরগা পোলীনা—মমা, নং ঐখোয়গী ওজানা স্কুলদা লাকউ হায।

—করম্বা ওজানেনো ঐবু লাকউ হায়রিবদি?

—মহাল নোংমা ঐখোয়দা লাক্লম্বা ওজা সোরোজিনি হায়বা অত্তুনি।

—অত্তুদিনে, ঐখোয মমানা উন্নদবা যাদে, শোইদনা ভাইরম্মু হাযবৃকো।

—উম হায়গে।

মমা মচানা য়ারী শানা শানা লাকপদা সো-কলেজ মপা য়ৌরে। থবা লাপতক্লা রাধাশ্যা গোপালগা লেপ্পনা লৈরম্বা উই। মানা থেংথ্রে হুলকপদা উকরসি হায়রবা মওংদা ইঙ্গীং ভোরম্মী। অরেপ্পা লৈতনা চংলিবা প্যাড়ীদু অবাং প্যাংনা থৌখি। চন্দ্রীমা সুপীগী ওইবনে শাড়ী থৈনরমদাই। জলি-মুংশা খী অরম

অহুনা মহাক্তী মমিং অনি অহু অতোপ্পা অমদা য়েংঙবা লৈতে পাম্নরিবা-ইহুৎহুদা মুন্না য়েংলি। গাড়ী অন্নি থৈনরমদাইগী খন্না খরা তুপথরক্পগী তাপ্পানি, ইহারিদা য়েংলম্বা মাগী মিৎয়েংনা খজিক্কুং লৈথোকখিবদা জীপগী মতাইদা কম্লিবা মকোয় মরাং ইচোম চোম্নবা নুপা অমা উখি। নুপাহু উরুবদগী মহাক্তী থম্মোয়দা হায়কম খংদবা ইথিল অমা কন্না ফাওরকখি। মহাক্তা মপুক্লিংদা অমুক খল্লি মহাক অসি কনা ওইরমগবা, মহাকপু উরগা ঐগী পুকনিংনা অশুক লাংলিবনা করিগী, মানা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলম্লিবনা করিগীনো ? অসুম্না নুপাহুগী মরমদা খল্ল-খল্লহুনা দোন-বোস কোরোমদা গাড়ীহু থৌখি।

ঙসাই জীপকী মতাই নকনা তোংহুনা চৎখিবা নুপাহু অতৈ কনাম্ন নত্তে মেজর বীক্রমনি। মহাকম্ন করি রাখলদগীনো খংদে লাপলিঙৈদগী হোৌনা মাগী মমাঙদা থোৌরকলিবা কারহুদা মুন্না য়েংহুনা লৈখি। মানা কার থোৌরিবা অসিবু নুপীবা নত্রগা নুপারা হায়না খংনিংবগী লাংতকনবা অমা কন্না ফাওরকখি। মহাকনা খন্না লাপলিঙৈদগী হোৌনা গাড়ী থোৌরিবহু নুপীনি হায়বা খঙখি। মানা গাড়ী থোৌরিবহুদা মমিং কুপ্পনা য়েংলি। অরেপপা লৈত্তনা চেল্লিবা গাড়ী অনীহু য়াম্না নক্না থৈনখি। লাপ্লিঙৈদদি বীক্রম মশক খংলমদে, নকশিনলক্লবা মতমহুদদি মশক মুন্না খংলে। নুপীহু অতৈ কনাম্ন নত্তে, চন্দ্রীমানি। মশক খঙদ্রিঙৈদদি থোইনা খল-লমদে. অহুদগী চন্দ্রীমানি হায়বা হেক খঙবদগী কদাইদগী লাক-পনো খংহোৌদনা খঙশাও শাওনিংবা অমা পোকখি। মঙোন্দা শাওনা য়েংলম্বা মিৎয়েংনা খজিক্কুং হায়দোকখিবদা মহাক্তী মতুংদা কম্লিবা অঙাং অনীহুদা মাগী মিৎয়েংগী শক্লেপকম ওইখি। মখোয় অনীবু উরুবদা মাগী অশাওবহু থুদক্কা মাঙখিবগুম তৌখি। মহাকনা মপুক্লিংদা খল্লি অঙাং অনী অসি উরগা ঐনা অশুক

খোইরাংলিক্তা করিগীনো ঙুখোম্বনিসিবু ঐগী করম্না মরিনো ? অমুকন্ম মশা মতোমতা মপুক্লিংদা- করিগী খোয়রাংঙোই, মখোয়গী লুংশিবা মাইথোং তবুপ তবুগ্রবা মতৌ, মখোয়বু মচা ওইনা ফংকবা মমা-মপা কযাদা লুংঙাইরমগনি। মখোয়গী রাখল থম্রম্বদগী খং-হৌদনা নিংশিংলকখি হৌখিবা পুন্সি। মথং মথং অম্মুম থম্রম্বদগী খাঁঙভমদবা মৈরিনা মাগী থম্মোয় শিন-থংনা চাকখি। খুদক্তা মায়থোঙ খংমক মকশিনলকখি। ময়া করক, করক, টিক্লগা পিশুম অনীতু শুকতোক্লগা শাউনা লাউরকই—চন্দ্রীমা! ড্রাইভর্র অতু খংপ্রেক থংই, ব্রেক খঙফা ফাতুনা গাড়ী খাম্লগা হংলকই

করি হায়গে সার ?

কবিস্নু তৌদে, চংলসি য়ারে। ড্রাইভর গাড়ী অমুক থোংগ্রে।

চন্দ্রীমা স্কুলদা মচা অনী থনম্লগা গাড়ী মমায় লৈতুনা রাধাগা গোপালগা লৈহৌরিবা মফমতু তান্না থোখি। গাড়ী ওহাক খাম্লে, গাড়ীদগী কুমথরগা মখোয় অনীনা লৈরিবা মফমতু তান্না প্রপ প্রপ চংশিনখি। গোপালনা মচেম্মাবু উবদা—ইচেম্মানা ঐবু উনসি হায়ববু করিগী ওইবিবনো ?

য়াম্না লুবা রাফম নত্তেদা, নহাক্কা রারী অমত্তা শাম্নিংতুনা তৌবনি। নহাক্কি নথৌ য়াম্না চিনবা মীনি ঐনা হায়গে হায়না খল্লিবা রাফম অসিগা মতম শংনদতুনা তোক্লদ্রা খংদেনে।

—থোইদোকনা অচিনবা লৈজদে করিগী ওইবিরবনো ?

—নহাকনা অচিনবা লৈত্রবদি ঐগী অঙাংশিংসে খরা য়েংশিনবীয়ু হায়না হায়গে তৌবনি।

ফনি, করম্না মতমদা লাকচৌ হায়বগে'?

-ঐগীদি ইয়া য়াই, নহাক্কী অশংবা মতম অমদা, তৌবগীদি অঙাংগীদি অয়ুক্কনদি খ্যাইদগী হেক্না কৈ। গোপালনা রাখল তৌরগা, ঐ হুয়েনদগী লাকচরগে।

—হোই, ইবুংঙো হয়েংসি নুমিৎশু কৈ, অমুক ওইনা আক-পীরোকো।

—ফনি ইচেম্মা।

—অদুদি ইবুংঙো, শোয়বিরনুকো নখোয় ঐখোয় চংদুনা ফদুনবা য়াদেকো হায়রমলগা থোকখ্রে। থেংখ্রে ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্‌গনি হায়দুনা গাড়ী থোদুনা চংখ্রে। রাধা গাড়ী থোদুনা চৎখিবা মচেম্মাদা য়েংলগা গোপালদা—তামো ঐখোয়গী ইচেম্মাসে ওথোক্লা ফখ্রে মাগী লমন ঐনা মপোক অসিমগী শিংবা ঙম্‌রোই। মাদি মী পুম্নমকসে নুংশিনা অমম্বং ফনা খল্লি, অসুক ফববা নুপী-সিদা ঈশ্বরনা অরাংপা অমদি পীরি। ইচেম্মাগী খল্লুবদা ঐগী পুকনিংসে পোৎথাকম খংদে। ঙহাক রাখল তৌবগা গোপালনা মখা তারকই—মী হায়বসে হিরম পুমনমক্তা ফবসি কয়া য়াওদে। অদুবু ঈশ্বর লৈরি থোইনা রাকুনু মতম লাকখিনি। রাধা রা ঙাংদ্রে তুমিন্না লৈ, অদুবু মপুকনিংদা করিগুম্বা খবা খনবগী মওং মাল্লি। মাগী মতৌ য়েংনিংলদুনা গোপালনা—মীগীদা পংরাং রাবশু ফত্রে, ঐখোয়গীসু খবা খনবা কৈ। রাধা মমায় খজিক্লং হায়গৎলগা গোপালদা য়েংলগা নোক্লদুনা—ঐদি মদুগীদমক্তা লুনা খন্দে।

—কবিগীনো। মরমদি।

—ইনাক্তা লৈবা অপাম্বা পোৎ অদু কংনবা তানবদা লুনা থোক্তে।

—পোৎশক অদু খম্মোয়দ্রদি ...?

—মদুদি ঐগী পুকনিংগী রাফমনি।

গোপাল রাধাগী পুকনিংগী রাফমনি হায়বা রাইদ্রে তাবদা মপুকনিংদা হায়ফেৎ চিংনৈ, অদুবু অঙাক্নি তাখিদ্রে। মখোয়

অদনি ঙাল্লী ওহাক শাজিনবা মচুংদা মখুম-ময়ুমদা হুন্দ্রে।

চন্দ্রীমা গাড়ী থামলে, গাড়ীদগী কুমথরগা থেংঙ্গ্রে ঐব
ঙাইহৌবা লৈরম্বা তারে হায়তুনা প্রেপ প্রেপ চংশিল্লকখি। মাবু
উবদা ময়াম পুম্নমক ইরাং হেক লাংনৈ। মানা চংখিদা অদোমদা
মুম্না য়েংলগা পোৎকম ফম্বী মীয়াই ওইরগ তৌবী নুপী অমনা
হায়রকই-ওস্থোক্লা ফজেদা, য়েংবগী পেনবা নাইদে, মশকনে
মতৌনে, কুচুমে-কুমেলনে, রাং-চাউরদনা করাদা ফজরিবা! মহাক্না
লৈশাহুনা লৈরম্বা থোক্লবদি করাদা মুংঙাইগবা, ঐদি ওস্থোকনা
পামজগ্রে ইমৌহুম ওইনিংই। তশেংবমকসু চন্দ্রীমা উবদা কল্লক্কবা
মী য়াওদে। মহাক থোইনা মশক, ফজবী নত্তে, য়াম্না ভৌবী
কুচুসু নত্তে, অচুবা মঙোন্দা তোপ তোপ্পা মগুণ অমা লৈরি।
লুনা নাল্লবী ফিজেৎনি, ভৌক শংদানবী কুচুমে থোইনা হেন্না
নালহল্লি। ওসিসু মতুমঙাই অয়াম্বা মতমদা অঙৌবা ফীজোলনা
লৈতেংই, চমনা পুন্সি লেল্লি। ওসিসু অতুমঙাই ছাড়ী অঙৌবা
অমা শেৎলি অতুগা চুনরবা অঙৌবা ফুরিং অমা লিংলি। লুনা
নাল্লবা মায়থোংনি তুমতক ভৌবী নাতোল অম্দা চন্দন মতেক
হায়বদি ছীড়ী মচা অমা হাপলি। য়াম্না মুরবা শম্নাংবু নেমলপ
ফাবলে পুন্সিল্লি। হেক য়েংবদা ইরু লুই ইপক্লা পকচৈ। অমুবা
কোর্ট অতু খুদাংদা য়ানশিনলে, লাইরিক থরা মখুৎনা পায়রগা
মায়থোং লুকলপ, তৌহুনা অপনবা লৈতনা চংখি। মানা প্রেপ
প্রেপ চংখিবদা মতুংদগী নুপীগী খোম্জেল অমনা কৌরকই—ইবেম্মা
য়ৌরকলেদনা?

মানা মমায় লৈথোক্লগা—অহোয় ইমা লাক্চরে।

—ইবেম্মা ইমাগী শঙ্বাবনে অমুক্তা কোক হুনবীয়ুকো?

—চীংমবীকসু ইমা, লোইদনা অকল-ওইগনি হায়রম্না চংম্রে।

মা হেক চংখিরকপা কেস হোত্রে। নুপা ময়ুমগী অনেকপা উকিলহুনা হায়রকই—ইয়োর ওনর, মশানা য়াদ্রবা নুপীবু চেনবা হৌনদে। মহাক লম্বীদগী চিংবা নত্তে, ময়ুমদগী চেনবনি হায়বদি অচুম্বনি। মহাক্ অঙাং নত্তে, মশানা অক্ত-ফুব্রা খনব্রা ওমরীনি। নুপা ময়ুমগী উকিলহুনা ওাংবা লোইখিদৈদা চন্দ্রীমানা হৌগৎলগা— ইয়োর ওনর, হায়রিবা রাক্ষম অসি অরানবনি। মরমদি নুপী অসি অতোপপা নুপা অমদা থাজগ্রবনি। নুহোংবা হয়েংদা ওাইরবা নুপী অমবু ঐনা ওন্মী হায়তুনা মী থাজিন্দুনা কৌথোক্লগা নম তুনা চিংবা হায়বা অসি লোগী রাংমদা লৈবা থবকনি, অতৃগী স্থ মথক্তা মশানা য়াদবা নুপীবু নম তুনা লৌগনি হায়তুনা চোং-থোরক্লিবা অসিস্থ মশাগী অশোইবা উৎথোকচবনি। অমরোমদা ঐনা হায়জনিংবদি, নুপীবু মমল লৈতবী, রাখল খনবা ওমজদবী অমগুম্মা অরানবা মায়কৈদা লমজিংবীবা হায়বা অসি থাম্মা তমথিবা শাজৎনি। নুপীবু নুকমাইথক্কী লাইকদিবীগুম্মা মপু মশক, নাই-তবীনি হায়না শিজিননিংবা মওংদা শিজিন্নবা অসিস্থ ফত্তে। ইয়োর ওনর, ঐনা অরোইবদা হায়জনিংবদি নুপীবু শাম্নপোৎকুম খনবা, অমদি মশানা য়াদবা নুপীবু পাম্মী হায়তুনা মীগী ময়ুমদা চংলগা নমতুনা চিংবা অসিগুম্বা শাজৎ অসিবু অথিংবা লৈতনা অস্থম চথরকপা তারবদি মতুংদা নুপী ওইবীশিংগী ইজৎ ম্যাংলকপা তাবনি। অসিগুম্বা শাজৎ অসি মতুংদা অমুক থোক্তনবা অচুম-অরান থিবীবা ফৈ। চন্দ্রীমানা নুপীগী ইজ্জৎ ম্যাংহনবগী মরমদা ফজনা ওাংলকপত্রুদা নুপা ময়ুমগী উকিলহু অমুক য়েংখিদ্রে। ওহাক লৈরগা জর্জনা রাই হায়দোক্লে। জর্জগী রাই মতুং ইন্না নুপা অচুবনা মশানা য়াদবা নুপী চিংবগীনি হায়তুনা জেলদা পুথ্রে, অতুগা নুপীহুবকা মপা-মমাগী মথুক্তা শিন্নখি। নুপী ময়ুমগী কাংবু অহুনা চন্দ্রীমাবু হুনা হুম্না থাগৎমখি। নুপীগী মমাহুনা

মোমোন নোক্লগা—ইবেম্মা ইচাগী লমন করম্মা শিংগনি। ইচানা শিরুরবা মনাওবু অমুক হিংহল্লবীরে, মসিগীদমক শিংঙমদ্রবা লমন অমদি তোল্লে। নুপী মমা অতুগী থাগৎ রাহৈশিং অম্তুপী পাউখুম ওইনা চন্দ্রীমানা নোককেৎ তৌরগা হায়রকই—করিগী লমম তোল্লু-গদগে ইমা, মসি ঐগী তৌকম থোকপা ইথৌনি, মসিদা থোইনা লুনা খনবীরুগনু। রারী রাতাই ঙহাক শাম্মরবা মতুংদা মহাক্না অহলশিং অতুদা—ফরে ইমা অমুক য়োঙ্গরগে।

—ফনি ইবেম্মা য়োঙ্গীরো ইমাথোয় ঙহাক নৈহৌখিগে। চনদ্রীমা অহলশিং অতুদা চংলগে হায়রম্মগা কার থৌতুনা স্কুলরোমদা মচা লৌবা চংখি। মহাক্না কারদগী কুমথরকপদা সোরোজিনিগা মচা অনিগা লেপ্তনা নৈরম্বা উই। মহাক্না সোরোজিনি উবদা—সোরো কয়া কুইরে ছুটি থাবা, নহাক ঐবু ঙায়বদা য়াম্না রারম্ল-গনি। ঐদো ওম্নোকপা হায়বা অতুনি নুপী চেনবগী কেস অমা থেংনরুবদগী পাক লোইশিনবা য়াখিদ্রে। সোরোজিনি চন্দ্রীমাদা য়েংলগা মোমোন নোক্লতুনা নহাক্না তুপীশিংবু মমল নৈহনবগী-দমক হুম্না হুম্না থাগংলি। মহাক্কী থাগৎ রাহৈশিংতু তারগা মানা ঐ ঙসি নহাক্না থেংনরমদ্রবদি থাগৎ রাহৈশিং অসি তাবা ফংলমলোইদবা খজিক্তা হেক রাংলিদা করম্বা তাঙ্গাদা লাক্তনা নহাক্কী রাহৈশিং অসি তাবা ফংলিবা। অম্মনা মথোয়নি রারী শাম্মরগা থরাই তানা নোকলি। মানা নৌকলম্বদগী কীভম হৌঙ্গিল্লগা মথা তারকই—করম তৌরি সোরো, নুংঙারিব্রা?

—কমদৌনি, নহাককুম্না অফাউবা উকিল অমা ওইহৌবম্ নত্তা হিংদবদি য়াদা ওম্মোক্না রাখ্রে। রাতাতুদা চন্দ্রীমানা সোরো-জিনিদা য়েংলগা—নহাক্না ঐবু হিঙ্গিন হিঙ্গিন থাগৎপিরে, খুদক্তা অফাউবা উকিল অমম্ ওইহনবীরে, ঐসে ঙসিদি কয়াদা লাইবক ফরবা।

অসিদা থাগৎচগে হায়হুনা লৈরকপা কুইরখনি মঙাং অমা ইচা চাদহুনা ভৌবনি। সোরো ৱাত্তা য়ায়া মুংঙাই, ঙাংথোরকপা খুদিংমক তুম্নপক তুম্নপক ফাগী তৌবস্থ য়ামন্না পকচৈ। মমা ৱাতাহু মুংঙাইমনখিহুনা মথোয় অনিমক নোকমিন্নরি। সোরো নোক্লম্বদগী শকফম থুনা হুজিল্লগা তপ্লা মখা তারকই—নহাক তারব্রা? তামো বীক্রম থোরকলে, মহাক ইম্ফালদা লেংদনা লৈবনি হায়বগুম ভৌই। নহাক তামোগা উম্নরব্রা?

চন্দ্রীমা সোরোদা মুন্না য়েংহুনা লৈ, পাউখুম অমত্তা পীরক্তে। হৌজিক্তা মোমোন নোক্লম্মী মায়থোংদো খংহৌদনা মকশিনখি, অমসুং মপুক্লিংদা অরুম্বা ৱাখল অমা খনবগুম ভৌরি। পাক্রবা অতিয়াদা তরং তরং থোকলম্মী থাজব, অপাইবা লৈচিলনা কুপশিনখিবগুম্না মাগী তশেং তশেংনা লৈজরম্বা পুক্লিংগী অতিযাবু বীক্লনগী ৱাখলনা শিন-থুংনা শন্দোকখি। সোরো মমাংদা অশাবা মুত্রিগুমনা লেপ্লিবী চন্দ্রীমাদা যেংলগা তপ্লা—মুন্না খন্নু চন্দ্রীমা, ঐগী ৱাখলদি অমুক্তুং উম্নবনা ক্ষগদ্রা হায়না খল্লি।

চন্দ্রীমা সোরোজিনিগী ৱাঙাংহু মুন্না তারগা স্বর লুম্না হন্থা রগা হায়রকই সোরো, ঐ মাগা অমুক হন্না উম্নররোই।

—করিগীনো?

—ঐ হৌজিক মঙোন্দা য়েৎনিংদ্রে, মাগা উম্নবস্থ পামদ্রে।

সোরো চন্দ্রীমা ৱারৌরে হায়বা খংলহুনা থেমজিনবা ওইনা অমুকন্থ হায়রকই মুন্না খন্নু চন্দ্রীমা, নহাক্কীদি ঋফ অঙাং অনি অসিগী তুংগী খরা খনবনা ফত্রা?

—ঐসু খল্লম্মী মতম অমদা, অতুবু পুম্নমক্ত অরেম্বদা তাখ্রে। ঐনা খল্লম্মী, ঐগী ৱারী পুম্নমক মঙোন্দা লোইনা লিখোক্কনি অতুবু হৌজিক্তি পুমনমক্ত অরেম্বদা তাখ্রে। অতুনা মাগা উম্নবা

পামহে। মাগী বাখল পুবা ভমলক্কে, মশা পুমনমক ইতাও তাওবগুম তৌরি। মানা মমায় খজিকতং লুকথরগা মখুৎনা লাইবক্তা নাল্লগা স্বর অমা লুমনা হোন্দোক্লগা —তোক্লসি সোরো মসিগী রাফমসি ঐ কোক, য়ামনা শারে। হন্দক্লি সোরো তুমিন্না লৈব্রে। মখোযনিস্থু রাবী রাতায় ওহাক শান্নরবা মতুংদা মযুম ময়ুম চৎনব্রে।

চন্দ্রীমা স্কুলদগী মচা অনি পুত্থনা মযুমলোমদা হল্লকই মংনা লম্বীদা গাড়ী থৌনা থৌনা মপুক্লিংদা মওল মওল খল্লি—ঐবু সোরোজিনিনা হায়রিবা অসি ফত্রা, নত্রগা তুমিন্না অস্তুম তোক্সিরা? রাহং কয়ানি মাগী থম্মোয়দা হংলিবা, হংলিবা বাহং খুদিংমক পাক-চাউনা শন্দোরকখি মমৈথংদা হৌখিবা থোদোক খরা নিংশিংলুবদগী মপুকনিংদা থংশাউ শাউনিংখি। মাগী মতৌ, মাগী রাঙাং, রাধাখোযদগী লাকপা মুমিংকী অহিং, ফাওনা য়েংঙবদা য়াওরম্বা খুদোপ, খুদোপকী মরিদা নিংশিংলুবদা মপুকনিংদা অমুকা হেন্না বারৌখি। অমুক মশামতোমতা খঞ্জরি—মানদি ওম্মগা, ঐনা করিগী ওমলোইদৌরিবা, ঐবু মী নত্রা? চন্দ্রীমা বাখলদা লুপখিবনা হোরোল খোঙবা কাউখি। হোরোল শুকপী পীদনা কোনর হেক হায়জিনলকপদা মীযাই চম্বী মুপী অমা তক্কদৌবা খজিক্তা ওাই। মানা মপুকনিংদা খল্লি—তকলমগদৌবা শমনামুক্তা লিংলি, খল্লুবদা থোইনা নুংশা থিরি। অরেপ্পা লৈত্রনা চেল্লিবা গাড়ীনা বজার মন্নুংলোমদা চংখি। মানা প্রিন্স য়ৌগদৌবা খরা রাংলৈঙদা গাড়ী খামলে। গাড়ীদগী কুমথরগা মচা অনি মখুৎ শান্নগা তুকান মনুংদা চংখি। মামা মচাগী শান্নপোং খরা লৈরগা তুকান অতুদগী থোকশ্রে। পোং-চৈশিংস্থু কার মন্নুংদা হাপচিন্নলগা তপ্না গাড়ী অবাংলোমদা থৌখি।

বীক্রমগা ডাক্তর কামেশ্বরগা, শন্তী ফার্মাসিগী ভেরেন্দ্রদা লেপ্তুনা লৈ। মখোয়নি থোইদোকপা গ্নারী-শ্নাতাই অমত্তা শান্নদে, লম্বীদা চৎলিবা মীওইশিং অত্তুদা য়েংতুনা লৈ। ঙহাক অচৎ-অওক য়েংলুববা মতুংদা কামেশ্বরনা বীক্রমদা ওলশিল্লগা— য়েংঙু, মমাংঙৈগী মনিপুরগা হৌজিক্কা কয়াদা খেন্নরিবা, মসিনা তাকপদি অহোংবা অমা শোইদনা লাকগখিনি। লম্বী চৎলিবা মীশিং অসিগী ফিজেৎ লৈতেং, চৎনবী নমুনাশিং অত্তুদা মুন্না য়েংলগা বীক্রমনা—উম চুম্মী, হৌজিক্কী মনিপুর অহোংবা অমা লাক্লে, মমাংঙৈগা য়াম্না খেন্নরে। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদদি নুপী অয়াম্বা, ইমুংদগী পংহেন হেল্লোকনরমদে অত্তুবু হৌজিক্কি নুপী, নুপা খুদিংমক মনিং তমনা চৎনরে। মাগী মাগী মখোদাং লোইনা মায়য়োকনবা ঙমনরে। বীক্রমনা ঋা ঙাংবা লোইদ্রিঙৈদা কামেশ্বরনা খরা ঙকলপ্পা হায়রকই— আই! য়েংঙুনে আদগী সিবু চন্দ্রীমা নত্রা? কুইরেদা উখিদবা মাদি ফিভমবু ইকাই কাইদেনে, অঙাং অনি অসি নুংশিখ্রেদা মাগী মচা ওইরমালে। বীক্রম ঋা ঙাংদে মানা লাকইবা অদোমদা মুন্না য়েংতুনা লৈখি। মাগী মিৎয়েংদি খোইদোকনা অতাপপনা য়েংঙদবনা মখোয়নি লেপ-তুনা লৈবত্তু উখিদে তপনা গাড়ীত্তু খোতুনা অত্তুম চৎখি। বীক্রম গাড়ী খোতুনা চৎখ্রিবা চন্দ্রীমাদা য়েংলগা অঙকপনি নহাক্কী ঋাখল!

ঙশাইমখৈ কামেশ্বর খোইনা খল্লমদে অত্তুবু বীক্রমগী শেং-কাত্তবা ঋাহৈ খরত্তু তাক্লবদগী মাগী থম্মোয়দা হুংঙাইতবা অমা পোকখি। ঙহাক অত্তুদা মান্না থংনিং নিংশিংলকখি মহাক্কা মত্রাজদা লৈরিঙৈদা থারকখিবা চিঠি মুম্না ঙহাক খল্লুরবগী তুংদা মানা বীক্রমদা ওলশিল্লগা মমাংঙৈদা থারকপা চিঠিগা, ঙম্নি

ওইরিবা মওং অসিগদি খরা খেরৈ। বীক্রমনা মমায় ভাংলপ্পা কামেশ্বরদা য়েংলগা—অঙকপনি মুপীগী পুকচেল, খাজনিংঙাই লৈতে। তোল্লসি মসিগী বাফমসি হৌখিবা পুন্সি নিংশিংবদা মুংঙাইতে, পুন্নমক মতমগী ঈচেল্লনি। য়াম্না হৈনিংদনা মম্নাহু খজিক্তুং কাখৎলগা নোকনিংদনা নোক্লগা হায়রকখি। অস্নুমনা মখোযনি বারী বাতাই ঙহাক শাম্নরবা মতুংদা মুমিৎ তাশিল্লরক্নুনা মযুম মম্নুমদা হুম্নগ্রে।



## ২ শুবা

মথংগী নুমিৎনি চন্দ্রামা যাহৌ ভম্না হৌগৎতুনা মচিন-ময়া শেংদোক্লগা অয়ুক্কী তৌগদবা মথৌ খরা তৌরি। নুপীমক ওইজরবস্নু মহাক্তি ইমুং-মন্নুংগী কুপনোম-নোম্বা কয়া য়াওদে। মহাক্কী মরু ওইবা মথৌদি অয়ুক ভন্তা হৌগৎলগা মচা অনিগা লৈরক মচিন ফাউবা রাকিং চৎলুরগা, হুঞ্জিলক্লবা মতুংদা মখোয়বু করিগুম্বা খরা পীজরগা লাইরিক লাইশু ওরাইহনবা হায়বসি মাগী মকুত্তইবা মথৌনি। ইমুং মন্নুংগী কুপনোমদি য়াওদে হায়ববু য়ূম পুবগী চাউরবা পোৎলূম অমদি মাগী মথন্তা তারি। মহাক্কী য়ুম্বাল নুপা য়াওনা পানবা নত্তে, অতুবু য়েংবদা নুপা অমনা পানবদগী হেন্না নিংথিনা লৈ। নুপী য়ুম্বালনি হেক য়েংবদা মিত্তি থুপতে, অতুম ওইনমক মীনা ব্যবহার তৌদবদি নত্তে। লাইরিক লাইশু মতিক চানা হৈবী খুপীগা ওইবনে, মশানা মীচং-মীথোক্না

ফবনে থোইনা ব্যবহার তৌনরি। মাগী ইচম চম্বা মতৌ অহু উবগা, কৈরোই লৈকাইগী মীশিংনা মাবু মুংশিদবা য়াওদে। মাবু পোকপী মমা মচুম্ন লৈকাই অহুগী মচিন চংপী নুপীনি। মাবু ফনা শাউনিংবা লৈববস্ন কনাগুম্বা অমত্তা অশিং খাওইনা তৌবা ঙমদে, হেক উবদা ইনমসি, সনাবেম্মা হায়ঞ্জুনা পুন্নলাং হেক লাংনৈ। মনিসনা মতম অমদা ফু া ফু া হায়না হুম্মা পাল্লমলিবা নুপীনি। অহুব মপুবোইবা লৈখিদবদগী খরদি হুম্বখ্রে। মচানুপী অসিদি মহাক্না পোকই হায়বা ফাউবা থাজদে, ওম্বোক্লা ফাখ্রে। মমাগী শৌ শৌ লাউবা মীঙোন্দা থীনা ঙাংবা মতৌ অহু উবগা যামনা তপ্না মমাদা হায়বকই —ইমা, মীব থীনা ঙাংবা হৌনদে, কবিগুম্বা ভাব তাদবা লৈববস্ন নিংথিজনা ঙাংনরগা লোইরে। হৌজিক্তি অহল ওইশিল্লক্লবনিনা হায়দগী ভাব তারেদি হায়বব শাউগনবা অহুমদি পাক হুনবা লৈত্রি। মমানবু যাম্না শাউরবদি মহাক তুমিন্না অহুম লৈখ্রে।

মনিসনা যামনা যাহৌঙনবী নুপীনি অহুব্ ঙসিদি শুমিৎ ফনা থেংলে হৌজিক ফাউবা হৌগংত্রি। ঙবাং অহিং তম্মাইদা মীকপ থোবকখি। মীচিক মীরাওখোল তাত্রবা অহিং নোংশোইবহু মচাগী রাখল খনবদা তুমথবা যাখিদে। মানা ঙহাক রাখল তৌরুরগা মপুক্লিংদা মচাবু রারেখি। ঐনা অম্মি থোকনি হায়ঞ্জুন্না ফন্না হায়বনি অহুদা মানা য়াবা কৌবা লৈখিদে, হৌজিক্তি করি থোক্লে। মচাগী মরমদা লংলা লংজিন থীবদা অহিং নোংশোইবা তুম্বা যাখিদে। ঙহাক অফংফত্তা খল্লুরবা মতুংদা ইচাগী মরাইবক্তা অম্মম থোকউ তমখিবননি, থোকলবা অমা লাকখিনি হায়না খন্দোকখি। মনৈথংদা মানা রাখল অমুক চাউথোক্লগা — ইচাগী করি রাংতুনা, মমা ঐ লৈরিবসিদি। মানা মচাগী রাখল তৌক্লরবা মতুংদা মগু অনিগী মুংঙাইরা রাখলগা লোয়ননা অমুক

ত্থুনথখি। লুংঙাইবা রাখলগা লোয়ননা তুমথখিবনা মহাক ক্ষনা খেংলা কাওবা মীকপ, খোকখিব্রে। মানা' মীকপ, খোরকপদা লুমিং খোক্লম্বা উবদা ঈপা পাখংনা হৌগৎলগা অচাবু কৌরকই— ঈবেমহল। ঈবেমহল।

—করি হায়গে ঈমা?

—নংবু হৌগৎলত্রাও?

—আহ হৌগৎলে।

— করিনো ঐ ঙসিদি য়াহৌ ওন্তোকনা থেংথ্রে, নখোয় অমতনসু হৌদোরক্তে। ঐদি নুমিৎনা নম্বা হায়বতু তৌরেদনা, হায়রগা ফমুংদগী বে-বে ঙাংতুনা হৌগৎলগা মনিংদা মচিম ময়া শেংবা চংখি।

ঙহাক লৈরগা চন্দ্রীমা মফি-মরোল শেৎপা লোইরগা খোরকই। মানা (ভেলেন্দার) মাঙ্গোলদা লেপ্লগা কৌরকই— বহাতুর, বহাতুর।

—কল্লি হায়গে ইচেম্মা,

—ঐ ঙসি থবক অমা চংতবা য়াত্রে, গাড়ীসু পুবা তারি। ঐনা হুল্লক্লগা অঙাং থিনবা নংলরোই, নহাক্না ওন্তো রিক্সোরা করিনো অমদা থরা থিল্লম্মু। চাউবদি পরিক্ষা লৈ হায়বনি। অতুনা নহাক্না শোয়দনবা তৌরো হায়রম্লগা রাধাগা লোয়ননা খোরকই। মচেম্মা খোরকপা উবদা বহাতুরনা চংশিল্লগা—ইচেম্মা নহালম্মী লৈ মরুদো লৈরিত্রা?

—করম্বনো দাইসি মরুত্তুরা?

—অং মাল্মি।

—থরা লৈরমখিনি, অত্তুবু নহাকনা খীথা ফংলরোই ঐনা হুল্লক্লগা

থীরগে হায়রম্নগা থোকখি। মানা গাড়ী শোহু রাধাদা পীরগা—ভসিদি গাড়ীসি মহাক থৌরো, "ঐহাক হকচাংসে কয়া হুংভাইতে। রাধা মচেম্মাদগী গাড়ী শো লৌরগা গেরেজদগী কার থৌদোক্লরগা মচেম্মাগা লোয়ননা কলেজদা চংখি। রাধা গাড়ী থৌনা থৌনা মপুকনিংদা মচেম্মাবু হুম্না হুম্না থাগৎলি। ঐনা করিগুম্বা ইচেম্মাগা থেংনরমগ্রবদি ঐনা ভসি ওইরিবা ফিভম অসি য়ৌদনা লমখাংদা মাংলমগনি। তশেংবমক ইচেম্মাসি ঐগী ইকমদদি মিৎনা উবা লাইনি। ঐনা মহাক্কী লমন পুন্সিগী শিংবা ভম্নরোই। মহাকনা রাখল খম্না খম্না গাড়ী থৌখিবনা মতুংদা ফমলিবা মচেম্মা করি তৌরবগে হাযবা খংলমদে। অরাং বি. ও. সিগী গোলাই থেকচিনলকপগী গাড়ী খরা খরা তপ্‌থরকই, মানা য়াম্না তপ্না গোলাই থেক্কগা অবাং পাংনা লম্বীগী মতুংইম্না গাড়ী থৌখি। রাধা গোলাই থেকপগী চুমদ্রিং য়েঙকপা মিৎয়েংনা মমাঙদা থেংলিবা মিৎশেন্দা তারিবা মচেম্মাগী মনিহু উরকখি। হেক উবদা মপুক্লিংদা থুক লাউই হায়কম খংদে, খুদক্তা অরুম্বা রাখল অমা খল্লকই—করি তৌরবনো, ইহুদা হুরাউনা লৈজবী ইচেম্মাগী মায়থেংনি অতুবু ভসিদি ইমক মকশিল্লি ঐনা অম্বক কুইনা লৈরকপসিদা নোংমতা উদে নিংহম্নবগী মায়থোং অতুবু ভসিদি পুক্লিংবু রাখলনা অরাবা পীবি। রাধা মচেম্মাগী নিংবা কায়রবা মায়থোং উরুবদগী মাগী রাখল অম্বক্কী মতিক পীকশিল্লকখি অমসুং মচেম্মাগী অরাবদা শরুক য়াবা হৌরকই।

তশেংবমকসু মাগী মায়থোং মহৌশাগা মান্নদে, রাখলহু পোথাফম খংদে, মৈগুম্না শাম্নি। য়াক্সংলবী তুরেলনা ঈপাল থাদা ঈচেল ফানা চেনবগুম রাখলগী ঈচেম্মনা চাম্না থোক্না চেলখি। লুম্নবী রাখলনি স্বর থবেৎ থবেৎ, হোল্লি, পিগুম খজিকুং

শুক্লগা মচিনবাল্ তুনিক তুনিক নিক্লগা মিৎলুদগী পিরাং শিন্থ-রকখি। তারক্লিবা . পিরাংহ্ তৈথোক্লগা মক্ক তপ্পা ·হোম্বরকখি। মাঙদা গাড়ী থোরিবী রাধাদি মচেম্মাগী থোদোক খুদিংমক ময়েক শেংনা উক্নি মিংশেন্দা। চনদ্রীমা মঙ্গী থোদোক্লশিংহ্ নিংশিংঙ্-রগা থোইনা হেন্না রাজখি, খল্লোই হায়বদি ঙমদে, তন্ত্রনা নিংশিং-লকখি, থোদোক খুদিংমক অমমমতা ওইনা উরকখি মমিত্রা— মানা কা মহুংদা লাইরিক অমা থরাই য়াম্না য়াউনা পাতুনা লৈরিঙৈদা মপান্দগী চাউবনা কৌরকই -ইচেম্মা, ইচেম্মা।

—করি হায়গে ?

- ইচেম্মাব্ থীবা মুপা অমা লাকই অমুক্তা থোকপিরকউ। মানা পারম্বা লাইরিক অহ্ থুমজিনলগা করম্বা মুপানো মশক খংব্রা য়েংগে হায়তুনা খজিত্তং হৌগৎলগা থোংন উদা মঙক থাংগৎতুনা য়েংলি। থোংনাউদগী য়েংঙকপদা বীক্রমনা শুমাংদা লেপ্তুনা লৈবা উখি। মানা শুমাংদা লেপ্লিবা মঙোন্দা মুম্না য়েংলগা ইমুংদগী তামো, ঐ লাকএ ঙহাক্তা ঙাইবীরমখো হাযবম্লগা ইমুং দগী প্রপ প্রপ থোরকই। বীক্রম চনদ্রীমাবু উবদা মোমোন নোক্লকই রাদি ঙাংদে। চনদ্রীমা অরেপ্পা লৈতনা চংশিনথগা মখোঙ, অনিহ্ শোক্তুনা খুকম্লগা হায়রকই— তামো নহাক্তি নোংমতা লাক্তে, ঐদি অঙাং অনি অসিগা কয়াদা রানা পুন্সি লেপ্লিবা। ঐবু অস্থক পাক চাউরবা সংসার অসিদা হুন্দোক-পিরম্লগা হন্না ফাউবা য়েংবীদে, নহাক্কী পুকচেল কযাদা কনথবা। বীক্রমনা চন্দ্রীমাবু কোনখৎপিরগা য়াম্না তপ্পা হায়রকই—পুম্নমকপু খংম্নবা থিম্নবা ঐহাক অসি কয়াদা লানথবা, নহাক ঐবূ রারৌগন্নু হাযবগা মাগী মকোক্তা নানবীরি। অস্থমনা ঙহাক লৈরগা ইখং খংহৌদনা মখোয়নিনা লৈরিবা মফম অহ্ লৈক্রক চেকখায়-রক্তুনা মখোয়নিবু নাকপাক নাকপাক তাহনখি। চন্দ্রীমা মীপাই-বগা লোম্নননা খোক্লেল নিক্লা কৌরকখি তামো! তামো!

কৌনা কৌনা, উনা উমা অসুম-অসুম লাপথোকখি। হৌজিক্তা লৈক্রক চেকথাইখিবা মফমদু চাউরবা তুরেল অমা ওইখ্রে। বীক্রমসু তুরেল-ৱাংমদগী কৌরকই—চন্দ্রী.....চন্দ্রী...

চন্দ্রীমা।

তুরেলগী চাউরবা ঈথক ঈপোমজনা বীক্রমগী খোঙজেলবু নমহৎখ্রে, মানা ফনা কৌতুনসু চনদ্রীমানা তাবা ঙংখিদ্রে। মখোয় অনিমক ঈচেল কল্লবা তুরেল অতুদা মুম্না য়েংহনা লৈখি। তাঙ-দুদা কদোমদগী লাকপনো খংদে, ডাক্তর-শান্তীবলা তুরেল খোঙ-নুংদগী ফাওগৎলকখি। মানা ভমলবা তোর্বান অতু কাম্নবা কনা হোৎনরিঙৈদা বীক্রমনা চংশিনখিহনা শান্তীবলাবু খুজেং পায়হনা চিংখৎপীখি। শান্তীবলাসু অচোৎপা ফিহু শুমদোক্লগা বীক্রমদা য়েংহনা নোমোন নোক্লগা-তামো চৎলসি লাকও, হায়রগা মখোয়-নি নমাঙ, পাংনা চংখি চনদ্রীমা মখোয়নিনা চংখ্রিবা অদোমদা য়েংলগা হুম্না হুন্না—তামো, তামো। বীক্রম হুম্না ফাউবা য়েংলমদনা চংখি। উপাই লৈত্রবী চনদ্রীমা বীক্রমদা মুম্না য়েংলগা হিক্লা হিক্লা কপ্লনা তোর্বান্দা মথন্তা লেপ্পনা লৈহৌই। মহাক মীৎকপ, খংথোক থোরকই মশা পুম্নমক হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলম্মী। লোংনা হিপ্রম্বা মশাহু খজিক্কুং চেপথোক্লগা তপ্না শোল্লকই করি থোক্লগবা করম্বা মঙনো? মঙগী ৱাখল খল্লুবদগী অমুক তুম্বা য়াখিদ্রে। নোংসু ভানফুং ভানফুং তৌরমলে, অমুক তুমথবা হৌনদ্রে হায়হনা অতুম হৌগৎলে। ঙসি অমুক য়াহৌ-রকপদগী ছৌনা মাগী ৱাখল নুংঙাইফম খংদে, মঙগী থৌদোক অতুগী মরিদা খন্দুনতা লৈখি। কলেজ য়ৌরে কারসু খাম্ন. চনদ্রীমা গাড়ীদগী কুরথরগা তপনা ষ্টাপ রুমদা চংখি।

মহাক্কী ক্লাস-থোইদোক্লা পাটৈ ছাত্রশছাত্রীশিংনা। মানবু ক্লাস হৌথ্রবদি মী পুম্নমক চেক-মোক লাউনদে, তুম্মিন তুম্মিন

লৈনৈ। পুঙ য়েগ্রে, চন্দ্রীমা ক্লাস লোইরম্বুনা থোরক্লে। মানা রাখা ঙাইবা ওইনা কেন্দি বেগভতী মোজা লৌথোকহনা লোল্লি। মোজাদু লোল্লি হায়রবদা মঙাইরে শিনদ্ধি ইকা কাদে। মঙগী থোদোক অদুগী মরিদা খন্দুনতা লৈথি। মানা রাখলগী ঈরৈদা লুপ্পনা লৈব্লিঙৈদা ওক্লা বীমোল ক্লাস লোইরম্বুনা থোরকই। মানা ষ্টাপ রুমদা চংঙকপদা চনদ্রীমা ফমদুনা লৈরগা উবদা কৌরকই—ইবেম্মা ক্লাস লোইখীরব্রাও?

—অহোই লোইজরে ওজা।

—ঐ ঙরাংদগী ইবেম্মাবু ঙাইজবনি করিগুম্বা অমত্তা

—করি তাকপীগদবা ওইরবনো?

—হেরা, ইবেম্মাদু খঙইদনা ঐখোয় শাস্তিবলাদো।

—খঙজে ওজা।

—মাদু ডাক্তর ওইরে, ঐখোয় পাবুংখোয়না মেজর অমদা থাজরে লুহোংবগী মমিংদু লেপ্পরে অদুদা মীনা করি হায়জিল্লবনো খঙ-দেনে, ঐবু পংশাউদা শাউরে মচন থাজরিবা মুপা অসিবু করি কমদৌরি থীদে হংদে হায়দনা ঙাংবনা মীওই রাহৈগা অমত্তা হায়দ্রে। ঐনা অমুম হংববদ ইবেমাখোয়গদি নক্লে হায়বগুম তৌই, অদুবু করম তৌবা জাংনো ফত্রাও? চনদ্রীমা বীগোলগী রাঙাংদু তাবদা খাই লাউই, পুকনিং লৈতাদে অদুবু হায়কেং নোক্লগা—মমিংদু করি কৌই হায়বগে ওজা?

—মাগী মমিংদুবু বীক্রম হায়ত্রা করিনো, ইবেম্মাবু খংবীব্রাও? চনদ্রীমা ঙহাক অদুদা মৈগী চীং পো কথাইরক্লনা মথক্কা ননবগা চপ, মান্নথি। মানা মপুকনিংগী চৈলাবদ খাংজিল্লগা মোমোন নোক্লগা মথা তারকই—ম্মাবনা ইনাক-কৈরাক খুলবা মীনা মশক খংবা ইমুংনি। মী অমা ওইনা মুপা অদুম্ম অতুম মকে। ইনাক

খুল্লি: হায়রুনা থোইদোক্লা চাউথোক-থোংতোকপা তৌদে, মীচং মীথোক য়াম্না কৈ ; ইমাবেম্মাখোই পাম্বুংথোক্তুনু হৌজিক কালগী মীওই নত্তে মবুক মপাউ য়াম্না কৈ। বীমোলনা চন্দ্রীমাগী রাঙাংদু মুন্না তারগা মথা তাথরকই ইবেম্মাখোয়গদি কয়াম্না নক্লে ?

—ঐখোয়, মহোয় য়ামনা নক্ববা লৈকাই নত্তে, ঐখোয়দগী কিলোমিটরমুক চথরগা লৈ। ওজা বীমোলগা রারী শান্নিডৈদা রাধা ক্লাস লোইরত্নুনা থোরক্লে। চন্দ্রীমা রাধা থোরকপা উমদগী ফমলম্বদগী হৌগংলগা বীমোলদা ওনশিল্লগা —ওজা ঐখোয় য়োজরগে হায়রম্লগা চন্দ্রীমা থোকখি।

মহাক যুম য়োরে, ইরু মাইথজরগা চাক-ঈশিং চানা লোইরগা, মহাকনা তৌগদৌবা থবক থরা তৌশিল্লগা হুকচাংদু কয়া নুংঙাইতে ঙহাক্তা পোথাগে হায়রুনা মাগী কাদা চংখি। রাধা মচেম্মানা চঙখিবা অদোমদা মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই। হৈনিংঙবা মচেম্মাগী মতৌ উরগা মানা খনখি —ঙসিদি ইবেম্মাগী রাখল ইমুং নুংঙাইনা উদে। করি মরমগী ওইরিগবা, ঙস্তোকনা খংনিংশ্রে অহুবু করমনা হংলুগনি ইচেম্মাদা। ঙহাক তুমিন্না লৈরগা রাধা তপ্না অমুক শোল্লকই —করি য়েংদুনা নুংঙাইগদৌরিবনো হৌখিবা পুন্সি নিংশিংঙ্রগা নোংমক্তা পোথাফম খংলমলোই ইচেম্মাগী রাখল। অমরোমদদি পুকচেল য়ামনা চাউবী নুপীনি, অমুক কুইরবা মতম অসিদা নোংমক্তা উহল্দ অবা-মৈশা, মোমোন মোমোন্তা নোক্কনা লৈজরি। নুপীনি হায়দুনা করিগুম্বা পংনোল নোঙরুনি, হিংনবগী লালকমদা লুপাদরা মী ? নুপীদি মথৎাই পাম্ব্রা ? ইচেম্মানা হিরম থৌদোক থুদিংমক্তা মাইয়োকনখিবা অসিদগী হেন্না তম্মজনিংঙাই ওইবা করি অমুক লৈরি। মানা মচেম্মাগী মরমদা রাখল তৌদুনা ছিড়িদা ফমলিডৈদা ময়াই কাদা

লৈরিকা টেলিফোননদু ক্রিং-ক্রিং ক্রিং মিংলাকই। রাধা তপ্পা চৌগৎলগা মর্গাই জন্না চৎলিনখি। মানা টেলিফোনদু শায়থৎ লগা—হল্লো

—ঐনে, মচেম্মা লৈত্রা

—ইচেম্মা লোরেবা ?

—অং, নমাক্নি

—লৈয়ে ইচেম্মা, অমুক্তা কৌজকখিগে।

রাধা ফোনদু থম্মগা মচেম্মাগী মনাক্তা চংখি। মানা তপ্পা চংশিল্লগা কৌরকই—ইচেম্মা, ইচেম্মা।

—হুং করি হায়গে ?

—ফোন লাকই, ইচেম্মা লোরো ঙইরনালে। চনদ্রীমা কম্মুংদগী হৌগৎলগা ফোন লৈরিবা কা অদোমদা চংখি। মানা ফোনদু তপ্পা শায়খৎলগা—হল্লো,

—চন্দ্রীমারা ?

—অং মাসে করি হায়গে ?

- নহাক পাউ অমা তারব্রা ?

—করি পাউনো ?

-তামো বীক্রম ডাক্তর শান্তীবালাগা লুহোংরগনি হায়রি।

—উম, তারে।

—মসিদা নহাকী মত করিনো ?

—ঐ, অঙোম্দা য়েংজরোই। মহাকী রাইফরনা ঐগী খ্বাইদগী য়েম্না মুংঙাইবনি।

—মুম্না থগু নহাক, হৌজিক মতম লৈরি, নং তামোগা অমুক্তা উর্থো।

—নুংহোংবা হয়েংদন ঙাইরবা মপাক্নুগা ঐগী উরবা ঐ মচু ঙক্লোই। ঐনি অশাংদি মঙোন্না অমুক্ত ৱাংথোক্তবা মসিনি। নোংখ্রোঙ্খিদি মমা চাংখত্থ নুংঙাই তোক্লগা অম্মা তংমা—ঐনা হৌজিক হৌজিক হায়জক্কি নহাক তামোগা অমুক্তা উমৌ।

—সোরেং খোঞ্জেল নিংক্লা কৌরকই মথা তাবদি হিক হিক অনি অহনলক হায়খি অত্তুদগী ফোন্দু অতুম থমগ্রে।

নুংখিল স্নুঙ্গ কুম্নরকপা মতমসি, চাউবা অঙাং লোকনবা হল্লক্রে। ঙসাইমখে মী লৈ হায়বা ফাউবা খংলমদবা ইমুংনি অত্তুবু মখোয়নি হল্লকপদগীদি পুমলাং হেক লাংঙী। অঙাংগী হৌনবী মাগীনা ফজ্জে, মাগীনা য়াম্মী, মসিগী ৱাযেলদা ইমুংতু পুমনিল নিলখি। মখোয় অনি নুংখিলগী চরা ৱালবা লোইরগা পোত্থাবা ওইনা সোফাদা ফম্নগা কোমিক ফাক্লগা য়েংলি। কোমিক য়েংনা য়েংনা কুকুনা হায়রকই—বোল শাম্নরুসিরা পোলী।

—উম শাম্নকুসি, মমাংগী ৱাজেসতু কৌরুসিরা ?

কৌরুসি লাকও হায়তুনা মখোয়নি হৌনরগা থোকাখ। থুনা ৱাজেস কৌরুরগা মখোয় অহুম বোল শাম্নরি। মনিম্নাগা ৱাধাগম্নু বোল শাম্নবা য়েংলি। মনিম্নানা মশাগী কুম্মৈ য়েংবদা নুংঙাইজরি, অমকম্নু মপুকনিংদা খল্লি—অসিবুনে মপাক্নুনা য়েংজরবদি কয়াদা নুংঙাইজগদবনো, খংদেনে, ঐগী ইশাশিংগে ওম্মোকনা মরাইবক খিঙ্গ্রেদা। মানা মশা অনিগী ৱাখল খল্লম্নবদগী মচা নুপীবু অমুক্ত ৱারৌখি। ঐনা অসি থোক্লনি হায়তুনা মঙোন্দা ফনা হায়বনি অত্তুদা মহাকনা য়াবা কৌবা লৈখিদে। হৌজিক্তি করি শারে, মানা কয়াদা ৱারিবা। মাগী মতৌ অসি উরগা নোংমা নোংমগী শোম্নবা হেনজিল্লকখি ঐগী ৱাখল। মনিসনা ৱাখল ময়াম অসি খনুবদা নুংঙাইফম খংজবা মাগী পুন্সিনি অত্তুবু

মশক অনিগী মতৌ উক্রগা মাগী অঙা-অনা পুম্নমক কাউথোকখি ।
মানা মশকী কুম্মে অহুম য়েংলম্বদগী হৌগংলগা রাধাদা ঙঙ-শিল্লগা হংঙকই ইবেম্মা, নচেম্মা কদাইদা চংখি ওসিগী ইউ উদেদা ?
—হকচাং কয়া মুংঙাইতে হাযত্নুা ইমংদা পোখাহৌই ।
—হা, কয়া কম্না ঙমখ্রিবা জাৎনো, নারক্কনা তোক্লরনি । মা নারক্কনি হায়বসিগী ওস্থোক্লা রাগ্রে । মশা হেক ঙমদবদা করিগুম্বা অমত্তা চাউ-থকউ হায়বা য়াদবা অসিদা ওস্থোক্লা রাগ্রে । ঙসিগীদি চাক্লা চাখিব্রাও ?
—অং থরা চাখি, য়াম্না চাখিদে ।

হৌজিক নাবা য়েকপা য়াবা নত্তে হাযনা ঙাংল-ঙাংলত্নুা মচাগী কাদা চংখি । মানা মচান্নুপীগী মনাক্তা তপ্না চংশিল্লগা—ইবেমহল নহাকপু কয়া কম্না ঙমদ্রিবনো ? নশা অত্নুা কযা শারবা, হায়ত্নুা মচাগী মরাইবক্তা, ময়াংলেন্দা পায়রত্নুা য়েংলি । মচাগী মনঙ্গলদা শিং, শিং নাল্লগা নশাসে খরদি শাব, অত্নুক হাক্লা শাবদি নত্তে, নঙব্ নকোক চিকপ্রা ? চন্দ্রীমা মমা মুংশা থীরে হায়বা খংলত্নুা যামনা তপ্না খুম্মকই—কৈস্থ তৌদেদা, কোকসে খরা ঙাওই হাযত্নুা তুমিন্না হিপ্পম্বনি ।
—অত্থ ওইবখদি ফৈ. ফৈ. গ্রীদি নুংশা থিকরে । নঙনা কবিস্থ থোইদাকপা তৌদে হাযরবদি ইমা কৈথেল ঙহাক্তা চংলখিগে । ঙসাই অমুক চংহৌগে তৌবনি, অমা অমক তৌরিঙৈ, অমদা অমক চংলিঙৈ চংপা ঙমহৌজে । মুমিং তাশিল্লকদৌরে ননাওবূ অঙাংশিং খরা কৌশিনহল্লু হায়রম্লগা মনিস্না থোকখি । ঙহাক কৈরগা মফিমরোল্ল হোংদোক্লগা বহারত্নুগা লোয়ননা কৈথেল কাবা চংখি । মুমিৎ তাশিল্লকপগা লোয়ননা রাধা অঙাংশিং কৌশিল্লগা ইমং চংখি ।



## ৩ শুবা

নিংথম-থাগী ফনা ঈংবা অহিং শুইত্তুনস্থ রাখলগী নৈশানা অঙ্গংবা ফাওখিদে। অহিং কয়া মপুংফানা তুম্বা ফংলক্তবা মাগী পুন্সিনি, ছিপ্লি হায়বত্তু মঙাইরে, খজিক্কা ফাওবা উইথবা য়াখিদে মহাক্কী মম্বিং। মীওইবনা য়াম্মা রাক্নরবা মতুংদা ঙহাকতং তুম্বা হায়বা অসি য়ামনা হুংঙাইবা মচাক্নি। অত্তুবু মহাক্কি রাখলগী চৈথেংনা হেনখিবনা মশাবু মশানা কাউথোকচখি। পোথাক্কম থংদে মাগী রাখল স্বর চাউনা চাউনা হোল্লি। মকোক অত্তু খজিক্কং লুকথরগা মথুংনা থদাং শোৌরগা রাখল অমা থল্লি। মাগী মশা অত্তু রাখলগী ঈরৈনা য়ামনা তামনা পুথখিবশুম তৌরি, অমুক অমুকন্থ সংসারগী রাংমদা লৈখিবগুম তৌরি। ঙহাক ঙহাকস্থ ভাব তারকখি। মতম অত্তুদা মানা স্বর লুনা শোল্লকই—

"করিনো ঐনা তৌগদৌবা, করি উপাই লৈরি মাগী রাখল পুনা ওল্লকত্রহুনা অমুক অমুকন্থ হিক্কা হিক্কা কখি। কপ্পা মথৈ কল্লুরবা মতুংদা মাগী রাখল থরা য়াংবগুম তৌহুনা অমুক তপ্পা হিপথখি। ছিপ্লি হায়বত্তু মঙাই তুমথবদি থক য়াখিদে। উসিদি

নিন্দ্রা লাইব্রেরীদু নুংথিলদগী হোৌনা মঙোন্দগী লাপনা চেনখ্রে। তুম্বা য়ারকত্রদুনা খাংলিবা মোলদু খজিকতং চিংথরগা মমায় অদু অরাংলোমদা ওল্লগা, স্বর অমা শাংনা হোন্দোক্লগা য়াম্না তপ্না কাংখলদু হায়দোরকখি। উইথবা য়াদবা মমিং অনিদুনা কদাইদা করি লৈরি হায়দুনা কোইথি থিবা হৌরকখি। মীচিক মীরাউখোল তাত্রবা অহিংদু মঙোন্দদি মচু পানবা লীলনা চীকপগা চপ, মান্নখ্রে। অচিকপদু হৈনত্রদুনা নোং ঙাত্রবদি নুংঙাইপ্রনি হায়দুনা মপুকনিংদা খল্লি। ঙসাই মখে অচিকপবু নিন্দা তৌদুনা ঙাওরুরবা মাগী রাখলনা হুক্তিলকপদা মচা অনিগী মরমদা খনবা হৌরকখি। মানা মচা অনিগী রাখল তৌরগা মমায়দু ফক্লাংদা য়েংখৎলকখি। ফক্লাংদা থেৎলিবা মচাগী ফোটোদুনা মনাক্ষ ইপাক পাক, মমিং তক্ত তরুনা মঙোন্দা য়েংলগা লোকপ্‌থুম হৌরি। মানা মচাগী ফোটোদু উবদা হিপ্পুনা লৈথোকপা ঙমত্রদুনা তপনা ক্ষুংদগী হোগৎলগা মচাগী ফোটো লৈরিবা মফমদু তম্না চংশিনখি। মানা ফোটোদুদা মুম্না য়েংলগা শোল্লকই—"কয়াদা নুংশিখবা, কয়াদা চমলিবা পুক্নিনো, অদুবু ঐনা পল্লেপকম খংত্রবা অরাবা অমা হাপচিনবীরি" অসি হায়রদুনা মচাগী ফোটোদুদা মুম্না য়েংলগা হিকনা হিকনা কপ্পগা মখা অমুক তারকই —"নখোয় ইমাবু রারোগদু" অরেপ্পা লৈতনা শিক্ষারক্লিবা শীরাংনা মচাগী ফোটোদু হুম্না হুম্না চাম্নখোকখি। মানা ফোটোদু মোল মখক্রা উপশিন্দুম্না খল্লগা মনাক্তা ইশিংশিনা তুম্নলিধা মচা অনিত্তুদা মুম্না য়েংল্লি। মরাল লৈতত্রবা অঙাং অনিদুদি নিংঙাইদনা তুমল্লি। মখোয়গী তনৌ তমৌরিবা মায়থোংদু য়েংলগা তুমিন্না লৈরোকপা ঙমত্রদুনা তুমল্লিবা মচাগী মমায়দা মথুং অদুনা তপনা তথনা লানবীগি। অমুক্তম মমাক্না উপশিন্দুনা লৈরিবা ফোটোদু লোখৎলগা—"নখোয় ইমাবু রারোগদু

হায়না ফোটোশুদা হুম্না, হুম্না চুপ্নি। উহাক নৈরগা মমায়-মখিং অদু তৈথোক্লগা ফোটোদু লৌখৎলগা হায়রী মফম্দা থেং-চিনল্লরগা হম্পোরকপদা মাগী নাকল ওইরম্লা থেংলিবা বীক্রমগী ফোটো অদু উরকখি। পীবাংনা থুমহৎলবী মখিং অনিদুনা ফোটো-শুদা মুম্না য়েংলি। মোমোম্লবা বীক্রমগী মায়থোংদু উরুবদগী মাগী হৌখ্রবা পুন্সিগী খোঁদোকশবা মথং মথং অমমমতা ওই-না মিংশিংলকখি—মহাক মেট্রিক পরিক্ষা ওমদুনা কলেজ কারে। ছাত্রগী পুন্সিদা মেট্রিক পাস তৌনা কলেজ কাবা হায়বসি যাম্না মুংডাই, পুন্সিংদা অনৌবা অশাগী মঙাল অমা ফাওবকপগুম তৌই। হায়রুদগী কলেজ কাখৎলকপা মতমসিদা মখোয়গী পুন্সিগী লম্বী পাক-চাউবা হেনগৎলকপোই নিংই। চেকশিনবা খরা ৱাংপা মীগী মফমদদি লম্বাংননা চৎখিদুনা অরেম্বদা য়াংখি। কনাগুম্বা পুন্সি করিনো হায়না মশক খংবা মীগী মফমদদি অর্থ লৈবা সমাজ অমা শেমদুনা নিংচংকী লম্বী চাউনা কখিবা মীদু কোঙ্গাই-নি। চন্দ্রীমা মেট্রিক পাস তৌদুনা কলেজ কারে। মহাক পিঃ ইয়ুঃ সেকেণ্ড ইয়ারদা তমলি। হুম্না লাইবিক্তা মথৎহাই য়াওজবী ওইরনে। কলেজ কাবগী অনৌবা রাখলনে। অনিংবা আশা অমগী মথাদা হায়দগী হুম্না কম্না হোৎনরি।

ওসি কলেজকী ভোটনি বীক্রম ফাইনান্স সেক্রেটরি ওইনা লেপলি। অমুক অওনবদগী হৌনা মাগী মাগী মীচং শেমদুনা জীপ জীপ্পা তোংদুনা মী লৌবা চৎনরি অমুক ফনা ওক্লি। কোম্বোং-দা গাড়ী থাম্মখিজা মখোল অমা তাখি। চাউবা শুজাডদা বাই শিংলম্বদগী মমায় নৈদুনা য়েংলি। তাঞ্জা অদুমক্তদা সোগ্রো জিনিনা মাঙ থাদুনা মুপী অনিশুক্কা চংমিন্নকখি। চাউবনা মচেম্মা সোরেংদা য়েংলগা—ইচেম্মা অমুক ওমা কদোমদগীনো ? সরোজিনিনা নোক্লগা চাউবদা হায়রকখি—মী ফারগা থরক

শিজিন্নগে হায়হুনা খীবা লাকইবনি, নখোয়্‌ নচেম্মা হৌগংগ্রা ?

—হৌগংগ্রে, মনিং পুথ্রিদগী নৈ ঈশিং চাইন্নবা ঈশিং পোকপা চংখি।

—উম, তৌরমগনি নৈসে ওয়্যোক্লা পামজখবনি, মথ্‌ৎইগা চপ, মাম্মনা খজবনি হায়হুনা বেংবে ঙাংলিংদা চন্দ্রীমা ঈশিং পুহুনা চংঙ্কই। মানা মখোয় অহুম লেপ্লনা নৈরম্বা উবদা নোক্লগা—কয়া কুইরে নখোয় লাকপা ? মীতোপ, থুংলবাদোনা লেপ্লনা নৈরমলিবসিবু করিগীনো ? চংলসি লাকও হায়হুনা বাটিলহু নৈপাক্লা থম্মী। মাগী মতৌ উবদা লক্লনিংহুনা সোরোজিনিনা হায়রকই—মঙ্গল ওইরে ভোট কারনি।

ওসিগী সোরোগী রাঙাং হায়ফেৎ চিংনৈ অতুবু থোইনা অর্থদি খংদ। চন্দ্রীমা সোরোজিনিদা যেংলগা নোক্লকই, রা মথাদি তারক্কে। মানা ময়ামদা য়েংলগা—চংলসি, হায়রম্লগা মহাক্লা মাঙ থাহুনা চংমিন্নখি। থুনা ইমুংদগী মোড়া অহুমথক পুখোক্লনা মাঙ্গোলদা থারম্লগা—ঐ ফি অমুক্লা হোংলুখিগে, নখোয় পোত্থারমখো হায়রম্লগা ইমুংদা চংখি। মানা মফি শেংনা শেংনা থোঙনাউদা য়েংলগা চাউববু কৌরকই—চাউবা, চাউবা ওরাং ঐনা থাবা মথারোমগী আতর গুলাপহু ঈশিং খরা চাইবীয়ু। ঙাংনা ঙাংনা মশম মন্না হাংপা লোইশিনরে। মানা মশম অহু বিনি লোল্ল লোল্লহুনা সোরোজিনিদা ওলশিল্লগা হায়রকই—য়াম্মা থাজদবা মুগী অমা ওন্তা লাকপসিদি ভোটকা কাগদবোই নিংই।

কাহনগে হায়দলা অহিং তুমদবথে চেগরিবনে ইবেম্মা, হোরেল কাৱগা মীগী মতৌ য়েংবা ওমজরোই। চনম্রীমা থোইনা খয়ু-দনা সোরোনা ঙাংবা লোইত্রিঙৈদা তওক ওক্লনা খুম্নকই—

এজেন্তনা অমুক ফরবদা করিগী কারোইদৌরিবনো ? মাগী রাঙাংহু তারগা সরোজিনিনা ময়েক শেংকাত্তনা—কারনি, কারনি রাকুহু। রাহৈ খরহু মামা মায়া লোমা ঙাংবা রাঙাংনি অদুবু মহাকী মনাকোংদা মায়া ময়েক শেংনা তাখি। মহাক হায়রক্লেং ইকাই, সরজু অমত্থুং শান্তিবালাগী মমাঙদা; অদুবু রা মথা তাবা ঙমদ্রদ্বনা তুম্মিনা লৈখি। মানা রাদি ঙাংথোক্তনা মপুক্কিংদা করিগুম্বা খরা খনখি—করিনো মাগী ঙসিগী রাঙাং অসি লোইনা অথ লৈ, থবক খুদিংমক ঐঙোন্দা খাংজিনলি, অসিবু মীনা করি খনখিনি। মখোয়গী বীক্রম হাযবিনা মুপাহ্নবু ঐগা করি থোক্লে, মশক ফাউবা নিংথিনা খংদে। ঙহাক রাখল তৌকরগা ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে, খল্লরোই অরেপ্পদা মথা শামনবনি।

মখোঁয় অহমত্থ চন্দ্রীমা ঙাযবা ওইনা মপান্দা রাবী শান্নবি। সবজুনা য়ান্না তপ্পা সোবোজিনিদা য়েংলগা হাযবকই—সোবো, নহাকসে ওস্তোকনা হুংঙাইখিদ্রে, ঐদি চুম্নদা ঐথোয তামোনা হংই, মখোয়সু শোইদনবা খরা হায়জিল্লু হায় হায়বগী রাতনি। চন্দ্রীমানা করি খল্লমগনি ঐদি ওস্তোকনা ইকায়জগ্রে। সরজুনা ঙাংবা তাবোই তাদবোই থৌ ইশা হেক শাদনা সরোজিনিনা—ঐ মঙোন্দা করিসু হায়দেনা অরুপ্পা থবক অমা পীশিল্লগা মথৌ হাপকে তৌবনি। সোরোগী রাতাদু মুংঙায়মনখিত্তুনা মখোয় অহুম নোকমিন্নরি। মখোয়না নোক্লিংঙে তাঙ্গাহুমক্তদা চন্দ্রীমা থোরকই। ঙসিদি মানা খ্বাইদগী হেন্না পামজবা মচুগী ফি-রোল শেং-চারি। অর্কনা মচুগী ফনেক, মচ অহুমকী ফুরিট অমত্থুং ফি শেং-ইনখি। হেক য়েংবদা লুই, কুচুদা ফিনা তাংজরি। তশেংনমক ঙসিদি চন্দ্রীমা রারকী তরালতুম নিংথিরি, য়েংবদা মিৎথম হোংবা য়াদে। হায়নল্লিবনি মীতৈগী মোইরাং ফিজন চনবা ফি, য়েংবদা তোপ তোপ্পা উরিবনি। সোরোজিনি থোরকলিবী

মঙোন্দা থৈংলগা হায়রকই—ভগ্যাবতি ইমানা মমুত্তা পাংশৎ পায়হনা য়েক্কবু হাংদীরগে হায়হনা চোংথোরকবা অদিদম কনাবু কিক্ষিগনি। ঐখোয় ভোট শোয়দবা কারকনি। মকল ওইক্রিঙৈদা চংহৌরসি হায়হনা লোরোজিনি কয়ম্ফদগী ফুক হোৎশিনলি। ঙসিদি চন্দ্রীমা লোরোগী রাহে থরনা হক্তিন হক্তিন ইকায়বা খঙখি অহুবু থৌ ইশা শাদনা—হেরা লোয়ো। নঙনা হেক চাংথোরকপা অমা। ভোটপু কাদনবা লেম্না হৌনরা? শোইদনা কারনি-লোংখংলো হায়রগা মখোয় থোকখি। ইথা হেক থাজদনা মোলি মোলি ঙাংথোরকপদা মায়া নোকনিংনুরম্মলে মচিন খুমলগা থিক থিক নোকলি। চন্দ্রীমানা মাঙ থারগা মখোয় ময়াম নোক্ক। নোক্কহনা থোরকপা উবদা অরাং শঙ্গোইদা শঙ্গোম শুমলিবী মমানা মচাবু কৌরগা হায়রকই—ইবেম্মা নংবু কদাই চংক্কদৌরিবনো। অস্থক ঙম্না কয়া থেংনা হল্লক্কদৌরিবনো? ঙরাংস্থ নশা ঙমদে হায়হনা চাক চাদে। পুংথেং থেংঙক্কহ্নকো। মমানা রারৌরপ তৌবা রাহৈনা মপাবুংদা হায়রকই—মহোয় মপাবুংশিননে শঙ্গোম থরা ঙম্না শুমসি হায়বা য়াবা কৌবা লৈতে। অঙাং অসি করি গুম্না অমত্তা চাদনা চংশ্রেন্নেসে। মনিসনা ঙাংনা ঙাংনা যণগী হয়িং হুমলি। মমানা ঙাংবা তারগা চন্দ্রীমাগী মপাবুংনা অমুক হংঙকই—ইবেম্মা নংবু কদায়দনো অস্থক ঙম্না? ইপাস্থ শঙ্গোম শুম্না লোইরে মমাবু ঔহরগা থরা থকখোদনা। চন্দ্রীমা মপাবুংনা হংলকপহনা খুমদবা য়াত্রহনা। য়াম্না ঙম্না—ঙসি ঐখোয় কলেজগী জোটনি, অহুনা চুম্না চৎবা য়াত্র। পংথেং থেংলকলোই পাবুং হায়রম্লগা থোকখি।

কলেজ স্কোয়রে মখোয়মক ঙাক্তহনা মী থরম্ব লৈরম্মী। মখোয় শিংহগা গ্রূপ অনি খোয়া লোমলে। শেমলিরা গ্রূপ অহুনা লাকইবা শ্রীপুম: খুদিংমক হরাউ, হরাউ ভরাম ভরাম ওক্রহনা

মখোয়গী মী ঙাক্তা ওইনবা কনা হোৎনরি। অয়ুক পুং ৯ তাক্লকপগা লোম্লননা জোটিং থাদনবা হেল্লে। মী মথং মথং কনা য়াম্না থাদনবা হৌনল্লে। চন্দ্রীমা মখুত্তা পাযরিবা কার্ডশিংছু মমাম্বীশিংদা অমম্ম পীরুগা হায়রকই—সেরিয়েল নম্বর ১ নি শোয়বিবা য়াদেকো। মাগী মতৌহু উবদা মী খুদিংমক হুংশিবা অমা পোকখি। ঙসাইমখে মী খোমজিনবা হোৎনবদা অতোপ্পা অমদা য়েংঙবা শংত্রবা মহাক্কী মমিৎ অচুনা লৈথোরকপদা তপ্পা থোরকপা জীপ অমগা মিংচানখি। তপ্পা থোরক্লিবা জীপ অমত্তু খামখ্রে। গাড়ী অহুদগী কামেশ্বরগা শ্রীক্রমগা কুমথামম্লকই। মানা জীপ্পগী কুমথরক্লিবা লুপা অমিত্তুদা মুমা য়েংলগা মপুক্কিংদা খল্লি—ওস্তোক্পা মাম্লে, করম্না লাইনবু শোক্লিবা। খবা মরেপ বাংবা, শিন্দুর নম্বা অসি ওইরমালে বীক্রম হায়বত্তু মনা খল্লিদৈ তাঙ্গাহুদা মনিংদগী লুপা মমনা হায়বকই—বীক্রম লাকএ, লাকএ। মাদি মাম্নথোং ফনা কৈ কাবগু ময়াই। বীক্রম খাউ অচৌবা অমা য়াম্লগা কামেশ্বরগা লোয়নননা চংশিল্লকই। মহাক্কা মীয়ামদা মখুং লেপ্লরতুনা হায়রকই—সেরিয়েল নম্বর ১ নি শোইবিবা য়াদেকো। চন্দ্রীমা বীক্রমদা হায়কেৎ য়েংলম্মীদি হায়বরু থোকনা পুক্কিং লুপ্পা য়েংঙবদি নত্তে। মহাকন্থ মমাম্বীশিংদা অমুক ওলশিল্লগা—সেরিয়েল নম্বর ১ নি খরা থাদবীযু শোইবিবা য়াদকো। ঙসিদি মীপুম খুদিংমক মাগী নোকমি নোকমিবা মীনোক্পা লোইনা পুক্কিন শিবগুম তৌরি। মানা মমাম্বীশিংদা কার্ড পীরম্লগা লৈথোরকপদা বীক্রমগা কামেশ্বরগা য়েংদুনা লৈরম্বা উবদা খাই লাউখি তৌফম থংদে মমায় ঙাংতক তৌখি। মহাক্কী হৈনদবা মতৌহু উবগা কামেশ্বরনা ইচম চম্না হায়রকই—য়াম্নগু বাবীরে, অহুবু শোইহুনবিবা য়াদেকো। চন্দ্রীমা কামেশ্বরুগী বাহৈগী পাউথুম ওইনা নোক্তমক নোকই।

ঙহাক লৈরগা কামেশ্বরগা" বীক্রমগসু মমাঙখ্র থরনা পুহনা থোক্লখি। মখোয়নি হেক্ক থোকখিবদা মা নেংহেক তাইং, রাই ঈশং শংই। ঙসিদি চন্দ্রীমা বীক্রম উরুবদগী মাগী" পুক্নিং লৈতাক্কম থংদে, ইত্তং ত্তত্তনা সিংশিংলকই সোরেংগী রাঙাং"থংহৌ" দনা মপুকল্লিংদা য়াম্মা নক্কবা মরি অমগুমনা থল্লকই অমম্ভং মাগী অরাবদা শক্কক য়ারকখি, কাঞবদি করম তৌনি হায়বগী অরাবা অমসু কল্লা ক্কাওরকখি। মাগী মথ্রাই য়াওজবসু উবদা সোরেং জিংনিনা ফাগী তৌরকই—ঙসিগী ভোট অসিদি মশা ঙমদবা মীকাসে মপাঙ্গল য়াম্মা হাপকংলিকো। ঙরাং হুংদাংদগী চরা হেন্দুনা লাই নিংজরিবী মাগী মফমদদি ঈশ্বরনা বর পীবীরনি হায়রি। রাকনু শোইদনা কারনি চন্দ্রীমা সোরেংজিংনিদা য়েংই রাদি ঙাংদে, মানা মপুক্নিংদা অমুক থল্লি—ঐগী পুক্নিংগী অরাবসে মানা থংলবা জাৎলা নত্রগা মাগী মচিন:থোক মরৈথোক পংঙাং চাংজি জাৎলা, ঙহাক রাখল তৌরবা মতুংদা শককম হুজিন্নগা য়াম্মা তপ্পা—থংত্রে, সোরেং নঙাক্না ঐবু চাউরবা পোৎলুম অমসু পাংগৎপীরে, হুজিন হুজিন ইকাইবসু পীবীরে। ফরুবসু-কত্রবসু মীগী মচন অমা ইচাউ চাউনা য়াওরি, মানা করি থল্লমগনি, ঐদি ওস্তোকনা ইকাইজখ্রে। অতুগা ভোট লেপ্লিবা হুপা অসিগা ঐগা করি থোকনৈ মাগা নোংমতসু কৌনরুনা লৈতে, মীনা তাত্রগা ঐবু শেরামনা লৌথিনি।

—সোরেং চন্দ্রীমা রারৌরে হায়বা থংই, অতুবু থৌ-ইশা হেক শাদনা অমুক মথা তারকই-থজসনু মরম লৈ। হুন্দক্তি চন্দ্রীমা ইকায়রমাল্লে স্তুমিম্মা লৈখ্রে।

হুংথিলগী পুং ৪ রোম তারে ভোট মশিং থিবা হোৎখ্রে। অহানবদা বীক্রমদগী সরতনা মশিং য়াম্মা হেনখি। বীক্রমগী এজেন্ত পুম্নমক মক লুকথনখি। মহাকসু মশিং থিবা য়াওরম্বদগী

মীনা হেনখিবদগী লৈবা ঙম্নক্ত্রদুনা হৌগংলগা মপান থোকখি। মানা মপান থোকখিবহু অতৈ কনামত্তা উহৌদে চন্দ্রীমাদি তশেং তশেংনা উহৌই। মহাকস্থ মীনা মশিং অস্থম হেনখিবদগী লৈফম খংলমদে, মপুক্লিংদা মীপায়বা অমা কম্না পোকখি। তৌফম খংদহুনা ফিজিনা হুমায় হুমগা লুকথরম্বা মমায়হু হায়গংলকপদা বীক্রমনা ফম্নম্বদগী হৌগংহুনা থোকখিবা উবদা মহাক্কী পুক্লিং লৈতাফম খংখিদ্রে। মানা য়াম্না মীপায়রিঙৈ তঞ্জাহুদা বিঃ এঃ সিগী থিবা হৌরকই। বিঃ এঃ সিগী থিবা হেক হৌগ লকপদগী বীক্রম্না অস্থম হেনগংলকপনা সরত্তগী মশিং ৩১৫ হেন্দুনা বীক্রমনা ভোট কারে। বীক্রমগী এজেন্ত পুম্নমক হরাউনা লাউর লাউরহুনা ময়ুমদা হুনখি। চন্দ্রীমাস্থ ভোট কাবগী নুংঙাইবা ঈথক-ঈপোমগা লোয়ননা ময়ুমদা হুনখি।



# ৪ শুবা

ভোট হায়দোকখিবা মতুং নুমিৎ ১০ নিমুক হেল্লে অদুবু চন্দ্রীমা কলেজ কারকপা উদে। বীক্রমনা মপুকনিংদা খল্লি করি তৌরবনো, ঐগী পুকনিংনদি মাবু থীরি, হৎনিংলি মাগী মপাউ তঙ্ভনা, অদুবু অৱাবদি কনাদনো ঐনা হংলুগদৌরিবা ? কবি উপাই তৌরগা উম্নবা ফংগদগে হায়না খনবদা অৱাবা অমা ওইরি। অমুকত্তু লুশিন্না খল্লকই—করিগীনো ঐনা মাগীদমক্তা অমুক ৱারিবা, করিগী তানিংলিবা মাগী মপাউ, মাবু ঐগী করম্বা মরিনো, মখল মথেল কয়াগী ৱাহংনি মাগী থম্মোয়দা হংজারিবা। লোম্নোক্তবা থম্মোয়নিনা পাউখুম খক পিরকখিদে। মরম অদুনা মানা মশা মতোমক্তা অমুক পাউথুম পীজরকই—মানি ঐগী পুকনিংগী লৈকেলিগী রানী, অদুবু মীপুন খুদিং ওইনিংলমগনি লৈখোঙ শংবা খোইমু। য়াম্না লুবা অমনা অমুক ; ঐনা মতোন্দা পুকনিংগী ওইবা ৱাফম খরা ফোংদোকউবদা অরেম্বদা তাডুনা তোক্রবদি খোইদোকনা নিংবা কাইনিংঙাইনি। ৱাখল মতেক খরদু খম্না খম্না মফি মরোল শেংপা লোযরদুনা মযুমদগী সাইকল ইম্বোক্রগা

থোরকই। মানা লম্বীদা সাইকল থোনা থোনা থল্লকই—রাফম অসি কামেশ্বরদা হেক্তা হায়দোক্লসিল্লা নত্রগা তুমিল্লা অসুম তোক্লসিরা? কক্‌ভাওনরবা ঐগী পুকনিংগী রারিসে মহাকনা তাপ্পগা করি অমুক থনখিনি। ওহাক মুন্না রাখল তৌরবা মতুংদা অমুক থল্লকই—কবিগীনো ঐনা মাবু অস্থক ইকাইরিবা? মহাক্তি মরুপ ওইবতা নত্তনা ঐগী হকচাং তখায় অমনি, মঙোন্দা হায়দোকপদা কবিগী চিংনরি। অসুমনা য়াম্না লুনা থল্লুরবগী তুংদা কামেশ্বরদা হায়দোক্লগে হায়না চপ মুংনা থনখি। মথল-মথেক্ল কযাগী লুভাইরবা মঙ, কয়াদা তাঁওতুনা চৎলিবা বীক্রম কামেশ্বরনা কৌবকপা তাঁখিদে। মানা তাপ্রে হায়বা থংলতুনা খোল থরা কল্লপনা "বীক্রম" হুন্দক্তি তারমালে মমায় লৈথোরকই। মাগী মতৌতু উবদা কামেশ্বরনা নোক্রগা—ভোট কাবগী লুংভাইবা রাখল-দবু তাওরিব্রা, নত্রগা থম্মোয়দা কনাগুম্বী অমত্র চিকনা থিরিব্রা? মরুপনি হায়তুনসু থাজনিংভাই লৈতে। মী হায়বা জাৎ অসি মক্তবু কনানা থংনি, হা নত্রনে?

কামেশ্বরগী রাভাংদু তারগা মপুকনিংদা থনখি—ঐগী পুকনিংগী মমি অসি মায়থোংদা তারতুনা হায়রিবা জাৎলা? নত্রগা চুমনা লকননিংতুনা তৌরিব্রা, অনিগী মরক্তা অমদি ওইরে। অতুবু ফরে করিসু কায়দে, হায়মা থংবসু থওবা, মতুংদা থঙলকপসু থওবা মসিদা চিংননিংভাই করিসু লৈতে। তশেংনমকসু মাগী পুকনিংগী মমিতু মায়থোংদা মম্লেক শেংনা তারি। মানা মথম্মোইগী নিংভাইবু তপ্পা থেমজিল্লগা কামেশ্বরদা হায়রকই—নহাক উমগে হায়তুনা থোরকপনি, ফরে থেংনবা রাগী শামগ-গদৌবা য়াম্না লৈ। লম্বীদা লেপ্তুনা ভাংনবদি হুংভাইতে মরমতুনা অসিদা লৈরিবা হোটেল অসিদা চংলসি, হায়তুনা রাগী শানা শানা হোটেল লৈরিবা অদোমদা চংমিল্লখি। মথোয় অনিনা

ফাল অত্তুদ। ফম,থরগা ঠৌরানীব্ কৌরগা হায়রকই ঠৌরানী, চা অনিগা চানবা অনিদগা পীবিয।

—ফনি ফনি ইবুংঙো।

মখোয়নিনা রারী শাত্তুনা ফম্লিঙৈদা ঠৌরানীনা চাগা চাম্নবগা। পুরক্কনা পীরম্লগা চংখি। বীক্রমনা চাত্তু অত্তুক্কং চিংলগা হায়রকই—ঐখোয়গী ইম্নর এক্সবসন অসি কদাইদা চংশি হায়বা? নহাকম্ম অক্ষবা মফম অমতং থল্লকউদনা? কামেশ্বরনা ঙহাক রাখল তৌরগা—থরা খুদোংচাগদোবা মফম হাযরগনা মোইরাংদা মঙাম্ন। হৌজিক্কি মোইরাংস্থ থায়নগী নত্তরে। যাম্না শোংবা নুংঙাইরে। মখোয়নিনা অফ-ফত্তা খম্নরিঙৈদা মপান্দগী নুপীগী খোঞ্জেল অমনা ঠৌরানীবু কৌর কৌরত্তুনা চংঙকই। ঠৌবানীনা মন্নুংদগী খুম্মী—করি হায়গে ইবেম্মা?

—তল অশাবা নৈবীত্রাও?

—নৈ, নৈ ইবেম্মা।

—নচানুপীনা ইমা ঠৌরানীগী তল অশাবদো চানিংঙী হাযহৌই অত্তুদা নৈকগে হায়ত্তুনা লাকইবনি।

—ঙাইখোনে ইবেম্মা, হন্দক মবকম্নিবু নচা ইবেম্মবু ইউ উদে কদাই চংলুগনে?

—কদায়দবু চংলুগনো ঠৌরানী নাত্তুনা নৈরেনে, চাক ঈশিংকা চাদবা যাম্না কুইবে। নহান্দো মখোয়গী কলেজগী ভোট তৌই হাযত্তুনা ঙস্তুনা মমাম্নবীশিংগা চংম্নিম্নখি। ঐদি চংখিন্নু ফনা হায়জবনি অত্তুদা মমাম্নবী অমগী মবুং ভোট লেপ্পি চত্তবা যাদে হাযত্তুনা ঙস্তা চংনখ্রে। মশাত্তু নারি-শারি তৌত্তুনা নৈবগা নুংশা মরক্তা থরা কৌরুবগা মপা মপা হেক চাম্নখ্রে। ঙসি ত্তরানিমুক হেল্লে চাক ঈশিংগা অমত্তা চাদবা, অত্তুবু ঙরাংদগীদি থরা থরা চা-থক্লে।

ঙসিদি ঐনা কম্রি চানিংগে হায়না হংঙবদা ঙল চানিংঙী হায়-হৌরি অতুদা লৈকগে হায়তুনা থোরকইবনি। খংগদদা ঠৌরানী খরগা কেখোক্লগা য়োক্রে মশানগা চাওখক উ হাযবগা রাগশ-বনে ঐদি ঙম্বোক্না রাখে। অসুম্না মনিম্না ঠৌরানীগা রারী ঙহাক শামবম্নগা হোটেলদগী থোকখি।

ঙসাইমখে হোটেলদা চা থক্লিবা বীক্রমগী মনাকোংদা মখোয়নিনা শামব্লিবা রারীশিংহু মযেক শেংনা তাখি। মখোয়গী রারী তারগা মপুক্লিংদা খল্লি—রামনবনা তৌরিবনি তাবদা ঙম্বোক্না নুংঙাইতে, অতুবু কামেশ্বরদা কবম্না হৌদোক্নগনি। মানা মপুক্লিং-দা যাম্না বানা খল্লিগৈদা কামেশ্বর মনিম্না চঙখিবা অদোমদা যেংলগা—হৌজিক নারি হাযদুনা রারী শামবম্নবু চন্দ্রীমা এই-বনগদ্রা? অদুগা মমিংদুদি ইবেমহল হায়গুমনা তৌই, ওইরমদবসু মযাই অদুবু চঙখ্রিবা কোম্নাং অসিদি চন্দ্রীমাখোয মগুম চঙফম-দুনি। অশেংবা অমদি খংনিংঙী ইমা ঠৌবানীদা হংশিবা? রাখল ঙহাক তৌরগা বীক্রমনা—হংবরুদি মযাই অতুদা

—অদুবু কবি তৌই হাযবগে, ঐহাক হেক হংগে হায়বগা মঙক্কু খজিক্কুং থাংগৎলগা কৌবকই—ইমা ঠৌরানী, ইমা ঠৌরানী।

—করি হাযগে ইবুংঙো?

—য়াম্না চীনবীব্রাও, বা অমত্তা হংজগে তৌবনি?

—চিংদে, চিংদে ইবুংঙো, ইমা থোরক্কে হায়রগা মখুৎ হাম-দোক্লগা থোরকই। কামেশ্বরনা ঠৌরানি হেক উবদা ঙসাই নাম্নি হায়রগা হুপীমচাহুবু মমিং কৰি কৌবগে? নোক্কফেং তৌরগা ঠৌম্রানীনা—ঐখোয়দি ইবুংঙো ইবেমহল হায়না অতুমক মকোই। মহু নত্তবা অতোপ্পা অমমু লৈবনি, মাতুমদি মপানা থোনরুনি। হায়ফেৎ নিংশিংলগা ঠৌবানীনা মখা তারুকই—

মাগী মনিংচুবু "চন্দ্রীমা" হায়ব্রা করিনো ? ওইবমাংলেদা চন্দ্রীমা হায়বা, মপালনা ইচাগী মায়থোংদি লাজদনা চেনা তিংডী হায়দুনা থোকবনি। তলেংবনকস্থ ভাগি অডাং অসিদি ওয়েরকপা কাপ্রা, নৈবু নৈংভ নৈকাই অসিদা। লমচৎ ব্যবহারনা ফজরিবা মীকোমীরম্মা হুংশিরিবা, ওন্থোক্লা কৎত্রেদা।

মখোয়নি ঠৌরানীগা রারী ওহাক শাম্নরবা মতুংদা হোটেলদগী থোরকই। লম্বীদা কামেশ্বরনা বীক্রমদা হায়রকই—ঐখোয়বু হৌনপা থংদে হায়খিনি, সরজুখোয় থারগা হংহল্লুবনা ফত্রা ? —নহাক্লা হায়রিবত্থু য়ায়া কয়া রানি, ঐনা মংডোন্দা হায়কনি মাতুদা মানা হায়রকদোবা রাহৈ, অদুগী শক্তকপুদি হোরেল কলেজদা ময়াম পুম্ন! মখোয় নৈরিবৈদা হায়বনা ফত্রা ? অসুম্না মখোয়নি অফ-ফত্তা কয়া থক্কগী তুংদা ময়ুম মখুমদা হল্লখ্রে।

ভোট হেক লোইখিবদগী সরোজিনি কলেজ কাবক্লে, মরমদি মহাক্লা মচে বীলাসিনি উকিল বীমোলদা চেনখ্রে। মহাক্না নুংঙাইবা মতুংদা চন্দ্রীমাগী অনাবা হংরা লাকই। মহাক নারে হায়বা সোরোজিনিদি হায়রনা থংখি। মানা মচেম্মাগী নুংঙাইবা য়াওহনলিংতুনা বাংেণ তৌহল্লুই। বাংেণ তৌবা চংলুবা হুপাংমচাতুনা হল্লরগা হায়রৈ ইচেম্মা চন্দ্রীমা নাতুনা লৈহৌই। মহাক নুংঙাইবা লাকপা ওমগদৌবা নাংন্দ। পাউতু তাবদা সোরোজিনি য়াম্না নুংঙাইতে, খুদক্তা হংবা চৎনিংঙী অদুবু থুদোং অমা চাত্রতুনা তুমিন্না লৈরে। নুংঙাইবা মতুং তুমিৎ নিনি ইমনি লৈরগা মহাক অনাবা হংবা লাকই। ইথা 'থাজদনা' সোরোজিনি লাকপা উবদা মমাসিনা তরাম তরমা—কুইরেদা ইকেম্মা ইচান্দি উদথা, করম তৌরি ? নখোয় মচেম্মা নুংঙাংলে হায়রে, করি লমদনো, করি থবক তৌরি ? মানা থুম্না মংত্রিভৈদা অপনবা লৈতনা হংথরকপা মমাসিগী রাহংনি। মমাসিগী রাহংগী পাউথুম ওইনা সোরোজিনিনা

শম্নপ্না খুম্মকই—য়াইস্কুলদনি ইমাসি মমিংনা বীমোল কৌই, উকিলনি। ঙহাক ৱাখল তৌরগা মনিসনানা—নচেম্মাখোয়দি মশানা জ্ঞান তাবনিনা থবক খুদিংমক খল্লগা তৌই। নখোয়স্থু নচেম্মাগী মতৌ তম্মু; নুপী হাঙ্গবা অসিদি য়াম্না চেক্সিন্না চত্তবা য়াদে, খজিক্কুং হেক শোইখিবদা ফজফম লৈতে। থংদ্রে ইচাশা নখোয়না চাউশিন্নকপগী মতুংইন্না ইমাখোয়স্থু ওন্তোক্না ৱাথ্রে। নচেম্মা নুহোংবা নুমিৎতু ঐখোয় ইবেমহলনা চৎনিংবা উবদা ইমাস্থু নুংঙাইতবনা। ঐনা মাগী নুংঙাইতবদু খরা ফমবা হায়দুনা ইমাগা নোংমা চংলসি হায়দুনা থেমজিল্লে। ৱাহৈ খরদুগা ইশন, শম্মনা মনিসনানা হায়রকই চংঙ চংঙ মাগী কানা লৈবনি।

সোৱোজিনি মমাসিগী ৱাহৈ খরদু তারবগী তুংদা ইমুংদা চংশিনখি। মা হেক উবদা চন্দ্রীমানা নোক্রগা—চংঙকউ সোরো! ঐদি কমামত্তা উনদনা শিরদবোই নিংঙরে, নহাক হেক্ উবদা হকচাংগাসে থংকন কংথৎপোই নিংঙী। চন্দ্রীমাগী ৱাঙাংদু তারগা সোরোনা লক্সরকখি—ঐ উবদা অতুক য়োনা কনখৎলবদি, কনা গুম্বা পুক্সিংনা খোরাংনা ঙায়রিবা মীগা উন্নবা তারবদি হৌগৎতুনা চেনগে হায়রকপস্থু ময়ারিবা জাংনি। চন্দ্রীমা সোরোজিনিদা অর্থ লৈনা য়েংলগা হায়রকই—নহক্কী ৱাতাসি ফনা নুংঙাইরি হায়রগা মখোয়নিমক নোকমিম্নে। সোরোজিনিনা নোক্রবদগী ফিবম হঙ্জিল্লগা—ঐ অসিনা মনুং-মপাল ফাউনা উবা ঙম্বা ঈশ্বর অনা ওইরম্নবা, নত্রগা শৈহেক হৈবা কবি অমা ওইরম্বা তারবা, পুম্নমকপু থাহুনা শকলমগদৌবনি। হায়রিবা পুম্নমকতু ইশোক শোক্তুব সিদনে ঐনা য়াম্না ৱারিবা। মাগী ৱাহৈ খুদিংমক অর্থ লৈ মাগী 'পুক্সিংগী' অঁরোনবা পুঁম্নক থংবঙম্না তৌরি। ঙহাক ৱাখল তৌক্রগা হায়রকই—পুম্নমকপু উবা ঙম্বা ঈশ্বরবুস্থু নত্রগা,

শৈহেক হৈবা কবি অমসু নম্রবী, নহাক্না অদুক শৈহেক হৈরবসিদা করিগুম্বা নহাক্না অক্বাওবা কবি অমা ওইরম্বা তারবদি সংসার সিদা নহাকী লম্বা থীবদা রানা থোকনি। অসুম্বা মখোয়নি রাহৈগী লাং থাক্করুরবা মতুংদা সোরোজিনিনা—নহাক নাবা খরা ফরগৎসি ওন্থোক্না নুংঙাইরে। ঐসুনে কলেজ কাদবা কুইরে, ঙসিদগী অমুক চৎলগে হায়দুনা তৌবনি। থেংথে ঐ অমুক চৎলগে নহাকসু নাবা খরা ফরবনিনা ঙসি নিনি হুম্নি লৈরগদি কলেজ কাবা ঙম্লনিদনা !

—অং ঙম্মনি, অদুদি নহাক চৌরো, ঐহাকসু নোং-নিনি লৈরগা কলেজ কাবা ঙম্ব_া য়েংগে।

—অদুদি ফরে, ঐহাক চৎথগে হায়রগা সোরোজিনি থোকখি। মানা ইমুংদা অদুম লৈহৌরে।

কলেজ য়ৌরে, মানা সাইকল সেডতগী থোরকপদা কামে খর অমসুং বীক্রমনা কমন রুমদগী থোরকপগা থেংনরুরে। সোরোজিনি উবদা মখোয়নি নোক্লকই। খরা নকশিলক্কবা মতুংদা বীক্রম্না নোক্লগা--হন্দক মরক কলেজ কারকপা ইউ উদে নারুরব্রা কৈনো ?

—নাদে তামো, ওন্থোকপা হায়বহুনি, ভোট কাবগী নুংঙাবদা ঈথক ঈপোমগা লোয়ননা হরাউ হরাউ য়ুম চংখিবদা ইমুংগী মী পুম্নমক ইরাং লাংদুনা লৈরম্মী। ঐনা ইমাদা করি তৌরবগে হায়দুনা হংলুবদা ঐখোয়গী ইচেম্মা অয়ুক স্কুল চৎখিবদগী হল্লক্লি_ হায়না খুম্মকই। ইমাগী রাঙাং তাবদা ঐ থুক লাউই, চিন্দি থোক্তনা পুকনিংদা খল্লি—শোইদনা চেল্লনলগনি। ঐনা খল্লম্বা অদুমক চুম্মী, শাস্ত্রীবলাগী মবুং উকিল বীমোলদা চেন্নখিরমে। সোরোজিনিগী রারী তারুরা মতুংদা কানেশ্বরনা অদুনমিরুনা হন্দক মরক শাস্ত্রীসু চন্দ্রীমাসু অমত্তা উদে হায়রদি।

—চন্দ্রীমাদি থবক চিন্দুনা কারক্তবা নত্তে, মহাক নাক্নরে। অহুবূ ঙসি ঙরাংসি 'চাক ঈশিংগা খরা চারে হায়তুনা হায়হৌই। ঐহাক হৌজিক্তা মখোয়দগী লাকইবনি।' মখোয় অহুম্না রারী শাম্নরিঙৈদা খবা লাপতক্না শাঁন্তীগা সরজুগা লাকপা উই। মখোয়নিগী সাইকলহু অরেপ্পা নৈতনা মখোয়না লেপলিবা মফমহু তম্না থৌজিল্লকখি মানা সাইকলদগী কুমথরগা—সোরো, চন্দ্রীমা নাই হায়না তাই, নহাক হংবা চংলুরব্রাও?

—অং ঐ হৌজিক্তা মখোয়দগী হল্লকইবনি।

- ঐখোয়স্থ হংবা চংনিংই, নহাক চংলুরে চংলরোই হায়ব্রাও?

-- ঐনা হায়্না চংলুবনা অনারগী পাউ লৌরুবনি। নখোয়গী অমুক চংলগা লোক্নইরেদনা। রাখল ঙহাক তৌরগা সরজুনা মবুংদা—ত্রাম্মো নহাক চংলোইদ্রা? ঐগী রাখলদি চংপা ফত্রা হায়না খল্লি। ঐখোয়গী থবক্রুস্থ মথ্রাই য়াম্না য়াওনা হোৎন-বীখি। মচন্দা হায়ফেৎ য়েংল্লগা বীক্রমনা থুম্মকই - উম, চংলুসি

- ঙসি ঐখোয়গী ক্লাস পুং ১ দা লোইগনি। ক্লাস হৈক লোইবগা চংলসি। অহুম্না মখোয় রারী ঙহাক' শাম্নরবা মতুংদা মাগী মাগী ক্লাসতা চংনখি।

চন্দ্রীমা অয়ুক্কী চাক চাবা তোক্লগা মাগী লাইরিক ওরাইফম ওইনা নৈবা অবাং থংবা কা মচাহুদা ফমলি। মমানা নখোঙ, নপুং অহু ঈংলগা অমুক হঙ্জিম্না নারক্কনা তোক্লরনি হায়হুনা ফি অমা মখোঙদা কুপশিনবীরম্লগা থোরকপদা সোরোজিন্নিনা মাঙ, থারহুনা মখোয় খরা মরি মরি চংঙকপা উই। চন্দ্রীমাগী মমানা ময়াম্ব হরাউ হরাউ কৌরকই - ইবেম্মাখোয় চংঙকউ চং-ঙকউ, শোমদা নৈরে। ঐনা ফমুংদা হিপ্পনা নৈরম্মসি: শোঙ্গ-রকপা তারে, ঙহাকস্থু ফম্মু হায়হুনা মাগী লাইরিক ওরাইফম

কাসিদা কমহল্লিবনি' অঙ্গম্মা মনিস্নানা, মচাশিংবু কাদা চংহন লম্নগা ইমুংদা চংখি। চন্দ্রীমাগী মমা মনিস্না মমা মীত্তিক মীরো খঙনী মুপীনি। মবম অত্তুনা মীনা খরা হক্লোইবা মীশক, অমহ ওই অত্তুনা রা-লান পাক হেক ঙাংবা ঙমদে। অমরোমদা তিম্নবা হৈবদি যাম্না মুংঙাই। রাখল চামকরনরা খঙদে. সোরো-গদি ওস্তোরা পক্লগ্রে। মাবু লাক্লবদি হুব'উ হুরাউ চাখোগা শক,খোগসিনবু অরোইবীনি। মখোয নযাম্না রাবী শাম্নরিঙেদা মনিস্নমা ইমুংদগী কৌবকই—ইবেম্মা সোবো, নহাক ঙহাক্তা থো-রকউনা, ইমা রা অমত্তা হায়গে?

—ঙমনি ইমাসি লাকচগে হায়বগা সোবোজিনি থোকই।

—ঙামদি নোপ্‌াম্হ স্কুল চংখি, শিমশীনবা অমত্তা লৈত্রে মবম অত্তুনা নহাক্না লাকইবা নমাম্ন শিংসিগী চান-থক্লনবা অমুক্তা শিন্নু ইমা চা লোনবীগে, হায়ত্তুনা মনিস্না চা লোনবা হৌখি। সোবো-জিনিনা বিসক্যুটশিংহু প্লেট প্লেটা হাবি। মমাসিনা চা হৈগা লোইবকপগা মপা চানবত্তুনা পুত্তুনা থোককখি। মানা মরামদা চাহু পীরগা মহাক্কীম্হ অমা লৌরগা থক্রি। মখোয রাবী রাতাই অমত্তা শায়দে, তুমিন তুমিন লৈনৈ। শীত্রুম অচিকপা কাহুদা তুমিম্না লৈবা হৈনগ্রত্তুনা টেবল মথক্তা লৈবা লাইবিক অমা লৌখংলগা পাবা হৌখি। ঙসাইমখে মী লৈ হাযবা খংদ্রবা কাত্ত সোবো হেক চংঙকপদগীদি ইবাং হেক লাংঙা। মহাক্ল! মযাম্না তুমিন তুমিন লৈনরম্বহু উবদা—অনাবা মীম্হ ঐদি নারিবনি হায়ত্তুনা রা লানগা অমত্তা ঙাংগ্রমালে, হংবা লাকইবা মীম্হ তুমিম-তুমিম্না ফমত্তুনা লৈ, তুমিম্না লৈরগা অনাবগী ফল লেপকদৌরিব্রাও কবিনো খংদে। সোবোজিনিনা ঙাংবা তাবগা কাম্নেম্ববনা—রা হৌদোকপীগদৌবা মীম্হ ইমুংদা চংখ্রে, অনাবা মীম্হ তুমিম্না লৈ, ঐখোয়না করি হারুনি।

—ঐনা অমুক রারী হৌদোকপা তারিব্দনা।

—মতুম্তু কৈ, অসুম্না ৱারী ৱাতাই শাম্নরবা মতুংদা মখোয়সু চংলসি হায়ৱতুনা হৌগংনখি। চংলমদায়দা সরজুগা শাস্ত্রীগনা হায়রম্মী—নহাক নাবা ফরো, ঐখোয়গী থনক য়াম্না হাপকংলক্লে। কলেজগী ইম্নর এক্সরসন চংপা মতমসু ওইশিল্লক্লে। চন্দ্রীমা মখোযনিদা য়েংলগা খুম্মকই— অং ঐহাকসু ঙসি মরি মঙানি লৈরবদি কলেজ কাবা ঙম্মা য়াই। মখোয় ময়াম মরি মরি থোকখি। মানা ময়ামদা য়েংলগা ঋশায় ফাওবা থিন্দোক্কে হায়ববু কোকসে থরা ঙাওবগুম ওৌই, নৈহাক অসুম লৈহৌরগে।

—ফবে লৈহৌবে। থিন্দোক্লনু হাযম্লগা মখোয় থোকখ্রে। বীক্রম বাদি ঙাংদে হাযববু লুববা মমিং অনিতুনা চন্দ্রীমাদা মুম্না য়েংলম্মী। লুকলপ লৈরম্মী মায়থোংনা খজিক্কুং হায়গংলকপদা বীক্রমগী মীৎয়েংগা মিৎচানখি। মহাক শাই লাউই, মমায ঙাংতক ওৌই। বীক্রম চংখ্রবা মতুংদা মানা মপুক্লিংদা থল্লি— ঐনা মতম পুম্নমক্তা উনরবদি নুংঙাইখ্রনি হায়না থম্লিবা নুপাতুনা ঐগী যুমদা মখোংনা থোঙ্লা লাক্লবসিদা ঐনা মাবু তরাম তরাম কৌবা ঙমহৌদ্রিবা করিগীনো ? মানা ঐবু কবি থম্লমগনি, মযুমদা লাক্লগা কৌদে হাযরমগনি। চন্দ্রীমা চংখ্রিবা বীক্রমবু কৌহৌদবগী ৱাখলদা ঙাওতুনা লৈখি। মম্বামগী মতুং ইন্দুনা চংখ্রিবা বীক্রমগী ৱাখলসু অতু মঙাই। চন্দ্রীমাগী কংলদা মায়থোংতু উকবদগী থোইনা হেম্না নিংঙমখিদে। মখোয়নিগী ৱাখলসু অঙকপনি ফোংদোক্লম্রিঙৈদগী হৌনা অমনা অমগী ৱাখল চিক্লা খনদা হৌনখি।

# ৫ শুবা

ঙসি কোলেজগী এক্সরসন চৎপা নুমিৎনি। অযুক অঙনবদগী হৌহুনা ছাত্র ছাত্রী পুম্নমক পুমলাং লাংলি। অমগা অমগা রারী শান্নবগী মখোলনা পুমনিল নিল্লি। মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী গ্রূপ শেমহুনা লেম্না য়াও, ফম্বা য়াও তৌহুনা লৈনরি। চন্দ্রীমা, সোরজু, শান্তীবলা, সোরোজিনি মখোয় মরিনা মকোক ওইহুনা শীল লাংলি, ময়াম পুম্নমকপু অমতা ওইনা হরাউ ত্রাম তৌরি। চৎকদবা ছাত্র ছাত্রা পুম্নমক বস তোংখৎনরে। ঙাইহাক লৈরগা ইম্ফাল থাদোক্লগা মোইরাংগীদমক খোংশানখি। অরাং-লোমদগী থোখিবা গাড়ীনা কৈশামপাৎ জংসন হেন্দোক্লগা টি-ডিম রোডলোমদা থোথখি। নম্বোল কৈথেল, বিষ্ণুপুর মথং মথং লাম্বোক্লগা অযুক পুং ৯ তাবা মতমদা সেন্দ্রা টুরিস হোমদা থুংখি। ময়াম পুম্নমক্কী শিল-লাংবগী মকোক্তি বীক্রমনি, অঙ্কুরু মরুপকী-দমক কামেশ্বর থম্বাই য়াওনা মতেং পাংলি। চন্দ্রীমাখোয় সোরজুখোয়সু এক্লাং নাপী শেম্মি। অতৈ অতৈ ছাত্র ছাত্রীশিংদি মাগী মাগী খোঙবু শেনহুনা টুরিস হোমগী অকোয়বদা লৈরিবা দৃশ্যশিংদা অপাম অপাম্বা মওংদা ফোটো নম্মরি দৃশ্যশিং য়েংলি। টুরিস হোমগী মনিংদা লৈরিবা চাংশাংশিংনা তাম্মা শান্দোকখিহুনা

অশংবা অতিয়াগা অমতা ওইনা তিময়ি। পুম্নমক য়েংবগী অপেনবা নায়দে, য়েংঙব্রা খুদিংদা থোইনা হেন্না নিংথিরি। অশংবা চীংথুম মচাশিংনা পাৎময়ায়দা মথু ইপোন পোম্না লেপ্তুনা লৈরি। লোক্তাকী লুরবা লাইজনা চীংশাংগী খ্বাংলাক ওইরি। লিরি হুম্বা মালংগী শহুন ফংবদা লরবা লাইজনা ঈথক ইপোম হোৗনা চীংগী নাপোমদা ভা-থেংহুনা শামরি। চীংশাংদগী লোইরোই হাইথরকপা নাপোমদা যণবী যন্নাও কম্নানা শজিক চারি। মচিঙ্গাক থিবদা পুক্নিং লুপ্পুরবী যণবীনা হুম্না য়েংথোরকপদা নুংশিজরবা মচাবু উবা ফংত্রবদা হুম্না হুম্না থোংলি। চীক্রবা চীংঙুং ওইবনা যণবীগী থোঙ্জেলনা থোন্থাং যৈনা তারকপা, অতাবা মীগী থম্মোইদা থোয়না থোয়রাং-হল্লি। থোয়দোক্না শাবী শানৌশিংগী মফমদদি খ'ংঙমত্রবা চৈনা অমা পীরি। অসুক ফজবা দৃশ্য মযামসি উরগা মাগী থম্মোইসু থোয়না হেন্না খোয়রাংভি। থবক খুদিংমক মঙম শান্দে তৌরি হায়বত্থু মঙাইরে। মহাক্কী ইতাও তাওবা রাখলগা ঙমখৈ নাইত্রবা লোক্তাক্না অমতা ওইনা তিন্নখিবগুন তৌরি। চীংয়াগী ফজবা দৃশ্য-শিং অসি উরগা মাগী থম্মোয়দা হায়ফম থঙদবা তাম্বা অমনা কম্না কম্না য়ৈররি। মথোয় পুম্নমক থলক তৌবা লোয়রগা পোথাবা ওইনা লম য়েংলুসি হায়হুনা মহৈ মহৈ গাড়ীদা কাথৎনথি। মীনা মবুক থম্বা গাড়ীহু তপ্না তপ্না থাঙ্গা করাংগী চীং লম্বীদা থৌগৎখি। খরা কাথঃলগা লৈতেম মামরবা লম্পাক অমদা থামলে। অহুদগী ভম্না কাথৎখিবা থোঙ লম্বী অমগী মতুংইন্না ময়াম পুম্নমক চীং কাবা হৌ-নখি। থাঙ্গা করাংগী হৈকোল-লৈকোল থেংবদা পুক্নিং হুই, য়েংবগী পেনবা নাইদে। অফাওবা কবিশিংনা শিংথানরিবা, থাঙ্গা করাংগী হৈকোল-লৈকোলশিং অসি উরগা কবিগী শৈহেক্না হেল্লোয় হায়না নিংভী। মফম অসি মীগী খুৎশেম য়াওদনা মহৌশাগী ফজবশিংতনা লৈত্তেংলবা মফম্নি। চীংশাংগী নাপোমশিংদা হৌরিবা মমুল ফারবা হৈরাংশিংতনা মতুম মতুম য়াম্বল্না পাল্লি। ওাংলৈন-রবা কমলা চম্প্রাশিংগী মথক্তা নুমিৎকী মঙালনা য়ৈবদা

নোংথাংগী ' মতৌগুম্মা চীংমায়. অত্থু পুমণ্ডাল ভাল্লী। চীংমায়দা ভাদী হৈ হেকপী ইমাশিংগী মনাক্তা-চংশিল্লগা হেকপা য়াও লৈবা. য়াও মহৈ মহৈ তৌরি। মবামগী মতৌ উরগা- সরজুনা মবুংদা হায়রকই —

—তামো ঐখোযগীস্থ কমলাসে খরা লৈবীরকউ।

—উম লৈরকে, মহাক্নস্থ হাপ্পা লৈগে খল্লবগা মচম সুপীনা হায়রকপগা মপা চানরহুনা বীক্রম হৈ লৈবা চংখি।

সোরোজিনি মযাম্মা হিং তোংনরিবা অত্থুদা মুম্মা য়েংহুনা লৈরি। মানা হুম্মা য়েংথোরকপদা কামেশ্বর লেপ্পুনা লৈরম্বা উই। মহাক উবদা সোরোজিনিনা হায়রকই—তামো মীসু হি য়াম্মা তোংলৈ, ঐখোয়সু খরা তোংগে অমতা ৱাইবীযুবা ? সোরো মী রা তারগা কামেশ্বরনা ইশি শিনা নোক্লগা হায়রকই - ওস্মোকপা হায়বা অত্থুনি, মশিবু কয়া শুনা খল্লিবা। - নখোয়সে নুপীতা সুপী হায়বত্থু হেক ওইদা, চংমিম্বা ওস্মোক্না বাগ্রে, য়েংঙু মনাম্বীশিং অসি কয়াদা ইচং খোৗরিবা, হৈ হেকপনা হেকপা, হি তোংবনা তোংবা মী পুম্নমক পুমলাং লাংনরবা অসিদা নখোয়না হৈবোং - মনুংগী তিলগুম্মা তুমিম্না হেক লৈদা। লাউ ঐগী ইতুং ইল্লকউ হাযহুনা কামেশ্বনা মাও থাকুনা চংখি। খরা মীয়াম ওইরপ তৌবা সুপা অমনা হোল্লিবা হিত্থু ৱাইরগা মখোযবু তোংহল্লে। চন্দ্রীমাদি কি হায়রুনা হি তোংবা য়াওদে। কামেশ্বরসু হি অমা ৱাইহুনা তোংলগা ঈয়াইরোম্বদা অসুম-হোঙ্গোকখি। মহৈ মহৈ হি তোংহুনা ঈয়াইরোমদা লুপফেং লুপফেং তৌহুনা হোঙ্গোক্লখি। চন্দ্রীমা মতোনতা তোর্বান্দা লেপ্পুনা য়েংলি। বীক্রমনা কমলা লৈরুবা হুল্লকপদা মখোয় অমতা লৈরমগ্রবা অত্থুদা কদোমদা চংশ্রবনো হাযহুদা কোইয়েং য়েংলি। মানা কোইথি খিরকপদা খরা লাপ্পুম্মা চন্দ্রীমা লেপ্পুনা লৈবা উখি। মানা

লেপপ্লিবা মক্কম অদু ত্রামা প্রেপ প্রেপ চৎখি। ঙসায়মথৈ তোর্বান্দা লোপ্লনো মখল মখেলগী বাখন্দা মঙ মঙলিবী চন্দ্রীমা মতুংদা-মী লাকওগী শক্তম অমত্তা কংখিদে। বীক্রমম্ম য়ায়া তপ্পা চংশিল্লগা কৌরকই—ইকেদৌরে নহাক হি তোংত্রবদি, কিরব্রা ?

ইখঙ খংহৌদনা তুংদগী কৌবকপা তাবদা খঙলপ্পা লাউ-রকই। ইমা! খাম্বা নংহৌদ্রবা মখোঙ অদু ফুমদি মরক্তা শাম্বথিদুনা তুশিল্লে। চন্দ্রীমা ইকাইবোই হুঙ্গোইবোই মমায় ঈচপ-মুক ঙাংডি, থুনা ফুক হৌগৎপদা মখোঙ নাম্মা অমদি পাক চিং-খৎপা য়াদে। বীক্রম থনা চংশিনথিদুনা ফুমদি মরক্তগী মখোঙ নাম্মা অদু চিংখৎপীবি! মহাক ইকায়রে হায়বা খঙলদুনা বীক্রমা য়ায়া তপ্পা হংলকই—নখোঙদু শোক্ল্লা? খোঙথাং অমা অনিদং চন্নবা যেংউ।

চন্দ্রীমা বাদি ঙাংদে, খোংথাং অমা অনিদং চন্নবা যেংঙী। মাগী মতৌ অদু উরগা বীক্রমনা য়ায়া তপ্পা মখা অমুক তারকই—চুম্না কৌবদদা অদুক পাখং চাউববদি ঐনা কবিগুম্বা তুমিন্না চঙলক্নবা লেপ্পম্বা ওইরবদি ঈশিংদা শোয়দনা চোংথবমগনি। চন্দ্রীমা বাদি ঙাংদে মোমোন নোক্নবা তারি। লুরবা মমিৎ অনিদু বীক্রমদা য়ায়া অর্থ লৈনা য়েংলি। মখোয় অনি থোয়দোকপা বারী বাতাই অমত্তা শামদে, মক্কম অদু ঈচিক চিকই। ঙহাক তুমিন্না লৈরগা বীক্রমনা ইয়ার বেগ মনুংদগী কমলা অমা লৌথোক্লগা মঙোন্দা পীরকই। চন্দ্রীমা কমলা অদু লৌরগা খোকপা হৌখি। খোকপা লোইরদুনা মমাযদা তন্থায় তানা খায়দোরগা মথুৎ অনিদা অমমম পায়রি। মং, পাক হেক পীবা ঙমদদুনা পায়দুনা লৈরি। ঙসাইমথৈ বীক্রম লাপ্পা হেন্দোক-প্লিবা হিশিং অদুদা য়েংদুনা লৈখিবনা মনাক্তা লেপ্লিবা চন্দ্রীমা করি তৌরিবগে হায়বা খঙলমদে। খাপ্পা কোয়করবা মমি অনি

অচুনা হুজ্জিলকপা মতমদা উরে, মখোয় অনিগী ঈশিংদা তাবা মমি। মখুৎ য়েংনা কমলা আখোকপা খরা পায়দুনা তুমিন্না লেপ্লি। মাগী মথং অচুনা তাকপদি কমলা অচু মঙোন্দা পীনিংঙী। মহাক পীবা ঙমদ্রে হায়বা খঙলদুনা মানা মমায় খঙলে লৈশিল্লগা হায়রকই—

—কদায় ঐগী শরুক।

—চন্দ্রীমা বীক্রমদা কমলা পীরি।

বীক্রম মযাদা কমলা মগুং অমা হুনজিন্দুনা শায়রগা মহি অচু অমুক্তং য়োংখরগা চন্দ্রীমাদা—

নহাক হি তোনিংব্রা?

—তোংনিংদে.

—করিগীনো, কিব্রা?

—ঈশিংসে য়াম্না কিজে।

—কৈস্থু তৌরোযদা, ঐগা তোংমিনশিরা?

—হুন, ঐ তোংজররোই কোক য়াম্না ঙাওগল্লি।

চন্দ্রীমানা য়াত্রবদুদা মখোয় অনিমক হি তোংদ্রে। মখোয় অনিগী নুংশিনবা মরা চেৎনখ্রে থম্মোয় অনি অমতা ওইশিন্নখ্রে।

ঙসায়মখৈ ঈয়ায়দা হি তোংলিবী সোরোজিনি অনিগী কুম্মৈ থাপতল্লা য়েংজরি। পাৎপান্দা লেপ্রিবী অনিদা য়ুম্না য়েংলগা মাগী থাম্মায়দা হুংঙাইজবা অমা ফাউরকখি। ঙাইহাক তুমিন্না য়েংলগা সরজুদা ওন্সিল্লগা নোক্লদুনা হায়রকই—

—য়েংঙু সরজ নখোয়গী তামোগা চন্দ্রীমাগাসে ওন্থোক্লস্থ পক্লখ্রে, য়েংবগী পেনবা নাইদে। অমুক পক্লবদি থেংবু থেংনদ্রি, তাঙ্গা চাত্রবদি ফাগীদগী অচুম্বা ওইখিবস্থ ময়ারি।

সোরোজিনিগী বাখল্দা খনবগুম মখোয় অনিস্থ খল্লম্লিবনি অচুবু মচিন্দদি ফোংদোক্তনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈরমখি। মখোযনা

য়াম্না লুনা খম্নরম্মিবা রাকম অহু সোরোজিনিনা ইরাম্ন লায়না হায়দোল্লকপা অহুদা সরজুহু নোক্লিংলুরমানে, মানা নোক্লা নোক্লা সোরোজিনিদা হায়রকই—ওইবা ওইদবা, অফ ফত্তগী দায়িত্বদি নহাক্কী নথৌনি।

—হোয়, কমদৌনি তৌদবা য়াব্রদো, ঈখৌ লাংবী নোঙ্গৌবীগী নোংলিক অমুক ওই। লৈহী পাম্বা খোইমুগী লৈনম পুবী মালংবা অমুক সা, অসিদা করি ব্রানিংঙাই লৈরি?

সোরোজিনিগী ব্রাহৈ মুম্না থিজিল্লুরবদি য়াম্না অর্থ লৈ, লৌশিং লৈবী নুপীগী হৌনবা, মখোয় মখোয়গী থম্মোয়দা অর্থ থোকহল্লি, অমসুং মপুক্লিং লুমহল্লি। সোরোজিনিগী ব্রাঙাং তারগা শান্তীবলানা মখা ঙারকই—

—চন্দ্রীমাসে য়াম্না ফজবা শক্তি নত্তে, অহুবু মাগী তোপ তোপ্পা মগুণ অমদি লৈরি। হেক য়েংবদা চীং লেম্মী তরু তকই। হায়ফেৎতং নোকপদা লংলবী য়াতোন, কুৎতক তৌবী খজায, থোইনা রাশী লৈহল্লি। মহাক্কী রাং চাউবা তবুপ তবুপ্পা মতৌ অসিগা তামোগদি য়াম্নবু পক্লরিনে।

মখোয় অহুমগী ব্ররীসু অঙকপনি। বীক্রম, চন্দ্রীমা অনিগী ব্রারোয়পোৎ পুবা ফাউবা লোয়শ্নবনি। ঙসাইমথৈ মখোয় অহুমগী ব্ররী তারম্বা কামেশ্বরনা নোক্লগা হায়রকই—মৈগী মৈশা, উনগী অঙ্গংবা, পুক্লিংগী মমি মীপুম খুদিংগী মায়থোংদা তায় নম্রা,…
……সোরো?

সোরোজিনি নোকফেৎ তৌহুনা কামেশ্বরদা হায়রকই—সাহিত্য নৈনগদৌবা তামোনা করম্না বিজ্ঞান নৈনবীক্লরিবা?

কামেশ্বরনা খুম্বা নঙত্রিঙৈদা শান্তীবলানা অমুক মতেং পাং-শিল্লকই—অহুম্নমি সোরো, তামোসে সাহিত্যকার অমা ওইরম্নবদি হৌজিক্কী সমাজগা মরি লৈনবা হেনগনি।

করম্না।

—হৌজিক্কী সমাজ খুৎতম লৈতে, মী অমগী খম্নোয়দা পোৎশক অমত্তা তুংদুনা লৈতে, ডাইহাক লৈতনা ওল্লি। মসিগী মরমদা থাত্নুনা শক্লবদি কবিগী পুক্লিং হৌজিককী সমাজগা চুনম্বনে তামো? কামেশ্বর ডাইহাক রাখল তৌরগা—সমাজবু মীনা শেম্ব। নত্রগা ঈশ্বরনা শেম্ব্রা?

—মীনা শেম্বনি অদুবু অহোংবদি নায়।

—খোঙথাং অমগী মথংদা খোঙথাং অমা থাংবগা লোয়ননা অওলবগু অদুমক লাক্কনি। অদুম্না রারী রাস্তাই কয়া শাক্করবগী তুংদা মখোয় মখোয়গী থাগা হোন্দোক্করুবা হিশিং অদু তোর্বান্দা হোক্সিনরক্কনা অমুক ট্রুরিস হোমদা চৎনবা বস তোংখৎনখি। নিংথম থাগী চুম্বিংকা ওইবনে থেংগ্রগা থুদোং চাবরোয় হায়দুনা চাকচা হেক তোকপগা মহৈ মহৈ পম্থবা তৌদনা গাডী তোংদুনা চৎনরি। অরেম্বা লৈতনা চংলিবা গাড়ীনা মোইরাং বজারগী অরাং থংবদা মিযুজিমগী গেটতা গাড়ী খানলি। মফম অসিদা ময়াম অমুক কুমথদুনা মিযুজিমগী হোল তম্না চংশিনখি। হোল অনুংগী মথক ইথং থংবা কানি, নিংথিজরবা খুংহক্তা হক্কনা শারবা নুংগী মুর্ত্তি কয়া কয়া লৈরি। মুর্ত্তি অসিগী মরক্তা খোইদোক হেন্দাক্লা চাউরবা মুর্ত্তি অমা য়াওরি। হায়রিবা মুর্ত্তিশিং অসি ভারতকী ফাউরবা মমিং চৎলবা নেতা অমগীনি। মহাক্কী মমিংনা পৃথিবী শিন খুংনা ফাওরিবা নেতাজি স্থভাসচন্দ্র বোস হায়বা অদুগীনি। নেতাজিগী অশাবা মুর্ত্তি অদু উরুরগা ছাত্র ছাত্রীশিংগী খম্নোয়দা অনৌবা রাখল অমা ফাউরকখি। অসুম্না মোইরাংগী য়েংবা য়াবা মফম খরা য়েংশুরবা মতুংদা গাডী অদু ইম্ফাল তম্না অমুক থোংগ্রে।

মতমনা নোংমা নোংমা হৌথি, মাগী খোঙচৎ কনানস্থ থিংবা ঙমদে। ঙসি হুয়েং মথং মথং লোম্নবা নায়দে। থিংবা ঙমজবা মতমনা চংখিবগী লোয়নননা বীক্রম, কামেশ্বর অনিস্থ বিঃ এঃ নিগী পরিক্ষা হায়দোকপা ঙাম্নক্লা নৈরি। মখোয় অনিগী হোৎনবা কনবা অমসুং মখোদা পুক্নিং চংবা অসি উরগা মীপুম খুদিংনা রারীনৈ। পরিক্ষা লোয়খিবগী অহাংবা মতমদা লাইব্রেরীদা চংতুনা লাইব্রিক কয়া পারি, লোয়নননা অখণ্ড-অহৈশিংগী মনাক্তা চংতুনা খণ্ডবা কয়াস্থ নৈনরি। খণ্ডনবা হোৎনবদা অতনবা নৈত্রবা মরুপ অনিগী পুন্সিনি। ঙসিদি খরা থেংথে হাযজুনা ময়ুমদগী সাইকল ইন্থোক্লুনা থোকখি। মানা লম্বীদা লাকপদা পরিক্ষা হায়দোকপগী লাংনরম্বা অতু থেংনরুরে। মাস্থ সাইকলদগী কুমথরগা ময়ামগী মরক্তা প্রপ প্রপ চংশিনখি। মীয়াম মরক্তগী কৌরকপা তায; হুম্না যেংবোকখিবদা চন্দ্রা ওইবমী। মানা চন্দ্রাগী মনাক্তা চংশিল্লগা হংলকই—নহাক্কী রিজল্ট খণ্ডলব্রা?

—উন খণ্ডলে, নঙগীস্থ, কামেশ্বরগীস্থ লোযনা খণ্ডলে। মখোয় অনিমক সেকেণ্ড ডিভিজনদা যাওরে। বীক্রম নোকতমক নোকই। মপুক্নিংদা থোয়ননা পেনবগী মওং মান্দে। মখোয় অনি পরিক্ষাগী রিজল্ট খণ্ডলবা মতুংদা কামেশ্বর উন্নবা লাইব্রেরী তম্না চংখি।

পরিক্ষা হাযদোকপা মতুং থুমিৎ নিনি হুমনি নৈরগা কামেশ্বর অয়ুক অঙনবদা বীক্রমহোয়দা লাকই। মহাক্কা চংখিনদা বীক্রমদি হৌগংলমদ্রি। থোযনা কোম্নবা ইমুং নর্ত্তবনা অপনবা নৈতনা চংখি। মহাকপু উবদা বীক্রমগী মমা ইবেমহলনা হরাউ হরাউ কৌরকই—ইবুংঙো ইচাদি ঙম্না লাকইদা চংঙ্ল চংঙ্ল মাগী কাদা হৌগংপু হৌগংত্রিমালে।

—করিগীনো, যাহৌ য়াম্না ঙনবা নুপা অমা হৌজিক ফাউবা হৌগংত্রিনদি?

—হো, ঙরাং নুংদাংদো মখোয় মপাবুংনা মাগী ট্রেনিংদো চৎপা য়াদে, ডাক্তর তমগেরা নক্ৰগা এম: এ: তমগেরা অনিগী মরক্তা অপাম্বা অমা খল্লু, ইপাদি সিকাইগী ট্রেনিংসি শুকপাম পামজদে, হায়রুবদগী কদায়দগীনো খঙদে ফৎ শাওগৎতুনা মপা মচা থৎনৈ, ইমাস্তু হাযফন খঙত্রতুনা তুমিন্না অতুম লৈজরে। খঙত্রে, ইবুংঙো মপাবুংনস্থ মচিন মৌপাদা ঙায়বসিদা পংবা ঙাতুনা তৌবিবা। মানা হায়রিবনা মীবূ পঙশি শিবা য়াব্রা? শিবু শিয়ু হায়রবদি যুমদা লৈবা মীদস্থ মশিরি। ইমাদি হাযফম খঙত্রে, নহাক্না অমুক্তা ঙাংনতুনা যংঙ্, য়ারগদি অতোপ্পা ট্রেনিং অমা ওস্তোক্কবা খরা হায়রম্মু।

— ফনি ইমা, হাযরম্লগা বীক্রমগী কাদা চংখি।

কামেশ্বরনা চঙখিবদা মহাক্তি ফম্ংদা হিপ্তুনা লৈবম্মী। মীকপ থোকপদি কুইরবনি, অতুবু হোগৎতনা মপান্দা ঙাংনরিবা রারীতু মম্না ত্তারি। কামেশ্ববনা ইরাই লায়না হোয় ঙাংনগে হায়না থুমকপা অতুদা মপুক্নিংদা মকপ্ন রাবৌই। খুম্বা য়াবা মতাং নঙবনা তুমিন্না লৈবি। কামেশ্বর চংঙক্রুনা মাগী ফম্ংদা ফম্নরে। মহাক কামেশ্বব চংক্ৰকপা উই, অতুবু হম্না ফাঙবা য়েংদে। কামেশ্বর ঙাইহাক তুমিন্না ফম্নগী তুংদা কাংখল অতু তপ্না হাযদোক্লগা কাযনবমদাইগী রাবনে, এম ওম্নগী শাউনিংবনে, অনিগী চৈথেং ফংলবা মীগী মফমদা করি উপায় লৈরি। বীক্রম পাক খুম্মক্তে, তুমিন্না অতুম্মক হিপ্তুনা লৈবি। মঙোন্দা মম্না য়েংলগা কামেশ্বরনা অমুবস্থ মখা তারকই - করিনো বীক্রম নুপা মানখিদ্রেদা, অতুক থম্মোয় পীক্রবদি করম্না লৈবাক ঙাক্তুদোরি, নহাক্না ঙৌনিংবা থবক তৌ, মসিদা লুশিন্না খনবগী দবকার লৈতে।

হম্পক্তি মাগী পুক্নিং খরা চাঙথৎলি, লোয়নমা অনৌবা থৌনা অমা লাকখি। লোংনা হিপ্রমবদগী খজিক্তুং চেপথোক্লগা

হায়রকই—ঐ য়াম্মা নুংঙাইতে ঐখোয়গী পাবুংদে ভাব তাবা খরা য়াংলি। ঐ অসে অঙাংদা অঙাংনু নাও। ইশানা অফ ফত্তবী য়াখঙ্গ খনবা ঙম্মবনি৷ অতুদা ঐখোয় পাবুংনা ন্যাকল অমত্তদা ঙাংবা অতুগদি ওন্থোক্নু চানদ্রে। ঐনা শাউনিংমনগ্নতুনা ঐগী অপাম্বা অসিদা চংকে-হায়বা য়াত্রবদি ল্যাইরিক মখা তম্নরোই হায়তুনা খোক হেক য়াশকল্লুরে। অতুদদি পাবুংনু য়া মখা তাখিদ্রে তুমিন্না অতুম লৈরে। অশেংবনি ঐনা নিংবা থুংদ্রবদি মখা ইদি তৌরবোই। কামেশ্বর পাক খুম্মক্তে, মরু লুকথতুনা করিগুম্বা খবা খল্লি। হায়খিবা য়া হোংদবা, মানা নিংখিবা থনক্তগী মায় লৈথোকপা লৈতবা অসিদা থাম্বা য়াররোই হায়বা খঙলতুনা, ঙাইহাক য়াখল তৌরগা হায়রকই—নহাক্না যুমদগী থোকখিদা নুংঙাইনবা অমদি লৈহৌরিবা ইমা পাবুংগীনু মপুক্কিং নুংঙাইনবা পাবুংগী অপাম্বা মতুং ইন্না থবক তৌ। যুমদগী মপাল থোকখ্রবা মতুংদা নওগী অপাম্বা মতুং ইন্না থবক পাঙথোকপদা করি অকাযবা লৈ। পাবুংগা মুক্নতুনা অরেম্বদা অশা কায়হনগদৌবগী শকক, হায়বা ইনবগী মওংদা থবক চংথো। নহাক নুপা নত্রা? করিগী নিংহন্নরি। বাক্রম হৌজিক্তা ভাব তারকই, মানা ঙাইহাক য়াখল তৌরগা হায়রকই—উম; ঐ ভাব তারে; নং ঙহাক্তা ফম্মু, ঐ চিন য়া অমুক্তং শেংদাকনুখিগে হায়রম্মগা ফমুংদগী হৌগংতুনা টোটি মখোঙলোমদা থোকখি। মচিন শেংনা শেংনা মনিংদগী কৌরকই—

—ইমা! ইমা!

--করি হায়গে,

— সরজু লৈত্রা?

—লৈ করিগীনো?

—চা খরা লোল্লু, হাযগে ভৌবম্নি।

—ঐনা লোল্লি, নংবু নচিন শেংবা লোম্মরব্রা?

—উম লোয়রে, হায়রম্লগা মমায় মশিং তাংখোকপা লোয়রম্লনা ইমুংদা চংখি। কিয়ামখোক্তা য়াম্লিবা টাবেল অহু লৌমদা মমায় মশিং অহু টারেন্দ্রা তপ তপ মপখোক মপখোক্লনা কামেশ্বরদা ওনশিল্লগা হায়রকই মহাক খবক য়াম্না ফজিনব্রা ?

—কমিগীনো, কদায়দা চংশি হায়রিবনো ? মহাক্কী দশক্তি মতম খুদিংমক্তা শাংহুনতা লৈরিবা ঐনিনে।

—এনশি দি ওফিস ফাওবদা চৎলুসি ঐখী চে লুং খরা লৌখোক্লবা লৈ।

—উম, চৎলুসি।

য়ারী শানা শানা বীক্রম মফি মরোল শে চিল্লি। তাঙ্গা অহুদা সরজু চা কপ অনিথক পুরগা চঙলকই। মখোয় অনিদা অমমম পীরম্লগা থোকখ্রে। মবুংনা মফি শেংহৌবা উবদা চাক শংদা চংশিল্লগা মমাদা—ইমা ঐখোয় তামোদো কদায় চংকদৌরিবনো খঙদে, মফি মরোল শেংহৌই।

ইবেমহল মচাগী য়াঙাং তাবদা মপুক্লিংদা চিংনবা অমা পোকখি। ঙরাং মপাবুংগা খরা শাউনখিবা অহুদা পঙচং চৎখিদনা তোক্লনি হায়না নুংশা থিবা অমম্থ পোকচখি। মানা মচানুপীদা নঙগী তামো কামেশ্বরহু ইমানা ঙহাক্তা চংঙকউ হায়রু হায়রুনা থাখি। সরজু মবুংগী কাগা তায়নবা থোঙ অহুদা লেপ্লগা কামেশ্বরদা হায়রকই—তামো কাম, ইমুংদা ইমানা কৌরি।

—করিগীনি হায়গে, নঙদি খঙব্রা ? হায়রগা সরজুগী মতুং ইন্দুনা চাকশং তান্না চংখি। মানা মতুংদগী অমুক হংঙকই—ইমানা কৌবগী মরম লৈরম্বা তায় নহাক খঙব্রা ?

—ঐদি খঙদে, মমায় লৈখোল্লগা খুম্মকই।

—নঙনা করি কামশিল্লরপ্লে ইমাদা ?

—ঐনা নখোয়গী মরম্দা করি খঙহুনা ইমাদা য়াকৎকদৌরিবা ?

কামেশ্বরনা নোক্লগা মখা তারকই—হোৎনদা ইচল্লদি মাম্না চমজ-বনি, করি অমত্তা খঙজরমলোই ।

মাগী মতৌদ্দা সমজু খোঙ্সিংলুরক্লানে ঈশি শিন্না নোক্লগা হায়রকই—মীওইবা লমচৎনা শাজৎ তাকই হায়বদু চুমখেৎনা করি-সু খঙজদ্রবী ঐবু নমদুনা ভাব হেক তাহল্লিদা । হন্নক্তি কামেশ্বর মখা তারক্তে, তুমিন্না চাকশংদা চংখি । মানা চাকশংদা ঐশিং লুমন্নিবী ইরোমহলগী মনাক্তা চংশিন্নগা—করি হায়গে ইম্মা ?

—নখোয়বু কদায় চংকদৌরিবনো ?

—চন্দ্রখোয় ফাউবদা য়োক্লগে তৌবনি ।

—মাদি কৈদৌঙৈ চংকনি হায়রি ।

—অদুগী হংলুগে তৌবনি ।

—ফরে ফরে চংলুরো, কামেশ্বর থোক্লখি ।

কামেশ্বর থোরকপা উবদা বীক্রমনা হংলকই—করি হায়রকই ইম্মানা ?

—করি হায়রক্কনি, কদায় চংকদৌরিবনো অসিদনি ।

—নহাক্তি করি হায়রম্মী ?

—করি হায়রক্কনি, অশেংবা হায়দোক্লরম্ব মঙাইদনা কাম্নদে চংতুম চংলম্নি লাকও হায়দুনা মানা মাঙ থাদুনা থোক্লখি ।

বীক্রম কামেশ্বরগী পাউথুম্ন রাখল খরা খলহল্লি অদুম্ন বাদি ভাংদে তুমিন্না সাইকল ইন্দোক্লগা থোক্লখি । মখোয় অনিমক বাৱী বাতাই অমতা শামদে তুমিল তুমিল সাইকল তোংদুনা চংলরি । বীক্রম করিগুম্বা রাখল অমা রগম্মা লুম্না থন্দুনা চং-লিঙৈদা মতুংলোমদগী খোঙ্গেক অমন যাম্না তপ্না কৌরকই—দাদা, দাদা ।

মহাক্না হুম্না যেংথোরকপদা, মুহিনা ওইরমবদুদা নোক্লগা সাইকল ব্রেক ফাদুনা খজিক্তা তপথরগা হংঙকই—কদায় চংক-দৌরিবনো, মুহিনা ?

—এন্.সি সি ওফিসতা।

— কৈদোবা ?

—ঐখোয়গী স্কুলগী কেম্প চৎকদৌরি মতুংগী মরমদা হংলুগে তৌবনি।

—করি লমদা চৎকদৌরিবা ?

—দিল্লীদা।

—উম ফৈ চৎলু, লম চৎপসি য়াম্না পুক্নিং লৌশিং ওইবনি। ঐখোয়শু হায়কুল তম্নিবৈদা অরেপ্পা লৈতনা চৎলকই।

মুহিনাগা বীক্রমগা লম চৎপগী মরমদা রারী শাতুনা চৎলি। খরা চৎলগা মুহিনা বীক্রমদা হংওকই—

—দাদা নঙ কদায় চৎকদৌরিবনো ?

— ঐশু এন্.সি সি ওফিসতনি।

—অতুদি ওসিদি খোঙবু ওইবা তারেননা।

—উম চৎমিন্নসি, খরা তেল্লপা থুমলকই, রা মখা তারক্কে মাগী রাখল করিগুম্বা অমদা লুপ্পগী মওং মান্নি। ওহাক লৈরগা অমুক হংওকই—মুহিনা নখোযগী নচেম্মা কমদৌরি ? উনদবা য়াম্না কুইরে। মাগী পরিক্ষা হায়দোক্লে হায়বনি রিজল্ট কমদৌই ?

—পরিক্ষা হায়দোরে, ডিভিজন খরা ফত্রমানে মথরাই ইম্নুং মুংঙাইনা উদে।

— করিগীনো মানা নিংহুম্নরিবা তুংগী হোৎনবা মতম য়াম্না লৈরিনা

—খঙদে ঐখোয়গী ইচেম্মাসে মহাক্না নিংবা হেক থুংদবদা চাক্না অমত্তা চাদে, তুম্মিন্না পঙলৈদা লৈ। মাগী মতৌ উবদা ঐখোয় ইনেসু লৈফম খঙদ্রে। হৌজিকশু অদু মওায় মাগী কাদা তুম্মিন্না লৈ, রাকা অমত্তা ঙাংদে।

—মানা মথা য়াম্না শারিবৈদা পাঙ অমত্তগা হায়বিরম্মু।

— করি পাউনো ?

—ঐ তাং ১০ দা চৎলনি।

—কদায়দা ?
—দিল্লীদা ।
—করি তৌবা ?
—সিফাইগী ট্রেনিং ।
—উম ফৈ নুপা থোকপা থবক্তি ঐদি সিফাইগী ট্রেনিংসি য়াম্না পামজৈ। দাদা নঙনে সিফাইগী অচৌবা ওফিসার ওইরবদি ওস্লোক্না পকচখ্রনিদা। বীক্রম মুহিনাদা য়েংলগা ঐবু পক্তনে ?
—য়াম্না পক্কনি, লেমস্থ লেমগনি, ঙসিদি য়ুম হেক য়ৌবগা ইচেম্মাগী মনাক্তা চৎলগা নুংঙাইবা পাউ অসি তম্মুগে।

মুহিনাগী মতৌ উরগা কামেশ্বরনা লক্করকই নেংঙোম্ন মুহিনা নখোয়গী দাদাসে মী য়াম্না ফত্তে।
—মরমদি তাম্মো ?
—ঐ হাযগে মৎনা তাওনে।
—উম তাগে মঙক নোম্নত্থনা খুম্মী মৎহিনা।
—নখোয় নচেম্মা চন্দ্রীমাবু রাহম্ভুগা থনমদৌরিবা নুপা অসিবু ফরিব্রা ?

মৎহিনানা কামেশ্বরগী রাতা অত্থ নুংঙায়মনখিত্থনা ইশি শিনা নোক্নগা খুম্নকই—দাদা নঙ, মী য়াম্না ফত্তে হায়বা অসি নশানা য়ানিংব্রা ?
—করি হায়কনি ঐবু পঙফ ফবা মীরনে ?
—ঐদি নঙসে ফৈবো।
—ঐবু করিদা ফরিবা ?
—মীনুংশি চাউই, নবুক ফৈ।
—অত্থদি মী খুদিংমক্তা লৈবা গুণনি, ঐগী ইরনায় ওইবা গুণস্থ নত্তে।
মৎহি বীক্রমগী রাঙাং তারগা কামেশ্বরদা ওন্সিল্লগা হায়রকই—
—তামো, দাদাসে ফৈ হায়না থাগৎপস্থ মপুক্নিংনা য়ানিংদে, করম্বা অথিবা 'রাহৈনা থাগৎনসিগে।

—খঙত্রে হৌজিক কাল অসিদি ফত্তবা মীতনা জয় ওইরিবনি। মাস্থু ফত্তবশিংগী মরক্তা অমনি, অতুনা মায পাকপস্থু শোয়দবনি। নঙনা হোবেল হনখগা নখোয় নচেম্মাদা হায়রু, মী ফত্তবা মুপা অমা ইফাল থাদোক্তনা চৎখিগদৌরে, লাই চুদনবা ইরাৎ চবান থাহৌরো।

মখোয় অহুম ঙারী শানা শানা লাকপনা এন সি সি এক্সিন য়ৌরে, মাগী লৌগদবা চে লৌবা লোয়তুনা বীক্রম কামেশ্বরগা লোয়ননা থোরক্লে মুহিনাস্থু কমাণ্ডেন্টদগী অকুপ্পা মবোল খঙলগা থোরকই। মখোয় অহুম সাইকল সেচতগী সাইকল ইত্থোক্লগা থোকমিন্নরকই। লমীদা সাইকল তোংতুনা ফনা শাংনা চৎমিন্নরবা মতুংদা মুহিনানা বীক্রমদা হায়রকই—দাদা, এহাক ইমামবীগীদা ঙহাক্তং চৎহৌখিগে।

—ফরে ফবে চৎহৌবো, বীক্রমনা খুম্মী।

মুহিনা চৎহৌবে, মখোয় অনিস্থু চন্না। উমরুখিসি হায়তুনা সাইকল অতু শগোলবন্দরোমদা থৌখি।

—মনিসনা মপান্দগী মচানুপীবু কৌবগা হায়বকই—ইবেমহল, ইবেমহল নঙবু তাবিব্রা?

—কবি হায়গে ইমা ইমুংদগী খুময়কই চন্দ্রীমা।

—ঐ নচেম্মাখোয়গীদা চৎলুগে, নঙগী পাবুংনা হংলগা মনিংগী নচেম্মাখোয়গীদা চৎখি হায়থু হায়রম্মগা থোকখি। মানা মমানা থোকখিবা অদোমদা য়েংলগা ইমুংদগী কৌবকই—ইমা, ইমা।

—করি হায়গে, মমানা লেপ্রগা হংঙকই।

—"কবিগুম্বা মুহিনা লৈরম্মবদি ঐনা লাক্তবা ঘাদে খরা হায়বীরম্মু?

—হোয় হোয় হায়রম্মগে, হায়রম্মগা মনিসনা থোকখি।

মমানা চৎখিবা অদোমদা য়েংলগা থোংনাউদগী হায়রকই -

—ইমাস্থ খরা থুবীরকউ. ঐ বজার ক্কাওবদা চৎলুগে, হুন্দক্তি হোয় মায় অমগা হায়রমক্সে, তুমিন্না চৎস্রে। মনিস্না চৎখিবদা মুহিনা লৈরমদে. কদায় চৎলুবনো খঙদে ঙহাক" লৈরগা সাইকল ইন্দুনা চংঙকই। মুহিনা চংঙকপা উবদা—কদায় চৎলুই মুহিনা. ঐখোয়দা নচেম্মানা ঙহাক্তা লাকউ হায়রকপনি।

—অং সাইকল ইনশিল্লুখিগে, অতুগা চৎকে হায়রম্নগা ইমংদা সাইকল ইন্দুনা চঙখি। ঙহাক লৈরগা ফি মচা অমা ইন্দুনা থোকখি।

মনিস্না ইমংদগী অহুম্না হায়রকই—

—নচেম্মাদো ঐবু ঙায়রমলমু হায়য় ঐ ননাগা ৱারী অমগা শান্ন-খিবা তারি। মা বজার চৎকনি হায়হৌবনি। চাউবদা শিন্ন-রমলগা চৎলো হায়য়।

মুহিনা থোকস্রে. মাস্থ মচননুপী রাধেগা ৱারী শান্নতুনা লৈ-হৌই। মংহিনা গেট হাংদোক্লগা চংলকপদা চাউবা লেপ্তনা লৈরম্মী। মা উবদা চাউবা ইচেম্মা লৈব্রা ?

—লৈবনি ইমুংদা।

মুহিনা ইমুংদা অপনবা লৈতনা চংশিনখি। মানা চংঙকপদা মচেম্মা শমজেৎ হাৎতুনা লৈরম্মী। চন্দ্রীমা মমায় লৈথোক্লগা মংহিনাদা হায়রকই—বজার চৎলুসিরা মংহিনা ?

—অং চৎলুসি করি লৈবনো ?

—ঐগী দরকার ওইবা পোৎ খরা লৈরুগে ?

—ঐ মান্না রারে ঙহাক্তা পোত্থাখিগে হায়তুনা মচেম্মাগী ফমংদা লোংনা হিপথখি।

চন্দ্রীমা শমজেৎ হাৎপা লোয়রগা শাংলবা অশম অত্থু বেনি ন্নোমা লোমা ফমংদা হিপ্লিবী মংহিনাদা যেংলগা হংঙকই —

—কদায় চৎলুহুনা অহুক রাল্লিবা?
—ঐবুরো, এন-সি-সি ওফিসতা চৎলুই।
—কৈদোউৈ চৎপা তারে?
—তাং ১০ দা,
—অহুদি ঙসি তরেৎনি রাৎলিব্রা?
—অং রাৎলি।
—ইচেম্মা, ঐনা ঙসায় এন-সি-সি ওফিস চৎপদা দাদা খেংনরকই।
—করি হায়রকই?
—নহাক পরিক্ষা ঙম্ব্রা হাযনা হংঙকই।
—নঙদি করি হায়রম্মী?
—ঙম্মে হায়রম্মী।
—খঙদে হায়রম্বা য়াত্রা, য়াম্মা হৈনিংদনা হাযবকই।
—করিগীনো? মংহিনা মচেম্মাদা য়েংলগা হংঙকই।
—মখোয়দি লাইরিক কৈ, ঐদি ফত্তে অহুনা ইকায়জে।
—ঐদি অশেংবা লোয়না হায়দোক্লমলবদা।

হন্দক্তি চন্দ্রীনা রা মখা তাবক্লে, তুমিম্মা লৈখি। ঙহাক লৈরগা মুহিনা মচেম্মাদা য়েংলগা মখা তারকই—ইচেম্মা দাদা তাং ১০দা চৎলনি হায়।

—কদায়দা?
—দিল্লীদা।
—মহাক মিলিটরী ওফিসার ওইনি হায়বি, অহুগী ট্রেনিং।
—কৈ মুপা খোকপা থবক্তি চিংনদনা থুম্মকই।
—নহাক কিব্রা?
—করিগী কিগদোরিবা?
—ঐদি সিকাইগী ট্রেনিংসি যাম্মা পামজৈ, মুহিনানা হায়রকই—
—উম কৈ এম্মু পাম্মী।

মচেম্মাগী পাউখুমহু তারগা মায়খোঙদা হুংঙাইতবা মান্দে, পুম্নিং থৌগৎপগী মওং লাল্লি। ঙহাক য়ারী শান্নরবা মতুংদা চন্দ্রীমা

মফি মরোল শেৎপা লোয়রতুনা মুহিনাগা লোয়ননা বজারদা চৎখি। মখোয় অনিমক মনিপুরগী মমিং চঃঙ্গবা সর্দার তুকাম্দা চংতুনা অপাম্বা ফি কয়া লৈবা লোয়রবা মতুংদা মচেম্মাদা ওনশিল্লগা মংহিনানা হায়রকই-ইচেম্মা, দাদাগী করিমতা লৈরোয়ব্রা ? —অবাৎপা লৈতবা মুপা অতুগী ঐনা করি লৈগদৌরিবা ?

মানা ফি অতৈ অতৈ য়েংলুরবা মতুংদা নুঙাইরক্তুনা মুহিনাদা হায়রকই—নঙবু, মাগীদমক করি লৈনিংবগে ?

—লৈনিংঙী, শিজিন্নবা য়াবা ফিবোঙগী টারেল অমা।

—ফরে ফরে, নঙনা অপাম্বা খনজো।

মংহিনানা মানা অপাম্বা মচু অমা খন্দুনা লৈরে। মখোয় অনিস্থু পোৎ লৈবা লোয়রতুনা মযুমদা হনখ্রে। চন্দ্রীমা মযুম য়ৌরে। মুহিনাসু থেংলে হায়তুনা হনখ্রে। মংহিনানা চৎথবা মতুংদা ঙসায় লৈরকপা টারেল অদু পুখোক্লগা য়েংলি। মাগী পুক্লিং নুংঙাইজে, অনৌবা রাখল অমা লাকই, মতোমদা মোমোন নোকচৈ, লোয়ননা মপুক্লিংদা মংহিনাবু হন্না হন্না থাগৎলি। অঙাং মক ওইরবসু মুহিনা য়াম্না শিংঙী, মী খুদিংমক তিন্নবা ইয়া য়াই মাগী ইচম চমজবা, ইঙাও ঙাওজবতু মঙোম্দদি হেন্না নুংশি, থোইনা পকচৈ মাগী ইঙাও ঙাওজবা মতৌ অদু উরগা বীক্রুম্না নুংশিজে, লুনা তৌই। চন্দ্রীমা মপুক্লিংদা খল্লি পোৎ অসি পীবা ওইনা অমুক্তংদি উনহৌগে, অদুবু কায়নগনি হায়বগী কিবনরা নল্লগা মতম খরা উনররোই হায়বগী চিংনবনরা খঙদে, উন্নগে খন্না খন্না মাগী পুক্লিংগী মাওই অতুবু উন্নহৌদ্রে।



# ৬ শুবা

ফনা কুইরে বীক্রম চংখিবা চহি অমা হেল্লে। মরক মরক্তা চিঠি ইরকপা নওনা মশক উম্ববা ফংখিদ্রে। মতমনা অরেপ্পা লৈতনা চংখিবগুম সরজু চন্দ্রীমা সোরোজিনি মখোয় অহুমগী বি, এ গী অরোম্বা পরীক্ষা পীখ্রে। মখোয় অহুমসু পরিক্ষা হায়দোকপা ঙাম্বহুনা লৈরি। নোংমা অযুক অমা সোরোজিনি চন্দ্রীমাহোম্বদা লাকই, মানা হেক্ক চংখিবদা অবাং শঙ্গোয়দা চন্দ্রীমা মমা মচা শঙ্গোম শুমহুনা লৈবম্মী। মানা হয়িং হুম্মী মমানা শঙ্গোম শুমলি। অস্তুম লুকথহনা হয়িং হুম্মবদগী মমায় হায়গৎ-লকপদা সোরোজিনি চংঙকপা উই। মানা সোরোজিনিবু

—কদায় চংলুই সোরো, এখোম্বদা লাকপ্রা?

—উম মাম্মি।

—চংঙস্পু ঐগী কাদা ঐহাকসু লোয়রে।

সোরোজিনি খোংউপ লৌখোক্তুনা থনমলগা ইমুংদা চংখি। মানা চৌক্রি অমদা ফমথরগা হুমাং শৌই হায়হুনা টেবল মথক্তগী হুমায় হুপ্পা য়াবা চে অমা লামহুনা লৌরি। মানা ইস্লম্বা ফি অহু খরা কোমহল্লগা, চে অহুনা হুমায় হুমহুনা মশানা মশাবু হুকচিক লাংহল্লি। মানা হুমায় হুম্মা হুম্মা টেবল মথক্তা লৈরিবা অশংবা

চেখাউ অহুদা মুম্না য়েংলি। চেখাউ অহুগী মথক্কা থারিবা মিং অহুদগী মানা খঙবা ঙমলে, চিঠি অহু বীক্রমগীনি। ঙসিদি করিগীনো খঙদে চিঠি অহু হেক উবদা য়াম্না পানিংবা অমা পোকখি। খাউ অহু থাংগৎলগা য়েংবদা পাখিবগী মওং মাল্লি, মাসু তপ্পা ফাতোক্লগা পাবা হৌরকই। ঙহাক চিঠি পারুরবা মতুংদা হান্নগী মতৌগুম্না খুৎফম কায়দনা মফম চানা থমখি। চিঠিগী রাফম নিংশিংঙবদা মাগী রাখল নুংঙায়, মখোয় অনিগী মরমদা তস্তুনা খল্লকই। অমুকসু মতোমতা শোন্নকই—কয়াদা নুংঙায়গ্রবা অশেংবা থম্মোয় অনিগী পাউদম তাবদা। মখোয় অনিগী রাখন্দা নুংঙাইনবগ্রহুনা মতোমতা মোমোন নোক্লি। রাখন্দা য়াম্না কম্না থাজবা অমা ফাউরি। মখোয় অনিগী নুংশিবা মরা চেৎলে কৈদৌনুংদসু কায়নররোই। ঐমক্না অমুক নুংঙায়বা ফাউরবা অসিদা মাদি করিগী ফাউরম্মোই, খল্লুবদা নুংঙাই, মখোয় অনিগী নুংশি ঈচেল। চন্দ্রীমাগী নুংঙায়বা রাখলগী ঈপাক্তা তাওরিবী সোরোজিনি; লুকথরম্বা মায়থোং অহু তপ্পা হায়গৎলকই। মাগী মিংয়েংগী মপা চানা লৈরম্বা থোংনাউনি, হায়দোকখিবা মিংয়েংদা হাংলবা অতিয়াগী লয়ীদা মনিং তপ্পা পাইরিবা উচেক অনি অহুবু উরগা মাগী পুক্নিংদা খল্লি—মীওইবগী পুন্সিদি থব্নু থমখো, পীক্লবা জীব মখোয়সু নাইতোম তারবদি মতু ইশোল শোল্লি। মাগী রাখলসু মকা লাম্নম্মোয় শোইদনা মপুন্নিং শোন্থরমগনি। হৌজিক তামো মীরৈবাক্তা লৈরি মাগী রাখল কয়াদা রারমগবা। সোরোজিনি চন্দ্রীমাগা, বীক্রমগগী খল্লুবদা অরাবা নুংঙায়বা অনিনা রাখলসু হুম্না হুম্না চাং ওল্লি।

ঙসায় মখৈ শঙ্গোম শুম্বা য়াওরম্বী চন্দ্রীমা শঙ্গোম শুম্বা লোয়রহুনা ইমুংদা চংঙকই। মাগী হামদোক্লরবা মথুং অহু ফদি অমনা তৈথোক তৈথোক্তনা সোরোজিনিগী মনাক্তা চংঙকই। মহাক্না টেবলদা মথুং খুনিং শৌরগা মমায় অহু সোরোজিনিদা ওনশিল্লগা কৌরকই—সোরো।

—হুং, স্বর তপ্পা হুম্বরকই।

চন্দ্রীমা মাগী মতৌ উবদা নোক্রুহুনা মনাকোং ময়াদা চং-শিল্লগা হায়রকই—করি রাখলনো, অসুক লুনা খল্লিবহুবু ঐঙোন্দা। শেংনা হাযদোকউ, ঐসু মীগী মতেং পাংবা য়াম্না হৈয়ে।

সোরোজিনি হায়ফেৎ ইকায় চন্দ্রীমাগী রাঙাং অহুদা, মানা মপুক্লিংদা—ঐনা খল্লিবা অসিগা, মাম্না নিংলিবা অসিগা কয়াদা খেন্নরিবা। মানা ঐবু লাম্না লৌরি মসি চুমথোকহৌদবা য়াদে হায়না খন্দুনা চন্দ্রীমাদা যেংলগা হায়রকই—বৃন্দানা রাধাগীদা রাই মশাগী ওইজবদি থীদে।

চন্দ্রীমা সোরোগী রাঙাং তারগা তওক ওক্তুনা খুম্মকই—থায়নাগী বৃন্দারা, হৌজিক্কী বৃন্দারা, করম্বা বৃন্দানো ওন্থোক্লা খঙ-নিংখ্রেদা?

—হোয় খঙবস্থ মকান্নে সোরোনা খুম্মকই।

মানা শকফম হুপ্তিল্লগা মখা অসুক তারকই—

—নঙনা শাউনিংগদ্রা খঙদে, নহাক্কী চিঠি পাথোকলুবে।

—নঙ অমদি ঐ চপ মান্নে খঙবদা করি কায়রি।

—চন্দ্রীমা, তামোসে ফৈ মাগী রাখল রাংঙি।

—খঙদ্রে সোরো মতুংগীদি, হৌজিক ফাউবদি ঐসু মাবু থাজরি। তৌবদি মী হায়বসে পুক্লিংগী মখাদি পোল্লিকো।

—নঙ তামোবু থাজো, মহাক মপুক শেংঙি।

চন্দ্রীমা রাখল তৌরগা য়াম্না তপ্পা হায়রকই—

—সোরো ঐগী নুংশিবদি মালংবনি ।

—করিগী নপুক্লিং শোন্থরি, নঙগী মালংবদি মতম পুন্নমক্তা তপ্পা তপ্পা হুমহুনা লৈখিনি।

—ঈশিংদা হিনা তাউবগুম্না ঐনা মাগী রাখম্পা তাউজবনি, হিদা

ঈশিংনা তাউদে, ৬সিফাউ ঐনা মাবু থাজল্লি, মঙ্গুংদা কল্লি থোক্ল-গনি থল্লুবদা ল্লাই।

—চুপ্মী নহাক ল্লাফম থোকই, অদুবু মফম মতমগী মথাস্থু থল্লা পোল্লি। নওগী তরু তরুবা পুকনিংগী সংসারবু অপাম্বনা চল্লাংনহল্লি অনম্মুং ল্লাহল্লি। থোযদোক্লা ল্লাকনু ঈশ্বর লৈরি।

মখোয় অনিনা ল্লারী শাম্ন রিঙৈদা মমানা শঙ্গোম গিলাস অহুম পুহনা চংঙকই। মখোয়দা অনি পীরম্নগা অমনা পুত্থনা লাইরিক শঙদা চংখি। লাইরিক শঙদা লাইরিক ঔরাইরিবা মচা ন্নুপা চাউবদা পীবম্নগা ইমুংদা চংখ্রে। সোরোজিনিগা মখোয় অনিস্থ শঙ্গোম থক্লি। মানা শঙ্গোম অতু অমুক্তং চিংলগা চন্দ্রী-মাদা হায়রকই—

—নহাক থবক যাম্না চিনব্রা?

—চিনদে কবিগীনো?

—সরজুখোয়দা চংল্লুসি, উম্নদবস্থু কুইরে।

—অং চংলসি, থবা হঙ্গোয়রপ থুম্মকই।

মখোয অনিমক শঙ্গোম থকপা লোথরে, চন্দ্রীমাস্থু ম্নফি ন্নরোল শেংপা লোয়রত্থনা সোবোজিনিগা লোম্ননা সাইকল তোংত্থনা সবজুখোয়দা চংখি। মখোয় অনিনা চংখিবদা সরজু ফি শুত্থনা লৈরম্মী। মানা সোরোজিনিগা চন্দ্রীমাগা কৌশিল-লগা ইমুংদা চংমিন্নখি। মখোয় অনি ল্লাইটিং কমদা ফমলি। মখোয়গী ল্লারী য়াম্না ন্নুংঙায়, অমুক অমুকস্থু থল্লায় তানা নোক্লি। সোরোজিনিনা নোকপা হক্তিল্লগা সরজুদা হায়রকই—

—নহাক গাড়ী পুথোকউ, বিযেনপুবগী বীনোখোয়দা চংল্লুসি। তাঙ্গা চারবদি মোইরাংস্থ য়ৌবকশি।

—কৈ পুথোক্কে, কৈদোঙৈ চংশিগে?

—অত্থদা য়াম্না লুনা অমনা গাড়ীবু কনানা থৌবিগনি তামোস্থ লৈত্তে।

—ঐখোয়গী ড্রাইভর নৈ।

—অহলদো সোরোজিনিনা হায়রকই।

—অহলদু নজ্রবন্দ লালিট বহাদুরনা খোঁইল্লগা লোয়রে।

—মাবু হৈব্রনে?

—মাদি মশানা ড্রাইভরনি।

—ও·· ·অদুদি য়াম্না ফরে, নুমিং অমা লেপ্পরসি, লাকইবা নোংমাইজিং অসিদা চৎশির।?

—ঐগীদি ইয়াদা যাই।

ভসায় মখৈ চন্দ্রীমা রা ইঙাং ঙাংদে তুমিম্না নৈ, অদু উবদা সোরোজিনিনা হায়রকই—করি রাখলদা ঙৈংঙীবনো খংদে, মীনা হুংবদা হোয় মায় অমঙা হায়দনা অসিবু নংগী মত থবা মগী-বকউ, কৈদৌবগে?

—চন্দ্রীমা হায়ফেৎ ইকায মমায় ঙাংতক তৌই। মাগা পীক্রমগী মরম সরজুসু য়াম্না মুন্না খংঙি। মায়খোংনদি ইকায়রে হাযবা তাক্লি, অদুবু য়াম্না লুশিন্নবগী মওংদা তপা মখা তারকই—হৌ-জিকপু ঐগী মত অমুক হংলিব্রা? ঐগীদি নখোয়না য়াবগা লোযরে।

ঐখোয়দি ঈস্ফালদা নৈবনিনা চৎলবসু পুম্না চৎপা ফংঙি। শান্তীবলাদি য়াওবা ইফং ফংদ্রে, মহাক যাওজরবনি কয়াদা নুং-ঙাইজগদবা, হায়দুনা সোরোজিনিনা হাযরকই। সোরোজিনিগী রাঙাং তারগা সরজুনা খুয়কই—শান্তীবলাসু থোবকই হায়বগুম তৌই, নহাল ঐখোয পাবুংগা থেংনরম্মী হায, ঐসু মখোযদা চৎনিংবনি অদুদা তাঙ্গা অমা চাদ্রদুনা চত্রে।

মান্না ঙাংবা লোইহিন্নিঙৈদা সোরোজিনিনা—ঙসি ঐখোয় পুন্নিঙৈদা চৎনুরসি। বিষেনপুর চৎপগী পাউরু হায়করসি।

মখোয় অহুম থোরিন। অচিনবা লৈতবনা সরজন্‌ মফি মরোল হোংদোকপুরগা শান্তীবলাখোয়দা চংখি। মতুম খরগী তুংদা মখোয় পুন্না উনরা ফংবা অসিদা মখোয়গী মুংডায়বা করি অমুক হায়ন কনি। মখোয়না হৌখ্রবা পুন্সিগী ব'রী অমুক শায়, তুংগী ইদিগী মরমদা অমমক খম্না তৌহুনা ঙহাক ব্রারী রাতায় শামরবা মতুংদা মযুম মযুংন্দা। হুমখি।

মখোয় মরিনা খৌরাংনা ঙাযরিবা নোংমাইজিং মথাংদা লেপরে। সোরজন্‌ ঙন্তা হৌগৎহুনা থনক ইখাং-নোম্বা লোয়খ্রে। মানা মফি-মরোল হোংলিঙৈদা মবুংসু কামেশ্বর লৌরুবা হুল্লক্লে। কোম্মোংদা গাড়ী থনম্নগা কামেশ্বরগা লোয়ননা ইনংদা চংখি। মখোয়না চংখিবদা সরজন্সু মফি-মরোল শেৎপা লোয়রহুনা লৈবঙ্লে। মখোয় অমমক পন্থবা তৌদনা থোকখ্রে। বীক্রম তপনা তপনা থোরকপা গাড়ীদু চন্দ্রীমাখোয়গী কোম্মোংদা থামখি। সবজন্‌ গাড়ীদগী কুমথবে, কোম্মোং হাংদোক্লগা তপা চংখি। মানা চ খিবগা ইকুই কুইদ্রে মখোয অনিমক থোরক্লে। সরজন্‌না মাঙ থায, মানা তুং থংই, মখোয অনিমক অপনবা লৈতনা প্রপ প্রপ চংশিনুকই। মমায লুকলপনা চংলিবী চন্দ্রীমা গাড়ী মনুংদা কনা কনা য়াঙবিবগে হায়বা খংলমদে। সবজন্‌ চংশিন্দনা ফনখ্রবা মতুংদা মাসু চংশিনগে খন্দুনা গাড়ীগী থোঙ পাযরগা মমায় খঙ্গিন্দং লুকথবগা চংশিনখি। মানা মফি খজিক্তং চিংথংলগা তপনা ফনথরকখি। লুকথরপ্পা মায়থোংনা হায়গৎলকপদা মমাঙদা ফম্লিবা বীক্রম উরকই। মহাক শায় লাউই, ঙহাক অতুদা খল্লি, মঙলা তাইবংলা, ঙকলপ তৌনা যেংহুনা লৈরি। মাগী মতৌ উবদা কামেশ্বরনা ভাব তাবহুনা খাজদনা উনরে ঙক্লা থোকপ্লা ?

লুরবী মমিং অনিনা অর্থ লৈনা য়েংলগা নোক্লকই। মানা মচিন থোকপা ঙমখিদে, সরজন্‌গী মমাঙদা থম্মোয়দদি মতৌমতা শোঙ্গে, কৈদৌঙৈ লাকইগবা? চন্দ্রীমানা গাড়ীগী থোং থিংজিনখিবগা

লোয়ননা বীক্রম তপ্না তপা থৌখি। বজারদা গাড়ী ওহাক থাম্নগা মখোয় মরি কৈথেল পোৎলক্না চৎহুনা ওাচাক থম্না লৈরম্না অমুক-থোরক্লে। লৈরক্লিবা পোৎ পুম্নমক অদু গাড়ী মনুংদা হাপ-চিল্লগা, মখোয়সু মাগী মাগী ফমফমদা ফম্লে। বীক্রম গাড়ী অদু তপ্না তপা শিংজমৈরোমদা থৌদখি। শিংজমৈ চৌংওামখা য়োরে, মনিং পাংনা হায়জিনখিবা লম্বী অমগী মতুংইন্না গাড়ী অদু তপ্না অমুক খামলে। গাড়ী খামখিবগী মখোল তাবদা মীনা কৌথোকলুবা তৌদনা সোরোজিনি থোরকই। সোরোজিনি কোপ্লোং রাংনা লাপ্লোকপগা নোক্লহুনা কৌরকই—হায়মা তামোনিন্নে, কৈদৌঙৈ লেংথোরকই, ওাংনা ওাংনা গাড়ী মনাক তানা চংশিল্লকই।

বীক্রমসু সোরোজিনিদা য়েংলগা মখা তারকই—

—ইচলশিং পরিক্ষা লোয়ক্লে করিগুম্বা কোয়বা চৎনিংলম্বসু যাই, ড্রাইভর ওইরুগে হায়হুনা থোরকইবনি।

বীক্রমগী রাওাং তাবদা মখোয় পুম্নমক মোনোন মোনোন নোক্লি। সোরোজিনিনা ফিভম খঙ্জিন্নুং হঙ্জিল্লগা হাযরকই —

—থাজদবা মী উনবশু মমুংওায়, নত্রা তামো ?

সোরোজিনিগী রাওং অর্থ লৈ, হন্দক্লি মখা তাবক্লে, নোক্লগা তুমিন্না লৈখি। খবা চৎলগা গাড়ী অমুক থাগলে। মখোয় খরা চংলগা শান্তীবদা হৌকবে। থোইদোক্না চায়নরুবা তৌদনা মাস্থ থোরক্লে। মখোয় মরি গাড়ী মনুংদা চংখ্রে। মরক্তা অমুক খানলুবা তৌদনা গাড়ীদু বীষ্ণুপুর তম্না থৌখি।

নোংজু পম্বাগী লম্বীগী দৃশ্য অয়েংবা মাগী পুক্লিংবু খোয়রাং হল্লি। লম্বীগী চিদায়দা হৌরিবা উ'রা পুম্নমক অশংবা ফিজোলনা লৈতেংলি। খরা লাপনা সিংথেংগী রাংমদা তান্না তান্না, শম্বোক-খ্রিবা চীংতুম মচাশিং থেংবদা মিৎকম হোংখ্রা য়াদে। তম্পাক্কী লৌ-রিগী পরেং, নৌনা চোংখৎলকপদা ওায়রিবা অশংবা ফৌনাশিংনা

নুংশিৎকী তাম্বদা, তুংইন্না লৈন্না জগোয় শায়রিবা, য়েংবদা পুক্লিং হুরোইদবা কনা লৈ। লম্বীগী ফজবা চীংশাংগী নিংথিজবা অসি উরগা মখোয় পুন্নমক্কী থম্মোয়দা অনৌবা অশাগী ইফুত অমা ফাওরকখি। মহৌশাগী ফজবশিং অসি উরগা মখোয়গী থম্মোয়দা কবিতাগী ঈহৌ অমত্তু ফাউরকখি। তপ্পা তপ্পা চৎখিবা গাড়ীনা অয়ুক্কী পুং ৯ মুক তাবদা বিষেনপুরদা থুংলে। বিষেনপুর হোসপিটালগী নাকল ওইরপনা চংশিনখিবা লোকখা তাবা লম্বীনি। গাড়ী চংবা য়াবা মফম ফাউবা থৌজিল্লগা খরা লৈতেম মান্নবা মফম অমদা গাড়ী খামথে। মখোয় পুন্নমক গাড়ীদগী কুমথরে, পুরক্লিবা পোৎ চৈ পুন্নমক লৌথোক্লগা মহৈ মহৈ লোকখা তাবা লম্বী, ওয়া হায়থিবা খোংলম্বী অদোমদা তপনা কুমথনখি। অওম্বা লম্বী, খরা হায়থরকপদগী বীনোগী য়ুম উরে। বীনো মখোয়গী মঙোন্দা ফম্নগা লাইরিক অমা পাতুনা লৈরম্মী। খোয়ঙক তৌরবী মাগী শম্মাংনা লেংবাল চোন্না থাদোকই, মুদং তৌদী কুচুনে, শংলৈনবী ফিজোলনে, লৈরম্লিবা মফমনে থোয়না হেন্না নিংথিজে; উমংগী লাইরেম্বী ওইরবোই নিংঙী। মাগী নুংশিরবা মতৌ অদু উরগা চন্দ্রীমানা সোরোজিনিদা হায়রকই — নুংশিদ্রা বীনোসে, মাগী মতৌ অসিগা লমদমসিগদি চুনরি।

চন্দ্রীমাগী বাঙাং তাবদা মখোয় লোয়নমক বীনোনা লৈরিবা মায়কৈ অদোমদা য়েংথরকই। মাগী মতৌ উরগা সোরোজিনিনা হায়রকই—উমংগী লাইরেম্বী অসি ঐ কৌগে, খুম্নকপ্রা য়েংশি, হায়রগা সোরোজিনি চীংথক্তগী কৌরকই—বীনো······বীনো ···হো······বীনো······। অচিকপা চীংনুং ওইবনা খোম্থাং য়ৈনা তারকই। বীনো······বীনো······। লাইরিক পাতুনা লৈরবী বীনো খোঙ্গেল অত্তু তাবদা মথকলোমদা য়েংখৎলগা নোক্লকই। মানা লাইরিক অত্তু তপ্পা মখুম খুমজিল্লগা মখুৎনা পায়রগা

কোম্থোংলোমদা থোরকই। কোম্থোংদগী ইমুংলোমদা মখোয়গা চংমিন্নখি। বীনো বীক্রমগা কামেশ্বরগা মাগী অতোপ্পা' কা মচা অহুদা কৌশিল্যগা ফমহল্লি। মখোয় মরিদি বীনোগা লোয়ননা ইমুংলোমদা চংমিন্নখি।, ওসায় মখোয়না পুরকপা ঙা-চাক পুন্নমক অহু চাকথংম মমাংদা থম্মী। মখোয়না লৈরক্লিবা পাৎয়াম অহু উবদা বীনোনা হায়রকই—

—কৈদৌনা লৈরক্লিবনো, নোং ফাদোক লাকপবু ঐনা তৌরগা লোয়রে।

বীনোগী মপুক্লিংদা বারৌরপ তৌবা অহু উবদা সরজুনা—

—ওসিগীনা ঐখোয়না লৈরকবসু মতুংগী য়াম্না লৈরি।

মখোয়না বারী শান্নরিঙৈদা বীনোগী মমা ইকুজবা কারকই। চাকথংমদা হৈদোক্লিবা পোৎয়াম অহু উবদা—করিগীনো ইচাশা নখোয়না অসুক য়াম্না লৌবক্লিবা, অবেম্বদা পৈশা প'চং চংলম্নিদো?

বীনো মমাগী ৱাঙাংশিং তারগা মখোয়না থংমকই—য়াম্না চংদেদা ইমা চামিন্ননিংহুনা লৈরকপনি। মতুংদদি ইমাখোযদা যেৎহুনতা লৈগদৌরিবনি।

মখোয় ময়াম বারী শানা শানা ইঙ্গাং শেম্মি। বীনোগী মমা চাক থোংবা হৌখ্রে, বীনোসু মুঙ্গাদা মৈ হৌগৎলগা চা লোনবা লোযহুনা গিলাস গিলাসতা হৈদোক্লে। গিলাস অনিথক লৌখৎলগা পুথম মচা অমদা হাপকৎলগা বীক্রমগা কামেশ্বরগা লৈহৌরিবা মফম অহুদা পুহনা থোকখি। মানা তপ্পা চংশিল্লগা টেবল মথক্তা চাহু থম্না থম্না হায়রকই—

—তামো চা লৈরে।

— য়ারে য়ারে, ওস্তোক্না ৱানা হোৎনরুরেদা, মখোয় অনিনা নোক্লগা হায়বকই।

বীনো মখোয় অনিদা চা পীরম্লগা ইমুংদা চংখি। মখোয়স্তু চা থক্তুনা ঙছাক-পোথারগা লৌকোয় পাৎ য়েংঙসি হায়দুনা মহৈ মহৈ অমুক চৎনখি।

লৌকোয় পাৎ থোইদোক্লা য়েংবা নুংঙাই। চীংনা ইকোয় কোয়শিল্লগা লৈবা পাৎনি। নোংজু পাস্থানি, অতুবু ক্যালেনগী শারবা মৈশানা চুপশিনখিবনা পাৎ অতুদি মপুং ফানা ঈশিং লৈবা ঙমদ্রি। পাৎকী মনাঙ থংবা শরুক এস্-এস-বিগী কেম্প লৈরিবা মফম খরা অছু নত্তনা ঈশিং অমগ্না লৈরমদে। চাউরবা পাৎকী অকোয়বদা অনৌবা থম্লানা লৈতেংলি। নৌনা চোংখৎপদা ঙায়-রিবা থম্লা লাংকোলশিংনা চপ চপ লেপ্তুনা লৈরি। থোৎনা নৌরবা থম্লাশিংগী মথক্তা নুমিৎকী মঙালনা য়ৈবদি থোযদোক্লা নিংথিরি, মপুক্লিংব খোয়রাংহল্লি। ঈশিং য়াওদবা পাৎকী খোংনুংদা নৌনা চোংখৎলকঠনা থম্লাশিং অত্তু উরগা মখোয় পন্থতুনা লৈবা ঙমক্লে, মহৈ মহৈ থম্লা হেকপা কুমথনখি। বীক্রমগা কামেশ্বরগদি পাৎ-য়াদা লেপ্তুনা লৈহৌই। মখোয়দি খরা খরা অকনবা লৈবাক য়েংদুনা চংশিনখিবনা পাৎয়ায় য়ৌগ্রে। খরা লাপ্তুরা থম্মৌ ফুক্লিবী ইমাশিংগী মনাক্তা চংশিন্দুনা থম্মৌ লৈনরি। মখোয়গী থংনিং কাংদুনা চৎপা শাথেক্কা, মালং নুংশিংকী তান্তা জগোয় শারিবী থম্লাশিংগা অমত্তা ওইনা তিন্নখি। শারেপ ফানা রাংদ্রিবা থম্লাশিংগী মথক্তা মখোযগী পারবা ফিশিংনা ঙা থেংদুনা শান্নরি। বীক্রমগা কামেশ্বরগস্তু মখোয়গী মতৌ অছু নোকমী নোকমী তৌদু-না য়েংলি। নুমিৎ অত্তুগী চন্দ্রীমাগী ড্রেস য়েংবদা নুংঙায়, থোয়না পকচৈ। লৈবাক অকনবা খত্র খত্রদুনা খুদিং কাংলপ চৎলিবী মাগী হকচাংদা নুংশিংকী শাহুন ফংলবী থম্লাশিংনা ঙাথদুনা শান্নরি। মালং নুংশিংকী শাহুম ফংবদা মাগী য়ায়বা শমলাংশিংদু অমত্তা তিন্নদে জ্বায় জ্বায় তারি, ফাজিনবা ঙন-ত্রবা মাগী ফি, কারবা শমলাং, কাজিম্নবা হোৎনবদা অরাবা অমা ওইরি। হৈনদ্রবী মাগী মতৌ উরগা থোয়না হেম্না নুংশিজরি মুম্না

মুন্না য়েংজরি বীক্রম। মখোয়না থম্না হেকনুবা মতুংদা নৌনা শাগৎলকপদা ঙায়রিবা ডাক বঙ্গলো অহু য়েংবা কাখৎলি। লোয়রোই লোয়রোই কাখংলিবা চীংগী লম্বীনি য়েংখি য়েংখি খুদিংমক্তা মিৎকম হোংবা য়াদে। কালেন ছুটি থাবা হুমিংকা ওইবনে, খুল অহুগী নরুবা স্কুলদা তম্না অঙাংশিং থরম্নু থেংনৈ। বীক্রম মখোয়শিং অহুগা লোয়ননা বারী শার শারহুনা অঙম্বা চীং কারি। অঙাংশিং অহু নুংশি হংঙিবা খুদিংমক খুম্মী। মখোয় ময়াম ডাক বঙ্গলো অহুগী মনুং চংনুবা মতুংদা খোরকুগা বঙ্গলোগী মনিংদা লৈরিবা চীংশাংশিংদা তারিবা খুলশিং অহু য়েংলি। ঙসি দি চন্দ্রীমাগী পুক্নিং ওন্দোক্না নুংশিখ্রে। মতম কুইনা উনদবা মী উননগী নুংঙাইবনে, লমদম তাম্না লাকপগী খোযবাংবনে, মাগী পুক্নিং ইনৌতা নৌই। মানা মায়কৈ খুদিংমক লৈ লৈহনা য়েংলি। চীংথক্তুগী য়েংথরকপদা উরিবা চীংখোংগী অমম্বং তম্পাক্কী দৃশ্য, তাম্না তাম্না শন্দোকখিবা যুমশিং য়েংবা নুংঙায় পুক্নিং নুংঙল্লি। পাংকী নিংথিবা থম্নাগী ফজবা, অশংবা নাপীগী লম্পাক পথ্রা লুখ্রাগী অঙৌবা মপাল মালংগী শক্তমদা মনিং তম্না শারি। চীংশাংগী হায়থখ্রিবা নাপোমদা যণবী যন্নাওনা শজিক চাবি। অসিগুম্বা দৃশ্যশিং অসি উবগা মখোযগী পুক্নিংদা চপ নামনা নুঙাইবা পোকচৈ, খরা লাপ্না চঙনা যেংনিংলকখি। মখোয়গী পুক্নিং বঙ্গলোগী অবাংদা লৈবিবা খুল অহু তাম্না চংখিবগুম চৌরি। করম্না ঈশ্বরনা ইনশিল্লকপনো খংদে, মখোয় পুম্নমক চপ মামনা চংনিংবা পোকখি। ঙশায় মথৈ তুনিম্না লৈবম্বা সরজু অছিকপা অহু থুগাইরগা বার্নোদা হংঙকই--বীনো বঙ্গলোগী অবাং-দা লৈরিবা খুল অসিবু করি খুলনো? ওহ্রাক্না চংনিংখ্রেদা?
—নুংশায় খুল কৌই, চংনুশিরা? ঐগীসু ইমাগবা লৈ।

মখোয়না চংনিংহনা লৈরম্লগা মপা চামহনা মহৈ মহৈ চংনখি। চীংগী মাকন্দা চংপা নুংশায় খুল তাবা লম্বীনি। পাথং লৈশাবাশিং

অদু বা মচেং অমত্তা ঙাংনদনা মহৈ মহৈ তুমিন্না তুমিন চৎনরি। নুংশাগী মৈশানা মৈবক্কে, লম্নশাং চৎপগী-রাবক্কে চন্দ্রীমা মখোং থাঙবা থোরক্তে, তপ্পা তপ্পা চংলি। মখোয় ময়ামদি কনা-শাংনা হায়গংনদ্রে, মাদি মনিংদা শোথক্লা নৈতেরে। বীক্রমা হুন্না য়েংথোরকপদা মামা লাপ্পা চৎলম্বা অদু উখি। মাহা নুংঙাম্ব ত্রহুনা থোঙথাং মরা থরা তপথরগা মাবু ঙাররি। ঙহাক ঙাম্নরবা মতুংদা মহাক য়েৌরক্কে। মখোয় অনি য়াম্না তপ্পা চাং অমদা চৎলি। নুংশাগী মৈশা থাঙবা ঙমত্রবা মাগী হকচাং অদু হুমাংনা পুমচোৎ চোংলে। মথুংগী পায়রিবা রুমাল অদুনা মমায়দা তার-ক্লিবা হুমাংশিং অদু তৈথোক্লি। বীক্রম মনাক্তা চৎলিবী মতোক্পা য়েংলগা তপ্পা হায়রকই—রাত্রা ?

—ভুং রাদে, শব হন্তবগা খুম্মকই।

মাগী পাউথুমনে লৈরবী মগিং অনি তাদুনে, বীক্রমগী থম্মোয় লাংহল্লি, তদনা মনাক্তা চংশিনলি। মামা ঙহাক তুমিন্না লৈরগা হংঙকই—তামো কৈদৌঙৈ থোরকই ?

—ঙবাং।

—কৈদৌঙৈ অমুক চংগদৌরিবনো ?

—মফম থংত্রি, থরা লৈখিগনি।

চন্দ্রীমা তুমিন্না লৈখ্রে। মাগী রাথল করিঙনা অমদা লুপ্পগী মওং মাল্লি। ঙহাক তুমিন্না লৈরগা অমুক হায়রকই—ট্রেনিংগী পুন্সি রাত্রা ?

—অহানবদা রারম্বী, হৌজিক্তি হৈনরে।

—ইমাবেম্মদি থংলত্রা ?

—ইমাগা পাবুংগদি থংদ্রি সরজুদি থংলে।

—মানা হায়দোকলোয়দ্রা ?

—হায়দোকখোয় ঐনা থিংগী ।

মখোয় বারী "শানা"লানা চৎথিবদা লুংশায় খুল য়ৌরে । বীনোগী অমাঙবী গোংমৈ ময়ুমদা নৌরমবে শামদা চৎখি হায় । মখোয় গোংমৈগী ময়ুমদা ঙহাক পোথারগা, গোংমৈগী মনাও খুগী অতুগা লোয়ননা শামলোমদা চৎলে । মখোয়না চৎথিবদা গোংমৈ থবক ওতুনা নৌরম্বী । বীনোনা মাঙ থাক্লুনা ময়াম চংঙক পা উবদা গোংমৈ ওক্লগা নোক্লগা কৌরকই—বীনো নং লাকপ্রা ?

—উম, নং উনবা লাকইবনি ।

মখোয় ময়াম চংশিন্দুনা নিংথী লুংঙায়না শেমজিবীত্রবা কাল অক্লদা ঋমি । বীনো মাগা লোয়নরক্লিবা মীশিং অদুবু গোংমৈদা তাক্লুনা থঙহল্লে । মখোয়সু ওসিংদগী হৌনা গোংমৈগা মরুপ শামরে । মানা ময়ানগা পামনী উহে বাহে কয়া পুথোক্লুনা চামিনখি । মখোয় ময়াম বারী বাতায় ঙহাক শানরবা মতুংদা চৎলগে হায়তুনা হৌগৎনখি । গোংমৈনা মাগী পামদা হৌবা হৈ-রা য়াম্না পুথোক্লুনা মকপশিংগী খুদোল ওইনা হাপখি । মখোয় ময়ামসু গোংমৈবু বীদায় পীরমগা বীনোগী ময়মদা হনখি । বীনোগী ময়ুম য়োরে, চাক ঈশিং চাবা লোয়নরতুনা ঙহাক পোথানরগা, লুংথিলগী পুং ২ রোম তাবা মতমদা ময়ুমলোমদা হন্নরকখি । বিষেনপুর চৎলুবা মীপুম খুদিংমক মাগী নাগী থম্মোযদা লুংঙায়বা ঈথক ঈপোম অমগা লোয়ননা মাগী মাগী নৌকম তম্না হনখি ।

—•—•—•—

## ৭ শুবা

ঙসিদি চন্দ্রীমা মথ্‌্নাই ইনুং নুংঙাইনা উদে। নুমিৎ খুদিংগী মতৌগা মান্নদে অপাম্বা মতমদা মোমোন, মোমোন্তা নোক্তুনা লৈজবী মহাক্কী মায়থোংনি অদুবু ঙসিদি মোমোন মীনোক্কী মহুত্তা হায়ফম থংদবা অরাবগী মমি তারি। অয়ুক ঙন্তা হৌগত্তুনা মচিন ময়া শেংদোকপা লোইরগা মাগী কাদা চংখি। মমাংদা লাইরিক খরসু ফাক্তোক্তুনা লৈ, পাবগী মওংদি মান্দে ইফাক ফাক্তোক্তুনা লৈরিবা পাবীদ্রবা লাইরিকশিং অদুগী মথক্তা অয়ুক্কী মেংলবা নুংশিৎনা থোংনাউদগী লীৎশিনখিদুনা লাইরিক অদুগী মথক্তা হুন্না হুম্না য়ৈরী। নুংশিৎকী শহুম ফংবদা চেনাশিং অদু অমগা অমগা ঙা থেংদুনা শান্নবগী মখোলনা পীক্কবা কা অদুগী অচিকপা থুগাইরি। অয়ুক্কী মতম ওইবনা অদুক চাওবা হোষ্টেল অদু মী লৈতবা উনংগা চপ মান্নৈ। মহৈ মহৈ মাগী মাগী মখোদা পুক্লিং লুপশিবনা অমবু অমমা হুম্না য়েংবা শংনদে। কা অমদা মী অনি অনি লৈ, অদুবু মাগা লৌমিন্নবী অদুসু খুদোং চাদবা অমা য়াওদুনা ডুটি লৌরগা মযুম চৎখি। হৌজিক্তি কা অদুদা মতোমতা লৈরি। অয়ুক্কী পুং ৯ রোম তারে হোষ্টেলদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক চাবা থকপা লোয়রদুনা কলেজ চৎনখ্রে। ঙসিদি মহাক কলেজসু চত্রে, চাক ঈশিংগা অমত্তা চাত্রে, মতোমতা চিক্কবা কা অদুদা লৈ।

কাউবা ডমদে, খল্লোয় হাযবা য়াদে, ডরাং অহিং নোংডাল্লমদায়দা মঙখিবা মঙ মঙগী মাখল তৌরুরগা, পোথাফম থংদে মাগী মাখল। ওহুনা খল্লি য়ুনদা করি খোক্লমগবা অনা অয়েক য়াওরব্রা, পাবুংনা করি তৌরমগবা, হঞ্জিন হঞ্জিন খল্লি মপাবুংগী মরিদা। খল্লুবা থুদিং নেমথবা ডনদে, খোয়মনা হেন্না বারি মাগী পুক্নিং খর থনেং থবেং হোল্লি, ডহাক অমুক হিপথৈ, ডহাক অমুক ফশী ওস্থোক্লা মানা থাংলি। নুংশাগী নৈনা চাকপনে, পুক্নিংগী মৈনগা শাবনে, নৈশা অনিনা য়েবদা উরুমগী হবাই মতোলদগী হেন্না পংখৎলে। ইরুজথোক্লগা থরা কনখৎপরা য়েংগে হায়দুনা হিরামদা হৌগংনা মাঠকুমদা ইরুজবা চংখি। ইরুজবা লোয়রে, মশা পুম্মক নোদি পাউনর চায়রগা অনৌবা ধুরিং অমা লিংশল্লে, অদুগা মখুৎনা ছুই নম্লগা শিলিং ফেন অদু ওপ্পা থারি। ইরুজবগী হংচিক লাংলবা মাগী হকচাংদা ফেনগী মুংশিংনা মৈবনা খোয়না হেন্না ঈংহল্লি। হকচাং ঈংথরকপগী মতুং ইমা মাগী পুক্নিংস্থরা ঈংবথম তৌরি। ইরুজনগী চোংলি চোংলি তৌরবা মাগী য়াম্লবা শমলাংশিং অদু শনাজংনা ফজনা হাংগোক্লি। মশন হাংনা লোয়রগা ডহাক্লা পোথংগে হায়দুনা মাগী ফমুংদা হিল্লি। মনা ফা নৈরম্বা লাইরিক অমা কোৎলগা ফাদোক্লুনা পাবি। তাঙ্গা অসিদা সুনি চংডকই। সুনিবু উবদা লাইরিক অদু থুনজিন্দুনা মোল ময়াদা থম্লগা নোক্লগা কৌরকই সুনি চংলকউ, চৌক্রদা ফম্মু।

সুনি চংশিন্দুনা চৌক্রদা ফম্মি। মানা ফনথরগা চন্দ্রীমাদা য়েংলগা হংলকই— কৈদোরে নহাক কলেজ কাগবদি ?

—ডসিদি ঐ হকচাং কয়া মুংডাইডহনা চংরগনি।

—ঐনা কলেজদগী হন্নকপদা পোইরেম্মা। নহাকী টেলিগ্রাম অমা পীরম্মী টেলিগ্রাম অদু পুথোক্লুনা পী।

চন্দ্রীমা হিরামদগী হৌগৎনা ফমুং ময়াদা ফম্লগা সুনিদগী

টেলিগ্রাম লৌশিল্লগা পারি। মানা ঙহাক তুম্মিনা লৈরগা, মপাবুংবু কৌরগা কপ্পকই, পাবুং পাবুং।

মমাক্লা কল্লিরী সুনি, খংলপ্না হায়রকই—করি তৌরে চন্দ্রীমা ?
—সুনি ঐখোয় পাবুং সংসারদগী ········, পাবুং পাবুং নচাবু কনাদা শিন্নরগে········। মাগী মতৌ উবদা হোস্টেলদা লৈরিবী মমাঙ্গবাশিং পুম্নমক কপখি।

—সুনি কন্না মখৈ কপনুরগা চন্দ্রীমাগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রবুনা মাগী মশাদা তপা পায়রবুনা হায়রকই—নহাক কপকনু তৌক্লো করিগী অত্তক নিংহন্নরি, সংসারদা লৈরিবা জীব খুদিংমক শিগ দবা ভাক্তনি কনানু অমর নত্তে। ঐখোয়নু নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা পাবুংনা চৎখিরবা লম্বী অতুদা চৎলখিগদৌরিবনি। ঐখোয়বু শেম্লীবা মপুনা শিন্না খরা পাংথোক্লবা হায়বুনা সংসারনা থারকপনি, শিন্নশিং অদু পাংথোক্লবা মতুংদা ঐখোয়না মফম অতুদা অমুক হনখিনি। নংসু ইথৌ খরা পাংথোক্লদবা য়াংলি ঐখোয়না অতুবু পাংথোক্লবা কন্না হেৎনখিশি। অতুনা নহাক্লা লৈখিদ্রবা পাবুংগীদমক থোয়না খল্লুনু মহাক্তি সংসারগী মীরা মীশা মরক্তা লৈনিংদ্রবুনা শান্তি লমদম য়ৌগ্রবনি। নংনা লৈখিদ্রবা পাবুংগী মঙ্গল ওইনবা গঙ্গাদা চঙলা ঙমজবা হৈ-লৈ খরদং তর্পন কৎলুশি। অসুম্না তৌরবদি পাবুংগী লম্বী পাক্লা চৎপা হেনগনি

সুনিগী বাঙাং তারগা মাগী অরাবগী শরুক খরা হুম্বগুম তৌরি। মহাক্লা মুখা বাখল তৌরগা সুনিদা য়াম্না তপনা হায়রকই।
— সুনি ঐ ইম্ফাল থোক্লরোই।
— করিগীনো ?
—ঐনা ইম্ফাল থোকপগী মহুত্তা, লৈখিদ্রবা পাবুংগী মঙ্গল ওইনবা গঙ্গাদা চঙলা তর্পন কৎলুগে হায়না পুক্নিংদা খল্লে।

—য়াম্না ফবা থবক্নি, অদুদা ··· · · · ।

— অদুগীদি করিম্থু চিংনিংঙায় লৈতে, তামোদা টেলিগ্রাম তৌ-থিগে। মহাক্না লোযননা গঙ্গাদা চত্ন্না তপাল কংলুগে। মুনিগা মখোয় অনি অফ-ফত্তা কুপ্পা থম্নবা মতুংদা ইম্ফাল থোকতবা হায়না লেপনরে।

নোং হেক ডানবগা মহাক্না মমাদা টেলিগ্রাম অমা থাগ্রে। মমাগী পাউ ফংলবা মতুংদা থুনা বীক্রমদা টেলিগ্রাম অমা থাখি। মানা টেলিগ্রাম তৌখিবা মতুং মুমিং হুম্নি লৈরগা মহাক দিল্লীদা চংনবা শেম শাখি। চঙ্গ্রীমা মতোমতা থাদোকপা মুংঙাইত্রদুনা মুনিগা পুম্না লৈনিম্নরি। মানা পুগদবা পোং-চৈ পুম্নমক অদু মুনিগা মখোয় অনি বারী শার শারদুনা লোযশিনম্নিরি। মানা পোং লোযশিন লোয়শিম্ন মপুক্লিংদা খল্লি, ঐ মফম অসিদা লাকপা ফংলরোই। কদোমদগী লাকপা বাখলনো খংদে, অমুক লাক্লরোয়দবনিনা পোংশিং অসি অমত্তা থনম্নবোই লোযনা হাপ-চিনলগে হায়না খল্দুনা য়ারিবা মখৈ হাপচিনবা হোৎনবি। মাগী পোং লোয়শিনবগী মওং অদু উবগা মুনিনা হায়বকই নহাক অমুক হুম্নরোইদ্রা ?

—হুম্নক্থিনি যুমদা চংপস্থু নহেনা,

—হুম্নদবা লৈরবদি করিগী লোযনা খোমজিল্দুনা পুগদৌরিবা ? চংখোক চংশিন্না রায চিম্নবা।

—উম চুম্মী মুনি, অদুদা ঐনা চংগ্রবদি কা অসি মী অমত্তা লৈহৌররোই, অহাংবা কা অসিদা করম্না পোং থননগনি।

—হোয়্, অদুম্থু চুম্মী, ফিরোল মখৈদি পুথো অদুগা লাইবিক মখৈনা ঐগী কাদা থম্মুরগে হায়দুনা মুনিনা চঙ্গ্রীমাগী কাদগী লাইরিকশিং অদু পুদুনা মাগী কাদা থমলুরে।

মখোয় অনি পোং লোয়শিনবা লোম্নরদুনা মেট্টা চত্ন্না চাক চারুরে। চাক চাবা লোয়রদুনা মখোয় অনি হুম্নক্লে, হয়েংদি

খরা ভুম। হৌগদবনি হায়ত্তুনা মাগী মাগী ফমুংদা চংতুনা তুম্নখ্রে। নোংডাগী চন্দ্রীমা ওন্তা হৌগংতুনা মচিন ময়া শেংদোকপা লোয়রে ব্রেক-ফাষ্ট খরা চারগা চংনবা থৌরাং তৌখ্রে। মানা পুগদবা পোৎ চৈ পুন্নমক টৈক্সি অমা হায়রগা মন্নুংদা হাপচিল্লে। মসিনি মমাম্মবী খরগা চন্দ্রীমাবু এরোড্রোম ফাওবা থিন্দোরকখি। মানা এরোড্রোম যৌবা ওহাক লৈবগা এরোপ্লেন মন্নুংদা পোৎ-চৈ পুন্নমক হাপচিনখ্রে। গাড়ী থাবা মতম যৌরত্তুনা মহাকসু মমাম্মদী-শিংবু বিদায় পীরম্মগা প্লেন মন্নুংদা চংখি চন্দ্রীমা মথুং থাঙ্গৎ-তুনা মমাম্মবীশিং বীদায় পীরম্মগা চংখি। মসুনিসু মথুং থাগৎ-তুনা বীদাই তৌনখি। ওহাক্কী মন্নুংদা প্লেনতু পাইখৎখি। মসিনি তাংথক নায়প্রবা ভাতিযাদা অবেপ্পা লৈত্তনা পাইখ্রিবা প্লেনদা য়েংলি। অবেপ্পা লৈত্তনা পাইখ্রিবা প্লেম্মা মীৎয়েংগী হাংমা লম্মা পাইখি। প্লেন চংখিবা ওহাক লৈবগা মসুনি মমাম্মবী-শিংগা লোয়নননা মখোযগী লৈফমদা হনখি।

বীক্রম নহান মখৈ টুর চৎলবগী হক্ষকপদা মঙায়রি। আম্মিগী পুন্সিগা ওইবনে থোয়না হেন্না চিন্নি মহাককী মথৌ লমশাং চংশরগী চোকথরবা মাগী হকচাংবু ঈরু-মায়জথোক্লগা ফম্নংদা হিপ্লু-না পোত্থারি মখুঙা লাইরিক মচা অমম্মু পানোয় ফাকপোয় তৌরি। মানা ফাক্রম্বা লাইরিক অতু খুমজিল্লগা ফমুং ময়াদা লৈরিবা টেবল মচা অতুদা মথোল থোক্লা থম্মী। মানা মথুং অনি অত্তুনা থাংল্লিবা মোন অতুগী মথক্তা লোনশিল্লগা মকোক্না মোন থাংলি। ওইপী খোঙ অতুগী মথক্তা য়েংক্কী খোঙ অতুনা পাঙ্গৎলি। মমিৎ অনি অতুনা অহাংবা শিলিংদা মুন্না য়েংলি, মাগী পুক্কিংদা করিগুম্বা অরুম্বা রাখল্ল অমা খনবগী মওং মাল্লি। কদায়দগী লাকপা রাখল্লনো খংদে খংল্লিং নিংশিংলকই চন্দ্রীমাগী মরমদা। কম্মা কুইরবা উম্নখিদবা করম্মা লেল্লমগনি অসুক কুইরনা মত্তমসি।

মরক মরক্তা চিঠি ইথিবা মতনা উনবা ফংখিদে। নহাল চিঠি অমা থাকিবনি মতুগী পাউগুরবসু পীরক্তে মহাক্কী লাইব্রিক তম্বা লোয়গদবনু খজিক্তা মডাইরে। মথং-মথং হৌখিবা পুন্সিগী অরা মুংডাইগী রাখল কয়াদা তাউতুনা লৈরি। ইথং থংহৌদনা অর্দালি অমা চংশিল্লক্লগা বীক্রমদা টেলিগ্রাম অমা পীরে। মানা টেলিগ্রাম অদু ফংবদা মপুক্রিংদা থুক লাউই, অদুদা মুমা য়েংলগা মথা তানা শোল্লকই—করমা লেল্লমগনি কনাসু য়াওদনা নহাল মথৈ মনিং তম্না লৈরগা মহাক্কী রাখলনি অদুবু চন্দ্রীমাগী টেলিগ্রাম ফংখা মুমিত্তগী হৌতুনা অরাবগী শরুক অমা হাপচিল্লকখি।

বীক্রম মানা হায়রকপা মতুং ইমা অমুক পুং ৮ তাবা মতমদা ইয়ার ফিল্ডদা থুংলৈ। মহাক্না থুংলবা মতমদা প্লেন লাক্লমত্রি, প্লেন লাকপা ওায়বা ওইনা ইয়ার ফিল্ডগী কান্টিন্দা চংতুনা অচা অথক খরা চারি। চাবা লোয়রতুনা খোরক্লে অদু ফাউবা প্লেন লাক্লি। মানা ফুরিংখাউদগী রুমাল লৌথোক্লগা মমায় মমিৎ তৈথোকলি। তৈথোকপা লোয়রগা রুমাল অদু ফুরিংখাউদা অমুক হাপচিল্লগা মখুদাং থাজতুনা ঘড়ী য়েংলি। পুং ৯ তারে করি তৌরবনো? হৌজিক ফাওবা প্লেন লাক্লবদি খুদোং চাদবা য়াওরবা জাৎলা মপুক্রিংদা মওজ মওল খরি। মানা হৃন্দৎ-হৃন্দা চতুনা লৈরিঙৈদা প্লেন লাকপগী মখোল তারকই। মফম অদুদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক ইরাং লাংনরকই। অরেগা লৈতনা পাইরক্লিবা প্লেননা লৈমায়দা তপ্না তপ্না নেমথরকলি। প্লেনগী কাংব্রোংনা লৈমায় হেক য়ৌরকপগা অশাংবা কৈরাক অমা ইনশিল্লকই। মী পুম্নমক অমমমতা ওইনা মথং মথং কুমথরকই। মী কুমথবা তথায় হেনগ্রে অদু ফাওবা মহাক কুমথরক্তে, বীক্রমনা মপুক্রিংদা খল্লি করি তৌরবনো আক্লবরা? মওক থাজতনা হায়া কুমথখিবা মীয়াম অদুগী মরক্তা য়েংই, চংশিবা

মীয়াম অতুগী মরক্তস্থ য়াউবা ঊদে। মপুক্লিংদা চিংনবা অমা পোকখি "করি তৌরবনো ?" চন্দ্রীমা মকোক ঙাওই হায়দুনা মী কুমথবা লোয়প্রবা মতুংদা মতোমতা কুমথরকই। ছান্নী অঙৌবা অমা শেংলি য়ায়বা মুরবা শয়াং অতু নেমলপনা ফাবূল পুল্লি নাল্লবী মায়থোংনি হেক য়েংবদা তরু তরুই, নোকমি নোকমিবা মায়থোংবু অরাবগী মৈরিনা কুপশিল্লি। তরু তরুবী মমিং অনি অতু ঈপাল থাগী তুরেলগুম ইমায় চপ মান্নৈ, য়েংবদা মঙম ঈশান শান্দে। শক্তী মিত্তাবু ঙমজবী নিম্না অনি অতুনা মায়কৈ মরিদা কোয়না য়েংতুনা কনাগুম্বা অমবু খৌরাংনা থিরি। বীক্রম চন্দ্রীমানা মহাকপু থিরে হায়রা খংলতুনা মথুং থাঙ্গৎতুনা মাগী লৈফম খংহল্লি।

চন্দ্রীমা বীক্রমনা লৈরিবা মফম অতু তাম্না চংশিনখি। বী- ক্রম হেক উবদা অৱাবা নুংঙায়বা অনিগী চাংনা চপ মান্নখিতুনা মমিং অনি অতু পীরাংনা থুমহংখি। মাগী তায়নফম লৈরে হায়- বগী মগাগুম বীক্রমদা য়েংলগা য়াম্না হৈনিংদনা মচিনবান খজি ক্রং কাংখৎপগা লোয়ননা মীৎলূদগী পীবাং শিন্থরকখি। তারক্রিবা পীরাং অতু রুমালনা তৈথোরগা য়াম্না তপ্পা হংলকই — কয়া কুইবে তামো য়ৌরকপা, ঐবু ঙায়বদা য়াম্না রারমলগনি। ঙসিদি নোংখি নোংনংঙি হায়তুনা ঙহাক পন্দুনা লৈরক্লে।

মাগী রাঙাং তারগা বীক্রমনা মখা তারকখি — ফনা কুইরে য়ৌরকপা করি তৌরবগে খল্লমলিবনি। রা ঙাংনা-ঙাংনা চন্দ্রীমা- দা য়েংলগা মপুক্লিংদা খল্লি—নোকমি নোকমি ইহাদা হরাউনা লৈজবী মাগী মায়থোংনি অতুঘু ঙসিদি কয়াদা হৈনিংদনা উরিবা। তাখিদবা কুইরে মাগী রাঙাং ঙসিতা তাবদা ইনৌ নৌহল্লি ঐগী পুক্লিং। ড্রাইভরস্থ পোৎ-চৈ লৌরুবা হল্লক্লে মখোয় অনিস্থ গাড়ী তোংখৎলে তপ্পা তপ্পা গাড়ী অতু মাগী কাটর তম্না থৌখি।

নোং হেক ঙানবগা ছুটিগী চে অমা পীরম্নগা মখোয় অনি বৃন্দাবন চৎখি। নবদ্বীপ বৃন্দাবন হিন্দুশিংগী অশেংবা তীর্থনি,

খোয়দোক্পা মমিং চৎলবা লাইক্লমি। ইবুংঙো ইকেমশিংগী পোক ফমলি হায়রুনা মকম অসিবু শ্রীরাম হায়নম্ব খংনৈ। অয়ুক ওন্তা গাড়ী তোংলুনা চৎখিবনা মুমিং য়ুংবা মতমদা ব্রহ্মবন্দা থুংলে। মফম অমুদা লৈরগা পম্বাশিংগা তান্মনুনা শ্রাদ্ধকী থৌরাং তৌরে। শ্রাদ্ধ মুমিংকী অয়ুকনি, চন্দ্রীমা অয়ুক ওন্তা যমুনাদা চত্‌লা ইরু মায়থজরুরগা লাইদা কৎননবা পোৎচৈ শেন শারি। মানা হৈরুক-হৈরা শেম্বা লোয়রবা মতুংদা তর্পন কৎপা মতম ওইরক্লুনা বীক্রমগা লোয়ননা গঙ্গাদা তর্পন কৎপা চৎখি। থরোয় মহীদগী হেন্না নুরবা ঈশিংনি অয়ুকী মেংলবা মুংমিৎকী মঙালনা য়ৈবদা পাক্লবা ঈপাক অমু তনিক তনিক নিংখিরি। অয়ুকী মেংলবা মুংশিৎনা শাবী শানৌগী হকচাংদা য়ৈবদা থোইদোক্লা ঈপোম হৌহল্লি। মখোয় অনিমক অরেম্বা লৈতনা তুরেলগী খোংনুংদা কুমথখি। নিংথিনা পুনবীদ্রবা মাগী শমলাং অমু মুংশিৎকী শরুম ফংবদা অমত্তা তিমদে, জদ্বায় জদ্বায় তারি। মখোয় অনিমক ঈশিংদা থুকই হেন্না কল্লথরগা পুরক্লিবা চেং-খোয়দিং লৈ-গুশিং অমু খুজোক-খুজোক লৌরগা মুমিত্তা থুরুনরুনা কৎলগা ঈরায়দা থাদরি। চন্দ্রীমা মমিত্তুগী পীরাং অরেপপা লৈতনা শিন্থরি, মচিন্দি থোক্লনা মপুক্লিংদা শোল্লি পাবুং নচান' কৎ-চরিবা তর্পন অসিবু লৈচিলগী থোং হাংদোক্লনা হরাউ হরাউ লৌশিনবীয়ুকো। কল্লিঙৈ মতমদদি পাবুংগী নি হায়রুনা করিগুম্বা অমত্তা তমজবা ঙমখিদে নচানা, তাঞ্জে গঙ্গাগী গর্ভদা করিগুম্বা খরদং কৎচবা ঙম্লবদি লৈখিদ্রবা মীগী ময়াদা তায়, পাবুং নচা-না কৎচরিবা তর্পন অসি হরাউ হরাউ লৌবিয়ুকো। থম্মোয়দা লোক্লা শোল্লম্বদগী থাম্বা ওয়ক্লরুনা মথুৎ অনি অমুনা মমায়দা থুমগা মপাবুংবু কৌরুনা কপলি। বীক্রম চন্দ্রীমাবু তপ্পা কোন-বীরগা মমায়দা খল্লমলিবা মখৎ অমু লৌথোক্লগা হায়রকই -"করিগীনো নহাক্লা নিংহুম্মরিবা, সংসারদা লৈরিবা জীব পুম্মক

অমর ওইগদবা নত্তে, অকোন অহানগী রাতনি" মসিদা করিস্থু চিংনমিংঙায় লৈতে, নংস্থু ঐস্থু নোংমদি লপ্পী অসিদা চৎলখিনি, পোক্লবদি শিবা হায়বা অসি শোয়রবনি। মসিদা পৈন্দবা কয়াস্থু য়াউরি অপেনবা পেন্দবা ময়াম অসিনা পুন্সিগ্রগা পুন্সি অমা শেমলিবনি। য়েংঙু নং ঐনা কৎলিবা তপ্নগী হৈ-লৈশিং অসি কল্লবা ঈশিংগী ঈরৈনা লৈনা লৈনা পাবুংগী লৈকম তান্না পুথখি।

বীক্রমগী রাভাং তারগা মাগী পুক্কিংগী মৈচাক খরা নেম-থখিবগুম তৌরি। ঈশিংগী ঈরৈনা তান্না পুথখিবা লৈ-গুশিং অদুদা মুম্না য়েংলগা শোল্লকই—"তামো মীওইবগী পুন্সিগী নুং-ঙায়বা হায়বদু অসিরা?" অদুগা ভনখৈ নায়দ্রবা পুক্কিংগী অপাম্বনা করিনো? মসিগী পল্লেপকম লৈতে। বীক্রমনা মাগী ইতাও তাওবা পল্লেপকম খংদ্রবা মতৌ অদু উরগা য়ায়া তপ্না মখা তারক-খি—খাংবা কনবা, পল্লেপকম অমা থন্না হায়বা অসি মীওইবগী তুংগী লম্বীনি। খাংবা কনবদা লৈপাকলৈ, নোম্বা কনবদদা ককচেং মখোয়গী পুন্সি নিংশিংঙু পুন্সিগী লানফমদা লানভম ফিরাল থেংখিবা মখোয়নি।

চন্দ্রীমা বীক্রমগী রাহৈ খুদিংমক মুম্না তারি, পীরাংনা থুং-হুৎলবী মমিৎ অনি অদুনা কল্লবা ঈরৈদা তাওথখিবা চেং-থোয়দিং লৈ-গুশিং অদুদা মুম্না য়েংদুনা লৈরি। উনা উনা মীৎয়েংগী রাংমা লাম্না কল্লবা ঈরৈনা পুথখি। ভহাক লৈরগা ঈশিং অদু তপনা তপনা অস্থুম চাউখৎলকখি। ইখং খংহৌদনা চাউরবা ইথক ইপোম অমা লাক্তুনা মখোয় অনিগী হকচাংবু হুম্না হুম্না চামথোকখি। চন্দ্রীমা চাউরবা ইপোম অদু উবদা মীপায়বগা লোয়ননা কৌরকই—

—তামো! তামো!

কিরে হায়বা খংলদুনা বীক্রমনা চন্দ্রীমাবু কোনশিনবীখি। ভহাক লৈরগা চাউরবা ইপোম অদু তপনা তপনা হম্বরকখি।

ঈশিংগী ঈপোম্না হৃদয়রকপগা লোয়নদা মীপায় চাউবী চন্দ্রীমা খর তপা তম্না হৃদয়রকখি। মহাও খীরবা ঈপোম্না, নৈহৎলম্লবা মাগী শম্নাং অত্তু মখুৎ অনিনা খোমজিন্দুনা পুনশিল্লি। বীক্রম চন্দ্রীমাগী মতৌত্তু মুম্না য়েংলগা হায়রকই—য়েংঙ্, চন্দ্রীমা ঐখোয় অনি ঙসিদি কবা লায়বক ফরবা, নংগী অরাবা কোকপিগে হায়রদুনা। ইমা গঙ্গানা ঐখোয় অনিগী হৃকচাংবু হুম্না হুম্না চাম্‌খোকিপিরে, অসিদগী হেন্না লাইবক ফবা অতৈ করি লৈরি।

বীক্রমগী খেমজিল-রাঙাং তারগা খোয়না হেন্না নৌরিবী মাগী পুক্লিং হেন্না হেন্না কপনিংলি। মখোয় অনি তর্পন কৎপা লোয়রদুনা তোর্বাল তম্না কাখৎলকখি। শ্রাদ্ধ লোয়রবা মতুংদা অফাউবা তীর্থ কয়া চৎলুরবা মতুংদা দিল্লীদা অমুক হনখি।

থা কয়া হোৎখ্রে, মহাক বীক্রমগী মনা ক্না অত্তুমক লৈরি। মপাবুং লৈখিদবনা মরম ওইদুনা মাগী আশা পুম্নমক কাম্বখিব-ঙুম তৌরি। অয়াম্বা মতনদা চমম্নবা রাখলনা মাগী পুক্লিংবু জয় তৌরি। পরীক্ষা ময়াগা ওইশিনলকপনে নুংঙায়তবা রাখল খলহননিংদদুনা মাগী পুক্লিং খৌগৎপা রারী কয়া লিবীদুনা তাহল্লি। বীক্রমগী রারী তারগা শোম্বরম্বা মাগী পুক্লিংদা অনৌবা আশাগী মঙাল অমা লাকখি হান্না। লাইরিক্তা থরায় য়াওজবী ওইবগা হৃন্দক্না অরোয়বা চহীগা ওইবনে হান্নদগী হেন্ন কম্না হোৎনরি। মহাক মুম্নিৎ খুদিংগী লৈকোন্দা লাইরিক পায়, ঙসিম্নু মখোয়গী ময়ুনগী মমাং ওইরপ্না লৈবা লৈকোল অত্তুদা লাইরিক পারি। লৈকোল অত্তুম্নু খুৎশেমগী অয়ৌবী থাক্না পেনখিবনা য়েংবগী পেনবা নায়দে। পৌমশাৎনরিবী লৈরাংশিংদা মুমিদাংরায়রনগী নামিবা মুংশিৎনা য়ৈবদা তনিক তনিক নিংথিরি। লৈখোক লোয়রবী লৈরাংশিংনা লৈমায় থক্না চোয়না চোয়না তারি। চাং মান্ননা ককলবা অশংবা নাপীশিংনা চোয়না তারবী লৈরাং-শিংগা অমত্তা ওইনা তিন্নরি হেক য়েংবদা পুক্লিংবু ইরাং হৌহল্লি।

ঙসাই মথৈ লাইরিক্তা পুক্নিং ন্পুখিবনা অতোপ্পা রাখল অমত্তা চঙবা ঙমদে। মানা লাইরিক পারগ্নদগী হুনগৎলকপদা লৈথোক লোয়রবী লৈরাংশিংনা লৈমায় থক্তা চোয়না তাত্নুনা লৈরম্বা উবদা মাগী. মপুক্নিং ইনৌ নৌথিবগুম তৌরি। পুক্নিং শোন্থরকপা মতম অসিদা বীক্রমগী মরিদা খনবা হৌরকই। মাগী নুপা অমা ওইবগী মীনুংশি, লেমজবা রাঙাং পুম্নমক তমজনিংঙাইনি। মানা ঐবু কয়াদা লুনা তৌবিরিবা কয়াদা চেকশিন্না থম্বীরিবা, মসিনি মাগী খ্বাইদগী তমজনিংঙাই ওইরবা পুকচেল। মানা বীক্রমগী পুকচেল চাউবগী মরমদা, অস্থুম খল্লিঙৈদা, কদায়দগীনো খংদে মপুক্নিং বারৌবর্প তৌবা রাখল অমা ফাউরকখি। মশা মতোম তা ওন্না শোঙ্গ্নকখি—মানা ঐবু ইতৎ তগুনা লক্নরি, নুপীগী পুকচেলদি লশিং মফোলদগী হেন্না য়াংঙী। ঐ অসিবু হেক য়েংবদা মীনুংশি খংদবী পুকচেল লেপ্তবী নুপীগুম্না থল্লবা, ঐদি মাবু নুংশি তশেং তশেংনা। অমকপা লৈল্লবা ঐগী থম্মোয়নদি খল্লি মানা ঐগী ঈশ্বরনি, মানা ঐগী সংসারনি অত্নুগা মানদি করি খল্লিবা মত্নুদি ঐগী রাখলনা লাম্বা ফংদে। ঐনা ফনা খল্লিবা, মহাক অসিস্থু নুপানি, কনাগুম্বা নুপীশিংনা হাযনৈ নুপাগী পুকচেলদি ইশিং ঈচাওগুম্বনি, পাল্লেফম লৈতে, মসিস্থু থাজবা য়াবা রাফম্নি। পুন্নমক অসি খন্নুরগা মপুক্নিংদা য়াম্না রাই চিন্না ওম্না শোললকখি তামো, নংগী লমনদি মপোকসিমগী শিংবা ঙম্নরোই। মথুৎ অনিনা মমায়দা নাললগা মঙক খজিক্তুং লৈথোরকই। মাগী মনাক্তা বীক্রম লেপ্লেন্না লৈরম্বা উবদা থ্বায় লাউই, তৌফম খংদত্নুনা মরু ন্নুরুথখি। মাগী মতৌ অত্নুদা ইকায়রে হায়বা খংলত্নুনা অতোপ্পা অমদা পুথোক্লগা হংঙকই -

—করি তৌরে চন্দ্রী নশা ঙমদব্রা ?

—ঙম্মী, কৈগুম্ব তৌদে,

বীক্রম মঙোন্দা মুম্না য়েংলগা অহাংবা চৌক্কি অমদা ফমথে। ঙহাক তুমিম্না লৈরগা য়াম্না তপনা হাম্নরকই—

—য়েংঙৈ চন্দ্রী ঐ নঙোম্দা ৱা খরা হায়গে নংস্থ মুন্না তাও, নহাক মুপীনি য়াম্না ৱাখল লৈরবী অফ ফত্রা খনবা ঙম্লবী নহাক্না করিগী নপুক্সিং অহুক শোম্বরী, নহাক্কী তাংলবা পুন্সিবু অমম্বা মায়কৈদা লমজিংহুনা অরেম্বদা মাংহনগনু, মাহু য়াম্না চুমদবা ৱাখলনি খাদোকউ। ঐদি নহাকপু থৌনা লৈহন্নিংঙী অরেম্বদা মাংহননিংদে।

চন্দ্রীমা বীক্রমগী ৱাঙাং অহু মুন্না তারি, তৌফম খংত্রবী মহাক্কী মথুৎ অনি অহুনা কদায়দা করি লৈরি হায়হুনা কোইথি খিবা হৌরকই। তৌফম খংত্রবা মথুৎ অহুনা মখোয় অনিগী মরক্তা টেবলগী লৈতেং ওইরিবা গমলাগী লৈশিং অহুদা তায়নরি, অমমমতা ওইনা শেগায়রি। মাগী মতৌ অহু উরগা থোয়না হেন্না নুংশিরি মমিৎ কুপ্তুনা য়েংলি। মাগী মথুৎনা গমলাগী লৈশিংহু অরেপ্পা লৈতনা শেগায়রি, চোয়না তারিবা লৈনাশিং অহুগী মথক্তা খংহৌদনা লাকপা নুংশিৎনা শাফু কন্না য়ৈবদা লৈনাশিং অহু অমতা তিন্নদে লোয়না হুমদোকলি। নুংশিৎনা হুমহুনা পুখিবা লৈশিং অহু বীক্রমগী মথক্তা পুম্না হৈথখি। বীক্রম ৱা লান অমত্তা ঙাংখিদ্রে নুংগী মুক্তিগুম্না তুমিন্না লৈখ্রে। মাগী মতৌ উবদা নোকমিংলুরমালে মচিন খুমজিল্লগা থিক থিক নোক্লি। মানা নোক্লকপা উবদা অশোয়বা করি য়াওরবনো হায়হুনা মশাদা হন্থহুনা য়েংলকপদা মাগী হকচাং অহু লৈনা পুময়োম য়োমহুদা লৈরমলে মহু উবদা বীক্রম্না মঙোম্দা য়েংলগা নোক্লহুনা মশাদা পকইবা লৈশিং অহু কন্থোকই। লৈ কন্থোকপা লোয়রবা মতুংদা মানা হায়রকই নং অমদি ঐ, চেনবা য়াররোয় মালং নুংশিৎনা শাক্তি ওই কনাম্থ খংদনা চিক্লবা লৈকোন অসিদা লুহোংলে।

চন্দ্রীমা বীক্রমগী ৱাঙাং তারগা খঙলপ্পা খুম্মকই লুহোংবা মহাক মথা ঙাখিদে তুমিন্না লৈখি। করি খল্লবদগী খংদে বীক্রম ফম্নবদগী হৌগত্তনা চংশ্নগা ফুগায়না শাংলিবা আত্তর গুলাপ

অঙৌবা অমা হেকলুরগা মাগী শমজিদা থেৎপিরগা হায়রকই—অঙৌবা কুন্দোগী মহুত্তা অঙৌবা অতর গুলাপ্পা শিল্লবনি পুক্কিংনা পামজনা পুন্সিগী ওইনা থেৎচরি ঐগী গুলাপ।

চন্দ্রীমা ৱাদি ঙাংদে হায়ববু নোকমি নোকমি বীক্রমদা য়েংতুনা লৈখি। নুমিৎ অতুগী মাগী ৱাখলস্তু অঙকপনি ফয়মবদগী হোৌগৎতুনা বীক্রমগী মখোং অতু শোক্তনা খুকমজখি। বীক্রমস্তু চন্দ্রীমাবু কোনখৎপীখি। মতমতুদা মানা—তামো, নংনা ঐগী ঈশ্বরনি ঐবু অৱাবদগী কনবীবু।

—ঐগী ৱাখলদি মরোল নায়দে নংগী ঈপাক্তা তিনগনি। নুমিৎ অতুদগী হৌরতুনা মখোয় অনিগী ৱাখল অমতা ওইখি।

অফবা নুমিৎ অমা য়েংতুনা মখোয় অনি কোর্টা চত্তনা সহী তৌরে। নিংশিং খুদম কয়া থম্লবা মতুংদা মখোয় অনি ভগ্যবতী ইমাগী মন্দির অমদা চৎখি। মখোয় অনি ইমাগী চরণ শোক্লা খুকম্লবা মতুংদা বীক্রমনা মাগী মমিং থাবা খুদোপ অমা চন্দ্রীমাগী খুনিংথৌদা শিজিনবীরি। চন্দ্রীমাস্তু বীক্রমদা নিংশিং খুদম ওইনা মাগী মমিং থাবা খুদোপ অমা শিজিনজখি। খুদোপ শিজিনবা লোয়রগা ইমাগী চরণ শোক্লা অমুক খুকমজরি। অনিগী মতৌদা নুংশিবীরতুনা সেবারী অতুনা মখোয়বু শান্তি তৌবিখি। শান্তিগী ঈশিংনা মশাদা চোংলকপদা বীক্রমগী ওয়দা লেপ্রীবী চন্দ্রীমা তুংলোমদা খংহন হন্দোকখি। মাগী মতৌ ঊরগা বীক্রমগী থম্মোয়দা হায়ফম খংদবা অৱাবগী চৈনা অমা ফাউরকখি। অতুবু মাগী মায়থোংদদি থোয়দোক্লা নুংঙাইতবগী মমি তাখিদে। মখোয় অনি লাই খুকম্বা লোয়রবা মতুংদা ইমাগী মন্দির থাদোক্তনা মখোয়গী লৈফমদা অমুক হল্লক্লে।



# ৮ শুবা

লোয়নাইদ্রবা মতমবু য়াবৌগদ্রা নত্রগা, পংলবা থম্মোয়বু বারৌগদ্রা নৈনা কনাবু বাবৌগনি, অস্তুক থম্মোয় শোক্তরক্কনি হায়বা অসি থাজবনদে। অদুবু ঙৌজিক্তি ঐগী পুক্নিং কয়াদা য়ারবা? ঐনা তামো চন্দ্রাবু নুংশি অদুবু থৌদোক খবা অদুনা খল্লদ্রবা মাগী য়াখলনি, লাপথোকখ্রবা মতম অসিদদি মাতনা ঐবু ওংলি নিংশিংলোয় হায়বা ঙমদে, হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোক কয়া, নিংশিংলবগা মাবু অমুক্তং উনবা ফংলবদি হায়বা অসিনা লাইনিং ওই খি। হায়নৈ বসন্ত মীপুন খুদিংনা নুংঙায়বনা মতমনি অদুবু শাবী শানৌশিংগী মফমদদি তমথিরবা য়েক্কবগী মশকনি। নিংথম থাগী উনখানা যৈবদা খাঙবা য়ারবা পাখীশিংনদি মহাকপু খৌবাংনা ঙাযবি। মনা চোংদনা মপাল শাবনা চুহৈ হৈখা পাখীশিংদা লৈহী পাম্বা খোইমুশিংনা ঙংনা ঙংনা পাইবা উবগা নৌহৌনা মযোল চেংখৎলকপদা ঙাইরিবা মনাশিংনা লোম্না লোম্না কুয়ৈ য়েংলি। থোইদোকনা মনা যাওদ্রবা চুহৈ মপালগী মবক্তা ককঙাওনরবা খোইমুশিংনা ঙংনা ঙংনা পাইবদি যেংবদা পুক্নিং খোয়রাংঙি যেংবগী পেনবা নাইদে। মনা পুংলবা হৈনৌ পাখীগী

মকুমদা শৈহেক হৈবা কোকিলনা বসন্তবু য়েংহল্লা হরাওনা ইশৈ শক্লি। বসন্তগী ফজবশিং অসি উরগা সরজুগী পুক্লিংদা থাখলগী জগোই শারি। মানা থুংখিলগী পোত্থাবা ওইনা মমাংগী হৈকোন্দা চৌক্রি অমা পুথোক্লগা ফমলি। গোজা লোম্না লোম্না মহৌশাগী ফজবশিং অসি য়েংলি। মাগী লৈনা য়েংলকপা মিৎয়েংনা চুমৈ মপালগা লৈহী পাম্বা খোইমুগা নাপচীক্লা থারী শাম্নবা উকুরগা মাগী হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোক অমা নিংশিংলকখি—নুমিদাং-বাইরমনি মহাক থ্রেক্টিং কমদা লাইবিক অমা মথক্লায় য়াম্না য়াউনা পাবি। লাইরিক্তা পুক্লিং লুপখিবনা মী লাকপগী মখোল তা-হৌদে। চন্দ্রা থোংজিন্দা নখুৎনা পায়রগা মখোং নাম্লনা থোং-জিল মথক্তা থাঙৎলগা মমায় খজিকুং নোম্বরগা য়াম্না তপ্না হংওকই—থা অমত্তা হংজগে।

সরজু খোঞ্জেল অতু তাবদা মমায় খজিক্লুং হঙৎলগা য়েং-লকই। ইথা থাজদনা চন্দ্রা লেপ্লুনা লৈরসা উবদা হায়কেতং নোকপা কৌরকই—তামো নোংশিননীরকউ।

—য়াথং ফংলবনিনা চংওকপা তারেদনা হায়রগা চন্দ্রা অহাংবা সোফা অমদা চংশিন্দুনা ফমথখি। ওহাক তুমিম্না ফমগা সরজুদা ওনশিল্লগা হংওকই—নখোয় তামো লৈব্রা?

—ওস্তোকপা পাথংনি মমুমদা নোংমতা হেক লৈরমদে।

- হোরেল করি হায়ুগে. উনদবা যাদবা জাৎলা?

—নংগা থেংনরবনিনা মহাক উন্নদ্রবসু য়ারে।

মানা চন্দ্রগী মতৌ অতুদা নোক্লগা মখা তারকই—

—উননিংবা মী উন্নদ্রবসু মতুৎ শিনবা য়াবা মীসু মরৈরমলিবা?

—ঐনা য়াম্না উনিংবা মীওই অমা ইথা থাজদনা থেংনরে ঐদি কয়াদা লাইবক ফরবা?

খজিক্লুং হায়রকপদা হাম্না ভাব তারবনি অতুবু থৌ ইশা শাদনা অমুকসু হংওকই—অতুক খোঁরাংনা ঙায়রিবা অতুবু কয়া

মমল লৈবা মীনো ওস্তোক্সা খংনিংগ্রেদা ?

ঙহাক রাখল তৌরগা চন্দ্রানা খুম্মকই—উম, মমল লৈ, খংবদা কামবা মীওইনি অদুবু থম্মোযদি মুংদগী হেম্না কল্লি।

সবজ‌্মখোল থোক্লা নোক্লগা মথা তাবকই—চেকশিনজৌ তামো মুংদা ঈশিং চাইববদি চোৎলগতা মতোকই কৈদৌঙৈদসু পেখবোই।

হন্দক্তি চন্দ্রা শকফম হঙিম্না হায়বকই—অচুম্বনি মুংগী মুক্তি দি কৈদৌঙৈদসু রা ঙাংদে, থম্মোয়সু পান্দে।

হন্দক্তি সবজ‌্চন্দ্রা বাবৌবে হাযবা খংলদুনা মনাক্তা লৈবা হৈনদুনা তামো ঐ চা লোল্ল‌্খিগে, ঙচাক্তা পোখাবীবমখো হাযবমগা হৌগৎলকই। মানা ইমুং চংলমদাযদা চন্দ্রাদা য়েংলগা লংলবী মাতোনদু খজিক্তং কাংখৎতুনা নোক্লগা হায়বম্মী-ঙসি ঐগী যুমদা রারৌগনবী অতিথি অমা থুংলবে, অদুবু পেল হনবা পুজা তৌবা তাবি। শঙুম্না কুপ্পা পুক্লিং, চংদুনা যেংবা যাবসু নত্তা, অশেংবা অপাম্বা অদুদা খংহনবীবমলবদি কয়াদা মুংঙাইগনা হায়বমলগা কোইবাওনবী মমিৎ অনি অদুনা অর্থ লৈনা য়েংলমলগা ইমুংদা চংখি। মানা চংখিবা অদোমদা মমা য়েংলগা মপুক্লিংদা কবিগুরা খবা খন্দুনা লৈহৌই

—মানা ঐবু অমুকসু মুংঙাযহল্লি অমুকসু ভাব তাহন্দে কবম্না মাগী অশেংবা খংগদৌবিবা, খনবদা যাম্না লবা রাফম্নি। তুমিন্না লৈবনদি মাগী অশেংবা খঙবা ঙমলোয় অদুনা অশেংবা অমা খঙম্না হোৎনদবা যাদে। মপুক্লিংদা অগাং অতোংগী চাং ওল্লিবা চন্দ্রা রাখনদা লুপখিবনা সবজ‌্না কৌবকপা তাহৌদে।

মানা চা অদু টেবল মথক্তা থম্নগা অম‌্কসু হায়রকই—
—তামো চা লৈরে, ঈংগ্রগনি।

হুন্দক্তি তারমাল্লে তপ্না খুম্মকই—উম, মশা অদু খজিক্তুং লেংলগা চা অদু তপ্না লৌখৎলগা থক্লি।

সরজন্থ চা অদু খজিক্তুং চিংলগা টেবল মথক্তা থম্নগা চন্দ্রাদা হায়রকই—তামোসে অরুবা রাখল অমা খল্লম্মাল্লে, মীনা কৌবা পাক তাদে!"

চন্দ্রা সরজগী রাঙাং তারগা অর্থ লৈনা নোক্লকই, রাদি ঙাংদে। মানা চন্দ্রাদা হায়ফেংং য়েংলগা মখা তারকই—রাখল লূনা খনবা, রা য়াম্না ঙাংদবা নুপা ওইবগী অথোয়বা মগুণনি, অদুবু খঙ্জিল্লবস্থ নুপা মান্দে।

চন্দ্রা সরজগী রাঙাংদু মমা তারগা শ্বর চাউনা হোল্লদুনা হায়রকই—"নুপাসিবু থম্মোয় পান্দ মীনুংশি খংদেগা হায়নব্রা?" ঐখোয়স্থ মীনি পুল্সিগী অৱা নুংঙায়গী চৈথেং লোইনা ফংঙি। মানা য়াম্না রাই চিম্না অমকস্থ মখা তারকই—ঐ ঙসি নঙোন্দা রা খরা হায়গে, মম্না খল্লগা খুম্মু। ঐনা নহাক্কী অশেংবা অমা খংনিংঙী অদুবু পাক হায়দোকপা ঙমদদুনা লৈরক্লিবা অসি মতম শাংলে অদুনা নহাক্কী অশেংবা অমদি হায়রো?

সরজ পাক খুমদে মনায় খজিক্তুং নোম্থরগা, মখুৎনা টেবল মচিদা থোত্তনা শামরি। মঙোন্দা মুম্না য়েংলগা চন্দ্রানা——"অফাউবা কবিশিংনা লাইরিক কয়াদা শিংথানৈ কনাগুম্বা প্রেমী অমনা প্রেমিকা অমবু হুকচিম্না নুংশিরবদি হায়রিবা প্রেমিকা অদুগী থম্মোয়দস্থ নুংশিবগী মমি তাই" ঐগী ইফমদদি পুম্নমক অদু অরেমবনি। মীনুংশি খংদবা, মীওৎপা পুন্সিনা পংনুং নুংঙাইবা ওইরোই।

সরজ চন্দ্রাগী রাঙাং খুদিংমক মমা তারি। রাদি ঙাংদে হায়ববু মাগী মায়থোংদা হায়ফম খংদরা চৈনাগী মমি অমদি

তাম্মি। মাগী থম্মোয়গী মৈশাবু মোমোন মীয়োক। কুপশিল্লগা চন্দ্রদা হায়রকই—হো ইবুংঙো মীঙুংশি খঙবা, মদনা হেক ··· ·· ······ঐদি থম্মোয় পাম্দরেনে?

—অশেংবনি সরজু তুমদবা মী তৌদোকপা লুই নত্রা?

—"তুম্বা তুমদবা, নুংশিবা নুংশিদবা, ঐস্ত থম্মোয় পাল্লি খন্নবগী শক্তি লৈ। নমাংদা থম্বাল অমা কুগাইনা শাংলে মশা পুম্বদি তিঙ্খংনা পুময়োম য়োমশিল্লি, থম্বালগী লৈননদা ভাউরবা খোইমুনা লৈহী চুপকে হায়দুনা পায়রক্লগ তিঙ্খংবু উবদা বিদুনা হন্নখদি কৈদৌউদম্ব লৈহী ফংলরোই। থম্বাল মনম নুংশিবা পাশা তামোনা করিগী তিঙ্খংলক্নগী থম্বাল হেক্কে খনবীদ্রিবনো? পোম-শাৎনবী থম্বালনা খোইমুবু তান্নবদি থম্বাল ইজৎ মাংখিনি তিঙ্খং-লক্না শাৎচগে, করাম চাউবা খোইমুনি লৈকা খুদিং চিংরাম্লি মীপাই চাউবী থম্বালনে, কিজৈ কিজৈ ঙমজরোই থম্বাল ইংতাম-তা শাৎচগে।

চন্দ্রা সরজুগী বাঙাংদু তারগা মানা ঐবু থাজদে, মাগী বাখল কয়াদা পীক্লিবা অসিমক্না নুংশীবু অখংবা মিৎয়েং য়েংনরিবা, মহাক সরজুগী মরমদা ঙহাক খল্লুরগা তপ্না মখা অমুক শমথ-রকখি ঐদি থম্বালস্থ হেকনিংই, অদুগা তিঙ্খংস্থ কি, তৌই-গুংস্নং তিঙ্খংগী তুম্নবা মতোদগী থম্বালগী থোৎনবা লৈরিক্না হেন্না কিজৈ।

চন্দ্রগী বাহৈ লোইরম লোইফাত্রিউৈদ। সরজুগী অরংবা য়া-তোলশিংদু ফিজিনা খল্লগা থিক থিক নোকথোরক্কে। কোন্তুক তৌবা পাশিংগী মরুমদা থুপলিবা মুরবা মিৎনহাদুগী থোরবা য়াইদুগী মৈরিহুনা চন্দ্রগী থম্মোয়দু চাকখেকপা হৌরক্কে। সরজনা মখা তারকই-হৈয়, থম্বালগী লৈরিকপু কিরবা তানোনা করম্না থম্বালগা পুন্সি লেনমিন্নগদৌরিবনো? খল্লদবা অরাবনি, কামদে তামো, অরেম্বদা মখা শামবনি ঐদি নংবু ইবুংঙম খল্লি।

হন্দক্তি চন্দ্রা মখা তাখিন্রে। লৈতান্ত্রবা থম্মোয়দু তনিক তনিক্লক্লে ; খাংঙম্মক্কে। গুন্দা অহাংবা অতিয়াদা তরু তরু শন্দোকলিবা অঙৌবা লৈচিনশিংগী মপৈনা ওম-থোয়না চংপা লেপ্পাইত্রবা খোংচংতুবু য়েংবা হৌরকই। তঞ্জাতুদা সরজু তুমিন্না লৈরিবা চন্দ্রাবু মুন্না য়েংলতুনা শকফম হঞ্জিল্লগা হায়রকই— তামো নচলবু ৱারৌগনু, তেল্লবা মীওইবগী পুন্সিনি, কনানা কদোমদা কনানা কদায়দা, কনানবু খংবা ? হিংলি মখৈদি তিন্নখিশিকো। মরক মরক্তা উন্নসি।

চন্দ্রা মহি চেল্লবা থম্মোয় লাকশিঞ্জবা ঙমলক্কে ককঙাও-নরক্লে। সরজুবু শংত্রিক য়েংলম্বদগী থম্মোয়গী যাৱা কাংথোকপা ঙমদনা হায়রকই—খংদ্রে সরজু ঐ কনাবুসু খংদ্রে। চন্দ্রা ফম্মম্বদগী লেপখংলকই, অঙাওবগুম চুমদ্রিং চংখ্রে।

নুমিৎ অতুদগী চন্দ্রাগী মৱা মপাউ অমতা তাবা ফংখিদ্রে। সরজন নিংশিংউবগা ঙসিদা থোকপগুম থোয়না হেন্না ৱারি। হৌখিবা পুন্সি নিংশিংঙবগা ঙসিদি লোন্না লোম্না কপ্পা হৌরক্লে। নক্লিরিঙৈ মতমদা থোইনা ৱারমদে অহুবু মঙোন্দগী লাপ্পা চংথ্রবা মতম অসিদদি থোইনা হেন্না ৱারক্লে। হায়নৈ কনাগুম্বনা ফোংদোক্কবা নুংশিবগী চৈনাদি খাংবা ৱাই, পুকচেল চাউবী সরজুগী মফমদসু হায়রিবা অহু ফাউরক্লে। মশা মতোমতা ফুমজিন্দুনা লৈবা ঙম্লক্লহুনা তুমিন তুমিন পাউ হংলক্লে।

নুংথিলনি ইথা থাজদনা মখোযগী মনিংদা লৈবী দেবীকা ফোং ফাউরকই। চুমদ্রিং চংশিল্লক্লনা সোফা মথক্তা ইবেন ফনথররে। করিসু অমত্রা কাংথোরক্কে। শাংক্লাইরবা লৈরাং-শিংনা ফুল গ্লাস মনুংদগী লোথোক্লনা তবেক তরেক লৈজরিবতু খুদোম্বীনা খৎ খহনা লেংহনবা হৌরকই। তফিং তফিং কয়াদা অঙৎ অপা শাখ্রবীনো ? ঙাইহাক লৈবগা সরজন দেবীকাদা ওনশিল্লগা হংলকই নহাক কদায় চংলুই, ঐথোয়দা লাকপগী ফিজোলদি মান্দে ?

—সগোলবন্দ ইমাইবেম্মখোয়দা চৎলুবনি, নঙোম্দা বা অমত্তা হৎগে হায়রুনা চংলকপনি।
—করি করম্বা বাফমনো? ঐ যাম্না তাম্নিংলে ঐনা অখৎবা ওইবগনা হায়রদোক্লগা লোইরেদনা।

তাঙ্গা অসিদা ললিত বহাদুর চা কপ অনি পুশিল্লগা টেবল মথক্তা থম্লগা থোকখি। সরজু দেবীকাদা কপ অমা পীবগা মাগীস্তু কপ অমা পায়খত্তুনা থক্লি। দেবীকা চা কপ অদু অমুক্তং চিংলগা হংঙকই—চন্দ্রীমাসে ফত্রা?
—য়াম্না ফৈ, কবিগীনো?
—মবম লৈ, মহাক কনাগা মবি লৈনবি?

সবজু পাক খুমদে, তুমিন্না লৈ, মপুক্লিংদা খল্লি কবম্না হায়বগনি। ঙহাক লৈবগা খুয়কই—ঐদি কনা মুম্না খংদে।
—কনিগীনো অতুক লুনা ভিন্নবগা?
—মাদি চম্মী অতুনা খংদে।
- ঐখোয়গী শগোলবন্দগী ইমাইবেম্মাগী মচানুপা য়াইমা চন্দ্রাদা থাজবে লাক্লিবা ফাইবেলগী ৫ নি পানবা পঞ্চমী নুমিত্তা লুহোংগদৌবি পবিক্কা লোইখিবা ফনা কুইবমালে মশাদি থোবক্তি হায়নৈ।
—উম, থোবক্তি মানা থোবক্রবদি ঐস্তু পাউ শোযদনা তাগনি।

মখোয অনি চন্দ্রীমাগী মবমদা বাবী ব্রাতাই ঙহাক শাম্নবা মতুংদা দেবীকাস্তু চংখ্রে। ঙসিদি সবজুগী বাখল ইহাং হাং বগুম তৌরি। মতম কুইনা উখিদ্রবা চন্দ্রা মাগী মমিত্তা ইতং তত্তনা উবকই। পোত্থাফম খংদ্রবা মাগী বাখলগী মৈবিদা নুমিদাং বাইবমগী থবক্কা হেম্না চিলহল্লি। মপুক্লিং নুংঙাইতে, বাখল বাই হাযতুনা ফমতুনা লৈথোকপা যাদবা মতাং ওইবনা কম্না থবক নোমলি। ইমুং মনুংগী থবক অকুপ-অতা নোম্বা লোইববা মতুংদা পোত্থাবা ওইনা মথুক্তা লাইবিক অমা পায়তুনা মাগী ফমুংদা চংখি। ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা লুরবী মমিৎ অতুনা লাইরিক্কী

চেনাশিংদা য়েংলি। লাইরিক য়েংবদা মঙায়রে খোয়না পুক্নিং চংলুবা লৈতে। মাগী মমিৎনা লাইরিক্তা য়েংজরবস্থু মাগী ৱাখলদি চন্দ্রাগী ঈপাক্তা তাওরি। ৱাখলনা মুনখিবনরা নত্রগা লাইরিক্কা নাউশুমখিবনরা খংদে, মাগী মমিৎ অনিহু উইথখিবগুম তৌই। মাগী উইরি উইরি তৌকবগী মংলান্দা চন্দ্রাবু উরম্মী। মাগী মমাংদা মকোক মক ইচাও চাওনা লেপ্লবগুম উরি। মঙোন্দা বা খরা হায়নিংবগী মওং মাল্লি, অদুবু পাক হায়দোকপা ঙমদে, মুম্না য়েংহুনা লৈরি। চন্দ্রা মখুৎ থাগৎহুনা সরজুবু কৌই, মানা য়ানিংবগী মওং উত্তে। অকোনবদা শাউরহুনা মঙোন্দা য়েংলগা হায়রকই "নংনা ঐবু মিরাইরনগনি খংলবা কৈদৌঙৈদস্থু নক্নমলোই নংগী ননাক, নহাক নোংমতা ওইরবস্থু কপ্পখিগনি নোম্না ঐগীদমক হায়রয়গা মায় লৈথোক্তুন্ত্রা চংখি।

সরজু ইপং পাখংনা চংখ্রিবা চন্দ্রাদা য়েংলগা কৌরকই — তামো, তামো ঙাইখো ঐ লাক্লে। সরজু মীকপ খংথোক থোকলকখি। মমিং পাংথোরকপদা মংলানগী 'চন্দ্রা অরেপ্পা লৈতনা মমাংদা চংপগুম উরকই। মহাক্না ফুক হৌগংহুনা কৌরকই — তামো, তামো?

থোংজিল মপান ফাউবা থোং হাংদোক্তুনা য়েংই কনাস্থু লৈবা উদে। থোং লোনশিন্নগা মাগী কাদা চংখি। ফমুংদা তপ্পা ফমথরগা মতোমত্তা শোল্লকই—হৌজিকীহুবু মংলা নত্রগা ভাইবংলা? ঐ খনফম খংদ্রে। সরজু অকোনবদদি থাংবা ঙম্লক্তুনা মতোমতা কৌহুনা হিক্লা হিক্লা কপলি। মানা তারক্নি পীরাংহু লৈথোক্লগা —

—ঐনা শেমজনা পুক্নিংগী সংসার অমদা লেপ্তুনা লৈগনি থোংফম অমত্তা নোংলরোই! নংগী নুংঙাম্নবনা ঐগীস্থু নুংঙায়বনি পুম্নমক অফবা ওইসন্নু, হাম্নরম্লগা তপ্পা হৌগংহুনা চাকশংদা চংখি।



## ৯ শুবা

মীওইবগী পুক্নিংগী অপাম্বা ঙমখৈ নায়দে৹ পল্লেপফম লৈতে হায়বা অসি অচুম্বনি। কনাগুম্বা মী খরনা মাগী অপাম্বা অহুবু পাংথোক্লবা মতুংদা হুংঙায়না লৈখিবস্থ ময়াওই। মীশক মাম্মদবগুম অপাম্বগী মওংম্ম খেন্নে। মীওই খরনা মানা নিংজরিবা পোৎশক অহু ফংদ্রবদা নিংবা কায়দুনা মপুন্সি অহু মফম মরাং খংদনা অরাবগী ঈপাক্তা তিনখিবস্থ ময়াউই। অমারোমদা পুন্সি হায়না অসি চাউরনা ঈপাক্কি মসিগী ঙমখৈ মীওইবনা লেপ্পা ঙমদে। হৌজিক্ চন্দ্রীমা চহিগী অরোইবা পরিক্ষা পিবা লোয়খ্রে, মহাক্না অপাম্বা পুম্নমক পাংথোকপা লোইরবনি হায়বা য়াই৹ অহুবু অরোনবা থবক ঙাক্তা ওইখিবনা মাগী পুক্নিংদা অপেনবা লৈতে ইরাং রাংলি। মনাংঙৈগী রাখলনা পোৎ অহুবু ফংগে হায়না তানবগী অরাবা, হৌজিক্। পোৎ অহু ফংলবা মতুংগী অরাবগী চৈথেং, পুন্সিগী লাকঙম ফাঙমম্রবা লালফমদা থেংনগদৌরিবা অঙকপা লাল্লোংশিং, লালফম অসিদা ঐবু মায় পাক্কদৌরিব্রা নত্রগা মায়থিগদৌরিব্রা? অসিগুম্বা মখল মথেলগী রাখলনা মাবু নোংম-নোংমগী ওং-নৈবা হৌরকখি। ঐনা ঐগী পুন্সিবু কম্মাদা লায়না শিজিন্নব্রিবা মসিগী দঘ নোংমদি শোয়দনা ফং-লখিগনি। ঐনা ইমাগী মায় খজিক্তং ফাউবা য়েংখিব্রবা ?

ঐগুম্বী মচা পোকপী মমাশিংনা কয়াদা নিংবা কাইরমগবা ? মমাগী রাখল খল্লুবদা পুবা ঙম্লক্লহনা হিক্লা হিক্লা কপখি—ইমা ! নংগী লমন পুন্সিগী শিংবা ঙম্নরোই নচাবু রারোগনুকো। কপ্পা পেল্লক-ত্রে, হায়ফম তৌফম খঙলক্কে মশা মতোমতা রারোবা হৌ-রক্লে—ঐ অসি ওন্থোক্লা রাখল থেনথেদা অসিননি মুপাশিংনা নুপীদি নোংমদা অহুমলক পঙথৈ হায়রিবা, পুম্মক অসি ঐগী ইফমদা থোক্লরে। ঐনা ইনাদা মীনমহুনা চিঠি কয়া ইরি মহুগী অর্থনা করিনো? থনবা মথৈ খল্লরগা য়াম্না ঙক্লা শোললকখি—ইশ ! ঐসে ঐবু পোকপী ইমাবু হাংপা ঙমলবা মুপীনি। ঐঙোন্দগী হুম্না পাপ চেনবী নুপী অমা সংসারসিদা লৈরমলরোই। মীরৈ-বাক মচাশিংগী মমাংদা ঐসে ময়াম্না শকখংলবী মৌ অমা, মতুগা ইরৈবাক মচাশিংগী মমিৎতনা লৈশাবী অমা। ঐবু পোক-পী ইমানা ঐগী ইচাদৈ লাইরিক তম্বা লোইশিল্লক্লে থোরক্লগনি হায়হুনা য়ুমথোং খুদিংদা চংহুনা রারী কয়া শাহুনা পেঙ্গরমগনি। শোমদনা ঐনা ঙম্না তৈনবা মায়কৈদা খোং থাংজিন্দুনা লৈরে, ঐ অসিবু হিংবদা মতিক চারিব্রা ? ঐগী অরোনবা থনক্লী শাক্লিনা ঐবু নোংম-নোংমগী চিংনবা হেনগৎহল্লি, লোৎপা য়াররোই নোং-মদি শোয়দনা শিন থুংনা নিম্নগনি। মাগী তুংগী পুন্সিগী বা-খন্দা লুপ্তংনা লৈখিবনা বীক্রমগী গাড়ী মখোল তাহৌদ্রে। অরেপ্পা লৈতনা থাংজিল্লকপা বীক্রমগী খোংথাংনা চন্দ্রীমানা লৈরিবা মাইকৈ অদোমদা চংশিল্লকখি।

নিংথিনা লুখোক্লবী শম্নাংশিংনা লেংপাক মথক্তা চোইজাই নরি। নিংথম থাগী নুমিৎনি কংহৌররোই হায়বগী মতাগুম, নুং শিংনা য়ৈবদা শমলাংশিং অহু অমতা তিমদে, হাই হুমহুনা শান্নরি। মুরৈ শংদাম্নবা মচুগী ফুরিৎ অমা লিংলি, মচু অহুমক্লী ছাড়ী অমা শেৎলি, শেংলিবা ফিজোল অদুনে, ফারপ তৌবী শম্নাংনে হেক

য়েংবদা নুংঙাই, য়েংহুনতা লৈনিংই মিৎকন হৌংবা য়াদে। চোয-জাইনবী শম্মাংশিংবু হুমদোকখিবদা তনিক্লবা মাগী হকচাংগী কয়াৎ-শিংবু অমুক অমুক খুমজিল্লি। অমংবা নোংগী মবক্তা নোংথাংগী মঙালনা অমুক অমুক ঙালবগুম ফাববা শমলাংশিংবু নুংশিংনা হুমদোকখিবদা মাগী হকচাংগী কয়াৎশিংবু মযেক শেংনা উবি। ঙৌরু শংদানবী মাগী কুচুদা শেংলিবা ফিজেৎনা তাংজবি, থোয়মনা হেন্না নৌবি। মাগী মতৌ অহু উবদা লক্লনিংলহনা যাম্না চপা চংশিল্লগা মখুৎ অনি অহুনা মাগী মনিং অহুবু খুমজিল্লি। চন্দ্রীমা খংলপ তৌনা খংলাউ লাউবকই—ইমা। কনানো?

মখুৎ থাদোক্তনা মমায়দা খুমলিবা খৎ তগ লৌথোবকই, নোক্লগা হাযবকই—তামো, কয়াম কুইবে যৌবকপা, মীলাক-পগী শহুম খজিক্কুং ফাওবা তাহন্দনা চংবা যাম্না হৈবম্লিবা জাৎনি। ঐদি নহাল মখৈ খংদে মপু তাক্তনা পোৎ লৌবা যাম্না হৈগ দৌরি চেকশিনহৌদবা যাদে।

বীক্রম চন্দ্রীমানা ঙাংবা লোইফাত্রিরৈঙদা তওক ওন্তনা খুম্মকই—উমংগী লাইবেন্থী অমা লৈবে ফাগে হায়হুনা তৌবনি, চেনবা নংহৌদ্রে, ঐগী ইথুন্তা তাবে কদায়দনো মানা লিংকদোবা। বীক্রম খোঞ্জেল থোক্না নোক্লগা মখা তাবকই—উম ঐ হুবান-বনি, হুরানবনা পোং হবু মপু খংনা হুবানখিবা সংসারশিদা কনা যাউবগে? পামজবা পোক্তি মমল লৈ, মন্ত্রিক্লজবা উম-দবনা মীনা উদ্রিরৈঙদা ঐনা হাম্না হুজবনি নংগী নাথৌ লৌত।

বীক্রমগী ঋঙাং তাবগা চন্দ্রীমা শকফম হঞ্জিনগা হাযবকই—হুরানবগী পোক্তি থমফম লৈতে, যাম্না ০ই, অহুগা হুবানবগী শোৎশক অহুনা অহিং মুংথিল নায়দনা থল্লি, কদায়দনো ঐগী লৈফম।

—ঐগী পোৎশক অহুদি লোম্না থম্মোই, ফোংনা থমগনি, হুরানবগী

পোৎশক অহুদি মতম লৈবা খিবীক্তা হৎরানবা অহুগা লোয়নবা চৎকনি, মহুদা করিস্ন চিংননিংঙাই লৈতে।

চন্দ্রীমা বীক্রমগী রাঙাং তারগা তপ্পা—ঙসি ফাউবা তামোগী ননাক্তা লৈরি মতুংদা করি থোক্লগনি খল্লৎবদা রাদবা ঙমদে।

বীক্রম চন্দ্রীমাদা য়েংলগা, পিস্নম অনিহু হায়ফেক্তং শুক্লা শ্বব শাংনা হোম্পোক্লগা—মী অমা লোয়নবা নক্রগা তিন্নহুনা লৈমিন্নবা হায়না অসি য়াম্না নুই। ঙহাক্কী লোয়নবগী মওংগা যাম্না খেন্নে। ঐহাক্তি নহাকপু ঙহাক্কী লোয়নবী ওইগে হায়হুনা ঐগী ইনাক্তা থম্না নত্তে, পুন্সিগী লোযনবী ওইগে হাযহুনা নহাকপু পুন্সি লৈপুন শেমলিবনি। কবিগীনো নহাক্তা রাখল অহুক শোস্থিবা অহুদনি ঐহাক্তা নহাক্কী বাখল লশিং মফোলদগী হেন্না যাংঙি হাযবিবা। কবিগী অহুক নিংহন্নবি, নহাককুম্না সগাজগী যুগ্নীশিংগী মমা ওইগদৌবী নহাক্লা করিগী অহুক শোস্থরি। নহাক্কী অথুবা মিৎয়েং অপংবা বাখল অহু থাদোকউ ঐ য়ানিংদ, লৌশিং লৈগু, চন্না খনবা ঙম্মু।

চন্দ্রীমা বা ঙাংদে, বীক্রমগী নাহৈশিং অহু তারি। মাগী পাউথুম ফংদ্রবা বীক্রম বা মখা তাখিদ্রে, তুমিন্না লৈখি। মানা লুককরিবী চন্দ্রীমাদা খোযবাংনা য়েংলি, মহাক্কী মিৎয়েংদি হোংবা লৈতে করিগুম্না অমদা লপ্তুনা লৈরি। বীক্রম মঙোন্দা ঙহাক মুন্না যেংলুববা মতুংদা তপ্পা—চন্দ্রী ' চন্দ্রীমা!

অহানবা কৌবদা পাক খুমকতে, অকোনবগী চন্দ্রীমা হাযনা খরা কল্লপা কৌরকপা অহুদা তারহুনা।

—হুং,

—করি খল্লই, মীনা কৌবা পাক তাদে।

চন্দ্রীমা পাক খুমদে ফল্লবদগী হৌগৎলগা লুরবা মমিৎ অনি হুনা বীক্রমদা মুন্না য়েংলগা ফারবা শম্নাং অহু মখুৎ অনি চংহুনা

খোমজিল্লগা তপ্পা পুনশিনখি। মশম পুন্সিনবা লোয়নবা মতুংদা মমায় অত্থ খজিক্তুং লুকখরগা তপ্পা—করি হায়গে?

মানা মিৎকম হোংদনা য়েংলগা—ঈশিং গ্লাস অমত্তা পুরকউ।

উম, হায়রম্নগা মতুং ওম্বোক্তনা ইমুংলোমদা চংখি। বীক্রম মতুং ওম্বোক্তনা চংখিবা মঙোম্দা য়েংলগা মপুক্সিংদা খলহৌই—

কয়াদা নুংশিখ্রবা মাগী পুন্সি, চুমী মাগী বাখল নুংঙাইকম খংলমলোই, করি হায়নস্থ নুংঙায়রুনি, ঐখোয় অনি নুহোংলে হায়বা মীরৈবাক মচাশিং অসি নত্তনা ইরৈবাক মচাশিংদি কনা-মত্তা খংজি। মাগা ঐগনা পাংথোক্লিবা থবক খুদিংমক অরোনবা ঙাক্তনি, মানা খল্লিবা পুম্নমক অসি অচুম্বনি অরানবা অমত্তা য়াউদে। ঐনত্তা মাবু নুংঙায়তবা রাখল খলহনিংদবদগী চৈহৎপনি। অমরোমদা ঐহাক অসি কয়াদা তমথিরিবা, মীগী মমানা অনি শুনা পোকচবা মচাসু নত্তে, মহাক অমা শোয়থ্রবস্থ মতুংদা মনাও অমা নৈরি হায়বস্থ নত্তে, শুপ্পগী মহাক্না লোয়রে, মহাক্না ভুংগী আশানি। অস্থুক তাংলবী মহাকপু ঐনা অরানবা মায়কৈদা লমজিংবীরে থৌদোক অসি খংলরবদা অমত্তা পোকচবী মমানা কয়াদা নিংবা কাইগবা, মাগা ঐগস্থ লোৎপা য়ারকলোই মতম্না নোংমা শোয়দনা ফোংদোকনীবক্লগনি। মঙোম্দা থোক্লিবা থৌদোক অসি ঐগী অমত্তা ঙায়রবী ইচন সরজুদা থোকলো মবুং অমা ওইনা ঐ নুংঙায়গদ্রা? বীক্রম ঙসিদি মাগী থাক্শায়দা মখল মথেনগী লোয়বা নাইত্রবা রাহং কয়া হংলি, মথৈংদা পাউ থুম পীফম খংলক্তে, মশা পুম্নমক মাগী নৈরিনা চাকথেকখ্রে। চৈনা ফংলবা থম্মোয় অত্থ খাওবা ঙমদ্রনা মরাইবক্তা খুৎশাশিংনা শুপচিন শুপচিন্না নাল্লগা খর অমা চাউনা হোল্লগা—চন্দ্রী, চন্দ্রীমা, ঐ নংবু পুন্সিগী থাদোকলোই, খোংকম অমা ফাউবা লেংলোই, নহাক খাজরা? ঐমা রাশকলিবা অসিনি—নহাকপু

থাদোক্কে হায়না খল্লবা লালকমদা মায়থীগে মকম অতুদগী হল্লকপা ঙমদনা মাংখিগে, তাঞ্জা অসিদা চন্দ্রীমা ইমুংদুগী ঈশিং গিলাস অমগা সেম অখাইবা প্লেট অমগা পুত্থনা থুনা থোরকই। অহানবা কৌরকপদা মহাক তায়, কুইমনখ্রত্থনা শাওরমানে হায়না খন্দুনা প্রপ প্রপ চংশিল্লকপদা অকোল্লবগী মাগী রাশক অতু তাবদা মখোং থাংবা থোকখিজ্রে, চপ লেপ্লগা মীপাইবগা লোয়নননা — তামো।

চন্দ্রীমা ঙহ'ক লেপ্লগা বীক্রমগী মনাক্তা তপ্না চংশিনখি। মানা ঈশিং অতু পীরগা সেম য়াউবা প্লেট অতু টেবল মথক্তা থম্মি। বীক্রম চন্দ্রীমাদগী ঈশিং অতু লৌত্থনা থক্রে, গিলাস অতু টেবল মথক্তা থম্মগা প্লেটতগী সেম অখাইবা অতু মশুং অমা মযাদা হুক-চিনলগা শায়রি। মানা সেম অতু য়োংশিল্লগা চন্দ্রীমাদা —

—নং ঐবু শাউনিংদ্রা ?

করিগী শাউগদৌরিবা।

- নংগী পুন্সিবু অমুবা কালি তৈহল্লিবা ঐবু শাউনিংদ্রিবা অসি করিগীনো ?

— অসুম থোকউ তমখিবনি মত্থদা থোয়না লুনা খনদ্রে। তামোনা ঐগী নাক্তা লেঙদনা লৈরিবৈ, ঐনা কনাবু কিরুনি পুম্নমক মায়-য়োক্লজগে পুন্সিগী লেঙদনা লৈবীয়ু। মোং হাদনা নোকমী নোকমী ঙাংথোরকপা অত্থদা লরুনিংত্থনা বীক্রমনা —

—হোয়, মথৌনা লৈবী নুপীগী নুপা মকম পুম্নমক্তা মায় পাকনিং-ঙায়নি। বীক্রমগী বাঙাং তাবদা মপুক্কিং হুরাউনা লংলবী য়াতোল-শিং অতু উত্থনা মথাই তানা নোকচখি। ঙহাক বারী বাতায় শাম্নরবা মতুংদা নুমিৎ তাশিল্লক্রহনা মখোয় অনিমক ইমুংদা চংমিন্নখি।

নোং ঙাল্লে মহৈ-মহৈ হৌগৎনরে অত্থবু চন্দ্রীমাদি মীকপ থোকর্পা লৈখিত্রে। বীক্রম মশানা য়াহৌ ঙল্লি, ঙন্তা হৌগত্রনা

রাকিং চৎনুরবা মতুংদা বাঠ কমদা চংহনা ইরু মায়থক্সবা লোয়রে। অয়ুকী ইরিজবা লোয়রবা মতুংদা সোফা অশাংবা অমদা মখোং তিংথোক্‌পা হিপ্পোয় ডাবোয় তৌরগা, ওল ইণ্ডিয়া মেগাজিন অমা ফাক্‌ত্রনা থবায় য়াওনা পারি। নুংতিগী ব্রেক ফাষ্ট চাবা মতম য়েরিবা ফাউবা কপ অমতা চংডক্ত্রবা অতুদা করি তৌরবনো হায়না খন্দুনা রামিচাবু কৌরকই—রামিল! রামিল!
—করি ওইরবনো সার, রামিল থোংজিল মপান্দা লেপ্লগা হংডকই।
—করি তৌরি চানবা থরা পুরকউদনা?
—তল হৌবা লোয়রে সার পুজররগে।

ঙসায় মথৈ মঙ মঙহনা তুম্লিবী চন্দ্রীমা বীক্রমনা রামিল কৌরকপা তাবদা মীকপ থোরকখি। ফমুংদগী কুক হৌগত্রনা থোংনাউদা য়েংলগা মচিঙ্গা শোল্লকই—ইস! ওন্থোক্লা থেংলমলেদা করিনো, ঐনা তৌরিবসিবু ডাংনা ডাংনা মপান্দা। মচিন ময়া শেংবা থোকখি। মানা মচিন মযা প্রপ প্রপ শেংদোক্লগা রামিলনা লৈরিবা কা অদোমদা চংখি। মানা রামিলগী মনাক্তা লৈরিবা প্লেট অহু লৌরগা টাবেল অঙৌবা অমনা তৈথোক তৈথোক্লা রামিলদা ওনশিল্লগা নহাক ঙসিদি য়াম্না বারম্লগনি, ঐদি মঙনা নন্দুনা পংতুম তুমহরেদনা, ডাংনা ডাংনা, তৈথোক্লবা প্লেট অতুদা তল থরা হাপ্লগা শঙ্গোম গিলাস অমগা পুহনা থোকখি। চন্দ্রীমা তপ্না চংশিল্লগা চানবা অহু সাইট টেবল মথক্তা থম্লগা হায়রকই — তামো শঙ্গোমগা তলগা লৈরে।
—উন, থম্মু মঙক নোয়্গী খুম্মকই—

চন্দ্রীমা চানবা থনম্লগা থোকখি। রামিল তল হাপ্লা প্লেট অহু চন্দ্রীমাদা পীরগা — মেম সাহেবকী সিদা লৈরে।
— ফরে ফরে থম্মো নহাক্কীহুম চারো।

রামিল মাগী শরুক থরা লৌরগা চারী, মানা তল চানা চানা চন্দ্রীমাদা ওনশিল্লগা — ঙরাং ঐগী মঙদা

ঐখোয়গী মেম সাহেব ইম্ফাল থোকলি হায়দুনা তৌরম্মী। ঐখোয়গী সাহেবনা মেম সাহেবপু খিনগদৌরিবনি হায়দুনা ইরাং লাংঙম্মী, তাঞ্জা অদুদা ঐ মীকপ থোরকই নোংঙ খরা খরা ভাললম্লে অদুদগীদি ঐ অমুক তুমজে। ঐনা ঙরাংগী মঙ অদুদা মেম সাহেব চংখিগদৌরে হায়দুনা য়াম্মা ৱারম্মী। চন্দ্রীমা রামিলগী ৱাঙাং তারগা — ঐগী মঙগু নহাক্কা চপ মান্নে। নখোয়গী সাহেবনা ঐবু চংখিন্নু হায়না য়াম্মা খাল্লম্মী। ঐখোয় অনিনা চংলু চংকনু য়াম্মা কন্না ঙক্করিঙৈ মতমদা নহাক্কা কোন্থোংলোমদগী টেলিগ্রাম অমা পুদুনা চংলকই। টেলিগ্রাম অদু উবদা নখোয়গী সাহেবগু রা মখা তাখিদ্রে। নখোয় অনি ঙহাক ৱারী শান্নরবা মতুংদা রানিলনা য়াম্না খোয়রাংনা হায়রকই। মেম সাহেব চংখিন্নুকো। চন্দ্রীমা রামিন্দা য়েংলগা নোক্রদুনা — ঐ নখোয়বু থাদোক্লনা কৈদৌঙৈদসু চংলোইদা।

মথৎয় হুরাউরবা রামিল, মাগী মেম সাহেবক্তা নোক্রদুনা য়েংজখি।

অয়ুক পুং ৯ রোম তারে, জীপ অমা লাক্তুনা বীক্রমবু পুদুনা চংখি। বীক্রম চংশ্রবা মতুংদা চন্দ্রীমা মানা তৌগদবা থবক খরা তৌরমলগা, রাইটিং কমদা নোভেল অমা থরায় য়াউনা পারি - দুংখিল পুং ১ রোম তারে বীক্রম টেলিফোন তৌরকই। চন্দ্রীমা টেলিফোন মনাক্তা চংশিল্লগা ভপ্পা পায়রগা তামোরা?

— উম, সানি।

— করি হায়গে?

ঐ পুং ৫ তাবদা লাক্কনি, নহাক লোমশিন্দুনা লৈরম্মু। কেপ্টেন জোতিলগীদা পার্টি অমা চংকদৌবা লৈ।

— অং, থম্মগে মোমোন নোক্লগা টেলিফোন অদু থমখি।

মানা ফোন থনমগা মপান খোকখিবদা রামিল কোম্বোং-লোমদগী চিঠি অমা পুত্থনা চংওকই। রামিলনা চিঠি অছু চন্দ্রীমা-দা পীরগা—

—ওরাং মেম সাহেবকী মওগী চিঠি অছু খুংলবে।

চন্দ্রীমা রামিলদগী চিঠি অছু লৌরগা পারি। ওহাক পীরবা মতুংদা রামিলদা য়েংলগা—ঐ শোয়দনা ইক্ষাল থোক্লগনি।

—করিগীনো মেম সাহেব?

—ইমা য়াম্না কন্না নারে হাযরি।

রামিল মাগী মেম সাহেবকী রাঙাং তারগা য়াম্না নিংবা কায়না—অছুদি মেম সাহেব অমুক লাকখিগদ্রা?

—উম, ঐ শোয়দনা লাকখিগনি, নখোয়গা পুন্না অমুক লৈরখিগনি।

রামিল মাগী মেম সাহেবকা বাবী ওহাক শাম্নরবা মতুংদা মফম অছু থাদোক্তনা চংখি।

মুংথিল পুং ৫ তাবা মতমদা বীক্রম হল্লক্লে, ওহাক পোথারগা পুং ৬॥ তাবা মতমদা বেপেন জোতিলগী মযুমদা পার্টি যাউবা চংখি। মখোয মুমিদাংগী পুং ১০ রোম তাবা মতমদা মযুমদা হল্লকই। চন্দ্রীমা মখোয়না শেৎলু চারুবা ফিরোলশিং অছু মফম চানা থমজিনবা লোম্নরবা মতুংদা বীক্রম্না লৈরিবা কা অদোমদা চংখি। মানা তপ্না চংশিল্লগা বাক্রমগী মনাক্তা লৈরিবা অহাংবা সোফা অছুদা তপ্না ফমথখি। বীক্রম মনাক্তা ফমথরক্লিবী চন্দ্রী-মাদা যেংলগা নোক্রকই। চন্দ্রীমা মচিবান অছু খজিক্তুং লেং-লগা য়াম্না হৈনিংদনা বীক্রমগী মীনোক্তী পাউখুম পীরি। মকা লামত্রবা মাগী মীনোক উবগা থওবা ওমখি, মাগী ৱাই চিনবা মরম থরা লৈরে হায়বা। বীক্রম হৈনিংজবী চন্দ্রীমাদা য়েংলগা—

—নহাক করি তৌরে, হৌজিকপু ঐওোন্দা অমুক কোয়রিব্রা?

চন্দ্রীমা বীক্রমগী ৱাহুংগী পাউখুম পীবা ওমত্রত্থনা ওসাই

বামিলনা পীরম্বা চিঠি অদু বীক্রমগী মমাংদা তপ্পা থম্মি। মানা মমাংদা লৈরিবা চিঠি অদু পারবা মতুংদা চন্দ্রীমাদা — ঐগা লোয়ননা থোকসি হায়রা নত্রগা মহাক হায়না থোকখিগে হায়রা ?

চন্দ্রীমা ওহাক রাখল তৌরগা য়াম্না তপ্পা — ঐ হায়না থোকখ্রগে, অদুগা ঐনা ইম্ফাল য়োৌনবা মতমদা তাঝোদা। মরোল পুম্নমক খংহল্লক্লগে।

মখোয় অনি অফ ফত্তা খম্নবা মতুংদা মতমসু ফনা থেংলে হায়দুনা তুম্না চংনখ্রে।

মথংগী নুমিৎনি চন্দ্রীমা ইম্ফালদা থোক্লবা শেম শাবী। মফি মরোল শেংপা লোয়রে, অদুবু করি তৌরবনো খংদে ইমুংগী ইথোক থোরক্কে। বীক্রমদি মপান্দা মাবু ওাইরি। ওসাইমখৈ ময়ুমদা চংনিংবগী রাখল্দা লুপখিবনা মশাদা মুংওাইতবা থোয়না ফাউরমদে। চৎকদবা মতম্মা অমুম নকশিল্লকপগা লোয়নননা মাগী পুক্লিংসু অমুন রাবা হেনজিনলকখি। মফি মরোল শেৎপা লোয়নগা চৎলগে হায়না মখোং থাংদোক্লবা মতম অদুদা কদোমদগী লাকপা বাখলনো? খংহৌদনা খংশোন শোন্তরকখি। মানা নপুক্লিংদা তক্তনা খল্লি, ঐনা য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রবা মতুংদা নামোবু অমুক হন্না উবা ফংলবোয়। মাগা কায়নরানি কায়না খল্লবদা মাগী রাখল পুবা ওনম্রদুনা হিক্রা হিক্রা কপ্পি। মাদি ইমুংদা রাখলদা লুপখিবনা মপান্দা বীক্রমনা কৌবা তাখিদে। ইথোক থোরক্লুবা অদুদা করি তৌরবনো হায়দুনা ইমুংদা চংডকই। মানা চংডকপদা ফমুংদা মখোং য়াম্লদুনা ফমলগা কপ্পুনা লৈরম্বা উবদা মাগী পুক্লিং থুক লাউখি, হায়ফম খংদ্রদুনা মনাক্তা তুমিন্না চংশিল্লগা লেপ্লি। চন্দ্রীমা বীক্রম উবদা মমিত্তগী তারক্লিবা মপি অদু তৈথোক্লগা ফমলবদগী য়ুক হৌৎলগা মাং থাদুনা থোকখি। মানা গাড়ীদা কাখৎখিলগা লোয়ননা এরোম্রোমলোমদা গাড়ী অদু তপ্পা তপ্পা থোৌখি। এরোম্রোম য়োৌৱে

মখোয় পুম্নমক গাড়ীদগী কুমথরে। বীক্রম রামিলদা পোৎ চৈ থাংগৎলু হায়রম্লগা চন্দ্রীমাগা লোয়ননা রাইটিং রুমদা চংমিন্নখি। মখোয় অনি রাইটিং রুমদা ডহাক পোথারবা মতুংদা গাড়ী থাবা মতম যৌরক্লবনা মহৈ মহৈ থোরক্লে। বীক্রমগী ওইদা লেপ্লিবী চন্দ্রীমা রামিলনা য়েংলগা—মেম সাহেব থুনা অমুক লাকগীয়ুকো '
—উম, লাকে হায়ফেৎতং নোক্লগা খুম্মকই।

রামিলগা বিদায় তৌনরবা মতুংদা বীক্রমদা খজিক্তুং লৈশিল্লগা—
—তামো ঐ চৎলুখিগে।

বীক্রম চন্দ্রীমাদা য়েংলগা মখা তাবকখি—উম চৎলো, ইম্মাল যৌরগা থুনা পাউ খংহলকউ।

চন্দ্রীমা মখোং তপ্না তপ্না থাদোকপগা নোযননা বীক্রমদা মমায় লৈখোক্তুনা হন্না অমুক্তং য়েংলম্লগা মখোং তপ্না তপ্না থাংতুনা প্লেন লৈরিবা মফম অদু তাম্না চৎখি। ডসিদি মাগী রাখল লৈতাদে, চবাংনরবা মাগী রাখলনা অবেপ্পা লৈতনা খল্লি—তামোসে অমুক উবা ফংগনি হায়বা থাজদে, অরুম্বা রাখল অদু খল্লবদগী মাগী রাখল হান্নদগী হেন্না পিকশিনলকখি। রাখলনা লূম্নবী মাগী খোংথাং অতুনা প্লেনগী কৈরাক কাখৎপা হৌখি। মানা প্লেনগী খোংজিল মযাদা লেপ্লগা বীক্রমনা লৈহৌরিবা মাইকৈ অদোমদা ওত্তোক্রগা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা বিদায তৌরম্লগা গাড়ী মন্নুংদা চংশিনখি। চংখিবা ডহাক লৈরগা প্লেন অদু পাইখৎখি। লৈচিন নোংফায থাংব্রবা অতিয়াগী লম্নীদা পাই খ্রিবা প্লেন্না মিৎযেংগী রাংমা লান্না চংখিবগুম্না হৌজিক্তা মাগী মনাক্তা, লেপ্লম্বী চন্দ্রীমাগী রাখলম্বু খবা লাপনা খল্লকই। বীক্রম অহাংবা অতিয়াগী লম্নীদু মুম্না অমুক্তং যেংলম্লগা মফম অদু থাদোক্তনা-চৎখি।

মণিপুর যৌরতুনা প্লেন অদু থামলে। চন্দ্রীমা প্লেনদগী কুমথবা ডহাক লৈরগা ওটো-রিক্সো অমা রায়রগা মাগী পোৎ-চৈ পুম্নমক

হাপকৎলগা ময়ুমলোমদা চৎখি। ময়ুম য়ৌরহুনা কোম্ভোং-দা গড়ী খামলে। মহাক্না পোৎ-চৈ পুম্নমক থাংথরবা মতুংদা গাড়ী অমু ভারা পীরগা চৎহনখি। মহাক মতোমতা পোৎ ময়াম অমু হোজ্জিনবা ঙমক্তহুনা ময়ুমলোমদা কনা লৈবগে হায়হুনা ওনশিল্লকপদা মমাগা নুপী অনি অহুমথক্কা থোরকপা উই। থোরকইবা নুপীশিং অমু উরগা মাগী মপুক্লিং চরাংনরকখি। মনিসনানা মচাগী মশক উবদা হরাউনা কৌরকই - ইবেম্মা ইচা লাক্লেদনা, ইমাদি ওম্থোক্লা নুংঙাযরেদা, মানা ঙাংনা ঙাংনা ইমুংলোমদা য়েংলগা অমুক - চাউবা চাউবা, মচেম্মা লাকত্রনহে অমুক্তা থোরকউনে, পোৎ-চৈশিং অসি মতোমতা থাংবা ঙম-দ্রেনে।

মমাশিনা লাংবা তারহুনা চাউবা থোরকই, মানা খরা পায়, মচেম্মানা খরা পুরগা চংমিন্নখি। থোরকইবা নুপীশিং অমু চন্দ্রীমানা চংখিবা অদোমদা মুন্না য়েংহুনা লৈহৌই। ময়াম অতগী মরক্তা য়াওরকপী মৌ নহা অমনা চন্দ্রাগী মমা তোম্বীদা— ইচেদি ননৌ থিবা ওন্থোক্লা হৈখ্রেদা, ঐখোয়গীস্থ হয়েং ইচেবু থিহনবা তাবিয়ে, মশক্না মশক ফজরিবা বাং চাউরদনা অৱাৎপা অমত্রা হেক লৈতে, মখোয়না চন্দ্রীমাবু মমুন্না য়েংলগা বারী শার-শারহুনা ময়ুমলোমদা হনখি। মানা ময়ুমদা চংশিল্লকপদা মপুক্লিংদা চিংনবা অমা পোকখি। ইমুং মনুং শুমাং থেল্লোং য়েংঙু য়েংঙবা খুদিংমক ইনাল নাস্লি। ইমমং কা খুদিংমক্তা লৈরিবা পোৎ-চৈ অহনবশিং অমু উরগা পুক্লিং তমথবা ঙম্নত্রহুনা চাউবদা য়েংলগা—ঐখোয়গী ইমমং অসিবু কনা লুহোংদোবা য়াও-রিগে ?

চাউবা মচেম্মাগী পাউখুম ওইনা তপ্লপনা -

—ঐখোয় ইমাসিনা লৈবনি ইচেম্মাগী ঙাক্তনি।

—ঐদি অম্মক য়াম্বদি দরকার ওইদে, মচেম্মাগী রাঙাং ঙহাক তারগা মানা মখা অমুক— ঐখোয়দা খন্নবা

নত্তে, ইচেম্মানা পুম্নবানি।
—কদায়দা পুগদৌরিবা ?
—ইবায়বুংঙো চন্দ্রাগী য়ুমদা।
—চন্দ্রা হায়বদি কনালো, কদায়দা লৈবনো ?
—সগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা লৈবা য়ুমলেম্মম মধুগী মচা মুপা য়াইমা ইঞ্জিনিয়াব অতুবু ইচেম্মা খংব্রনে ?

চন্দ্রীমা রাখল ঙহাক তৌরগা—
—উম, খংঙি।

মানা চাউবদা অমুক য়েংলগা—ভায়খো নখোয়না লুহোং-গদৌরিবা মুপী অতুদি মশানা য়ারে হায়ব্রা ?
—মতুদি ঐ খংদে, ঐখোয় ইমাসিনদি ঐনা পোকপা ইচানবু হাযবা ইন্দবা হৌনব্রা হায়। ঐখোয় ইমাশিগী রাহৈনা তাকপদি ইচেম্মা লুহোংবা অসিদা য়ারে, হযেং হৈজিংপোৎনি অতু নংনবা ইচেম্মা লেংথোরক্লে অসিদগী হেন্না নুংঙায়বা কবি লৈবি।

মাগী রাঙাং তাবদা চন্দ্রীমা শাউনিংমনখত্তুনা—
—তুমিন লৈয় ভানিংদে, ঐ শকখংদবা মুপা অহংগা লুহোংবা ঙমলোয়। ঐ লুহোংগে হায়দুনা ইম্ফাল থোরকপা নত্তে, ইমা নারে হাযবা অতুদা থোরকপনি। চন্দ্রীমা শাউনিংবনা হেনখিব-না মশা পুম্নমক থক থক নিরি, রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা তুমিম্না লৈথ্রে, মপুক্রিংদা মমাবু রারৌরি, ফজবেদা ইমা নচাগী খজি কুম্থু খাকপীরম্মু। ঐনা ওইবিবা ফিভম অসিনা অতোপ্পা অমদা লু-হোংবা য়াগদৌবস্থু লৈত্রে। মমাবু ঙহাক রারৌরবা মতুংদা মশা মতোমতা অমুক শোঞ্জরকই।

ইমাগী করি মরাল লৈদুনা ঐনা রারৌরিবা, লাম্নিবদি ঐনি। মানা মক লুকথনা রাখল তৌরগা, ঐগী মত অমত্তা হুংবীংবা অসিম্থু ইমাগী চাউরবা মরালনি। মানা মপুক্রিংদা মমাবু রারৌ-রুরবা মতুংদা চাউবদা য়েংলগা—নং ইমাদা হায়রুবো, ইচেম্মাদি

লুহোংবা ওয়োম অতুগা ইমানা করিগুম্বা হোংদবা য়াদে হায়রগনা ইচেম্মাগী বরন্দি মশানা খজক্না লৈরে, অতোপ্পা অমদা হোংবা ওমলোম হায়রকই হায়মু।

চাউবা বা ওাংফম-ংদে, তুমিন্না মচেম্মাগী মনাক্তগী অরুম্বা পাউ পুন্না চাক থোংলিবী মমাশিগী মনাক্তা চংখি। মানা চংখিবদা মমাশি শঙ্গোম গিলাস অমা পুতুনা থোকখি। মানা মচানুপীগী কাদা চংলগা শঙ্গোম অতু টেবল মথক্তা থমলদুনা—

—ইবেমহল নংবু নকোক ওাওব্রা, নশা ওমদব্রা, করি তৌরে তুমিন্না লৈরিবা অসিবু। নশা অতু নুংঙাইত্রগা ওহাক হিপথৌদনা নবুক অতুসু করি অমত্তা য়াওরম্মরোয়, শঙ্গোম অসি খরা হান্না থকলো, চাকসু লোয়গদৌরে, ওাংনা ওাংনা মনিস্সনা মচাদা শঙ্গোম পীরম্লগা থোকখি। চন্দ্রীমা থোকখিবা মনাদা হায়ফেং য়েংলগা খর অমা লুম্না হোন্দোক্লগা। ঐগী করি উপায লৈরি।

মানা চাকশং চংলকপদা মচানুপা চাউবা লৈরম্বা উবদা, মঙোন্দা য়েংলগা হংঙকই—নচেম্মানা করি হায় ভাব খরদি তাব্রা? পোৎচৈশিং অসিদি পাম্মী হায়ব্রা, করি বাৎলি হায়? মানা বাৎলি হায়বা খুদিংমক লৈগদ্রোরিবনি ঐনা।

চাউবা পাউথুম পীবা-ওমদে, মমাশিনা হরাউজবা লাংজবা উরগা মপুক্লিংদা থল্লি—হায়বনা ফব্রা, হায়দবনা ফব্রা? হায়বগনা ইমাশিনা নুংঙাইখিরোয় হায়দ্রগনা ইচেম্মানা ঐবু বারৌখিনি। মা মতোমতা খনবদা বারিঙৈ মতম অতুদা মমাশিনা মথা অমুক তারকই—নংনা তুমিন্না লৈরিববু নচেম্মানা পোৎশিং অসি পামদে হায়ব্রা? হন্দক্তি চাউবা ভাব তানা—ইচেম্মাদি অমুক য়াম্না দরকার ওইদে, লুহোংবসু ওমলোয় হায়। ইমাশিনা হোংদবা য়াদে হায়রগনা ইচেম্মাগী বর লৈরে অতুগা হোংগনি হায়। মচানুপাগী বা তারগা মমাশিনা নংদি মৌপানি

অহুনা ইকাযতুনা ভোৌজরিবনি, মনিসনা ঙাংম্মা ঙাংনা চাকথুম রাই শিংথিনবা লোয়রগা অমুক মখা তারকই—ইমা চাক খি-রমলগে নাচেম্মা কোকরো নচিন নৌপা চাক চামিন্নরো।

চাউবা হোয় মায় অমতা হায়রমদনা মমাশিগী রাইহে খরা অহু তারগা অচেম্মা কৌবা থোকখি। মামা মচেম্মাগী কাদা ঙম্না চংশিল্লগা—

—ইচেম্মা ইমাশিনা চাক লোযবে হায়রকই।

চন্দ্রীমা মরায়দা থমলিবা মখুৎ অহু লৌথোক্লগা খুমকই—

—ঐ ঙহাক লৈরগা চাগে।

চাউবা মখা তাবমদে তুমিম্না থোকখি। মচেম্মা যাওদনা মতোমতা চংঙকপা উবদা মমাশিনা—

—কৈদৌবে নাচেম্মদি চাখিবোই হায়বা?

—ঙহাক লৈরগা চাগে হাযবকই।

—অহুদি ফবে ফবে, নহাক চাথোক্রবো, মনিসনা চাক থাংদোক্লগা মচাম্নুপাবু পিজরে। চাউবা চাক চারি, মমাশিনা অবাং-অপা হাপলি। মচাম্নুপানা চাক চাবা লোযশিল্লকলবা অহুদা মানা মচাম্নুপাদা যেংলগা—হোবেল নংগী মাম্মা পৌরোহু খরা কোরু, হয়েংগী অরাংফমসে মঙোম্দা শিন্নদবা যাদ্রি। মবুক মপাউম্নু ফৈ হাযনা ভামবম্নু মানা খরা মম্নুংঙায়। মমা মচা অফ ফত্র কযা খম্নরবা মতুংদা চাক চাবা লোযরতুনা মখুৎ মশা হামদোক্লগা থোকখি। মনিসনাম্নু চাকথুমদগী থবক তৌবা লোয়রবা মতুংদা চাক ঈশিং চাবা লোয়খ্রে।

নুংখিলনি চাউবম্ন অরাংফম কৌবা চংখি। লৈকাইগী মৌ নহা খরম্নু হংবা লাকই। মমামগী হংনা ঙাংনবগী লাংবা অহু মহাক্তি থোযনা তাকুবা লৈতে। মাগী রাখলদি ইতোপ ভোগী, "করি উপায় লৈরী" অসি খল্লনি মহাক্না পুক্লিং চংনা খিবা হায়রবু। অমুকম্নু পোথাকম থংদে মাগী রাখল, মপুক্লিংবু

রাখলনা অম তৌখিবগুম ওহাক অমুক ইহাং হাংঙী ওহাক অমুক রাই চিঙ্গা থম্ম কুইনা কুইনা হোক্লি। অকুংদা ওহাক্তা পেকথাবগ হায়ক্লবা তপ্পা অমুক হিপথখি। অমুংদা লোংনা হিগ্রম্নদগী অঙাঙ বীগুম্না ইফিং ফিংনা ফুক হৌগৎলগা ফম্মী। রাখল ইথল খম্নবগী মওংদা মখিৎ অত্থু করিগুম্না অমদা মুম্না য়েংলগা ভুমলবা খুদোংগী অহু ময়াম্না কক, কক, চিঙ্গ্লা শান্নরি। ওহাক কক, ঙাওরুরবা মতুংদা য়াম্না তপ্পা—ঐ শোয়দনা তামোংগী মনাক্তা চংকনি হৌজিক মতম লৈরি, অরাবদি হৌজিক কদাম্নদগী টিকেট, য়াম্না লাংতক্লনা অমুক শোল্লকই—করি উপায় লৈরিবা?

মচাগী শাবরা রাখল, মমাগী হরাউ মীনোক কয়াদা খেম-রিবা? মনিসনা হাম্নগা মীরক তিলবী ওইবনে মীগী থৌদোক রাথোক চিখদবীগা ওইবনে মাগী থোরকপা অসিদদি হংবা লাক-পগী অরোইবা লৈখিদে। কৈরোই লৈকাইগী হংবা লাকপা তাহল নহা খুদিংমক্কা মঙোন্দা য়েংলগা—ইবেম্মা, করি রাংলিবা, ঐখোয়বু করি করি তৌ হাম্নবগে নহাক্নমখৈ ইনমসি, স্নাইবেম্মা অমিনা শীক থনখ্রে! ময়াম্না লাংনরিটিঙ মরক অতুদা অরাংগী লৈমানা মনিসনাদা ওনশিল্লগা—

স্নাইবেম্মা, ইবেমহলবু থোরকলবা, হয়েংদি হৈজিংপোৎনি মশা য়াওরুরবদি কয়াদা নুংঙায়গদোবনো?

লৈমাগী রাঙাং তারগা মনিসনা—নম্নোম্ন ঙসায় অমুক পুং ১০ মক্ত তাবা অতুরায়দা থুংলরে। মকোক থরা ঙাওই হাম্নরা করিনো মাগী কাদা পোথারি।

—ফ্লরে, ফরে ওন্থোক্লা নুংঙাম্নরেদা, স্নাইবেম্মাসে লাইবক ওন্থোক্লা ফগ্রে অমত্তা পোক্লবম্ন অচংবা হেক পোকই কয়াদা নুংঙায়-ম্নিবা। কুইরেদা ইমৌত্থু উদবা মশক্ত, অমক্তা য়েংগেনে ঙাংল ঙাংলতুনা লৈমা ফম্নদগী হৌগৎলুনা থংনরিবা কা অদোমদা চংশিনখি। মানা তপ্পা চংশিল্লগা কৌরকই ইবেমহল নংবু

নপা ওঅবেব্ৰা মপাল ইপালগী ইথোক থোজন্ববদি কয়ি তৌরে ? ইচেমশিননে নহাক থোরকতবগী রাজবনী, হৌজিকয়ু চঙ্গি মত্তাং অসিদা চোংওনা তোক্লগদ্রা অসিদা হায়তুনা লৈরিবনি, ফরেদা ইগৌ থোবকপা।

চন্দ্রীমা লৈমানা ওাংবা তারগা তগ্না—কৈস্থ থোইদোকপা তৌবদি নত্তে, ওসাই প্লেন্দা লাকপা অতুদা কোকসে থরা ওাও-বগুম তৌই, ওহাক পোথারগা ফগত্রা হায়তুনা পোথাবগনি। মানা ফমুংদগী কুমথরগা মোরা অমা লৌক্লরগা মনেদা হায়রকই— ইনে মোরা সোমদা লেংশিল্লু।

ফরে ফবে, লৈমা মোবা লৌরগা ফনথখি। লৈমা মমৌ গুপীগা ওহাক বারী রাতায শাম্নরি। বারী ওহাক শাম্নরবা মতুং-দা মানা চন্দ্রীমাদা য়েংলগা—মেম্মীগা স্থবগদো নহাকপু যাম্না শোঞ্জবনিনে—

—অং ইনে মথোযগা উম্নদবা কুইরে, ইনেনা চৎখিবদা মথোয় লৈরম্নবদি ঐ থোরকহৌবে থরা হাযবীবম্মু।

হোয় হোয় হায়রমগে হায়রগা লৈমা থোইদোক্লা অচিন-বম্থ লৈতবতুদা মযুম্নদা হনখি। লৈমা চৎখ্রবদা চিক্লবা কা অতু-দা মতোমতা লৈহৌরে। মীওইবগী রাখল মপান নাযদে, পুক্লিং শোম্থরবা মীগী মফমদদি অম্থক্কী মতিক তনখি। মহাক্কী মফম-দম্থ অতু মওায রাখলনা থুমহুৎখিতুনা মপুক্লিং ফাজিনবা ওমদ্র তুনা থব লূম্না হোল্লগা মথুৎ য়েৎকী থুনমদা মকোক্লা শৌবগা কয়িগুম্বা রাখল অমা খল্লি। তাঞ্জা অসিদা মপান্দা মমাগা কৌ-নবা তায়। মনিসনা চংওকইবা স্থবগা মেম্মীগা উবদা হুরাউ হুরাউনা

—ইবেম্মা চংওু চংওু মাগী কাদা লৈবনি নহাক মথৈঙ্গি মমাম্নবা লৈতবনিনা ইচাশিংসে মশক ফাউবা উরা ফংদে। মনিসনা মপান্দা ওাংতুনা লৈহৌই, মেম্মীগা স্থবগদি পর্দা হায়দোক্লগা

চন্দ্রীমাগী কাদা চংখি। ঙসি মাগী মতৌ অসি উরগা মখোয় অনিগী থম্মোয়দা মুংঙাইতবগী মমি অমা তাখি। চন্দ্রীমা মী চংঙকপগী মখোল তাবা অহুদা লুকথরম্বা মমায় অহু হায়গৎ-লগা য়েংথোরকখি। মানা মমায় হায়গৎলকপদা মুবগা মেম্মীগা চংঙকপা উবদা নোক্লগা—

—মুবা, মেম্মী চংঙকউ, ফমসি লাও।

মখোয় অনিমু চংশিল্লগা চন্দ্রীমাগী মনাক্তা ফমখি। মখোয় অহুন ঙহাক ৱারী শাম্নবা মতুংদা মুবনা চন্দ্রীমাদা য়েংলগা—

—হন্নক লুহোংগদৌরিবী কন্যা অসিবু মপুকচেল ওম্বাক্লা য়াংথ্রেদা পুক্লিংগী কৈশুমশংদা লেল্লিবা নুপা অহুগী লমায়দি থুপচিনগ্রমাল্লে, থোইদোক্লা তারাবগী মমি তাবা উদে। চন্দ্রীমা পাউথুম অমত্তা পীদে মখোয়গী ৱাহৈ খুদিংমক লুএলপ নোক্লগা তারি। মাগী মকা লামদ্রবা মীনোক অহু উরগা মেম্মীগী মপুক্লিংদা লাংতকুবা অমা পোকখি। থোয়না খল্লদনা মুবানা অমুক মথা তারকই—

—অমারোমদা নহাক্লা খল্লিবা অহুমু চুম্মী। অরিবা মকপকা হবায় চাহুনা পুন্সি লেনমিম্নগদৌবগী শকক অনৌবা মকপকা শরেং থোংবা চাকুবনদি হাওবা হেনগনি, নত্রনে মেম্মী ? মখোয়-গী ৱাঙাং খুদিংমক নোকমি নোকমি তৌহুনা তারি। মাগী হৈনিংদ্রবা মীনোক শোম্বরবা পুক্লিংগী মমি অহু মেম্মীগী থম্মোয়দা মমি শাম্মী ওইনা ফাউরকখি। মহাক্লা চন্দ্রীমাগী ৱাখল ঙহাক খল্লরবা মতুংদা লুহোংবা অসিদা মহাক্কী মত করি নৈ হায়বা অসি থংনিংলহুনা থাম্না তপ্না অমুক—নৈবা য়োনবগী যুগসিদা পুক্লিংনা অপাম্বা বরদা লুহোংগদৌরে অসিদগী হেম্না মুংঙায়বা করি নৈরি। কাইনবগী চিন্তা হৌজিক মতমগা চুনদে, কাইন-বগী মহুত্তা অহেনবনা জয়নি, অহুনা নহাক ৱাফম থোক্কে। কম্নগী মহুত্তা মতিক চাবা বর ফংবগী মুংঙাই ঈপাক্তা তিনগ-দৌবনি। মখোয়গী ৱাঙাং খুদিংমক তাজবদা থংলবী চন্দ্রীমা

মমৈথংদা থাংবা ঙমলক্তুনা মখোয় অনিদা লৈশিল্লগা —

—মেন্মী নহাক্কী রাহৈশিং অদু কনাগুম্বীশিংগী মক্কমদদি য়াম্না লুনা থোক্লম্বা য়াই অদুবু ঐগী ইফমদদি থোয়না লুনা থোক্কে। নং ঐ হৌজিক্কী সমাজগী ঈরৈদা তাওরিনী নুপীনি অদুগা নহাক্না নুপীবু হন্তনা লৌরিবা করিগীনো, অহেনবা ফংবগী নুংঙাইবা পোক্লরবা সংসার অসিদা ইশাগী ইজং মাংহনলগা অতোংবা লেপকদোবা ঐগী পুন্সিদি নত্তে। চন্দ্রীমানা ঙাংবা তাবগা সুবানা—

—অদুক পুকচেল চাউরবী নহাকনা করম্না লুহোংবা অসিদ। ভরায ভরায়না য়ারিবা ?

চন্দ্রীমা মমায়দা মখুৎনা নাম্লগা য়াম্না তপ্না খুম্মকই—

—মসিগী রাফম অসি তোল্লসি, থোদোক অসিগী মরমদা কনাগুম্বা অমত্তা রারী শানিংদ্রে। মানা ময়েক শেংনা বারী লিত্রবগুম্বা নিংঙমত্রবা থোদোক খরনা মাবু পোত্থাফম থংহনদ্রে হায়বা মখোযসু মুম্না থংখি। মখোয় অদুম রারী ঙহাক শাম্নবনা মতুংদা নুমিৎ থেংজিল্লক্লদুনা মথুমদা হনখে।

হৈজিংপোৎ নুমিৎনি অযুক্কুগী হৌনা মী লাকপগী অরোযবা লৈতে। মশানা শঙ্গ তৌবী নুপীগা ওইবনে হংবা লাকপগী লোয়না নায়দে। মনিসনা চংঙকইবা মীপুং খুদিংমক হরাউ হরাউ তরাম তরাম তৌরি। করি অমুক হায়রুনি চিনফেন ফবী নুপীগা ওইবনিনা মাগী রাঙাং তাবদা কনামত্তা মপুক্লিং রারোনবা তৌখিদে। মমাগী হরাউজবা অদু উরগা মপুক্কিংদা—

করিনো ঐনা তৌরিবশিবো, মপান্দা মীয়াম নিনবগী মখোল তারগা থোয়না হেম্না খোয়রাংঙী, তৌফম থংদে মচি মচি খুদিংগী চপ চপ লেপ্তুনা লৈখি। কোয়ডাওনবা মাগী রাথল পোত্থাফম থংদে ; মমিৎ অনি অদু অয়েংবা অমদা মুম্না য়েংদুনা লৈখি। মাগী অহোংবা সৈত্রবা মিৎয়েংগী মমাংদা লেপ্নরি, রাং চাউরবা

সিফাইগী ফিজেৎ শেৎপা বীক্রম। মঙোন্দা য়েংহুনা নোক্লগা করিগুম্বা খরা হায়বগুম তৌরি। মহাক শ্বায় লাউই, করিনো ঐনা তৌরিসিবু মঙলা ভাইবংলা, মমিৎ অদু অমুক অনিরক কুপ্লগা অমুক তপ্পা পাংথোরকই। মানা মমিৎ পাংথোরকপদস্থ বীক্রম খোংফম অমা ফাউবা লেংদনা লেপ্পুনা লৈরম্মী। মহাক মকোক ঙাওরে, মশা মত্তোমতা লেপ্পা ঙমদ্রহুনা তপ্পা মাগী ফমুংদা ফমথরগা মমায় অদু মোলদা উপশিল্লগা হিক্লা হিক্লা কপ্পি। মীওইবনা উপায় লৈত্রবা মতমদা ঈশ্বরবু নিন্দা তৌই। মহাকস্থ ঈশ্বরবু নিন্দা তৌরগা—"হে ঈশ্বর ঈবুংঙো, ননাই ঐবুস্থ লৌশিনবীরো সংসার অসি উজনিংদ্রে। নংনা ভাইবং মাবুদি শেম্বা ঙম্লগা মরাইবক থিবা মীবুদি করিগী লৌশিনবীত্রিবা, ঐবুস্থ লৌশিনবীরো" ঈশ্বরবু নিন্দা তৌহুনা কপ্পুরবা মতুংদা মাগী পুক্লিংদা অনৌবা অশাগী মঙাল অমা ফাউরকখি। ঐনা ইমাগী লমন মপোক অসিমগী শিংবা ঙম্লরোই মরম অদুনা ইমাবু ঙহাক্তা ওইরবস্থ মপুরিং হুংডাইহন্দবা য়াদে। রাখল অসি খল্লরগা মমাবু ঙহাক্তা ওইরবস্থ হরাউহনগে হায়না খল্লহুনা নুংশুরুবা রাখল থাদোক্লে, মোসোন নোক্লুনা মমাগী মতেং পাংবা হৌখি। চংঙকইবা মী খুদিংমক হরাও হরাও কৌ ঙাংবা হৌরকখি। মীওইবগী চৎনবী ওংঙাক্লা লুখ্রে, মৈতৈ বাহৈ ওন্থোক্লা চুমখ্রে। কনাগুম্বা মী অমনা মাগী য়েকনবা শত্রুবু জয় তৌগে হায়রবদি মীবু লুনা চম্না তৌ হায়বা অদু অচুম্বনি। হায়রিবা অসিমক মহাক্কী মফমদা থোক্লদৌরি মাতু মমাবু হরাওহল্লগা করিগুম্বা থবক খরা পাংথোক্লে হায়বা অসি মাগী অচেৎপা রাখলনি। মানা মপুকনিং চপ য়ুংনা খল্লিবা রাখলদি হৌরেল অহিং য়ুম থাদোক্লুনা চৎখিবা নত্রগা সংসারদগী বিদায় লৌখিবা। রাখল অসিগী মখাদা তপ্পা থবক তৌবা হৌরকখি। মচেম্মাগী অহোংবা শক্তম অদু উরগা চাউবনা মপুকনিংদা—

ঐখোয় ইচেম্মাসে ইয়া য়ানিংদবদি নত্তে, ইমাশিনা হায়বা অদু অচুম্বনি। মানা ইকায়রগা ঐঙোন্দা অদুক শাওরিবা করিগীনো ? অসিদনিনে নুসীগী পুকচেল পল্লেপকম খংদে হায়নরিবা। মচেম্মানা হরাউবা অদু উরগা চাউবনা মপুক্সিংদা অমুকস্তু খল্লি—ঐখোয ইচেম্মাসে থুনা হরাউমললিদা তুংদা করি থোক্লগনা, মানা রাখলদা লুপলিঙৈ মতম অসিদা কোম্থোংলোমদগী মী চংঙকপা উই। মাগী রাখলগী মংলান মীযামগী ঈনিন্দা মাংখি।

হৈজিংপোৎকী পোৎ য়েনবা লোয়রতুনা মী পুম্নমক মমূনদা হনখ্রে। নুমিদাংরায়রমগী লৈশাবীশিংস্তু চাবা থকপা লোয়রতুনা মযুমদা চৎনখ্রে। ঙসিদি মনিসনা মচাগী মত্তৌ উবদা মথ্বাই যাম্না নুংঙাইখি, মীয়াম হনথবা মতুংদা ইমুং মনুংগী অচাযবা মযাম তত্তু লোইশিললি। মানা অম্নিংবদা পোৎ লোযশিনবা অদু উবদা মমানা—ইবেম্মা নখোং নখুৎ ইংহনগনু অমুক নারকুনা তোক্করনি, থম্মু থম্মু তৌকনু লুম্না ফমতুনা লৈকচো, লুহোংবা হযেংদা ঙায়রবদা নাবা যেকপা যাবা নত্তে।

মানা পোৎ লোযশিন লোয়শিম্না মমাগী মরমদা খল্লি—ইমানা ঐগীদমক কয়াদা লুনা খল্লিবা, ঐগীদমক অমুক রাজনা খললিবা ইমাগী মনিং থুংহনবা ঙমলোয়দৌরিবা মচা, কয়াদা তোল্লিবা। মানা মমাগী রাখল খল্লুবগা লোম্না লোম্না কল্লি। ঙহাক পোৎ চৈ লোয়শিনবা য়াওরম্নগা নমাগা মম্বোনশিংগসু রারম্নগনি পোথাজরশনু হায়না খন্দুনা চাকশংদা চাক থোংবা চংখি। মনিসনাগা থম্বালসনাগসু পোৎ লোয়শিনবা লোয়রগা মাঙ্গোম্দা মৈফু য়াইরগা রারী শারি। মচিন মনাওনা রারী শারিঙৈদা চাক লোয়রে হায়বদগী মখোয় অনি চাক চাবা চংখি। ঙহাক লৈরগা মহৈ মহৈ নুমিদাংগী চাক চারবা মতুংদা তুম্বা চংনখি। চন্দ্রীমাসু তুম্বা চংখ্রে, অদুবু তুমথবদি য়াখিদে। মানা মপুক্সিংদা তত্তনা খল্লি ঐবু চন্দ্রাদা থাজরবা, মানা ঐবু

নুংহোংহুনা লৌগদোরিবা নুপা, খল্লবদা য়াদবা ভমদে, ঐদি লুহোংজবীনি লুহোংলবী ঐবু করম্না অমুক, ইমানা হায়রিবা অসি ইল্লগনা মহাক্কী মনিং থুংজবা মসিদা ঐনা করিগুম্বা য়াদবা থোক্লগনা ইমাগী ইজৎ পুম্নমক মাংখিবা। ঐনা ইমাবু কনবা তারগনা ঐগী পুন্সিবু মীনম্বা তাবনি, মুম্না রাখল তৌরগা খ্বব অমা শাংনা হোন্দোক্লগা অমুক—

ঐ পুন্সিবু অমদি সমাজবু কৈদৌঙৈদা মীনমলোয়, মানা রাখল অসি খল্লকপগা লোয়ননা বীক্রমগী বাহৈ অমা খংনিং নিংশিংলকখি—“নহাক্কী বাখল লশিং মফোন্দগী হেন্না য়াংঙী, নতোমতা লেপজবা ভমদে। নুপী হায়বী অসিমক্তবু মতম পুম্নমক্তা মখোযবু শৌগৎপীনা অমা যাওব্রবদি মশাগী ইজৎ ডাক্লা চৎচবা ভমদে” ঐনা চন্দ্রাদা নহোংবা তাববদি, তামোনা হায়রিবা পুম্নমক অসি অচুম্বা ওইগনি, অদুবু ঐদি চন্দ্রাদা লুহোংলোয ইশাগী ইবানবু কুপশিল্লগা কৈদৌনুংদসু সমাজবু মীননলোয। হিবন খুদিংমক্তা ইশানা মাযযোক্লগনি, হৌজিক্কী সমাজদা লৈবিবা চনুবাশিংনা ঐগুম্বী চনুবা ডাক্তা ওইরবদি কনম্বনা অশেংবা চনু-রানো খংবদা বানা থোক্লগনি। ঐনা খল্লবা বাৎখিবনা ইশাবু লনজিংবা ভমখিদে মবম অদুনা ঐনা মহুদা ফংগদৌবা ইবাল পুম্নমক মায়য়োক্লবা তাবনি। ঐ লেংডোয় খোংফম অমা ফাউবা লেংডোয়, ঐগী ইরালগী দগি পুম্নমক ফিগাও শানা য়াগনি। লৈশাবী অমা ওইনা লৈশাবীগী শাজৎ ডাক্লা চৎচবা ভমব্রবী ঐনা মৌমি হায়বদা করিগী চিংনরি মানি ঐ মৌনি লুহোংলবী নুপীনি। মানা রাখল মযাম অসি খল্লরবা মতুংদা মতমস্থ ফনা থেংলে অহিংগী মমৈ ওইশিল্লক্লবা অদুদা তন্না হৌগৎলগা চে কলম পুথোক্লনা অবোইবা ওইনা চিঠি ইবা হৌরকখি। মানা

চিঠি ইবা লোয়ব্রবা মতুংদা তপ্পা হৌগৎলগা মক্সিংময়োল শেম-জিল্লগা থোং হাংদোক্ত্ননা মপান থোরক্লে। বাখলগী চৈথেংনা কনখিবনা কনাস্থ তাক্লমদনা অহিংগী অমম্বা মরক্তা মথোং তপ্পা তপ্পা থাংদ্নুনা লমজিংবা কনাস্থ য়ংওদনা চৎখ্রে চঞ্জীমা।



# ১০ শুবা

নোং ভাল্লে মী পুম্নমক হৌগংনরে অদুবু চন্দ্রীমাদি হৌগৎ-লক্তি। মী পুম্নমক ইমুং মনুংগী থবক্তা পুক্নিং চংনখিবনা মাবু থোয়না থিরুবা লৈতে। মনিসনা অয়ুক্তগী মচাগী মশক ইউ উদবা অদুদা করি তৌরবনো মশা ভমদ্রব়া হায়না নুংশা থিরদুনা মাগী কাদা য়েংবা চংখি। মানা থোংজিল হেক কান্সিল্লকপদা মপুক্নিংদা থুক লাওবা অমা পোকখি। য়াম্না নুংশা থিনা কৌরকই—

—ইবেমহল, ইবেমহল, মচানুপীবু কৌরগা কাংখল হাইদোক্লবদা মচা লৈরমদবা উবদা মহাক শ্বায় লাওখি, মপুক্নিংদা খল্লি—কদায় চৎলমগনি। মা পন্থদুনা লৈবা ভমকত্রদুনা প্রেপ প্রেপ থোরক্লগা চাক থোংলিবী মনাও নুপীগী মনাক্তা চংশিল্লগা।

—থম্বাল নং নচানুপী উত্রা?

—উদে, মাগী কাদা লৈহৌদ্রনে?

—লৈহৌদে।

—কদায় চৎখ্রিবনো, লুহোংগদোবা হয়েংদা ভাইরবা অসিদা চেনখিরমদনা অরেম্বদা, থম্বাল ভাংল ভাংলদুনা চাকশংদগী থোরকই। মনাও নুপীগী বাভাং তারগা মনিসনানা খুম্মকই—

—হায়, তুমিন লৈবু মচি অমদা লৈবম্নবদি চিন-ম্না থোকপা যাবা রাকম নত্তরি তুমিম্না অমুক্তং থিখিশি, মখোয় অনি মচানুপীবু থিরি। মমৈথংদা থিবা ফংলক্ত্রবদা মচানুপা চাউববু কৌশিল্লগা—

ইবুংঙো ঙসি অয়ূক্কী নচেম্মা উব্রা?

—উদে ববিগীনো?

—নচেম্মা থিবা খংদে কদায়দা চৎলমগনি।

চাউবা মমাসিগী বাঙাং তাবদা মপুক্ষিংদা চিংনবা অমা পোকখি, মহাক বা মখা তাবমক্তে, তুমিম্না মচেম্মাগী কাদা চংখি। ঙহাক লৈবগা মমাসিগী মনাক্তা লাকৃগা হায়বৈ।

—ইচেম্মাগী মোন মখাদা চিঠি অমা লৈবম্মী, ইচেম্মানা থনম ওইবমানে চাউবা ঙাংনা ঙাংনা চিঠি অত্থ ফাংক্লোকি।

মনিসনানা মচানুপাদা যেংলগা—থুনা অমুক্তা পাবকউ, চাউবা তপ্পা চিঠি অত্থ পাবা হৌবকই—

ইমা নচাবু ব্রাবৌবীগন্থ, ইশাগী ইবালনা মবম ওইত্থনা পল্লেপফম খংদ্রবা ঐগী পুন্সিনি। হন্দক মপোক্কৌদি ইনাগী নামন তোরে, হযেংমুক্তা মপোক্তা ইমাগী নামন শিংজগে। স সাবদা লৈবিবা মীপুম খুদিংমক মমাবু নুংশিদবা মচা যাওদে, ঐনা ইনাবু নুংশি মতম পুম্নমক্তা নুনা খঞ্জে, অত্থবু ঐগী থৌদোক খবা অসি বনা অমতনা থাজবীবোই। মমাবু হাৎপা ঙহী, সনাজবু থৌওইদবী ঐগী চংজফম লৈতে। হিংঙ্ঘবগী চম্নকম খংদ্রবী নচা ঐবু ব্রাবৌ বীগন্থ ইমা অবোইবা ওইনা নচানা কৌজনি ইমা! ইমা!

নঙাক্কী নচা
ইবেমহল।

চাউবা চিঠি পাবা লোযবগা শ্রব অমা নুম্না হোক্দোক্লমলগা, মপুক্ষিংদা খল্লি—ইচেম্মানা কযাদা ব্রানা খাংলিবা, ইমাশি বাখল থেনমলি। মনিসনা মচাগী চিঠি মরোল তাবদগী মকোক্তা ব্রজনা

তাবগা চপ মাম্নখি। মুপা ময়ুমদা করম্না হায়দোক্লনি হায়বগী ৱাবনে, অমরোমদা অমত্তা পোকপী মচানা মফম খংদনা চৎখিবগী মিপাইবনে মনিসনা মকোক্তা মথুৎ হাপখি। পম্বতুনা লৈবা য়াবা মতাং নত্তবনা মী থাত্নুনা মুপা ময়ুমদা পাউ হায়দোকহনখ্রে। পাউ হেক তাবগা চন্দ্রাগী মপা কুঞ্জো মাগী মুপী তোম্বীগা লোয়ননা লাকই। ময়ুমদগী য়াম্না শাওনা লাকপনি অদুবু মনিসনাগী মতৌ উবদা শাওবা ঙমখিদে। মখোয় ঙহাক ৱারী শাম্নরবা মতুংদা চন্দ্রাগী মপানা।

—ফরে, ফরে ইবেম্মা করিগীস্নু পংশাও শাওরুনি। নখোয় ঐখোয়না অঙাংগী মপুক্লিং খংদনা খুমাং খজিক চাওশিনখিবনা থোকইবনি। নচা ইবেম্মানা নিংবা থুংজবা, মশানা পামজবা মফমদা থোকখ্রবনিনা মতুংগীস্নু কায়দনবা লুহোংবীবনা কৈ, ইবুংখোয়গীদি থোয়না খল্লনু, ঐখোয়গীস্নু নচানুপাচু হৌজিক ফাউবা থোরকত্রি। ঙহাক অফ-ফত্ত খমরবা মতুংদা চন্দ্রাগী মপাবুংখোয় চংখ্রে। মখোয়গী ফজথোকপা ৱাঙাং অদু তারগা মনিসনা মতোমত্তা ইকায়জখি।

অমরোমদা চন্দ্রাগী মপাদি চন্দ্রীমানা চেনখিবা অসি থোম্না লুংঙায়তবা পোকখিদে, মরমদি জিরিদা পোষ্টিং তারিবা চন্দ্রা হৌজিক ফাউবা থোরকত্রি। মপানা মঙোন্দা চিঠী কয়া থাখি, অদুবু পাউ অমত্তা পীরক্তে। অরোইবা ওইবা মপানা টেলিগ্রাম অমা তৌখি, মতুগী পাউস্নু ফংদে, মপুক্লিংদা খল্লি—করি থোক্লগবা, মানা য়াম্না ৱানা লৈরিৱৈদা মুপী চেনখ্রে হায়বগী পাউ তাবদা ঙমখৈ লৈতনা লুংঙায়খি। অসোমদা চন্দ্রাস্নু মপাগী চিঠী মথং মথং ফংবা অদুদা মপুক্লিংদা খল্লি ৱাফম অসি থাজবা য়ারিব্রা, করম্না মানা ঐঙোন্দা ইরাম্ন লাইনা য়ারক্লিবা বীক্রমগনা করম্না মরি তৎনরিবা খল্লবদা লুনা থোকই। মানা মথং মথং অম্মম হৌত্রবা থৌদোক খরা নিংশিংলকখি। মতম কুইনা কাউত্রবা

সরজুবুম্ব তত্তনা নিংশিংলকখি, অতুব্ব ফোংদোক্তনা নুংশিখিবনা থম্মোয়তমক মরাংহল্লি। মাবু নিংশিংবগা লোয়নননা ৱাহৈ থরস্বু তত্তনা তাবকখি, মাগী নাকোংদা, "মীলুংশি চাউবা ইবুংঙো নংতনা নুংশিবা থংবনি।" ঐবু মীবা ? হেক নুংশিদে ··· । মাগী ৱাঙাং মাগী মতৌ নিংশিংঙ্ৱগা থোয়না হেন্না নুংশিবকখি। অতুমক্না অশেংবা ওইনা লৌবদি ঙমখিদে মবমদি মহাক্না তত্তনা হায়বি। "ঐদি চন্না খল্লি" ৱাহৈ অসিমক্না মাবু লান্না লৌবা ঙম্মদে, মহাক্না যান্না মুন্না খল্লুববগী মতুংদা মপাবুংগী নিংবা থুংহনগে হায়না লেপখি। মপাবুংনা পীবকপা অরোযবা টেলিগ্রাম অতু হেক ফংবগা থুনা ইম্ফাল থোকখি। মহাক গাড়ীদগী কুমথবকপদা ঙায়বি, তুংলোমদগী মহেন্না — হলো চন্দ্রা বাবু।

চন্দ্রা মতুং হন্না যেংথোবকই, মহেন নোকতনা মাগী মনাক তান্না চংশিলক্লি। চন্দ্রা চংশিল্লক্লিবা মহেন্দা যেংলগা —

—কবম তৌবি মহেন বাব ?

—কমদৌন্রি হিংনবা পংহোৎ হোৎনবিযে বাব।

—থবক্তি হান্নগী অতুদা লৈব্বিবিব্রা ?

—অহোয লৈজবি।

চন্দ্রানা মহেন্দা যেংলগা অমুক··বাবুহোয়দি ইম্ফালদা লেংদনা লৈবনিনা মফৈদো, ঐখোয়দি মীমান্নবা হোৎনবদা যুমদা লৈবব ইফং ফংত্রে। মখোয অনি ৱাবী ঙহাক শান্নববা মতুংদা মহেন্না —তাবিবা পাউ অসিবু চুম্ব্রা ?

চন্দ্রা শ্বায় লাউই, অতুবু থোয়না লুশিল্লদনা নোক্লগা মহেন্দা —কবি পাউনো বাবু ?

—বাবু শুক্তা তাবীদ্রিব্রা ?

—ঐ হৌজিক্তা থুংলবতা মঙাযবি।

—ও! অতুদি ··· ····অচুম্ব া, অরানব্রদি থংদে লুহোংগদৌরিবী

কন্যা অহুব, খিবা খংদে হায়নহৌই, ঙসি নিনি হুম্নি শুরমাগ্রে পাউ-ঈপা অমত্তা তাদে হায়হৌই।

চন্দ্রা মহেনগী বাহৈ খরা অতুনা য়াম্না ইকায়হনখি, অহুবু মানা ইথং খংদবগী মওংদা—করম্বা কন্যানো, ঐবু ভাব তাবা ঙমগ্রে?

চন্দ্রাগী বাঙাং তারগা মহেম্না খল্লি—মাগীশিবু তশেংনা খংদ্রিবা জাৎলা নত্রগা ঐগী ইমাংদা ইকায়হনা তৌরিব্রা? হান্নকেং বাখল তৌরুরগা মহেম্না শমসিগী বাফমসি তোক্লসি বাবু লম্বী বারীনদি ভাব তাবা ঙমলরোই, ঐহাকসু য়ুমদা ঙায়নহৌরি কুইনা পন্থবা য়াগ্রে। মতুংদা অমুক উম্নরসি, ঐ অমুক য়োৗজখগে।
—ফনি, ফনি য়ৌবিরো মতুংদা অমুক উমবা হায়বহুনি ঐসু ওফিসকী অথুবা পোৎ অমা লৌবা লাকপনি, থুনা অমুক হনখিগদৌবনি।
—কৈদোউঙে লেঙবীনা তারিবা?
—ঙসিমক নত্রগা হয়েং।
ও, ... ... .... অহুদি বাবু ঐ অমুক য়ৌজরগে।
—ফনি য়ৌবিরো।

মহেন চৎখ্রে, মতোমতা ঙায়হৌরে মানা মপুক্কিংদ খল্লি—ঐ য়ুমদা চৎলুবগী কান্নবা লৈতে, মহুগী মগুন্তা জিরিদা হনখিবনা হেম্না ফৈ। ঙহাক অফ-ফও খল্লবা মতুংদা মহাক অথেংবগী গাড়ীদা জিরি তান্না চৎখি। চন্দ্রা ইম্ফাল থোরকই হায়বা অসি মাগী মকপ মহেন নত্তনা অতোপপা অমতা খংখিদে। থোদোক অহুগী মতুংদগী মহাক ইম্ফাল অমুক থোরকখিদ্রে।

ঙসি হুম্নি শুরে, অহুবু মচাগী পাউ তাবদি লৈখিদে। মনিসনা মচাগী বাখলনা অঙাওবীগী মতৌগা চপ মান্নখে, মী খুদিংমক্ক মাগী মতৌ য়েংবা ঙম্নখিদে। মানা অঙাওবীগুম্না মচাবু কৌরগা কপল্লি—ইমাগী ইবেম্মা নংনা তৌরিবসিবু করিনো, ইমাবু

লৈফম খংদ্রেনে, ইচাগী মশক উদবা কুইরে ইমাবু কন্নি ওইরসিগে, ইবেম্মা ইমা লাল্লে, ইচানা নিংবা থুংজবো, মনিসনা মচাবু কোৎহুনা কপ্পি মহৈ মহৈ খিবা চৎনখিবা অতুগী পাউস্থ হল্লক্তে, স্নমিংস্থ ফনা খেংজিলক্লে মনিস্না লৈফম খংলক্ত হুনা কোম্থোংলোমদা থোকখি। মানা কোম্থোংদা লেপ্লিউঁদা লমদম অশ্বায়গী মী মান্দবা খবা মীযাই ওইবপ তৌবা নুপা অহুমথক মানা লেপ্লিবা অদোমদা চংশিল্লকখি। মানা চংঙকইবা নুপাশিং অহুদা মুম্না যেংলি। মখোয়না নকশিল্লকপগা লোয়ন্না মাগী পুক্লিংস্থ চিংনবা অস্থন হেঙ্গৎলকখি। মানা নুপাশিং অহুদা যেংলগা মপুক্লিংদা খল্লি লাকইবা নুপাশিং অসি অশ্বায়দা লৈবা মীওই নত্তে, মখোয অসিনা পাউ হাযদোকপা লাকপা ওইবয়বদি ঐগী ইগুন খংহনগে। অমারোমদা মচাগী পাউ তাবা ফংগনি হাযনা খল্ল্বদা থোইদোক্লা নুংঙাযজখি। মানা মপুক্লিং হবাউববস্থ মাযথোংদি শুকওক তৌবি শাওবংনবা মাগী মতৌ অহু উবগা খবা নহা অহুনা।

—তাচৌ আদগী অসিনা নুপী মমাগা ওইবয়বদি বা ঙাংনব কযা নুংঙাযগদৌবা মান্দেদা। মাগী নিংহৌবা মতৌ অহু উবদা অহল অহুনা—হেবা ইবৌ, কবিগীস্থ পংলাক লাকচকনি, মাগী মচানুপী অহুবু ঐখোযগী ইচা ইশুনা হুরুবস্থ নত্তা, মখোংনা থোংনা, লাকপনি ঐখোযনা মাবু চংজফম পীবিবগী রাত্তনি। মখোয অস্থম রারী শানা শানা মসিসনানা লেপ্লিবা মফম অহু যৌশিল্লক্লে।

মখোযগী মবক্তগী খবা অহল ওইবা অহুনা মনিসনাদা যেংলগা—ইবেম্মা রা অমত্তা হংজগেবা ?

—কন্নি ওইবীববনো, মনিসনানা খুম্মকই।

—ইবেম্মা মনিসনাগী যুমশি কদাযদা ওইবীববনো ?

—অসিদনি কন্নি তাকপীগদবা।

—রাবী অমতা শাম্মনিংহুনা তৌবনি। কবস্না রাফম ওইরবনো।

তাকপীয়ু য়ান্নি।
—ইবেম্মাগী ইচান্নুপীদো ঐখোয়ম্নীদা লৈহৌরে, অহুগী পাউ তাকপা লাকচবনি।

মনিসনা নুপা অহুগী রাঙাং তাবদা শাওনিংমনখিহুনা—তাইবুংঙো ঐদি ইচা পোকচদে, মীহাৎপী তৌরা ঙম্বী অহু ঐগী ইচা নত্তে, মাগী মরা মপাউ ঐঙোন্দা হায়বীরনু।

মানা শাওবা অহু উবদা খরা নহা অহুনা—ইচেনসি পঙশাউ শাওবীগনু, ঐখোয়না পাউ হায়দোকপা লাকচরিবা অসি ঐখোয়গী ইচা-ইনাওনা ইবেম্মা অহুবু চেন্নকপা নত্তে। চেন চোংবগী ওইরবদি ঐখোয়স্থু অতাওবা নত্তে, খুদক্তা পাউ হায়দোক-চবমগদবনি, চেন চোংবগী রাকমস্তু নত্তবা অহুদা পাউস্থু খরা থিনগে। য়ুমদা থিনগে হায়বা অসি নুপীমচা অহুনা শুকয়া য়াবা লৈখিদ্রে। মাবু থেম নৌহুনা য়েংবদা ময়ারক্তুবা অহুদা উপায় লৈত্রহুনা ঐখোয় খুলগী মচিন চৎপা মী অমা অনি হৌজরগা ইচেংশিদা পাউ হায়বা লাকচরিবনি। মনিসনা ঙহাক শাঙগৎ-লুরবা মহুংদা ভাব তাররুহুনা ফিভম হুপ্পিল্লগা—
—তাইবুংঙো ইমুংলোমদা লেংশিনলুখিশি করি পাউনোনে ঐনা তারিবা অসিবু মনিসনা ঙাংল ঙাংলহুনা ময়ুমলোমদা চংশিনখি। মানা ইমুংদগী মোরা পুথোক্তুনা থারগা—
—মোরা সোমদা লেংশিনবীয়ু।
—ফনি, ফনি হায়রগা নুপাশিং অহু মোরাদা ফমথখি। মনিসনা ইমুংলোমদা এনশিল্লগা মনাও নুপী কৌরগা হায়রকই—
—থম্বাল, থম্বাল চা খরা লোল্লকউ। মানা মনাও নুপীদা চা লোল্লু হায়রয়গা নুপাশিং অহুদা অমুক—তাইবুংখোয়বু করি লমদগী ওইরবনো? অহল অহুনা তপা খুম্মকই—লাংমৈদোং-দগীনি ইবেম্মা।

মখোয়না রারী শাম্নরিঙৈদা থম্বালনা চা পুহুনা থোরকই।

চা অহু মখোয়দা অমমম পীরম্নগা, মহাকম্সু মচেম্নসিনী মনাক্তা ফমথরকুনা বারী শাম্নবা য়াউরি। মখোয়না বারী উহাক শাম্নরিঙৈদা মতমম্সু ফনা থেংজিনখ্রে, হনবা থুঁদোং চান্নরোই হায়রুনা মনিংসনানা মখোয়বু খায়ে। মতম্মা থেংজিনমলকপগা মখোয়ম্সু হায়রিবা অতুনা ফবা তারে হায়না খন্দুনা অহিং অহুমা লেকপদা য়ানখি। নোং হেক ভানবগা অমুক অঙনবনী গাড়া তোংহুনা মনিসনা মুপাশিং অহুগা লোয়ননা লাংমৈদোং ভানা চৎখি। ময়ুমদগী য়াম্না শাওনা লাকপনি অহুবু মচাগী মশক উবদা মাগী অশাওবা পুম্নমক মাঙখি। মনিসনা মচাগী বারী তাবদা য়াম্না খোম্নরাং খোয়শাওখি, অহুবু মাগী হোংবা ময়দ্রনা ফিভম অহু উবদা তুমিম্না লৈবা তাখি। মমা মচা অফ-ফত্ত য়াম্না কুপ্না খম্নবা মতুংদা মতম খরা লাংমৈদোংদা লৈবা হায়না লেপ্নখি। মচাম্নুপীগা ঙহক বারী বাতায় শাম্নরবা মতুংদা মমানা — ফরে, ফরে নংনা নিংবা থুংজরো, পুম্নমক অফবা ওইয়ু। ইমা গীদি নহাক্না তুংগী আশানি, নংনা ফৈ খনবা অহুনা অহুমক মফৈ ঐনা হায়গদবা হায়ববু অশাবা পাউ, মুংঙাইতবা থৌদোক খক উহন-তাহনগনু। মনিসনা মচাবু বর পীরম্নগা নুংথিল ময়ুমদা হল্লকখি। মানা ময়ুম হেক য়ৌবগা মচানুপী মিলিটরি ওফিসার অমদা চেনখ্রে হায়রুনা কোয়শন শন্দোকখি। বাকম অহু মীপুম খুদিংমক্না থাজনখি।

## ১১ শুবা

ফনা কুইরে চন্দ্রীমা রাধাগী মথৃনদা লৈপা, মতম্না নোংমত্তা লেপ্তুনা চৎখিবগা লোয়নননা মাগী রাখলম্থ পোশ্বাফম খংদে, মতম পুম্নমক্তা রাখলগী ঈপাক্তা তাউত্তুনা লৈরি। রাখলগী চৈনা খাংবদা রাজরবী মপুক্লিংনা থম্না থক্কা ঈশিংগুম তনিক তনিক খাংজরি অমুকস্থ মপুক্লিং লুম্না খঞ্জরি।

ঐগী পুন্সি অহাংবা অতিযা নক্ত্রগা শারবা মরুভুমি, মাগী পুন্সিগী মরমদা খল্লুরগা শ্বর অমা চাউনা হোন্দোরকখি। হরাউ হরাউ মোমোন মোমোন্তা নোক্তনা লেঞ্জরম্বা মাগী পুন্সিনি অত্তুবু রাখল থেনবনা মরন ওইত্তুনা কয়াদা রানা মপুন্সি লেল্লিবা। তশেং তশেংবা লৈচিল থাংদ্রবা অতিয়াদা খংহৌদনা পাইবকপা অমুবা নোংহৌনা অতিয়া শিন থুংনা কুপশিনখিবগুন মাগী পুক্লিংগী অতিয়াব্ রাখলগী লৈচিলনা শিন-খুংনা শন্দোকখি। রাখলগী মৈরৌনা মন্নুং মপান ফাউনা চাক্লবা মাগী পুন্সিনি অত্তুবু নোংমক্তা অরুম্বা রাখলগী চৈনা উৎথোক্তে। মোমোন মোমোন হরাউনা লেঞ্জরি, মাগী মোমোম্নবা মায়থোংবু উরগা থোযনা হেম্না হরাউ-জখি রাধাগী পুক্লিং। হুনিদাংরাইরমনি রাধা মচেম্মাগা লোয়-ননা ঈশিং শোকপা থোরকই। মহাক্লা অম্থক কুইনা লৈরকপা

অসি মপান ঈপান ইথোক থোক্কে৹ থোরকইবা অসিনা অহান৹
থনি। ঙসিগী নুমিদাংরাইরমগী দৃশ্য অসি মঙোল্দদি নৌনা থোক্লি।
তারমদাই নুমিৎকী মঙালনা অনৌবা উনা বানাশিংবু সনাগুম
লংহল্লি। মথোয় কারবা নুমিৎকী মঙালবু নোংজাবীনা ইকায়বা
পীরি। অনি তিল্লবী ঙাংঙ্নরবী মচুনা অশংবা উনা বানা কয়াগী
মথক্তা য়ৈবদা থোয়না হেন্না নৌহল্লি, য়েংবদা পুক্নিং থোয়-
রাংঙি। অশংবা ফিজোল লৈতেংলিবী মুরৈনবী চীংশাংশিংগা
চায়থোক্লবা অতিয়াগী লৈচিনগা অমত্তা ওইনা তিন্নহুনা অনৌবা
শকলোন পুথোক্লি। অনকপা লম্নীগী চিদায়দা হৌরিবী ফৌনা-
শিংনা মালংগী তাম্বাদা লৈনা জগোই শাবি। অবাপ্পা চীংয়াগী
লম্পাক্তা শজিক চারম্বী যণবী যন্নাওশিংনা মবি মরি মযুম পাংনা
হন্নরক্লি। অসিগুম্বা নুমিদাংরাইরমগী ফজবশিং অসি উরগা থোয়না
হেন্না খোযরাংখি। ফাজিনবা ঙমহৌদ্রবা মাগী পুক্নিংবু হন্না হন্না
বারৌজরি। মথোয় অনি ঈশিং শোকপা লোথরগা নুমিদাং
রাইরমগী তৌগদবা থবক ইঙ্খাং পুন্নমক নোম্বা লোযংগ্রে। মনাও
নুপী রাধাম্ব চাকথুন চংগ্রে, মানা থূপ থাউমৈ থাবা লোয়রবা
মতুংদা মনাওগী ইঙ্খাং শেম্বা যাউবীরি। ইঙ্খাং শেম্বা লোয়রগা
থোয়না অচিনবা লৈতহুনা হুমাং হম্পোকপা ওইনা মঙ্গোলদা
ফক অমা থারগা ফমলি। দারী মযাদা থারিবা ফক অতুগী
মথক্তা মখোং থাঙ্গৎহুনা ফম্নগা মনাক্তা লৈরম্বা উখোং অমদা
ঙারি। লুকথরম্বী মায়থোং অতু হাইগৎলগা অহাংবা অতিয়াদা
মুন্না য়েংহুনা লৈরি। মঙার্ল মপুং ফাদ্রবী তরেৎনি পানবগী
থাজবু উরগা মপুক্নিংদা—নংম্ব মায়থোং লোৎশিন্নগা তাইবংগী
কুমৈ য়েংলিবা। মপুং ফম্রবী থাজবু উরগা শুমাং মতোনগী
চাউরবা রাগলনা মক্ক লুক্কা রাখল তৌরি। থাপলপ মিৎয়েংগী
মাংদা হৌরিবা উনা-বানাশিংনা মতু ইপোন পোম্না দেল্লা উরগা
মাগী পুক্নিং থোয়না হেন্না রারকখি। মথোয়গী মতৌ উরগা

মতোমতা—নখোযসু ঐগুম্না লাইবক থিবীবা, শ্বব খবা চাউবগা কমুকস্থ—

নত্তে, নখোয়দি ঐগুম্বী, ভাক্কা মভাযবে মোমোন মিনোক মগনি শোযদনা লাক্লগনি ঐখোযগী পুক্লিংগী মালংবা। হাযবিদুঙে, তাঙ্গা অত্তুমক্তদা ফাউবক্তে পুক্লিং খংলবা মালংবা। হবাউমী নোক্কা লোয়নননা মুংলিববা থাবলগী মবক্তা মখোয়্না মশেন ভা থেংতুনা শাম্নবগী মতৌ অত্তু যেংলুবা থাজগী মতৌ উকবা মপুক্লিংদা।

নখোযসু নৈবু নোক্লববা থাজস্থ ইবান লাবনী ঐবু উবগা ইকায ফিকক খুমজিল্লবা। ভম চুম্মী নৈস নোক্লবদা মতিক চাববানি। সমাজন মীনম্না ঙম্লবা, নৈনা ভসি খুঙ্গংগী চিদাযদা চংজফম থিবতুনা কযাদা বানা পুন্সি লেনাখবগে হাযবা নহাক্কি মশক মুম্নাখ লমগানি। মানা বাখল মযাম অসি খল্লুবগা খন্দায পুবা ভম্লক্তু ত্মা শ্বব লুম্না হোন্দাবকখি। শ্বব হুন্তবকপনী ফিভম হৈ্বনকপদা মাগী মশাদা বাখল অমা খল্লকই—ঐনা যুম হেক যীবগা তামোদা চিঠি থুনা থাখিগনি, বাখল অত্তু খল্লুবদা মহাক মফম অত্তু থাদোক্লনা থুনা মযুমদা চংনিংলকখি। মনুমগী বা খনদা ভান্দতুনা লৈবিউদা বাবানা চাক লোযবা হাযবকপদগী মহাকস্থ চাক চবা চখি।

চাবশংনি মযাম ইবোয বোযনা চাক চানি। বাধাগী মপাবু মনিহাবনা চাক চানা চানা চন্দ্রীমাদা য়েংলগা—

—ইবেম্মা নহাকপু ঐখোযদা লৈবা অসি হৈনবিবা? ইপা খোযগী যুম্নাল অসিদি শিদনবা পংলৈ লৈবা হায়বতুনি, নখোযগী মম্নাল অত্তুগদি ওন্তোক্লা খেম্নথবা জাংনি।

চন্দ্রীমা মপাবুংগী য়াভাং ভাবগা যাম্না তম্না—পাবুং ঐদি নফম অসি ওন্তোক্লা নুংভাযজখে, চেক্লা শাবা যুমদনা পুংভাযবা নাতে, পাবুংগী ঈনা কুপপা যুমশিদা ইচিন ইনাওশিংগা পুম্না

লৈমিংবা ফংজরিবা ঐ কয়াদা লাইবক ফগ্রবা অসিদগী হেন্না নুংঙায়বা মফম অমা লৈত্রে।

মনিহার মচানুপী চন্দ্রীমাগী বাঙাং তারগা মখা অমুক নহাক্কা ইপাগীদা লৈবা নুংঙায় হায়রগনা মতম খরা মরৈখো, নহান ইচেমশিনা পাউ চেল্লকুনা চৎলুই অদুদা ইচেমশিদু মতোম তা লৈবা নুংঙাইত্রে, ননাও রাধাগা নহাক্কা লৌবা লাক্কনি হায রকই। ঐনা ইচেমশি অমুক লেংলকত্রবস্থ ঐ থিজক্কে হায-রম্বনি চন্দ্রীমা মপাবুংগী বাঙাং তাবদা মপুক্রিং নুংঙায়। অন রোমদা রাধাগী পুক্রিংসু মখে লৈতনা নুংঙাযজখি। মবমদি মানা মচেম্মাগী মনাক্তা লৈবগা লাইরিক লাইশু জনলুগনি খনু-বদা থোযনা হেন্না হবাউজখি।

অফবা নুমিৎ অমা য়েংহুনা মনিসনা মচাংপীগা রাধাগা লৌকহুনা মযুমদা থমলে। মনিসনা রাধাবু মানা হেক পোক চবা মচাগা চপ মান্নবা লুনা কৌই। চন্দ্রীমা মযুমদা লাকপা নুমিৎকী নুমিদাংনি ফনা থেংলে। মমানা কম্মবদগী হৌগৎতুনা থোকথ্রগা আলমিরা হাংদোকলুবগা ময়োম অমা পুবক্কনা মঙোম্দা পীবগা হায়বনই—

—অসি নহাক্কীনি হায়দুনা পোষ্টমেন্না পীরম্বনি। চন্দ্রীমা মমা দগী পোংযোম অদু লৌবগা ফাক্কোক্কনা য়েংলি। মানা অহানবা ফাক্কোকউবদা মথক ইথং থংনা যাউরম্বা ময়োম মচা অমা থেংনখি। পীক্রবা ময়োম মচা অদু ফাক্কোকনবদা উবকখি-মাগী মমিং থাবা খুদোপ। খুদোপ অদু হেক উবদা মপুক্রিংদা মানা ঐব্ লান্না লৌখ্রে, ঙহাক অতুদা খনকম খংদে, ঈয়াইদা তাউবা মপু য়াউদবা মাযকৈ ঙাওরবা হিগুম মশা অদু ইতাউ তাউখি। ঙহাক রাখলদা ঙাওকুরবা মতুংদা জ্ঞান তারকখি। মানা মশা অদু খজিক্তং লেংলগা খুদোপ অদু য়াম্না তপ্পা অমুক

যোমশিল্লগা মখাদা থমখি, খুদোপ অতু থমগ্রগা মতুংদা মখা ানা পোৎশিংতু অমমমতা ওইনা য়েংবা হৌরকখি। ফিশিংগা তাইননা ম্নাউরম্বা চে অমদা বাহৈ খরা ইরম্বা থেংনখি। মানা ইবম্লিবা বাহৈশিং অতু অমমমতা ওইনা।

ঐবু বারোগনু চন্দ্রীমা, ঐ নংগোন্দা লানথ্রে মঙ্গল ওইমু অসিরা পুন্সি?

চন্দ্রীমা পেনবা নায়দনা বাহৈশিং অতুবু হুজ্জিন হুজ্জিন পারী। ঙহাক মুম্না বাখল তৌকরবা মতুংদা মানা মহোনতা অমুক—

মহাক্কসু ঐ লান্না চৌথ্রে, ঐগী পুন্সিনা কনি ওইগদৌ বিবা, নুমিৎ অহুদগী হৌনা মাগী বাখল পল্লেপকন খংখিত্রে।

মহাক্না ময়ুমদা লৈবগা মতুংদা নোংমা সোরোজিনি মখোয়দা লাকই। বারী শাফম লৈত্রবা চন্দ্রানা সোরোজিনি চংঙকপা উবদা ঙংখৈ লৈতনা নুংঙায়জখি। মানা সোরোজিনিবু হরাউ হরাউ—

—সোরো চংঙকউ ইমুংদা ফমলুসি মখোয অনিমক ইমুংদা চংলিম্নখি। মখোয় অনি অশাংবা সোফা অনদা পুন্না ফমলিম্নখি। ঙহাক তুমিম্না লৈনকরবা মতুংদা অচিকপা অহু থুগায়রগা চন্দ্রীমানা—

—কয়া কুইরে নহাক থোরকপা?

—থোরকপদি ফমা কুইরে অহুবু থবক্তি পায়ম্রি।

মখোয় অনি থবক ইখাংগী মরমদা বারা ঙহাক শাম্নরবা মতুংদা চন্দ্রীমানা য়ান্না বাইচিম্না—

খংদ্রে সোরো, ঐনা তৌগদবসি, থবক খুদিংমক মখোং অমত্তা চাদে, মসিগী খল্লবদা ওত্থোক্না বাথ্রে। নিংহুম্নরবী মাগী মতৌ উরগা সোরোজিনিদা—

—করিগী অতুক বারি, নহাক্কী পোৎলম্ পুগে হায়রুনা ননাক্তা

ইচাউ চাউনা লেম্বিরবা ফাওবদা লৈতাব্রবদি কবম তৌনি।

চন্দ্রীমা সোবোগী ৱাঙাং মখোল খরা নিক্লা—

—কনানা এবু কনবীবিবা, কনানা ঐগী লেম্পীরিবা, ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে সোবো।

চন্দ্রীমাগী তনিব্রবা খোঞ্জেল অদু তাবগা সোবোজিনি মপুক্লিং-দা করিগুম্বা খবা খনখি, অদুব থোযনা লুশিনল্লবদি তৌখিদে। মাগী ৱাবী ঙহাক তাববা মতুংদা সোরোজিনিনা অমুক—

—ঐ নহান সবজুখোযদা চৎলুই, অদুদা মানা নহাক্কী মবমদা য়াম্না নুংঙাযতনা বাবী শাবকই।

চন্দ্রীমা তপথদনা থুনা হংচকই -

—সবজুনা ঐবু কবি হাযববইনা ?

থোযনা অকুবা নত্তেনা, খবা লক্‌কক তৌনা খুম্মকই।

অকুবা ৱাফম নত্রবদি হাবদোকপদা কবিগী চিংনাবিবা ?

—বাফম অসি হাদোকলুবগা নঙোন্দা ·· ··· ·। সোবোদা মুন্না যেংলগা চন্দ্রীমানা—ৎৌজিক ঐগী ইফমদা নু ঙাযবা নুং ঙাযতবা অনিমক চপ মানৈ মতুদা পবিগু চিংননিংচায় লৈতে।

– নহাকপু তামোনা পুনা খল্লি, মতম পুম্নমক্তা নংগী অাশাদা তাউদুনা লৈ, নখোয অনিগী মবম মুন্না খংলবী সবজুনা নং অমদি তামোগী খনবদা যাম্না নুংঙাযহৌখিদে। নহাক্কী যো-দোক অদুগী মতু দা তামোন চিঠী থাবকনানে, চিঠি অদুদা ইম্ফালগী পাউ তানিংঙী, হন্দক্তি ঐহাকসু থোবক্কে হাযনা খল্লি থবক খবা তৌগদবসু লৈ। তামোগী চিঠি হেক ফং-বগা থুনা চিঠী হনখি হায। মহাক্না চিঠি ইখিবদা নহাক্না অতোপপা মুপা অমদা লুহোংখিবগী পাউসু তাবখিনানে। নহাক্না তামোগা ফনা চাম্না উই, অদুবু থাজনিংচায় লৈতেসু হায়রকই। নহাক্কী পাউ থাখিবা মুমিতুগী তামোগী ঈ পাউ অমত্তা তাবা

ফংখিদ্রে হায়রকই। পাকিস্তানগী লালনগা কনশিল্লকপনে হায়-ফম খংদনা বাম্নহৌই মখোয়গী ইমুং।

সোরোজিনিগী ৱাঙাং তাবগা চন্দ্রীমানা ইপা পাখংনা—

—লাল কল্লি হায়বা সোরো, তামো করম তৌরমগনি?

চন্দ্রীমাগী মতৌ উরগা সোরোজিনিনা তপ্পা—

—নহাক হৌজিক পাখংপগী মতম নত্রে, থৌনা লৈগদবনি। নপুরোইবা লৈরবী নহাক্কা অতোপ্পগী পাউ তারগা করিগী মিপাইরি, মানা উথগা করি খনখিনি।

চন্দ্রীমা সোরোজিনিদা মুন্না য়েংই হায়দোকপদি ঙমজদা মিৎনুদগী পিরাং অরৎপা লৈতনা শিন্থরি। মাগী মতৌ অদু য়েংবা ন্নুংঙায়ত্রতুনা সোরোজিনি -

- করিগী কল্লি চন্দ্রীমা সংসারদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক লোয়না মনিং থুংখিবা য়াউবা নত্তে, হৌখিবনা হৌখ্রে। হৌজিক্তি নংমাবু অমুক নিংশিংন্নুরগনু মহুগী মহুত্তা, নপুরোইবগী মনিং থুংনবা হোৎনৌ অমুক পাপকী লম্বাদা খোং থাংজিন্নরগনু।

সোরোগী ৱাঙাংনা থোইনা মৈশা লাংলবী চন্দ্রীমা মখুৎ অনিনা মনাকোং মেনশিন্নগা -

তোকলো সোরো, নংগী ৱাহৈশিং অদু ঐ তাবা ঙমদ্রে ঐন মাবু নিংশিংলগা করিগী পাপ পুগদৌরিবা? ঐ অতোপ্পা নুপা অমত্তগা ল্হৌংনুবা লৈতে, মানা ঐগী ইপুরোইবনি, মাতনি ঐনা নিংজরিবা।

চন্দ্রীমাগী ৱাহৈশিং অদু তারগা সোরো ঙক্লপনা মঙোম্না য়েংতুনা লৈরি। মাগী চিংনবা মতৌ অদু উবদা চন্দ্রীমানা—ঙক্কনু সোরো, ঐগী তৌখিবা পুনসি ৱারী ঙসিদি নঙোম্না তথাকপা লৈতনা লিগনি। মাগী পুনসিগী ৱারী মুন্না তারবা মতুংদা সোরোজিনিনা চন্দ্রীমাদা—কপ্পক্কনু চন্দ্রীমা, ঐনা ৱাশক লৌবা অসিনি অঙম্বা শক্তি পুথোক্তনা নহাক্কী নত্তেং পাংগনি।

থম্মোয় শেংবা, অচেৎপা রাখলনা, লমজিং ওইহুনা লৈয়ু, নোংমদি শোয়দনা খংলকখিগনি, নংগী অশেংবা রারী।

চন্দ্রীমাদগী অশেংবা পাউ খংলবা মতুংদা সোরোজিনি বীক্রমদা চিঠি কয়া ইখি। অরাবদি মাগী চিঠিশিং অতুগী পাউথুম অমত্তা পীরকপা লৈখিদে। মাগী হৌখিবা পুনসি নিংশিংহুরবা মতুংদা শ্বর অমা চাউনা হোম্পোক্লগা মমাংদা থেংলিবা বীক্রমগী ফোটো অতুদা মুন্না য়েংলগা —

তামো কুম্মৈ য়েংবা নুংঙায়রিব্রা, হায়দুনা বীক্রমবু কৌহুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লি। ওহাক থম্মোয় শোক্লা কপলুরবা মতুংদা ফিজিনা মমায় তৈথোক্লগা তপ্না তপ্না ফমুংদা কাখৎখি।



## ১২ শুবা

সিফাইগী পুন্সি হায়নৈ, মীপুম খুদিংনা খ্বাইদগী হেন্না চিল্লি। অচুম্বমক্তি মখোয়গী পুন্সি অসুক্কী মতিক চিন্নি। পাকিস্তানগী লালনা নোংম-নোংমগী কনশিল্লকপনা অরেপ্পা লৈতনা থোমজিনলকখি লাম্মী, যেরুবগী লাম্মীনা নোংম-নোংমগী মশিং হেঙ্গৎলকখি। ঐখোয়গী লাম্মীনা ময়েং অসুম তাশিল্লকপা অসিদা মাগী পুক্কিং য়াম্না লাংতক্লখি। করম্বা পাঙ্গৈনা যেরুবা জয় তৌগদগে হায়না মপুক্কিংদা য়াম্না কন্না খল্লি। মানা য়াম্না বাখল তৌরগা মখোয়গী লালবলগী মমাংদা লৈরিবা অঙম্বা চীং অত্নদা সিফাই খরগা লোয়ননা কাখৎপা হৌখি। মখোয়না খোংফম শেন শাত্নুনা অঙম্বা চীংমায় অত্নুদা কাখৎখি। অযুক পুংথিল ফাউবা মফম অত্নু চংবদা য়াম্না খুদোং চাদে, মাগী মাগী খোংফম শেন্না হোৎনবদা অমনা অমবু হুম্না য়েংবা ঙম্দবা মফমনি। মখামগী নাকল ওইরপ চৎপা সিফাই অমদি খোংফম নাম্বোক্তুনা লোকখারোমদা থরো থরো ওম্থখি। খোংফম শোয়বা য়াবা মতাং নত্তবনা মখোয় পুম্নমক য়েংহুনা লৈবা তাখি। সিফাই অত্নুগী মরাইবক ফবনা হায়গদ্রা, নত্রগা লাইগী নোংদম নিবু হায়গদ্রা খংদে, লোকচপকা তায়নবদা হৌরিবা চাউরবা উপাল অমদা পন্দুনা লৈরে। ঙহাক জ্ঞান মাংলুরবা মতুংদা মহাক তপ্পা তপ্পা লেং খোৎপা হৌরক্লে। জ্ঞান তারক্লবা মতুংদা

তপ্পা শিং শিত্তনা চীংখোং য়ৌবক্লে। চীংখোংদা লৈহৌবা খরনা মাবু গাড়ীদা হাপকৎতুনা কেম্প তাম্না পুখ্রে।

অরেপ্পা লৈতনা কাখৎখিবনা চীংগী অঙম্বা শরুক লোয়খিত্নুনা হায়ফেৎ লৈতেম মান্নবা মফম অমা য়ৌরে। মফম অদু হেক য়ৌবদা অনৌবা অশাঙ্বা মঙাল অমা ফাউবকখি। মখোয় পুম্নমক ঙহাক পোত্থারবা মতুংদা কদোমদনা খোং লম্বী লৈরিবা, কদোমদনা চখোক চৎশিলদা খুদোং চাগদগে হায়দুনা বায়নিকুলব থাত্নুনা য়েংবা হৌবকখি। মনিং হায়ফেং ওইরপ্পা লৈবা য়াম্না ঙম্না হাইথত্নিবা খোং লম্বী অদুদা য়েংলগা সিফাই শিংদা ওনশিল্লগা হায়রকই, ঐগী তুং ইল্লকউ। সিফাই পুম্নমক মাগী মতুং ইন্দুনা চৎখি, অঙম্বা লম্বী অদু কুনথরগা মহাক্না হায়রকখি—নখোয় পুম্নমক ব্রাকবগনু মখোয়গী কেম্প য়াম্না নক্না উবা ফংলে, হৌজিক্তি নখোয় পুম্নমক্না নংগী নংগী ফিভম শেমদুনা লৈবু, এখোয়না লৈরিবা লম্বী মসিমক্তদা মখোয়গী লাম্মী অমা কাখৎলক্লি। বীক্রমগী বাঙাং তাবদা মখোয় পুম্নমক ফিভম শেম্নগা থুপচিন্দুনা লৈখ্রে। অবেপ্পা লৈতনা কাখৎলকইবা পাকিস্তানগী লাম্মী অদু মখোয়না লৈবিবা মফম অদু য়ৌশিল্লক্রে। মানা লম্বীগী নাক-য়েৎ অনিনক হায় হায়দুনা য়েংনি। লাম্মী অদু মখোয়না লৈবিবা মফমদগী হেন্দোক্লনা চৎখি। মানা হেক লাম্থোকখিবগা শোং লাউবা মখোল অমা তাখি। মানা হন্না য়েংথোরকপদা মপা চান্নবা শঙ্গীলনা থিন্দুনা সিফাই অদু খুদক্তা হাত্তোক্লে। খুদক্তা অশিবা লাম্মী অদু অনম্বা লোকখাদা ছুমখ্রে। অশিবা লাম্মী অদুগী মফি মবোল অদু শেংচিল্লগা পাকিস্তানগী লাম্মী শাত্নুনা লালবলদা চংশিনখ্রে। মহাক্না অঙম্বা লম্বী অদু হেক হাহথরকপগা লাম্মী অনি অহুমখক মরি মরি কাখৎলকই। কাখৎলকইবা লাম্মীশিং অহুনা মঙোম্পা—করিগীনো অম্মুক থুনা

লাকইবা, নহাক মন্নুং য়ৌরুদ্রব্রা ?

—উম, য়ৌরুদ্রে, হায়রম্নগা থুনা কুমথখি।

লাম্মীনা য়াম্না য়ামখিবনা মহাক অমা চংখিবদা কনানমু অতোপ্পা লাম্মীনি হায়বা ঙমখিদে। মহাক্না ময়াম অতুগা লোয়নবা মক ওইবা মফম কয়া মনুংগী ওইবা অরোনবা লম্বী কয়া খংদোক্লবা মতুংদা লৌশিং তৌতুনা লাম্মীশিংনা লৈহৌরিবা মফম অতুদা নোংম নোংমগী সিফাই অনি নত্রগা অহুম থাবা হৌরকখি। মখোয়না মনুং হায়না খংনরিবা মফম অতু মহাক্না চংখিবা মতুং নুমিৎ নিনি লৈরগা মফম অতুদা চংখি। অঙম্বা খোং লম্বী অতুগী তম্থায় য়ৌরমদাইদা লৈবা অসুকপা মীশক মীশা খংবা ৱারবা মফম অমনি। হায়রিবা মফম অতুদা খোং লম্বী অমা লৈ, মতু য়াম্না ঙমদে, মতুবু চুম্না কুমথগ্রবদি ভারতকী সিমনা য়ৌরে। হায়রিবা লম্বী অসিগী পান্থৈনা ঙসি ফাউবা ভারতনা মাইথিবা পিবা ঙমদ্রি। মহাক্না মনুংগী মওং মুম্না খংলবা মতুংদা মফম অতু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। মানা থোকখিবা নুমিৎ অতুগী অথেংবা অহিংদা পাকিস্তানগী লালবল থগোইখি। অমম্বদা কদোমদগী কাপ্লকপা গুলিনো খংহৌদনা মহাক্কী খুবোমদা পান্দুনা ঈ থোরকখি। অশোকপা মফমদগী চেন্থরকপা ঈতনা লৈমায় অতু পুমচোৎ চোৎখি। মমৈথংদা মখোং থাংতুনা চৎপা ঙম্নকত্রতুনা তপ্পা ফমথখ্রে। খুদক অতুমক্তদা সিফাই অমনা মাবু মনঙলদা পৌখংতুনা অঙম্বা চাংগী লম্বীদা তপ্পা তপ্পা কুমথখি। পাকিস্তানগী চাউরবা লালবক অতু থগোইখিবদগী নোংম নোংমগী লাল নেমথরকখি। মহাক্না য়েক্লবগী মখুত্তগী ইমা লৈবাকপু কল্লকপা অমদি লান্দা হৈশিংবগীদমক য়াম্না থাগৎনখি। মহাক্কী খুবোমদগী গুলি অতু ওপরেসন তৌতুনা লৌথোক্লে। য়েক্লবা জয় তৌরকপগী নুংঙায়বা ৱাখলদা তাউতুনা ফমুংদা লোংনা

হিপ্ত্না লৈবি। হৌজিক্তা নুংঙায়না লৈরম্বা মহাক্কী বাখলনি অত্তবু কদোমদগী লাকপা অপাম্বা বাখলনো খংদে, ঙহাক অত্তুদা নিংশিংলকখি চন্দ্রীমাগী মরমদা, মাগী মরমদা অমুম খল্লম্বদগী খংনিং নিংশিংলকখি, নোংমা পাকিস্তানগী লালবল থগোইরম দায়দা মঙখিবা মঙ, হৌখ্রবা মঙগী থোদোক অত্থু ঙসিদি মমিহ্না শংশং উরকখি। চন্দ্রীমাগা মহাক্কা পুম্না লৈমিন্নবগী মওংনি, মানা লালক্কমদা চংকদোবগী মফি-মরোল শেংপা লোযরে, মহাক্না চংলমদাযদা মাবু কোয়থি থীবি। কদায়দা চংখিবনো খংদে ঙহাক অত্থুদা মহাক থিবা ফংখিদে। মপুক্কিংদা খল্লি, উনদনা চংপা তাবনালে, ঐ মাবু ঙাযবা ঙমক্তুনা চংলগে হায়না থোবক্কে। খোংকাপ অমা অনিদং থাংতুনা চংপা হৌরক্কে, মহাক কদোমদগী লাকপনো খংদে ঐগী মাংদা লেপ্ত্না লৈরম্মী। ঐখোয অনি থোইদোকপা বারী বাঙায অমত্তা শাদে, তুমিন তুমিন লৈনৈ। মাগী লুববী মমিং অনিত্থু ঐঙোন্দা চাগদোবগুম য়েংতুনা লৈ। মাগী মিংয়েং অত্থুনা ঐগী থম্মোযবু লাংহল্লি, নৈসু বা ঙাংফম খংদ্রত্তুনা মঙোন্দা মুম্না য়েংতুনা লৈখি। তাঞ্জা অত্থুদা কোম্বো লোমদগী অঙাং অনিখক চেন্সিলকতুনা মঙোন্দা কোনশিল্লি। মহাক্না অঙাং অনি অত্থুগী মমাযদা নানবীবগা ঐঙোন্দা হায রকই—

—তামো অঙাংশিং অসি লৌশিন্নু।

অঙাং অনিত্থু নুংশি, মশক ফজে, মগুন যাম্না লৈ। মখোয় অনিশু ঐঙোন্দা য়েংলগা নোক্লকই। ঐহাক মাকও খংথোক থোরকখি। মীকপ থোরক্লবা মতুংদা ঐনা পুক্কিংদা খল্লি— করিনো, করম্বা মঙদানো, করি থোক্লগবা, লালনা লাল কন শিল্লকপনে, অমুক কুইনা নিংশিংঙদ্রবা মঙগী থোদোক অত্থু ক্ষমুংদা উতুপ তাবগুম লেংদনা লৈরবা মতম অসিদা ঙরাংদা

মঙখিবা মঙগুম্না মমিঙা শং শং উরকখি। মানা মুম্না খল্লরগা শ্বর খজিক্তুং চাউনা হোল্লগা য়াম্না তপ্না শোল্লকই—উম্নখিদবা চহি অনি হেল্লক্লে, মহাকম্ব শোয়দনা ওইরম্লগনি ঐগী মঙলানগী অঙাংশিং অদুগী মমা, মঙগী অঙাংশিংগী মরমদা অসুম খল্লম্বদগী হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোক অমা নিংশিংলকখি—নোংমা মহাক্না চৎখোকলুবদগী হুক্লিল্লকপদা মঙায়রি, পোষ্টমেন্না চিঠি অমা পীরম্মী। কনানা থারকপনো হায়না য়েংঙবদা মচন নুপীনা থারকপা ওইরম্লে মযুমগী পাউ তানিংবদগী থুনা কাতোক্লনা পারি। মহাক্না অসুম পাথরকপদা অরোইবদা রাহৈ খরা থেং-নখি। চন্দ্রীমা অতোপ্পা নুপা অমদা চেনখ্রে লুহোং খোংদোং-বনচিংবা লোয়খ্রে রাহৈ খরা অদু হুম্না হুম্না পারি, মমৈথংদা মাগী পুক্লিং ফাজিনবা ঙম্লক্তে, অশাওবনা লুকোল কাখ্রে, চিঠি অদু মখুৎনা শুক শুক নৈশিব্রগা লাক্তুনা হুন্দোকখি। তৌ-ফম খংদনা চপ লেপ্তুনা লৈ, মখা করক করক চিক্লগা যাম্না শাওনা মিৎফম হোংদনা য়েংহুনা লৈখি। ঙহাক তুনিম্না লৈরগা যাম্না শাওনা।—

অঙকপনি চন্দ্রীমা নহাক্কী রাখল নংবু ঐনা কয়াদা মমল লৈনা লৌকরিবা, নংবু থাগৎলুবা ঐ ঙসিদি কয়াদা পংলবা, নংনা ঐবু লৌনম তৌবমগনি হায়বা অসি খজিক্তা ফাউবা থাজখিদে মসিনক ঐগী খ্বাইদগী অশোয়বনি। মপুন্সিবু শাম্নপোৎকুম খল্লবী লমচৎ নায়দবী ওক্তবী মহাকপু থাজকুরবনা ঐহাক কয়াদা রারবা, মশাগী লমচৎ ঙাকচবা ঙমদ্রবা মাগী পুন্সিবু ঐনা অমুক্কী মতিক ফুক্লচৈ। নহাককুম্বী কয়া লৈবনা মৈতৈ নুপীগী লেমজনফম ওই রবা ময়েক অদু মাংখ্রবনি। থম্মোয় শোক্লা শাওনিংখিবনা মাবু নোংমত্তা নিংশিংঙবা লৈখিদে। মতম কুয়না কাউক্লরবা মাগী বাখল অদু ঙসিদি তত্তনা নিংশিংলকখি। মাগী রাখল লুপশিম্না

খল্লুরবগী মতুংদা তাম্না লৈথবী মাবু থোয়না হেন্না নুংশিরকখি, নিংশিংঙৱগা মতোমতা শোল্লকখি—

করিগীনো ঐনা মরাল লৈজদ্রবী মাবু তুকচনা লৌরুরিবা মাবু হুন্থনা খল্লবগী মহুত্তা থাগৎপিগদবনি, মানা ৱাখল মযাম অসি খল্লবগা লাপ্না লৈথবী মাবু বর পিরকখি।

মঙ্গল ওইয়ু চন্দ্রীমা, ঐ নঙোন্দা লানথ্রে, ঙাকপী হৈবী নহাক্কী থম্মোয়না ঐবু লান্না লৌগনু। বীক্রম চন্দ্রীমাগী অফ-ফগুবী মরমদা মুন্না খল্লবগী তুংদা মাবু থোয়না হেন্না নুংশি-বকখি। নুমিৎ অতুদগী হৌনা চন্দ্রীমাগী ৱাখল নোংমতা কাউদ মথৈ খনবা হৌখি।



## ১৩ শুবা

ঙসি বীক্রমগী লুহোংবা নুমিৎনি, মখোয় ইমুং মন্নুংগী মী পুম্নমক পুমলাং লাংনরি। অমগা অমগা কৌন ঙাংনবগী মখোলনা ইমুং অদু পুমনিল নিনগ্রে। মখোয় পুম্নমক্না অস্থক ফজনা হোৎনরিবা অসি মাগী পুক্লিংদা অপেনবা অমত্তা লৈতে, যেংঙ্‌ য়েংঙ্‌ খুদিংমক ইরাত্তা রাৎলি, ইহাংদা হাংই, অদুবু করিনা মপুং ফাগনি হায়বা অদুদি মাগী পুক্লিংনা লাম্বা ফংখিদে। অস্থম গাখল তৌতুনা ফম্নম্বদগী ফুক হোগৎলগা মাগী মনুংগী কাদা চংশিনখি। হায়রিবা কা অসি মী অমত্তা খংহৌনদে, য়াম্না চেকশিন্না থম্মী। মীনা হেক য়েংবদম্থ কা মচা অমা লৈ হায়বা অসি খংদে, ইচম চম্বা ফক্লাং ওইরবোয় নিংই। মহাক্না কাদুদা চংশিনখ্রগা মতম কুইনা ফাকপীদ্রবা উপু অমা হাংদোক্লনা য়েংলি। হায়রিবা উপু মচা অসি চহি তরুক্কী মতুংদা ফাক্লিবা ঙসি অসিনা অহানবনি। হেক হাংদোকল্লুবা মক্তদা উরকখি, মখোয় অনিগী ফে'টো। মহাক্না ফোটো অদু তপ্না লৌখৎলগা চাগদবগুম মুম্না য়েংলি। ইহা-হাজদ্রবী চন্দ্রীমাদো মাগী ওইদা মতু ইপোন পোম্না লেপ্তুনা লৈরি। তপচরবী মাগী মতৌদু উরগা বীক্রম থম্মোয় পুবা ঙমখিদে, মমিৎ অনিদু পিনা থুক্কৎখি। ঙহাক মুম্না য়েংলগা ফোটোদু লৈবাক্তা তপ্না থমখি। অদুগী মথংদা উপুগী নাকল ওইরপ্না য়াম্না চেকশিন্না য়োমহুনা চাগী

লাই অনিখক লৈরম্মী। চাগী লাই অনিত্থু উরুবদগী খংনিং নিংশিংলকখি সোরোজিনিগী লূহোংবা নুমিৎ।

ডাক্তর কামেশ্বর ঐগা য়াম্না লুম্না তিম্নবা মরুপনি, মরম অত্থুনা মহাক্কী লূহোংবা অসি ঐনা থবায় য়াউনা মাগী মতেং পাংলি। বর যাত্রা তৌরে, নুপী ময়ুমদা বর চৎখ্রে। নুমিৎ অত্থুদি ঐহাকস্থু বরগা চৎমিন্নত্থুনা ভস্তানা নুপী ময়ুমদা য়ৌরে। লূহোংবা নুমিৎকী বরগী মমাম্নবা হায়বা অসিমক্তবু বর মনাক্তা ফমত্থুনা লৈনবা কয়া য়াউদে। মহৈ মহৈ অমমম অনি হৌন ত্থুনা লূহোংবা লোইবা ভায়বা ওইনা চথোক চংশিন তৌত্থুনা লৈনরি। নুমিৎ অত্থু ঐদি বরগী মনাক্তগী চথোক্তরে মাগী অফ ফত্ত য়েংত্থুনা লৈখি। বর থোকপা মতম য়ৌরক্তত্থুনা বর থোকখ্রে। বর থোকখিবা ভহাক লৈরগা চন্দ্রীমা রাধাগা লোয়ননা চংশিল্লকই। মহাক থোম্নদোক্লা মী পোং য়েংলুবা তৌদনা, মায়থৈং লুকত্তক্লা কন্যা পোৎলোয় শেৎলিবা অদোমদা প্রপ প্রপ চংশিনখি। মানা চংখিবা ভহাক লৈরগা কন্যা পুথোরক্লে। মহাকস্থু নুপী মতুং ইন্দুনা মাগুপলোমদা থোরক্লে। মীয়ামগী মরক্তা মমায় নোং পোক ওন্দুনা থারিবা চৌক্রি অদোমদা ডাক্তর শান্তীবলাগা লোয়ননা চংশিন্দুনা ফমলি। মথোয় অনি কন্যা অত্থদা অমুক অমুক য়েংলগা মঙক খরা খরাস্থু নোম্নগা করি করি য়ারীনে। য়াম্না চিকথনা শাম্নরি। অমুক অমুকস্থ মথবায় নুংভায়না লংলবা য়াতোলশিং অত্থু উতত্নুনা নোকপা উই। ভশায় মখৈ বীক্রম চন্দ্রীমা চংখিবা উবদগী মপুক্লিংত্থু য়াম্না খোয়রাং খোইশাওনা লৈরি। মানা মপুক্লিংদা করিগুম্বা খরা খন্দুনা লৈরিভৈ মতম অসিদা শান্তীবলাগা লোয়ননা ফম্মীম্নখিবা উরুবদগী মশা মতোমতা লৈবা হৈনম্নত্থুনা তুম্নিম্না হৌগৎলগা থোকখি। লূহোংবা ভায়বা ওইনা মাগী কার মনুংদা ফমত্থুনা লৈরি। মাগী বাখল তয়াং

তয়াংঙী, পল্লেপকম খংদে, লোয়বা নাযত্রবা ৱাখলগী ঈপাক্তা তাউত্বনা লৈখি। মানা অহাংবা অতিয়াদা অম্মম যেংলম্বদগী খবা লাপতক্লা হৌরিবা ৱাপালশিংদা মাগী মিৎযেংগী পল্লেপকম ওইখি। বসন্তগী উপাল ৱাপালগা লোযননা কোয়না চত্নুবা শাম্নরুববা মাগী ৱাখলনা মফম অমুক হুপ্তিল্লকপদা খবা লাপ্তক্লা। থাবিবা কাব অমদা মাগী পুক্নিংগী যুমফম অমুক ওইখি। লাপ্তক্লা লৈবিবা কাব অত্থুগী মন্নুংদা অঙাং অনিখক ফমত্বনা লৈ। মখোয় অনিস্থ কাবগী থোং অত্থু হাংদোক্তুনা অমুক অমুকস্থ থোবকপা উই। কবি বাখলনো খংদে, মহাক অঙাং অনি অত্থুগী মনাক্তা চৎনিংবা অমা কম্না ফাউববখি। ফম্মবদগী হৌগত্তুনা মখোং অত্থু তপ্পা তপ্পা থাংহুনা অঙাং অনি অত্থুগী মনাক তান্নী চংশিনখি। লাপ্পিবৈঙ মতমদদি মশক লাকশিনবা ঙমদে, নকশিল্লরুবা মতম অসিদদি মশক খংবা ঙমলে, অঙাং অনি অত্থু চন্দ্রীমাগী মচানি। মানা তপ্পা চংশিল্লগা কাবগী বেক সিটকী কোভব অত্থুদা মখুৎ খুনিংনা শোবগা মমায় খজিক্তং লুকথবগা অঙাং অনিগী মতৌ য়েংলি। মখোয় অনি শাম্নবদা মপুক্নি লুপখিবনা মা চংঙকপা উদে। মখোয অনিনা অমুব অমংকস্থ—ণগীনা হেন্না যা ঙী।

কুকুগী কাব মচা অত্থুনা খবা যাংবা হেনখিবা অত্থুদা পোলীনা শাওনা হায়বকই—

—ঐদি কাব পামদে, হয়েং মমাদা এবোপ্পেন অমা লৈয়ু হায়গনি।

—হায়জো ঐদি পামদে, ঐগীস্থ হয়েং মমাদা বোল অচৌবা অমা লৈয়ু হাযগনি। ৱারৌরবা পোলীত্থু মচিন মচা অত্থু খজিক্তং পোমখোক্লগা হাযবকই—

—লৈজো, ঐগীদি হয়েং বাবানা থোরকপদা চাগী লাই পুরকনি. ঐনা অপাম্বা খল্লগা নঙোম্বা অথিবা অমা পীগনি। কুকু লুরবা মমিৎ অত্থুনা পোলীদা য়েংঙী, মা ঙাংদে, তুমিম্ন। লৈদি হায়-ববু মপুক্লিংদা ম্বারৌবগী মওং মাল্লি। বীক্রম ঙশায় মখেরা ঙাংদনা মখোয় অনিগী মতৌ য়েংথুনা লৈরি। অমা মমা মানবা অঙাং অত্থুদা মুম্না য়েংলগা মপুক্লিংদা খল্লি—মসিগী অঙাংসি মীনা লাকচবা য়ারোই য়াম্না লৌশিং লৈ। মখোয় অনিগী লুরবা মমিৎ, নুংশিরবা মায়থোং, নোকপগী লংলবা য়াতোলশিং য়েং-বদা পুক্লিং নুংঙায়; ঐগী থম্মোয়দা লাংতক্নবা পোকহনখি। মানা অঙাং অনি অত্থুদা মুম্না য়েংলগা খরা লুশিম্না খল্লকখি—অঙাংশিং অসিবু মচা ওইনা ফংজরিবা চন্দ্রীমা কয়াদা নুংঙায়-রমগনি। মানা মখোয়গী ম্বাখল্লদা নুংঙায়রিবৈ মতম অত্থুদা মমা মানবা অঙাং অত্থুনা মখা অমক্ক তারকই—

—দাদা ঐখোয় মমানা হায়রিবা বাবানা চাগী লাই লৈরক্কনি, অত্থুগা শুকলাক লাক্কে করিগীনো ?

—হয়েং ঐখোয়না চাউরগা লাক্কনি হায় মমানা।

কুকুগী ম্বাঙাং তারগা পোল্লীনা গাড়ীগী সিট অহুদা মখু-জিম্না খোৎল খোল্লথুনা হায়রকই—

—অত্থুদি য়াম্না ম্বাৎলি, লাইদি কৈদৌঙৈ পুরক্কদৌরিবা ?

বীক্রম অঙাং অনিগী মতৌ ঙহাক য়েংলগা য়াম্না লাংতক্না হংঙকখি—

—কনানা লাই লৈরক্কনি হায়বা ?

বীক্রমগী খোঞ্জেল তাবদা মখোয় অনিমক ঙকলপ্না নোক্লগা য়েংখৎলকই। মখোয় অনিদা মম্না য়েংলগা অমক্কসু—নখোয় অনিগী নমিং করি কৌই ?

মখোয় অনিমক খুমদে, মমিং তক্ক তক্ক মঙোম্দা য়েংতুনা লৈরি। মখোয় অনি হঙ্গোয়রে হায়বা খংলতুনা নোক্লগা— ঐনা নখোয়বু নুংশিতুনা ননিং হংলগা খুমত্রিবা করিগীনো ? ঐ ইকায়ত্রা ! হায়যুনে হায়যুনে, ঐনা খংনিংতুনা তৌবনি। হন্দক্তি কুকুদো নোকমী নোকমী তৌরগা খুম্মকই--ঐগী ইমিং কুকু, মাগীনা পোলী।

বীক্রম পোলীদা নোক্লগা হংঙকই -

- পোলী নখোয় বাবা কদাইদা লৈ হায়বা ?

- দিল্লীদা,

বীক্রম ঙহাক ব'খল তৌবগা খুম্মকই—য়েংঙোয়, পোলী নখোয বাবাদো ঐগা নোংমা দিল্লিদা থেংনরকই, মানা নখোয়দা পীবু হায়তুনা চাগী লাই অনিথক পীরকই। মখোয় অনি মথ্বায় নুংঙাঁয়, খুদক অতুমক্তদা লাইতু পীযু হায়রকই। মানা মখোয়ি তানবু থেমজিল্লগা তপা—নখোয় উম্নগনি হায়বা খংদবনিনা ঙসিদি পুরকত্রে, হয়েং নখোয়গী স্কুলদা লৈরম্মু ঐ শোয়দনা পুবক্কে।

মখোয় অনি ঐগী বাঙাং তাবদা হূরাউই, নোকনা নোকমী তৌতুনা ঐঙোন্দা মুম্না য়েংতুনা লৈহৌই। ঙসিদি অঙাংশিংগী নত্তৌ অতু মমিত্তা শং শং উরকই, নোংমা খুদোং চাবা অমদা পীকরগে হায়না খল্লি। তাঙ্গা অতুমক্তদা মপান্দগী মচন নুপীনা কৌরকই।

তামো ! তামো !

—করি হায়গে ?

—তামো কামগা সোরোজিনিগা লাকই।

—মখোয় অনিমক চংহল্লকউ।

সরজু থোকখ্রে, রাইটিং রুমদা ফম্মহৌরিবা কামেশ্বরগা সোরোজিনিগা কৌশিল্লগা মকুংনা লৈরিবা কা অদোমদা চংমিন্নখি। বীক্রম অহাংবা সোফা লৈরিবা অদোমদা মথুৎ খিল্লগা হায়রকই।

—লেংশিল্লু লেংশিল্লু।

কামেশ্বর অহাংবা সোফা লৈরিবা অদোমদা চংশিন্দুনা ফম্মগা হংঙকই —

—করি কবি রাৎলিবা, কবম তৌসি হাযবা?

— কৈস্ থৌনিংঙায় লৈতেদা মপানগীদি মী য়াম্মা লৈখ্রে মখোয়না থোকপা শিলম্মগনি।

মখোয়না বাবী শাম্নবিঙৈদা সবজু চা পুহুনা চংঙকই। মখোযদা অমমম পীবম্মগা খজিক্কুং হন্দোক্লগা সোরোজিনিদা ঙনশিল্লগা হায়রকই —

—ইরাং লাংবশিদা, ফম্মিনবা শংদ্রে, বাবৌবা যাদেকো সোবো, ঐ মপাম্পা থবক থবা লৈহৌবি, অমুক্তা থোকলুখিগে ঙহাক লৈরগা চংঙককে হাযরম্মগা সবজু থোকখ্রে। সবজু থোকখ্রবা মতুংদা মখোয়স্ চা ঈংখ্রনি হায়হুনা চা থকপা হৌনখি। সোরোজিনিনা চা অতু অমুক্তং চিংলগা হাযরকই—

—ঐখোয়দি নুপা মযুম অমুক ঙই, নুপী মযুম অমুক শা অনিগী মরক্তা লৈবা তারি।

বীক্রম সোবোগী রাঙাং তাবদা নোক্লগা মখা তারকই — হোয়, ইচলনা থৌদোক খুদিংমক্তা রাবিবগী লমন অমদি অহমক তোন্দুনা মবৈবগনি।

ঙসিগী বীক্রমগী রাঙাং অর্থ লৈ, মপুক্লিংদা নুংঙায়তবা কাউই, অতুবু মতাং অসিদদি য়াম্মা লুশিল্লবগী কাম্নবা লৈত্রহুনা।

মানা ফাগী ওইনা নোক্লগা থুম্মকই—তামোসে বাদি য়াম্না ঙাংদে· হায়বনূ মী থাগৎপদি য়াম্না হৈরমলিবা জাৎনি।

সোরোগী নোকমা নোকমী. তুমপক তুমপক ঙাংথোরকপা অত্তুদা মথোয়স্ত মতুং ইন্দুনা নোকপা য়াউরি। সোবোজিনি ঙহাক লৈরগা মখা অমুক শমথরকখি—ফরে হৌজিক্তি তামোগী থবক পাংথোকপা লোয়রেদনা, মতুং তাবদি সরজুগীদা মঙায়রে, মাগীস্থ থরা খমবনা ফৈকো।

সোরোগী বাঙাং তারগা বীক্রমনা হায়রকই—উম. ঐস্থ মাগী মরমদা খল্লম্বনি, ঐনা পাবুংথোয়দা ঐগীদি অরায়বনি, অত্তুদা মানা মথং মনাউ কায়বা পামদে, হায়দনা কম্না মথাখিদ্রে।

মথোয় অল্তম অফ-ফল্বা ঙহাক খল্লরবা মতুংদা অচিনবা থোয়না লৈত্রবা অত্তুদা মথোয়স্ত হোরেল থরা ঙম্না লাক্লগে হাযরম্নগা ফম্নম্বদগী হৌগৎলকই। কামেশ্বর থোকপ্রে, সোরো ঙহাক পত্তুনা লৈহৌই। মানা বেক মল্লুংদগী নিংথিজনা য়োম্নবা পোংয়োম অমা লৌথোক্তনা বীক্রমদা পীরগা হায়রকই - মশানা তামোদগী লাপথোক্রবস্থ, থম্মোয়নদি নক্লা খল্লিগালে· তামোগী শকক তমলক্লি· হাযরগা বীক্রমদা পীরকই। মাস্থ মখুৎ তিং-থোক্তনা পোংযোম অত্তু লৌশিল্লগা সোরোজিনিদা—মহাকস্থ ঐবু নিংশিংলিবরা?
—মাস্থ মীনি থম্মোয় পাল্লি· মাদি মীবু লাম্না থক লৌদে· তামোবুস্থ ফনবা খল্লি।

হন্দক্তি বীক্রম বা মখা তারকত্রে তুমিম্না মক লুকথত্তুনা লৈহৌই। সোরোজিনি থোকপ্রবা মতুংদা মানা মনাক্তা লৈ· রিবা পোংয়োম অত্তু লৌথংলগা মখুম হাংদোকপা হৌরকই। কোভর অত্তু হেক লৌথোকপগা খুইনা পৈরপ ইশা বাহৈ থরা

থেংনখি। মানা ৱাহৈ খরা অহু তপ্না তপ্না পারি।

"মঙ্গল ওইবীয়ু,
ঙসিগী লাইবক ফবা বর,
ঈশ্বরনা থৌজালবা ওইসনু"।

বীক্রম ৱাহৈশিং অহুদা মুন্না য়েংলগা শ্বর লুম্না হন্থরগা—

নংনা ঐবু মমাংঙৈগুম সর পীরি। নহাক্না পীখিবা বর খুদিংমক ঙসি ফাউবা লেম্না মাংখিগ্রি। ঐগীদমক্তা মতম পুম্নমক্তা ফননবা খনবীরিবা নহাক্না ঐঙোন্দগী লাপ্না চংখিবগী অর্থনা করিনো? বীক্রম খনবা মখৈ খল্লরগা পুম্নমক অরেপ্পনি হায়না খন্দুনা মফম অহু থাদোক্লুনা চংখি।

ঙসি অসি মপান ইখোক থোকনিংদবনি অহুবু মীগী কেস অকবা অমা লৈহুনা চত্তবা য়াদ্রহুনা মহাক কোর্টতা চংখি। কোর্ট য়ৌরে, অহুবু চয়েংনবা খবা লৈবদগী কেস অহু লোয়শিনবা য়াদ্রহুনা অমুক য়ৈথোকখ্রে। কেসনু য়ৈথোকখ্রবনিনা ময়ুমদা খবা ঙম্না হনগে হায়না খনবনি অহুবু অকপা চে অমা থীবা খংদ্রে, মহুগী নৈনরিভৈদা খবা থেংদোকখ্রে। মানা মখুনাং থাঙ্গহুনা ঘড়ী য়েংলগা য়াম্না তপ্না শোল্লকই—খবা ঙম্না হনগে নিংবনি মতমনা য়াখিদ্রে, লম্বীদা কবিগুর্বা থেংনরবদি করম্না হায়না মপুক্লিংদা মীপায়বা অমা ফাউবকখি। মহাক্না চে অহু ফংলবা মতুংদা অমুক পত্থরমদ্রে থুনা চেম্ববদগী থোকখি। মানা গাডী অহু তপনা গোলাই লৈশিল্লকপদা অৱাংলোমদগী গাডী পরে অমা মহারাণী ব্রিজ তম্না হায়গৎলকখি। লম্বীদা ককচেংগুম মরি মরি পরেং শানা লাক্লিবা গাড়ীশিং অহু ঙহাক ভায়বা তারম্মী। মনিং হন্দোকপম্ন মতাং অমা চাদ্রে; থৌহুনা চংখিশি হায়রা লম্বীনগা পীকপনে য়াম্না খন্দোং চাত্রহুনা খরা থৈথরগা

গাড়ী অদু খামলে। ইহান হানবদা গাড়ী অচৌবা অমা লাম্থোক-তুনা চৎখি। হায়রিবা গাড়ী অসি বেন পার্টি তোংবা গাড়ীনি। মতুমা লানথোকখ্রবা মতুংদা মথং মথং গাড়ী অনিখকম্সু লাম্থোক-খি। গাড়ী অনি অদু লাম্থোকখ্রবা মতুংদা বর তোংবা কার অদু তপ্না তপ্না হাইগৎলকই। মমাংদা লাকইবা গাড়ী অদুদা মুম্না য়েংলম্লগা মমিৎ অদু খজিক্তং হুন্নরগা মমায় তপ্না লৈ-থোকখি। গাড়ী মনুংদা তোংলিবা বর অদু উকবদগী মাগী পুক্লিং খংশোন শোন্থরকখি, লোয়ননা থম্মোয়দা চৈনা অমসু ফাউ-রকখি। মায়থোং মকা লামদ্রবী মাবু উরুরগা বীক্রমগী থম্মোয়সু মচেৎ মচেৎ থোক্না কায়খি। মায়থোং লুকরুরবী মঙোম্দা য়েংল য়েংলতুনা চৎখিবনা মাগী মপা হেন্দোকখ্রে। গাড়ীনা মাগী মপা হেক লাম্থোকখিবগী চন্দ্রীমা শ্বর অমা শাংনা হোন্দোবকখি। মঙোম্দগী চৎখিবগা বীক্রমসু শ্বর লুম্না হোন্দোকখি। চন্দ্রীমা বর তোংবা গাড়ী অদুনা মাগী মপা হেন্দোকখিবগা মমায খজিক্তং হায়গৎলগা গাড়ী চৎখিবা অদোমদা য়েংলগা য়াম্না তপ্না শোল্লকখি—ওনথোকপা তাঞ্জাদা হেক থেংনরৈদা,মানা করি খল্লম-গনি। গাড়ী তোংতুনা চৎখ্রিবা বীক্রমগী রাখলসু অরেপ্পা লৈতে, চন্দ্রীমাগী রাখন্দা তাউতুনা চৎখি। ঙসি মহাক্কী মঙো উকবদগী ঐগী পুক্লিংনা কয়াদা শোনথরি, পুম্নমক অসে ঐগী ইরালদি নত্তে, নহাক ঐবু রারৌগনু, অরেপ্পা লৈতনা গাড়ী অমগী মথংদা অমা, মথং মথং অসুম চৎখি। গাড়ী ময়াম অদু চৎপা লোযখ্রবা মতুংদা মাগী গাড়ী অদু মনিং খজিক্তং হল্লগা তপ্না তপ্না থোহুনা মযুম-লোমদা চৎখি। লম্বীদা চংলম্বা মীশিংনা রারী শার শারতুনা চংনরি, কনাগী লুহোংবনো অসিদি গাড়ীনা গাড়ী যাম্মিবা, ঙসি বীক্রমগী লুহোংবা লম্বী রারীদা শিংথানখি। খরা অমনা অমুক বর অদুনা মশক ফজরিবা, কনাগী ইমুংনো, নুপা অদু অচম্বা নুপাদি নত্তে, থবক য়াম্না চাউনা তৌরম্বা তায় গাড়ী য়াম্বনা লম্বীদা ককচেং

চৎশক্তু মঙাযগে, মীষাম্মা লম্মী রাবী ওইনা শাত্নুনা চৎনখি। অথংনা কাংবনা হায়নৈ—তাইবুংঙো বীতুরগী মচানে নহাকনখে লংফেদা লৈকবনি, লাইরিক্কদি মত্তিক চানা তৈববা জাংখনি, অসি হায়বত্নুনা মহৈ মহৈ রাবী শাত্নুন' চৎনখি।

মযুম য়ৌবে, চন্দ্রীনা গেবেজদা গাড়ী খোঁজিল্লগা ইমুং চং ঙকপদা মমানা মঙ্গালদা ইশুক শুকথনা ফম্লম্বা উবদা মাগী পুক্নিং অমুক হেন্না বায চিনখি। মাস্থু মুন্না খংচি, মমানা কবিগী নুংঙায়ত্রিবনো হাযবা অত্তুবু মানা লুশিন্না খঞ্জিল্লবদি অমুক্কা হেন্না নুংঙাযখিদবা তাবে হায়না খন্দুনা থোইশা। শাদনা মমাগী মনাক্তা চংশিল্লগা হংঙকই।

—কবি তৌবে, ইমা, হৎচাং ঙমদব্রা?

মনিসনা পাক খুমদে, মমিৎ অত্নুনা নচাদা হায়ফেং য়েংলগা খুম্মকই—কৈস্থু তৌদে, অঙাংশিং হল্লকপা ঙায়র ম্নবনি।

মমানা কৈস্থু তৌদে হাযবা অত্নুদা বা মখা তাবমন্দ্র, তুনিম্ন মাগী কাদা চংখি। মফি মবোল হোংদোকপা লোযবগা মখুত্তা লাইবিক অমা পাযত্তুদা থোবক্লগা দলান কাফম শিডিদা ফনথখি। মাগী যুমশা অনি হৌজিক্কী মতমগী চৎনবা য়াবরা যুমশানি, হেক য়েংদা ৎক রুই যেংনা নুংঙায। মপানংনা থম্বীবম্বা পায়নগী যুনজাও অহু শিদোকনা অবাংখৎবা অদোমদা কা অতমদং ইন্থোক্লগা সার্ট হৈহ্না মথক মখা শায। দলান কাফম অত্তুস্থু অনৌবা মওংনি, মযাক্ত থংবা কা অত্তুগী থোংগী মপা চাম্না খবা পাকতক্লা হাপল্লি। দলান শিডিগী থাকশিংদা খুৎশেমগী লৈ রোংনা লৈতেংলি, নি খিবরা গমলাগী লৈশিং অত্তুস্থু যুগায়না শাৎল্লি, লৈখোক লোইববী লৈরাংশিংনা লৈনাযথক্তা চোযনা চোযনা তাবি। মথক্কী ভেবেণ্ডাগী থাম্বাং অনিমক্তা অতবগুলাপ পাম্বীশিংনা ফুগাইনা শাংল্লি। দলান মথক্কী মমায় থংবা কাহু

মী লাকপগী ফমফম ওইনৈ শিড়ি কাফম শেমখিবগী কোন্তক তৌনা নৈবা মখাগী ভেরেন্দাগা তায়নবা শরুক অদুদনা গেরেজ ওই। শারিবা যুমগী মওংগা গেরেজ ওইরিবা মফম অদুগা ওন্থোক্না চুনরে। নুমিৎ থুদিংগী যুমগী দৃশ্য যেংবদা পুক্নিং লপচবী চন্দ্রীমা ঙসিদি তারমদায নুমিৎকী মঙালনা য়ৈবদা মোমোন নোত্রবী নৈরাংশিং অদু উরগা থোয়না হেন্না খোয়রাংখি। মালং নুংশিৎনী তান্থাদা জগোয শাজবী লৈরাংগী লৈনম তারগা হেন্না থান্মোয শোন্থখি। অদুক ফজরবা নৈতেং পুম্নমক অসি ঐগী ইফমদদি অরেম্বনি, ঐগী অশা, ঐগী বাখল, ঙসিদগী হৌনা অহাংবা মালংদা তিনশিনরে, অমুক ঙমখৈ লেপ্পা ঙম্লরোয। মহাক্না বাখল ময়াম অসি খল্লুবগা মতোমতা—

করিগীনো ঐনা অমুক পুক্নিং শোকহবিবা, মীগী মতেং লৌ-দ্রবদি হিংবা ঙম্লরোইদ্রা, মীগী মতেং লৌহুনা হিংবা পুন্সিবু পুন্সিবা? ঐ মীগী মতেং লৌরোয় ইশা ইতোমতা নোমজহুনা হিংগনি। করিগীনো ঐনা অমুক খোয়রাংলিব্রা, ঐগী তুংগী মৈরী-খোক্না ঙাল্লগদৌবা থাউমৈ অনি লৈরি। ঐসু মখোয়গী মৈরী-লক্তা হি খিগনি। খল্লুবা খুদিং মুঙবংনৈ শ্বর থরেং থরেং হোল্লি, ঙহাক বাখল তৌরগা শ্বর অমা লুম্না হোল্লগা যাম্না তপ্পা শোল্লকই–

ঐনা মরাল লৈত্রবা মীবু বারৌরি, মাদি লান্দে, লাল্লিবদি ঐনি, ইশাগী ইরাল কুপশিন্দুনা থম্লগা মীঙোন্দা বাবোগদৌবগী শকক মহাকপু বর পীগদৌবনি। চন্দ্রীমা বাখল কয়া অসি খল্লুরবগী মতুংদা বীক্রমবু বর পীরকখি, লোয়ননা মপুক্নিংদা ইচন চম্বা মীওই অমঙম খনবা হৌখি।



# ১৪ শুবা

বীক্রম লুহোংখিবা চহি হেঞ্জিলকপগা লোয়ননা মনিসনাগী বাখলস্থ নোংমা নোংমগী অবাবা হেঞ্জিল্লকখি। হৌজিক্তি বীক্রমস্থ ইম্ফালদা লেংদনা লৈরে। মহাক দিল্লিদা নেজব ওইনা লৈরম্বনি, হন্দক পাকিস্তানগী লালদা থিনা শোকখিবদগী এপাবুংনা অমুক চংগে হাযবা য়াদ্রে, নমত্থনা বিজাইন তৌহল্লে। মহাক্না বিজাইন তৌবনা মতুংদা এম আবদা সি আই দি এস পি ওইনা অমুক জোইন্ট তৌখি। মহাক্কী মবা-মপাউ তাবগা থোযনা খোযরাং খোযশাওনববী মনিসনা মচাগী মতৌ যেত্থনা মযুমদা শুকলৈ লৈনিংখিদে। মযুমদা খায়শাওনা লৈগদৌবগী শরুক মতম খবা শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা লাই নিংত্থনা পুন্সি লেনলুগ হাযনা বমা খল্লকখি। মতম খবা লৈকগে খনবনা চৎত্রিরৈডদা, মচা নুপী বাবাবূ লুহোংগে হায়নস্থ মপুক্লিংদা নিংখি।

নুমিদাংনি বাধা চাক থোংবা হৌগৎখ্র। নুংতিগীদি নুমিদাংগী চাক মচেম্মানা নম্ম। খোংই অত্থবু ডসিদি মচেম্মা পোথা জবসন্থ হায়না খন্দুনা মহাক চাকথুম চংখ্র। চন্দ্রীমা মনাওনা চাকথুম চংখ্রবত্থদা পোথাবা ওইনা অঙাং লাইবিক তাকপীবি। চাউবা অযাম্বা মতমদা মচেম্মাগী মনাক্তা ফমগা লাইবিক লাইশু তাকহল্লি, খংদবা কযাস্থ হংজৈ। মাগী মথওায় য়াওজবা অত্থ

উবদা নুংশি, থোয়না হেন্না ফহনিংখি। চন্দ্রীমা নুমিৎ খুদিংগী মখোয়গী বারী লিহনা তাহল্লি। অচৌ অচৌবা, মমিং চৎলবা নেতা কয়াগী পুন্সিগী বারী, অফাউবা কবিশিংগী বাখলগী ঈচেল, মখোয়না করম্না হোৎনখিবা করম্না মপুন্সি লেনখিবা হায়বগী মরমদা বারী কয়াম্ লিহনা তাহনখি। মহাক্না মচা অনি লাই-রিক তাকপীবা লোয়রবা মতুংদা মাগী মনাক্তা ফম্নগা মথ্বাম্ম য়াউনা লাইরিক পারিবা চাউবদা মুম্না য়েংলি। মাগী ইনথৎ-লকপগী মপুং মরৈ ফারবা মায়থোং তঙাং তঙাংলবা কুচু ঙসিদি মাগী মমিত্তা তোঙান তোঙান উরকখি। মপুং মরৈ ফারবা মাগী হকচাংদু উরগা অহৈ মানা অঙাং ওইরিবৈগী পুন্সিদু খংনিং নিংশিংলকখি—নোংমা মপাবুংনা ওফিস কুম্নকপদা মফিংমরোল ইমোৎ মোং, মশম মনা ইফা ফা, ফুরিৎ তংলি তংলিবা অমা লিংলগা মপাবুংগা লোয়ননা চংঙকই। মাবু উবা ঐনা হরাউনা হংখি—

—কদায়দগী অঙাংনো পাবুং?

পাবুংনা মোমোন নোক্লগা খুম্মকই—অঙাং অসি নংগী নোপ্বানি নুংশিদ্রা? অঙাং অহুদা অমুক ওনশিল্লগা পাবুংনা মখা ভারকখি—য়েংঙোয় ইবুংঙো, নংগী নমাংদা লেপ্লিবী অসিনা নচে, অহুগা আদা হিঙ্গোল ঈশিং চাইরিবী অসিনা নহাক্কী ননানি। নহাক্না নংগী কনাম্ লৈতে হায়দুনা নথ্বাম্মি বানা কপ্লম্বদো হৌজিক্তি তোক্লো, ঐনা নংগী নপানি খংডেদনা, অঙাং অহুদা বাহৈ খরা অসি হায়রবা মতুংদা হিঙ্গোল ঈশিং চাইরিবী ইমাবু মপাবুংনা হন্না হন্না কৌরি—

সনা! সনা! নংবু তারিব্রা? নহাক্কী নচানুপা অমা পুরকলে থুনা অমুক্তা লাকউনে, পাবুংগী খোঙ্গেল তাবদা ইমাম্ হিঙ্গোন্দগী থুনা থোরকই। অঙাংদুদা মুম্না য়েংলগা ইমানা পাবুংদা হংই—

মহোয় পাবুং কদায়দগী অঙাংনো ওনখোক্লা হুংশিখ্রেদা ? মাবু ঐখোয়দা লৈগদৌরিব্রা ? পাবুংনা ঙহাক রাখল তৌরগা থুম্মকই— উম মানি৹ মহাক অসি নং ঐগী নৌনা ফংজবা ইচানি। ইমাস্তু হুরাউই, মথ্বায় হুংঙায়না নোক্লগা অঙাং অহুদা য়েংলি। ঙহাক মাগী মতৌ য়েংলুরবা মতুংদা ইমানা মনিং পুখ্রিদা ইরুজবীরুনবা পুখ্রে। ইমানা পুখ্রিবা অঙাং অহুদা য়েংলগা ঐনা— পাবুং অঙাং অসি কদায়দগীনো ? মহাক অমুক লৌবা লাক্লরোইদ্রা ?

চৌক্রিদা চুবা মেৎলগা ফমলিবা পাবুংনা শ্বর চাউনা হোনদোক্লগা কৈদৌঙৈদস্মু মহাক থিবা লাক্লরোই চন্দ্রী মহাক অসি কনাস্মু লৈজব্রবা পিতৎ-পাতৎলবা অঙাংনি। হোটেল মপু অহুনস্মু মহাকপু ফুহুনা তাম্বোরক্লে। পাবুংগী রাঙাংগী মরক থৎলগা ঐনা হংই—

—করি মরমদগী তাম্বোরকইবা ?

—ইপানা চা গিলাস অমত্তা থকনিংহুনা হায়রিবা হোটেল অহুদা চংঙ্খই। ঐনা চা গিলাস অমতা পীবিয়্ হায়রুবদা, হোটেল মপু অহুনা অঙাং অসিবু চা পুখোকহল্লকই। চা পুহুনা প্রপ প্রপ খোরকপদা ফালদা খুদি থিজিন্দুনা ইপাগী মাংদা তুশিন্রি। তুশিলবগী চৈনা খাংলিবা অঙাং অহুদা হোটেল মপুগী চাউরবা খুবাক অহুনা শেৎ শেৎ, অনি অহুমলক থারগা লুশম পায়রগা লাক্কনা ইম্বোরকখি। ঐনা ফনা খাম্মী, মহাক শাওবা ইহন হম্বদে৹ হম। হম। অঙাং অহুদা চৈরি—মহাক চংখ্রো, মফম অসিদা লৈবা য়ারোই। উর্গায় লৈত্রবা অঙাং অহু ইপাগী মাংদা মতু ইপোন পোম্মা লেপ্তুনা লৈরি। তুমিন্না য়েংহুনা লৈরম্বদগী শাওনিংমনখিহুনা মাগী অকায়বা পোৎ চৈ অহুগী মমল পীরম্মগা অঙাং অসি পুহুনা লাকইবনি। পাবুংগা রারী শান্নরিঙৈদা ইমানা

অঙাংদু পুশিল্লকই। মাগী মশাদা পক্লন্থা অমোৎপা পুম্নমক অদু চামথোকথ্রবা মতম অসিদদি মৈতানবু উৎনিংথৌনা কুপ্লগা চপ মাম্নখি।

ঐ ফম্নমবদগী ফুক হৌগৎলগা অঙাংদু পুতুনা ইমুংদা চংই। ঐনা শমচেৎ হাৎপী হাৎপীনা মঙোম্দা হংই—

—নংগী নমিং করি কৌই?

—চাউবা।

—নহাক হাম্না কদায়দা লৈরম্মী?

—হোটেলদা।

ঐনা খংনিংলিবা অদুগা মানা খুম্মকইবা পাউখুম অদুগা চুনদে অদুবু মথা তাদ্রে তৃমিম্না অদুমক লৈরে। নুমিৎ অদুদগী মহাক ঐখোয়দা লৈখি। অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা পাবুংনা মাবু অনকপা স্কুল অমদা মমিং চনবিদুনা লাইরিক তম্বা হৌখি। চাউবগী হৌখিবা পুন্সিদা লুপ্লিবী চন্দ্রীমা মমানা য়ুমজাওদগী চাউ-ববু কৌরকপা তাবদা মাগী ব্রাথলগী মঙলান কায়খি।

চন্দ্রীমানা মচা লাইরিক তাক্লিবৈদা মমানা তপ্পা চংশিল্লগা হংঙকই—

—ইবেমহল নংবু অঙাং লাইরিক তাকপীবা লোইরব্রা?

—কোয়শিল্লক্লে, করি হায়গে ইমা?

—য়ায়া লৃবা বাফম নত্তে, ননাউগী মরমদা বারী অমা শাম্নদবা য়াদ্রে।

—রাধাগীরা?

—হোয়নে, ননাউগীনিনে।

—করি তৌশি হায়বা?

—ইমাসু মেরাগী রাফুকপা নংনবা বৃন্দাবন চৎকে হায়না খল্লি।

ঐনা চৎত্রিডৈদা ননাউসে লুহোংগে হায়নস্থ খল্লি, অসিদা নহাক্না মতনা করি লৈরিবা ? গোপালসে ননাউগস্থ ফনা চাননা উই, মহাকস্থ মীনা শকথং মাযথংনববা নুপানি, ননাউগী বর ওইবস্থ মতিক চাব্রা হায়না খল্লি।

—চন্দ্রীমা ওহাক রাখল তৌরগা খুম্মকই—

—ঐগীদি ইমানা ফৈ হায়বগা অহুমগুায, অহুদা যাম্না লুরিবা অমনা, ইমাস্থ বৃন্দাবন চংখি, রাধাস্থ মীগী মযুমদা লৈখি, ঐ ফংই শিনফম্না যুমদা লৈবা ইফং ফংদে, ইমানা নিংডিবহুস্থ থু গাযনিংদে।

—মনিসনা মচাগী নিংহন্নহু উবদা থুনা মখা তাবকখি।

—ননাউস্থ লুহোংবা লোয়বগা ঐখোযদা অহুম লৈগদৌবিবনি।

—মীগীস্থ অহল-লমন লৈবি তবাই তবাইনা যাবক্কনি নিংদে।

—কবিগী যারোইদৌরিবনো ? মহাকস্থ হৌজিক মীগীদা ভবা পীহুনা লৈবি। অরেম্বদা পৈশা তিংগদৌবগী শকক ঐখোযদা লৈবনা ফত্রনে ?

চন্দ্রীমা ওহাক রাখল তৌবগা নখা অমুক তাবকই—

—ইমানা হাযবিবা বাফম অসিনা অশেংবা ওইববদি পাবুং খোযদস্থ হাম্না খংহনখিবনা ফৈ।

—নহাল নংগী পাবু লাক্রখহুদা ঐনা হায়খিবনি। ইচেমশিনা ফৈ হাযরগা লোয়রে হাযরম্মী।

অস্থুম্না মখোম্না বাধাগী মরমদা খন্ন-নৈনবগা পোখ্রানখরে।

—•—

# ১৫ শুবা

অহল মশেল যান্নরতুনা রাধা লুহোংখ্রে। হায়নখিবা মতুং ইমা অফবা নুমিৎ অমা য়েংতুনা মনিসনানা রাধাগা গোপালগা লৌরুরে। গোপাল মোইরাং মচানি, অতুবু ইম্ফালদা নম্না লৈবনা মহাকপু মী অয়াম্বনা মোইরাং মচানি হায়বা থাজদে। মহাকস্থু মচেম্মাগী ময়ুমদা পুক্লিং লৈতানা লৈবগা লোয়ননা ইমুং মনুংগী অফ-ফত্তগী দায়িত্ব লৌবা হৌরকখি।

নুংথিলনি মনিসনা হয়েংদি বৃন্দাবন চৎলগনি হায়তুনা মচা মশু পুম্নমক পুতুনা গোবিন্দ থুকুম্বা চৎখি। মখোয়না পুরকইবা হৈ-লৈ পুম্নমক মন্দির মথক্তা থমলে। নুংথিলগী মতম ওইবনা মফম অতু মী অমত্তা লৈরমদে, ইচিক-চিকই। ঙহাক লেপ্তুনা লৈরবা মতুংদা মন্দিরগী খা থংবদা লৈরিবা শঙ মচা অতুদা মী লৈবগী মখোল তারকখি। মনিসনা তপ্পা চংশিল্লগা—ইবুংঙো-খোয় কনা কনা লৈবগে বা অমত্তা হংজগেবা—

মনুংদগী মুপা অমা থোরক্লগা

—করি হায়গে ইমা?

—থাল আরতিবু কয়াম বাৎলিবগে?

—মতম ওইশিল্লক্লে ইমা।

মানা তুমিন্না থোরক্লগা মচাশিংদা হায়রৈ, থাল আরতি য়াউগ্রসি। মখোয়স্থ আরতি কৎপা ভায়বা ওইনা মন্দির মনাক্তা লেপ্লনা লৈরি। ঙহাক লৈরগা বামোন নুপা অমু থোরক্লে, মখোয়না পুরকপা হৈ লৈশিংডু পুরগা মন্দির মনুংদা চংখি। মানা চংখিবা ঙহাক লৈরগা মন্দিরগী থোং অদু মকা লাম্না হাংদোরকখি। মখোয় পুম্নমক লেপ্পরম্বদগী খুকউ লৈতানা শ্রীগোবিন্দবু পুক্নিং চংনা পুরুমজখি। চন্দ্রীমা লাই খুরুম্বগী মমায় হায়গৎলকপদা মমাংদা বীক্রমনা ইচাউ চাউনা লেপ্লনা লৈরম্বা উনদা খায় লাউখি। মঙোন্দা মুন্না য়েংতুনা লৈরম্বদগী খজিক্তুং লৈথোকখিবদা সরজুখোয় মথং মথং চংঙকপা উরকখি। মাগী ঙসিগী মিৎয়েং করিগুম্বা শান্তীবলান্না উরম্বা থোক্লবদি খজিক্তুং চিংনখিবস্থ য়াই। চন্দ্রীমা চংঙকইবা সরজুদা য়েংলগা হরাউ হরাউনা কৌরকই—

—সরজু লাই খুরুম্বা লাকইব্রা?

—অং, লাই খুরুমগে, হয়েং ঐখোয় ইমাখোয় লায়য়েংবা ঙৎপা ওইনা বৃন্দাবনস্থ য়ৌরক্কনি হায়রিয়ে।

চন্দ্রীমাস্থ সরজুদা য়েংলগা—

—ঐখোয়গী ইমাস্থ মমাসিংখোয়না লেংশিনখিবদা য়াউগনি হায়রি, হন্দক্তি ঐস্থ মপাঙ্গল খরা কল্লিডৈদা চৎহৌরসনু হায়তুনা থানদ্রে।

মখোয় মশেল বারী শাতুনা থায় আরতি কৎপা ভায়রি। ঙহাক বারী শাম্নরুবা মতুংদা সরজুনা চন্দ্রীমাদা—

—করম তৌরি উম্নদবা কুইরেদা?

—খংদ্রে সরজু শিবা ভায়তুনা পঙলৈ লৈবা হায়ব'তুদা তারে। চন্দ্রীমাগী পাউখুয়া বাখল খরদি খলহনলি, অদুবু খোয়না লূশিন্না খল্লদনা সরজুনা মখা তারকই, করিগী নিংহন্নরি নহাক্কী নতেং পাংবীনবা অস্থক য়াম্না লৈরবা অসিদা। চন্দ্রীমা বা ভাংদে

তুমিন্না সরজুগী রাহৈশিং অতু তারি। ঙশায়মথৈ শান্তীবলাদি মখোয় অনিগী রারীতু পুক্নিং চংলমদে, চন্দ্রীমাগী নাকল ওইরগ্না লেপ্লিবা অঙাং অতুদা মুন্না য়েংতুনা লৈরি। মানা অঙাংশিং অতুদা মুন্না য়েংলগা মপুক্নিংদা খল্লি—মখোয় অনিসি ওন্থোক্না নুংশিথ্রেদা, মগুন্না মগুণ লৈরিবা, মখোয় অসিবু মচা ওইনা ফংলিবা চন্দ্রীমা কয়াদা মরাইবক ফরিবা। মপুক্নিংদা অস্থুন খল্লম্বদগী চন্দ্রীমাদা ওনশিল্লক্লগা।—

—নহাক্কী অঙাংলা য়াম্না চাউরেনে?
—অং মানি, তপ্রগ্না খুম্মী চন্দ্রী।

রারীদা পুক্নিং লুপ্লিরী সরজু ঙশায়মথৈ অঙাংশিংদা হুন্না য়েংঙরা লৈতে, মনমবেম্মানা হংঙকপতুদা মহাকম্ব হুন্না য়েংথোকলুই। মখোয় অনিগী মশক উনদা মপুক্নিং লৈতাদে, নক্লবা মরিগুন্না খল্লকই। মানা মোমোন নোক্লগা।—

নখোয়দি ওন্থোক্না চাউরমলেদা ঐদি পোকপদগীবু অমুক্তা ঙম্রি। অঙাংশিংগী মনাক নক্না চংশিল্লগা মথা অমুক তারকই—নখোয় ঐবু লম্বীদা উরবদি কৌরকউকো।

—ঊম কৌরক্কে, মখোয় অনি চপ মান্ননা খুম্মী।

শান্তীবলা অঙাং অনিতুদা মুন্না য়েংলগা চন্দ্রীমাদা হংঙকই—

মখোয় অনিসে চহি কয়াদি শুরে?
— চহি তরেৎ শুরে।

সরজু অঙাং লোয়নবা য়াম্না হৈ, মখোয় অনিগা রারী শান্নরি। রারী ঙহাক শান্নরবা মতুংদা মানা মখোয় অনিদা হায়রকই - অফবা অঙাং অমা ওইনবা নখোয় কন্না হোৎনগদবনি, অতুগা নমাবু লূনা তৌগদবনি। মখোয় অনিমক ভাব তারবা মীংন্না মোমোন মোমোন নোক্লগা তারি। অঙাংদা রারী লিরিবী সরজু মমিৎ কুপ্তুমথৈ মখোয়দা মুন্না য়েংতুনা লৈরি।

মখোয় অনিগী মতৌ অচু উরগা মপুক্লিংদা খল্লি—মখোয় অনিসি ঐখোয় তামোগা ওম্বোক্লা মাম্নখ্রে। মানা মপুক্লিংদা অস্তুম খল্লম্বদগী, সোরোজিনিগী ৱাহৈ অমা খংনিং নিংশিংঙকখি—চন্দ্রীমাগী মচা অনিচু তামো বীক্রমগা ওম্বোক্লা মাম্নখ্রে। মাগী ৱাঙাং তারগা—নুমিৎ অচুদা ঐনা হায়খি—মপা মশক ফজরমগনি। অচুনা মচা মশক ফজরিবনি। নুমিৎ অচুগী সোরোজিনিগী ৱাঙাং নিংশিংঙকপগা লোয়ননা, মাগী থম্মোয়দা চিংনবা অমস্তু কম্না ফাউরকখি।

নহানা নহা মশেল কৌনখিবগুম, অহলস্তু অহল মশেল কৌনরি। চন্দ্রীমাগী মমা মনিসনানা বীক্রমগী মমং ইবেমহল উবদা কৌরকই—

—ইনমবেম্মা লাই খুরুম্না লেংঙকইব্রা ?

—হোয়, ইবেম্মা লাই খুরুমগে, নংগী তায়বুংঙোগা লোয়ননা বৃন্দাবন চৎপা তারিয়ে, হল্লকপদস্তু মতম খরা দিল্লিদা লায়যেংঙকপা তারি, অচুদা অশোয় অঙাম লৈতনবা ইবুংঙো খুরুম্না লাকইবনি।

ইবেমহলগী ৱাঙাং তারগা মনিসনা খুম্মকই—

—ঐহাকস্তু হয়েং য়াম্নুংখোয়গা লেংশিনখিবদা য়াউগে হায়দুনা লাই খুরুম্না লাকইবনি।

—ফরেদা ইবেম্মা ইচন ইনিং খোংবু ওইহিম্মরসি।

—ফনি ইনমবেম্মা।

ৱারী অস্তুম শাম্নরম্বদগী বীক্রমগী মমা ইবেমহলনা মনিসনাদা হংঙকই—

—অঙাং অনি অসিবু ইবেম্মাগী ইশুরা ?

—অং মানি ইনমবেম্মা।

অঙাং অনিচুদা মুম্না য়েংলগা ইবেমহলনা হায়রকই—ওম্বোক্লা

অনি ৱারী শাম্নরিবদো বামোম্ম। নিবমলা পুথোরগুননা নম্বিক মথক্তা থনম্মী। চন্দ্রীমা নিবমলা লৌরুবগী হন্দোরকপদা মচা নুপা কুকুনা যেংথোবকপগা মপা চামহুনা মথৎ থাঙ্গৎলগা তু মিন্না কৌবি। কুকু মমাদা মুম্না যেংলগা লাক্কে হায়বগী চংলা মচক অহু লোম্নগা নোককই। মানা লেম্না নচ কৌবা অহু সবজুনা লৈ লৌকবা হন্দোবকপদা উখি। মাগী হৈনদনা মচৌ অহু উবগা সবজগী থন্দোয়না ইথিল অমা ফাওবকখি। মচু বীক্রমগী মখুৎ অহু থাদোক্রগা পোলিদা হায়বকই —

—পোলী মমানা লাকও হায়য়ু।

—কদায মমাদি।

আদা অদুবু হাযদুনা কুবনা খুদেপ্পীনা থিনগা মমাগী লৈফম চাবকই। বীক্রম মখোয অমদা যেংলম্বদগী কনগী খৎ দোনবীগী মপা চানা যেংখৎলকখি। মানা যেংখৎলকপগা খবা লাপনক্লা লেপিবা চন্দ্রীমাগী মিৎযেংগা মিৎচানখি।

বীক্রমগী মিৎযেংগী চৈনা খাংবা ভমক্রবী চন্দীমা তপ্পা মমাংদ লৈথোকখি। মানা হৈনদনা লৈথোকখিবা অদুদা বীক্রমনা মপুক্লিংদা খল্লি —মহাক্লা ঐব কযাদা অাথিনা খল্লিবা মপুক্লিংদা মণ্ডল মণ্ডল খল্লিডৈদা মনামা লেপ্লিবা পোলীনা মখুৎ চও চিংলগা হাযবকই বাবা ঐখোয চংলগে।

বীক্রম পোলীদা মুম্ন যেংলগা—

— ঊম চৎলো।

মখোয় অনি চংখ্রে। মানা চংখিবা অতা অনিহুদা যেংলগা মপুক্লিংদা খল্লি - মখোয়না ঐগী থম্মোয ঈংহল্লি, মখোযগী মিঙ্গৌনা মচা মপাগী নকুবা মরিগুম নুংশিনখি। মখোয়শিবু ঐগী করম্না মরিনো? রাখল ময়াম অসি খম্না খম্না ময়ামগী মতুং ইন্দুনা তপ্পা তপ্পা চৎখি।

—+—

# ১৬ শুবা

অহিংগী অমম্বা হৌরে, নোংপোক থংবা মাথকৈদা নুমিৎকী মঙাল ফাউরক্রে। অহিং লাইরেম্বী ইমাগী ভম্পাক্তা য়াভারম্বী মচা পুম্নমক লোয়না মীকপ থোক্লে। ফনা ভল্লি, অম্মম অঙাল শিমরকপা মতমদগী হৌগংতুনা সরজু মমা ইবেমহল মচিনময়া শেংবা লোযখ্রে। ঈক মায়থজবা লোয়রতুনা কারক্রবা কাউবা নাকমগী মপাবু য়াকাযরমদবা অত্ত উবদা ইবেমহল থোল থবা নত্নৈ।

—মহোয় পাবু শেংখংগীবোগা, নওনগু ফনা পেনল, হোরেনা অসিনা এচা অমুক চায়, মপা অমক চায়না তৌরিইদা নুমিৎ অসি অ।                  তেক্লা যৌথিগনবান। ইবেমহলগী শাওরংনবা য়া-ওংত ক'রগা বীক্রনগী মপ'বুংন —

—সরজ মমা, নংগী থনক অমা চৎনদোবা লৈরবদি পুংলাং ঙেক লাংবত্ত হৌরক্রবা? যুমগী নুপীনা অতক ইশৌ লাংলবদি করম তৌগনি? নংসে ফনদি শিংডী হায়ববু অমুক অমুক ভাব তাবা থরা য়াংপা অমা তৌরিয়ে, ভাংনা ভাংনা মহাকম্ব ফমুংদগী হো-গৎলগা থোকখি। মচিন শেংবা লোযরগা মনিংদগী মমৌনুপীবু কৌরকই—

—নুপীমচা। নুপীমচা।

—কবি হায়গে পাবুং, শান্তিবালানা খুমকই।

—ঈশিং অশাবা লৈবব্রা?

—লৈবে পাবুং, পুম্নমগী ঈশিং অশাবদু বালটিল অমদা হৈদোক্লগা মপাবুংদা পীরুবে। ঙসি চংখিগদৌবনি হায়দুনা মচল নুপী সবজ-গা মখোয় অনি চংদুনা মপাবুংখোয়গী চানা থরুবা লাংবা তোং-নবি। সবজু মনাক্তা লৈরিবা প্লেট অদু হৈতোক হৈনথবা মনমনেম্মাদা হংজকই—

—তামো লৈহৌব্রা?

—অং, ড্রাই কুনদ লেহৌই

—অদুদি তামোনগী খবা হাংম্না পীকুরন করা? হৈদুনা শঙ্গোমগী খুৎ থাদোকপা যাদহুনা তুমিন্না লৈরবনি। সবজু পোথোকপা প্লেট অদুদা ওল খবগা হাপ্লে, কেটলিদগী শঙ্গোম অদু গিলাস অমদা হৈরবে, অদুগা মনংবেম্মাদা হংখরকই—শান্তি হায়গা পীরুবে।

শান্তিবালা শঙ্গোমগা লোগা পুহনা ড্রাই কুনদা চংখি মানা চংখিবদা বীক্রম খবর পাউনা লৈরম্মী। ঙসি চংশিনবগা সাইট টেবল মখখা চাননা অদু থনম্লগা তুমিন্না থোকখি। বীক্রম পারম্বা খবর অদু থম্লগা শান্তিবালাবু কৌবকই

—শান্তি।

—কবি হায়গে?

—পাবুংখোয়বু লোয়শিন্নরববা?

—অং, পাবুংসু চাইথবা লোয়রে, ব্রেক ফাস্ট খজিকুং চাখিন্নরা সরজনা কন্না হেংনহৌবি।

বীক্রম শঙ্গোম অদু পায়খৎলগা মখা তাবকই—

—খবা থুনা লোয়শিন্নবা হৌ, ফাস্ট ট্রাইটতা চংকদৌরনি

শান্তী ঙহাক তুমিম্না লেপ্লয়গা থোকখি। বীক্ৰম খবর পানা পানা ইমুংদগী কৌরকই—

—ললিট! ললিট!

ললিট তপ্পা চংশিল্লগা—

—করি ওইরবনো সার?

গেরেজদগী কারতু থৌদোক্লগা পাবুংখোয়গী পোৎ চৈশিং অতু হাপচিন্নবা খরা তৌরো।

—ফনি সার হায়রম্লগা থোকখি। ললিট বীক্ৰমনা হায়রকপা মতুং ইন্না গেরেজদগী গাড়ী থৌদোকলুরগা পোৎ চৈ পুম্নমক হাপচিনবা লোয়খ্রে। মপাবুংগা মমাগসু গাড়ী তোংল্লে, ঙহাক লৈরগা বীক্ৰমসু ইমুংদগী থোরক্লে। মহাক্না গাড়ী মনুংদা চং-শিনখিবগা লোয়ননা গাড়ীতু তপ্পা তপ্পা থোখি। সরুকগা মনমবেম্মাগসু মপাবুংখোয় খিনবা য়াউজনিংবনি অতুবু ইমুং মনুংগী অহল লমন্না লম লাপনা চখোকপদা, মচা মমৌ য়াউনা খিন-দোকপা ফত্তে হায়বা অতুদা মখোয় অনি য়ুমদা লাই নিংতুনা লেহৌরে। পোখাবা লৈতনা চৎলিবা গাড়ী অতু এরোড্রোম য়ৌশিল্লক্লে মাগী গাড়ীনা এরোড্রোম য়ৌরকপা মতমদা খরা লাগ্রিউঙদগী শংবান্নবা কার অমা থাতুনা লৈবা উই। মানা গাড়ী অতু হেক উবদা মপুক্লিংদা খল্লি—কার অসি চন্দ্ৰীমাগী শোয়দনা ওইরমগনি। ঙসিদি মাবু হেক উবদা হরাউ হরাউ কৌগনি, অতুদা খুমলক্ত্ৰবদি করম তৌবা? ঙহাক অমুক খল্লুরগা ঐ মাবু কৌবা ঙমগদৌনা মাদ্দ, কৌগে হায়না হোৎ-নরকপা মতম কনইরবনি অতুবু মাগী মশক হেক উবদা ঐগী বাখল চোয়খি, নুংশাদা লেম্না খাংবা ঙমদবগুম ঐগী থন্মোয় মহি চেনখি, লোয়ননা মাগী ঈচেন্দা অতুমক তিনশিনখি। ঐহাক নুপানি থৌনা লৈরবা, ঐগী অসুক কপ্লবা পুকচেল অসি মাগী

মফমদদি থোংলবা লৈনাদগী হেন্না নৌখি। মহাক্কী শোক্নরনা পুক্লিংবু মতোমত্তা অমুক ৱারোরগা হায়রকই—ঐনা অতোপ্পা নুপাদা লৈথ্রবা মাগী দমক অস্মুক ৱারিবা করিগীনো? নং নুপা নত্রা? থৌনা লৈনা থলক তৌগদবনি। মাগী ৱাখলদি খনবগী লোযবা নায়ত্রি, অহুবু অরেপ্পা লৈতনা চংলিবা গাড়া অতুদি এরোদ্রোম যৌহনা খামলে। মখোয় পুন্ননক গাড়াদগী কুমথরে লাপ্টিত্তা পোং চৈ থাংগৎনবগী মরম শিন্নরম্মগা মপাবুংথোযগা লোযননা বায়টি কমদা চংলিম্মখি। মখোয়না চংশিল্লকপদা নুপীগী খোঞ্জেল অমনা কৌরকই - ইনমবেম্মা শোমদা লেংশিনবারকউ ফমফম লৈরে।

ফনি ফনি ইবেম্মা হায়রগা চংশিল্লকখি। ইবেমহলনা অতুদা ফমথবগী মনিসনদা ওনশিল্লগা হংজকই।

— কযা কুইরে ইবেম্মা হৌবকপা।

— ঙহাক ওইরে ইনমবেম্মা।

মখোয় অনিনা বাবী বাতায শাম্নরিঙৈদা গোপালনা চংশিল্লক্রগা হায়রে ইমাসি চে অসি পায়শিনবীয়ু। মনিসনান চে লৌশিল্লগা হংজকই —

— কবিগীনো ইনংঙো চেসিবু।

—ইমাসিগী পোংকী নত্তবনি, মসি হোরেল মখোয়দা পীশিল্লগা পোং লৌথবা যাগনি হায়রম্লগা গোপাল থোকখি। মানা থোকখিবা অদোমদা য়েংলগা ইবেমহলনা হায়রকই —

ইবুংঙো অসিরা ইবেম্মাগী ইয়া নুপা হায়বা অহুবু? মনিসনা পাক খুমদোকপা ঙমদে, খবা লক, কক, তৌরগা খুম্মকই।

—মানি ইনমবেম্মা, ইচা নুপী অতোপ্পী অহুগী নুপানি।

—হৈমা, ইবেম্মাবু ইচা নিঙোল অমত্তা পোকই হায়বদায়নে?

—ঐনা পোকচবদি অমত্তনি, অসিনা ঐনা ম্নোকচবা নুপীমচা অমা লৈরি অতুপী নুপানি।

ঙশায়মথৈ মখোয়গী বাবী ভারিবা নীক্রমনা মপুক্লিংদা খল্লি—অসি ওইরম্বা ভায় চন্দ্রীমাগী নুপা। মহাকপু মশক খংনিংবা অমগা লোয়নননা নুপা অতুদা যুম্না য়েংতুনা লৈরংদগী মনিসনান। ইচান্নপী অংতাঙ্গী অতুগীনি হায়রকপা অতুদা মনায় লেথোক্রগা য়েংভকখি। মাগী চুনাদিং য়েংভকপা মিংয়েংগা মনিসনাগী খোযরাংনাবা মিংয়েংগা মিংচানখি। ঙসিদ চন্দ্রীমা মমাগী মিংয়েং অর্থ লৈ, নীক্রমগী বাখল লাংহনখি। মানা মপুক্লিংদ, চন্দ্রীমাগী মবমদা খন্দুনা লৈংথৈদা মমানা মখা ভানা হ থবকখি

—ইবেম্বাগী ইহ নুপাঙন করি খারা ওইবি? কবি নমদগীনো?

মনিসনা ঙহাক বাখনা তৌবগ তথা—

ইনামচেম্বু নগী ঙচাংস ন্দোম্বাক নান র চান, ঐনা ফজুমিং বগা মানা তৌথোরকপগা খেমখে। গদি য়াম্না পানজদবনি ভতুদা ইচানা থোকখ্রবা অসিদা ভাঁনম্না লৈববান, নুপাতু সিকায়নি গঙাং অস পোকত্রিউদগী চংখিবনি, অতুদগী ঙস ফাউবা মবা মপাঙ ভাবা ফংখিদ্রে। মনিসনানা ভাংবা ভারগা ইবেম হলনা—ইবেম্মা ইনাম্মা ওন্থোক্রা পামজখিদ্রে, মসিদা চংখিবনবা হোৎনবদা নংগী ভায়বুংভোম্বু ঐম্বু শাগতুনা কয়া য়েংভি, থেমতুনা কয়া য়েংভি মানা হেক ঙমতুনা হোকই, অতুব হৌজিক্কি ইনাক্তা লেংদনা লৈরবনিনা খরদি মকবে। মখোয়না বারী শাম্নরিউদা প্লেন থাবা মতম ওইরতুনা মনিসনা ইবেমহলগী লোয়ননা থোকমিম্নখি। মনিসনা মশু অনিবু শিং শিং নানথীরম্নগা চৎখ্রে। মখোয় পুম্নমক মাগী মাপী ফমফমদা ফম্নথ্রবা, মতুংদা প্লেন অতু থাখ্রে। মকম অতুদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক

পাইখিবা প্লেন্দা মুন্না য়েংছুনা লৈখি। থাম্না য়েংনরুরবা মিৎয়েংনা হন্থরকপদা অমনা অমবু মশক খংনরকখি। বীক্রমগী হন্থরকপা মিৎয়েংনা মনাক্তা লেপ্লম্বা অডাং অনিহুবু উরকখি। পাইখিবা প্লেন্দা মুন্না য়েংছুনা লৈরিবা পোলো বীক্রমগী মথুং পায়রগা— ককা ককা ঐখোয়গী মমানা হায়রিবা, বাবাদি প্লেন তোংলগা লাকনি, অদুগা শুলাক লাক্ত করিগীনো? হা। করিগীনো? বীক্রম ভহাক মুন্না বাখল তৌরগা য়াম্না তপ্না হায়রকই—নখোয়গী বাবা নোংমা শোয়দনা লাকনি, ঐগা ওকপা চৎমিন্নশিকো পোলো। পোলো পায়রম্বা মথুং অড থাদোক্লগা মুন্না য়েংছুনা লৈখি। অডাং অদুগী মিৎয়েংগী অথ খংলবা বীক্রমনা যাম্না হপনা—

—পোলো নং ঐবু মশক খংব্রা?

—উম খংই মচক মচাহু নোম্নগা খুম্মকই।

—অদুগা করিগী ইকায়রিব্রা? ঐ হয়েং নখোয়গী লাই পুবক্কে, স্কুলদা লৈবম্মুকো। নখোয় অনিমক খুমদে, বীক্রমদা মুন্না য়েংছুনা লৈখি। তাঞ্জা অদুমক্তদা মাগী কাকানা কৌবক্তনে নখোয় অনিমক চৎখ্রে।

ভসি নিনি ভুম্মিস মাগী বাখল মকা লামদে। হুক্নক মমানা ইখং খংহৌদনা বৃন্দাবন চৎখিবা অসিগী মবম মহাকমু মুন্না খংই। মমাগী মবমদা লুপশিন্না খনখিবনা মহাক মশা ফাউবা কদাযদা লৈরিবগে চাযবা খংবা ভমখিদে। ফুম্বংনরবা বাখল কয়া খল্লুবব মতুংদা শ্বর চাউনা হোম্লোক্লগা অহাংবা অতিয়াদা য়েংখৎলকখি। লৈচিল নোংফায় থাংদ্রবা অতিয়াদা মনিংতম্না পাইরিবা উচেক অনি অদু উরগা তপ্না শোল্লকই— অহাংবা অতিয়াগী ভমখৈবু তাপ্পরগা মুংভারজরিবা নখোয়গী পুন্সিদি য়েক্ল তিল্লং লৈতে, নখোয়দগী হেন্না মুংভায়বা করম্না ফিব

লৈরমখিগনি সংসারদা। মীনোক চাউবা সমাজগী মীরা মৈশা খাংবদি, থম্মোয় মৈচাক্তমক হেঙ্গৎলি। ভহাক অত্নদা মাগী রাখল সমাজগী রাংমদা লৈখিত্নুনা মনিং তম্নবী চেক্লা অনিছুগা অমত্রা ওইনা তিম্নখিত্নুনা অহাংবা অতিয়াদা কোয়না পাইত্নুনা শাম্নরি।

নুংথিলনি, চাউবা গেরেজদগী গাড়ীত্তু শো হাংগে হৌ রিভৈদা শুমাংদা স্কুটর থামখিবগী মখোল অমা তাখিবা অত্নদা থুনা থোরকই। মাদি অতোপ্পা মী ওইরবোই নিংভত্রে, ইথা থাজদনা সরজু ওইরমত্নদা হরাউনা নোক্লগা কৌরকই—ইচেম্মা কদোমদগীনো। ওহ্নোক্লা থাজদনা লেংভকইদা ?

- ঐ এডুকেশন ওফিসতা চৎলবনি, নখোয় নচেম্মা উননিংত্নুনা চংভকপনি লৈব্রা ?

—অং মথক্কী কাদা লৈরমগনি লোশিনবিবু।

চাউবা শিড়িদা লেপ্লগা ইচেম্মা! ইচেম্মা!

—করি হায়গে ?

— ইচেম্মা সরজু লেংভকই অমুক্কা থাকপীরকভ।

চঞ্জীমা তপনা হোৎলগা মপাল খোরকই। ইথা হেক থাজদনা সরজু চংভকপা উবদা মোমোন নোক্লগা —

—কদায় চৎলুই, ঐখোয়দা লাকপ্রা ?

— ঐ এডুকেশন ওফিসতগী স্কুলগী চে থরা লৌবা চৎলুবনি। নখোয়গী কোম্মোং মপা যৌরকপদা নহাক খংউ উম্ননিংত্নুনা চংভকইবনি। রারী শানা শনা মখোয় অনি রাম্নটিং কমদা চংনিম্নখি। সরজুবু চৌক্রি অমদা ফমহল্লবা নত্নুংদা মত্তোম্মা, ওনশিন্নগা—

—স্কুলত্নু কমদোরি ফজনা চথরিব্রা ?

— উম, ফজনা চথরি, হান্নদগী অভাংমশিং যাম্না যাম্না হেঙ্গৎলে।

হন্দক ক্লাস খরা হাপকৎলে অদুগীদমক্তা এডুকেশন ওফিসতা চৎলুবনি।

—হৌজিকপু ওজা কয়া লৈববগে ?

—ঐখোয় মবি গুরি।

—দেবীকাগু থবক তোক্লে হায় চুস্রা ?

— অং তোক্লে ঐখোয় অনি স্কুল পুমিন্নবী।

মখোয় অনিনা বাবী শারিৎউদা বহাদুরনা চা পুবগা চং-ঙকই। টেবল মথক্তা থম্লগা হায়রকই —

—ইচেম্মা চা লৈরে।

—অং, ফরে ফরে।

চা থনম্লগা বহাদুর থোকখি। মখোয় অনি চা থকলি। চন্দ্রীমানা চাতু অমুক্তং চিংলগা ইমুংদগী কৌরকই —

—বহাদুর! বহাদুর!

—করি হায়গে ইচেম্মা ?

— অভাং হুন্নক্রব্রা ?

—হুন্নকত্রি।

করিগী হৌজিক ফাউবা লাকত্রিবদি, কনানা লৌবা চৎখি।

—তামো চাউবনা।

—ওঃ, ফরে ফবে চৎলো, অদুগা ভরাং নংনা থাবা লৈশি দো ঈশিং খরা চাইবীযু।

—অং চাইজগে হায়রম্লগা বহাদুর থোকখি

সরজু থোকখ্রিবা বহাদুরদা য়েংলগা চন্দ্রীমাদা হায়বকই —

—নখোয়গী বহাদুরসে মৈতৈলোল ফজনা থোকখ্রেদা। ঐখোয়গী ললিট বহাদুরস্থু য়াম্না ফজনা থোকই। তৌবদদি মখোয়সে খরা শাওগনবনিকো।

—উম, মখোয়সে খরদি শাওগল্লি, অদুবু হোৎনবা কনবদদি মখোয়গী লম্বা লৈতে। মানা পুরিবা থবক অসিদি অঙকপনি।

মখোয়না রারী শান্নরিঙৈদা কোম্বোংদা গাড়ী খামখিবগী মখোল অমা তাখি। মাগী খোংনাউগী মপা চানা খামলিবা জীপ অত্তুদগী মচা অনি কুমথরকই। মখোয় অনি হেক কুমথরকপগা পম্বরমক্রে, জীব অতু থুনা থোখি। চন্দ্রীমা থোগ্নিবা গাড়ীতুদা য়েংলগা মপুক্লিংদা খরকই—কনাগী জীপ ওইরিগবা ? মানা ঙহাক বাখন্দা লপ্তুনা লৈরিঙৈদা মচা অনিনা চেনশিল্লক্লগা হায়রৈ মমা, মমা ঐখোয়গী লাইসি ফজত্রা ? চন্দ্রীমা মচাদা য়েংলগা হংঙকই তপথদনা—কদায়দগীনো ? মমানা ঙাংবা হাদবমগী পোলীনা খুমকই—নহান লাই খুরুমফনদা থেংনরকপা বাবাতুনা পীরকপনি। মানা হাযরিবা, লাই অসি ঐখোয় বাবানা পীরকপনি হায়রে চুম্বরনে মমা ? চন্দ্রীমা পাউখুম পীফম খংদ্রে, মচা অনিদা মুম্না য়েংতুনা লৈখি। ঙহাক তুম্নিম্না লৈকরবা মতুংদা মচাদা হায়রকই—চৎলো নখোয় অনি নক্ষি নরোল হোংদোকলুরো। মমাগী পাউখুম ফংত্রবা অঙাং অনিতু থোকখি। সরজ্জ চন্দ্রীমাগী হৈজ্রবা মতৌ অতু উবদা লৈবা ঙম্নক্তুনা চৎলগে হায়তুনা হোৎলকখি। মানা চৎলনদায়দা মঙোন্দা য়েংলগা হায়রম্মী—মখোয়বু লুনা তৌবীয়ু। মাবু থিম্নোককে হায়না খল্লিঙৈদা, মহাক মতামদা প্রেপ প্রেপ অতুম থোকখ্রে।



# ১৭ শুবা

জর্জ নীনয় নৌনিং চংলনা, ইনাক কৈনাক খুল্লবা নুপা অমনি। মহাক নুপা অমা ওইবগী মশাদা অপ্রাংপা অমগা লৈতে, হেক ঘেংবদা চুং ফিবাল চায় নুপা অমা ওইবগী মগুণশু অদুমক মরৈ। তৌথোবকপা থবক খুদিংমক লই, বাখল লৈবগী মওং মাল্লি। হিবম খুদিংমক্তা ফনবা নুপা। শ্রাসগী মশামক অবাংপা অমদি মরৈবি। মহাক চম্ম মকৈ পান্দুনা যাম্না শান্না লৈনা পাল্লস্বা খৃষ্টালনি, অদুবু মহাকী নুংশিনবা অদু ঙশ্বনা মতম শাংনা পীনিবমদে। মাগী নুপী প্রভা যাম্না নুংশিননা লৌনবা নুপীনি, অবাবদি ঈশ্বরনা মাগী পুন্সি শাংনা পীনিরমদে, নুংশিরবা মচানুপী অমা হন্দোক্লম্লগা সংসার থাদোক্তুনা চংখ্রে মানা লৈথিদবা মুমিগুগী হৌনা। বীনয়গী বাখল পোথকনা খ খিত্রে। চনম্নবা মাগী বাখল অদু কোক্কনবা হায়দুনা অহল লমন মযাম তাম্নবগা অতোপ্পা নুপী অমা অমুক লুহোংবীরে, অবাবদি অকোননা লুহোংলিবা নুপী অদুগা মাগী বাখলগা চুপ্শিনবা ঙমখিদে, শম্না হায়বনদা অমনা তৌবা থনক অমনা যানিংদে, অস্থুম নত্তনবদা করম্বা নুপীনা যুম অদুদা লৈনিংগদৌরিবনো? মখেম হানি তায়শিন্নবা ইয়া মানকত্রনদুদা মহাকনা লৈবা হৈনত্রদুনা নোংমা মপাম চংখিবদগী অমুক হল্লকখিদ্রে

বীনয়গী মমানস্থ অমুক অনিরক্তি কৌবা চৎলম্মী। মমৌ নুপী অহুনা চৎশি হাযবা ময়াখিদবদগী অমুক কৌরুত্রে। অসুম্না য়ুম্বাল মেল তাদনা লৈরকপা চহি ৫-৬ হেল্লক্লে। করি অমুক হায়কনি নুপী য়াউদনা য়ুম্বালবা উতোং অহোবদা ঈশিং হৈবগুম্মি, হঙ্গিলকপদা পোত্থাফম খংদে। মহাক্কী লৈখা তারুরবা পুন্সি অহু চন্দ্রীমাগী মতৌ উরুবদগী অনৌবা অশাগী মঙাল অমা ফাউরকপগুম তৌখি। অহানবদা মহাক্না চন্দ্রীনা করম্বা মীশকনৌ হায়বা মুম্না খংলবা মতুংদা, মহাক্কী মনাক নকশিন্নবা কম্না হোন্নরকখি। হন্দক মরক বীনয়না মরম ইরৈ লৈতনা তোয়না লাকপসি চিংনদবা ঙমদে। মাগী চরাংনবা মতৌ অহু উরগা মপুক্লিংদা যাম্না শাওনিংখি, অহুবু মচিন থোক্লবগী উপায়দি লৈখিদে। বীনয়গা লোযনবা পামদে, শিনফম্না লোম্নদবস্থ য়াদে। মহাক্না অমুকস্থ মপুক্লিংদা খল্লি—মানা তৌরিবা অসিবু করিনো? ঐবু মচন অমগুম্না নুংশিহুনা তৌরিব্রা? নত্রগা মপুরোইবনা মীরাযরবী নুপীনি হায়না উশিৎত্রিব্রা? মানা তশেংনা উশিত্তবা ওইরম্লবদি, নুপীনি হায়হুনা করিগী পংহন হন্তনা লৈবনি, পাঙ্গলনা নত্রবস্থ অচম্বা ৱাহৈ খরনা মাব্ লমন খুমগনি। মহাক্না বাখলদা ঙাওহুনা লৈরিঙৈদা কোম্বোংদা গাড়ী খামখিবগী মখোল অমা তাখি। মপুক্লিংদা চিংননা থোংনাউদা য়েংথোরকপদা বীনয় চংঙকপা উই। মহাক হেক উবদা খং হৌদনা খংশাউ শাওনিংঙকখি। অশাওবনা জয় তৌরুরবা মহাক্কী পুক্লিংবু তপ্না ফাথরগা শেল্লকই—ঐনা করিগী য়ুমদা চংঙকপা মীবু থীনা চৈগে হায়না খন্নরিবা? ফনা য়েকনবা মী ওইরবস্থ য়ুমদা লাকপা মীদি তরাম তরাম তৌগদৌবনি।

বীনয় কোম্বোংদা গাড়ী থনম্লগা মখোংনা প্রেপ প্রেপ চংশিল্লকখি। অরেপ্পা লৈতনা চংশিল্লকপনা চন্দ্রীমাগী মচা অনিনা বোল শান্নরিবা মফম অহু য়োরে। শান্নকুবগী ৱান্নবা অঙাং

অনি নাপী মথক্তা মখোং তিংথোক্লগা ফম্লি। মহাকনা মখোয়গী মনাক্তা তপ্না চংশিল্লগা হংঙকই —

— ইবুংঙো নখোয়গী ইমা লৈব্রা ?

—খংদে ইমুংদা লৈরমগন্দ্রা, কুকু পোলীদা য়েংলগা খুম্মকই।

পোলী য়াম্না শিংভী, মানা নুংশিদবা মী লাক্লবদি মমা লৈরবস্থ লৈতে হায়রুনা হেক্তা থাদোকখি। মানা বীনয়সি কয়া নুংশিদে অতুগা মমা ইমুংদা লৈনা লৈনা লৈতে হায়-তুনা থাদোকখি। মানা চৎলমদায়দা পোলীদা মুম্না য়েংলগা হায়রম্মী—হোরেল নখোয় ইমা হল্লক্লগা ঐ লাক্লম্মী হায়যুকো, হায়রম্নগা বীনয় থোকখি। মানা থোকখিবা অদোমদা য়েং-লগা পোলীনা কুকুদা হায়রকই—করিগীনো মানা ঐখোয় মমাবু হেক হেক থীরিবা অসিবু মাবু ঐখোয় বাবাগী মমাম্নবরা ? ঐদি মাবু নুংশিদে ঐখোয় মমাগা ৱারী শান্নরবস্থ, মমাদা মুন্না য়েংঙি, হয়েং ঐখোয় বাবা লাক্লগা তাকথোক্কনি। হে-নং নচিন থী হায়তুনা মমানা চৈজনি হায়তুনা কুকনা খুম্মকই। বীনয় চৎখিবা ঙহাক লৈরগা চন্দ্রীমা ইমুংদগী থোরকই। পোলী মমাগী মনাক্তা প্রপ প্রপ চংশিললগা হায়রকই—

—মমা মমা, নহাল ঐখোয়দা লাক্লম্বা জর্জ্জ বীনয় হায়বতু লাক্লম্মী। মানা নখোয় ইমা লৈবরা হংলম্মী, ঐনা নুংশিদতুনা লৈতে হায়তুনা থাদোকথ্রবমি। মমা, মহাকপু ঐখোয় বাবাগী মমাম্নবরা ?

চন্দ্রীমা মচাগী ৱাঙাং তাবদা মপুকনিং নুংঙায়তে, অহুবু শকফম হঞ্জিললগা তপ্না খুম্মকই—

—উম মানি।

—ঐখোয় বাবাগী মমাম্নবা ওইরবস্থ ঐদি মা নুংশিদে, ঐখোয়দা লাককনু হায়যুকো মমা, মমাগী ফিজি পায়রগা হুম্না হুম্না চিংলি।

চন্দ্রীমা মচাগী মতৌ উবদা মিৎলুদা পীরাং হৌরকখি। ঙহাক তুমিন লৈরগা মচাদা তপ্পা হায়রকই—য়েংঙোয় পোলী ইমা বা হায়গে মুম্না তাউ, নংগী বাবাদি মীঙোম্দা থীনা হায়দে, য়াম্না লুনা তৌই, অদুনা নহাকসু বাবাগুম্না অফবা মী ওইগদবনি। মমাগী বাঙাং তাবদা পোলী তুমিন্না লৈখি, বা লালগা অমতা ভাংখিদ্রে। চন্দ্রীমা মমাংদা তুমিন্না লেপ্লিবা মচা অনিদা য়েংলগা হায়রকই—নুমিৎ তাশিল্লক্রে নখোং নখুৎ হামদোকলুরো, ঙহাক তুমিন লেপ্লম্লগা মখোয় অনিসু মখোং মখুৎ হাম্বা চৎখি। মমাংদা চৎখ্রিবা মচা অনিদা মুম্না য়েংলগা তপ্পা শোল্লকখি—এনা তৌরিবসি করিনো? পীক্লিবা অঙাং অসিদসু বীনয় চংহনিংদে, কয়াদা নুংশিথ্রবা মখোয়গী ব্যথল। মানা মচা অনিগী মৈরিলক্তা বীক্রমবু তত্তনা নিংশিংলকখি।

বীনয় চন্দ্রীমাখোযদগী গাড়ী থোদোক্লগা থোকখিবদা উকিল বীমোলগা লম্বীদা থেংনরে। মহাক্না য়াঅদুনা মাগী গাড়ী মচা অদু মচনগীদা থনম্লগা বীনয়গা কার তোংদুনা প্রিনসিপাল রাজেনগী মযুমদা চৎমিন্নখি। রাজেন বীনয়গা য়াম্না তিন্নবা মকুপনি। মখোয় অনিদি অমনা ফৈ, হায়রবদি ইফদা ফনা খম্নে। মখোয়না চৎখিবদা রাজেন মফি মরোল শেৎপা লোয়রদুনা লৈরম্লগা মপা চাম্নরদুনা অমুক পন্থবা তৌদনা মখোয় অদুম গাড়ী তোংদুনা চৎমিন্নখি।

নিংথিজনা লৈতেংলবা য়াম্না লু-নাল্লবা সঙ্গম হোটেলনি। অরাং তুকানলোমদগী বীক্রমগা ডাক্তর কামেশ্বরগা করিগুম্বা খরা লৈরুবদগী হুল্লকই। অসুম চৎলম্বদগী সঙ্গম হোটেল মপা য়ৌরকপদা বীক্রমনা কামেশ্বরদা য়েংলগা হায়রকই—চা থকলুখিশি।

– উম থকলুসি অদুদৈগী পুন্সি নিংশিংবা ওইনা মখোয় অনি

নোক্ল-নোল্লহুনা হোটেললোমদা চংশিনখি। মখোয়না চানবা খবা ওর্ডর তৌরম্লগা মন্নংগী ফালদা চংশিন্দুনা ফমখি। মখোয়-নিনা ফমথবা ওহাক লৈরগা নুপা অহুমথক ৱাবী শার শারহুনা চংওকই। মখোয় থোযদোক্লা মী পোং-য়েংওবা তৌদনা মমাং ওন্দুনা থারিবা অশাংবা ফাল অনদা পুম্না ফমমিন্নখি। মতম পংখেন খেম্নদনা চানবা মথং মথং পুরক্লে, মহৈ মহৈ চাবা হৌ-নখ্রে। বীনয়না চখোম খবা চাউরপ্পা বীমোলদা হংওকই— ওজা বীমোল, মচা অনি পোকইবা নুপা অহুগদি তশেংনা কাই কাইনখ্রেকো ?

—অহোয় বাবু কায়নখ্রে হায়বগুম তৌই, মীনা অহুম হায-নববু অওাং অনি অসি পোকত্রিডৈদগী চৎখিবনি, হিংলিব্রা নন্ত্রগা শিখ্রত্রা ? মৱা মপাউগম্ভু অমত্তা তাখিদ্রে হায়নৈ। কনাগী মৱাবু লৌগদৌরিবনো খংদেদা, ওইনিংবা অমা ওইজবসনু, অহুদা য়াম্না নুবা অমনা অওাং অনি অসিনা তশেংবা বীক্রুনগী মচা ওইরম্বা তাববদি ঐগী ইচম্দা বায় খবদি চিনগদৌরি। নুহোং খিবা চহি ২, ৩ শুংব অহুবু হৌজিক ফাউবা মচা পোকাত্র মসিগী ৱাফম অসি ইনাখোয পাবু খোয অমগা তাদ্রি, হয়েং ৱাফম অসিনা তশেংবা ওইরম্নবদি ওহৌরা। নুংঙাযবোইদৌবা জাৎনি। বামোলগী বাওাং তাবগা বীনয়না মখা তাবকহ— ইচন্দম্ভু য়েংতনবা, মাগী মচা অনি লৈবগী বদনামসু কোক্লনবা ঐনা হেক লৌবিবগা লোযবেদনা। বীনযগা বীমোলগগী বাও তারগা প্রিনসিপাল রাজেম্না হায়রকই—নখোয় অনিনা য়ম্না হন্থনা লৌরিবী নুপীহু, অখাংকনবী, হায়খিবা রা হোংদবী, পুক চেল লেপ্পী নুপীনি, নখোয়দি মাবু মশক মুম্ন খংলমদবা যাও, ঐদি য়াম্না নম্না খংই, অহুনা মাবু হওনা লৌবা খক যারোই। নংনা মাবু করম্বা মীশকনো হায়বা খংদনা, হাযবাযু হাযদনা তরায় তরায় হেক্তা মহাক্নরকই, মহু নংগী খাযদগী অশোয়বনি।

নংনা হায়রম্বা অতুগী মতুং ইন্না মঙোন্দা নহাক্কী মরমদা হায়গে হায়তুনা কযারক হোৎনখি, অতুবু মাগী মমাংদা ৱাহৈ অমফাউৱা কাংথোকপা ঙমদতুনা তুমিন্না লৈরিবা অসিনা মাগী খ্বাযদগী চাউবা মগুণনি। ঐনা মঙোন্দা কবিগীদমক্তা হাযবা ঙমদ্রিৱনো হাযবা অতুগী মবমদা হাযগে মুন্না তাউ—মহাকসে য়েংবদা চিঙলেম্মী, তৌথোবকপা ধবক লূই, বা যাম্না ঙাংদে, মীনা মঙোন্দা থীনা চৈরগা নোক্তুনা তাবা ঙম্মী, মসিনি ঐনা মঙোন্দা খ্বায়-দগী হেন্না কিবিবা মগুণ। মানা ফনা ওক্তবী নুপী ওইরম্লবসু, হাযবিবা গুণ ময়াম অসিনা মাবু খক হন্থনা লৌৱা ঙমলোয়। নখেয় অনিগী বাফম অতুনা কবিগুম্বা অশেংবা ওইবম্লবস্থ মানা কৈদোঙৈদা ইচনগী মফমদা খক যেৎলোয অতুনা মাব লাম্না খব লৌকুগনু চন্দ্রীমা নুপীলক্তা অথোযবীনি। চহি তবেৎ, নিপাললোম শুবকবা অসিদা কনাগুম্বা অমতবু হন্না, ফাউবা য়েংদনা মচা অনি য়োক্তুনা লৈবিবী নুপী অসিবু থাগংতনা ঐনা কনাবু থাগৎকনি, বাজেনগী বাঙাং মুন্না তাবগা বীনযনা হাযবকই—

—অতুদি বাফম অতু কমদোবা তাবিবা?

কান্নবোয বীনয় মাবু হোদোকপীকুদবনা ফৈ।

বীনয রাজেনগী ৱাঙাংতুদা খবা ইকায়খি অতুবু তুমিন্না নৌথোকপদি নত্রি, থুনা মথা তাবকখি নবুংঙো। ঐনা লৌবী গে হাযববু যাদ্রগা তোকচনু, মাগী মচানুপা মমা মানবদো মবুক যাম্না লুবা অঙাংনি, ঐবু হেক উবদা মুন্না যেংলগা—ঐখোয মমা লৈতে, অমতুনবু খবা ফৈ, ঙসিসু ঐ মখোযদা চৎলুবদি, মাগী মচা অনিতু বল শান্নতুনা লৈবম্মী ঐবু হেক উবদা—ঐখোয় মমা লৈতে, হাযরকই, ঐম্সু পম্থরমদ্রে অতুম থোৱক্লে। বীনযদা যেংলগা বাজেননা নোক্লগা মথা তারকই—

কাম্নবোই ইবুংঙো চংলুবনু, মীগী মচা মুপা অতুনা নংবু মপা। ওইনিংঙ্গে হায়রে। মখোয় অতুম বারী শানা শানা থকপা চাবা লোযবতুনা পৈশা পীবমগা থোকখ্রে। ওসায়মথৈ হোং-টেলদা চা থক্লিবা বীক্রমনা চন্দ্রীমা হায়না পল্লকপদগী চাতু অমুক্তং চিংলগা অতুম থমলে, মখোযগী বারীদা মুনখিবনা চা থকপা ফাউবা কাউখি। মহাক্না মপুক্লিংদা তত্তুনা খল্লকখি—চন্দ্রীমাগী মচা অনিগী মবমদা, অওাংশিংগী অসুম খল্লম্বদগী শান্তী-বল্লাগী মবুংগী বাঙাং খবা নিংশিংলুবগা মাগী পুক্লিং অমক্না হেন্না খোযবাং খোযশাওনখি।

উকিল বঁমোলগী বাহৈ খবনা মাবু বাখল খলহনখি—মানা মচনওগ্বী নুপী অসিবু কযাদা হুন্তনা খল্লিবা, ঐস্‌হু ইম্ফালদা লৈরকপা চহি অতুম ফাজিল্লবলে, মহাক কবি ৎৌবি, করম্না শাজৎ চংলি হায়বা মুম্না খংই। নোংমতা মকা লাম্না নোক্তবী, লমচংতা চীংননিংঙায় লৈত্রবী মহাকপু যুম্বাল জুগোৎ চাদে, মপুবোইবা লৈতে হাযতুনা কয়াদা থীনা ওাংবীবিবা। ওসিদি চন্দ্রীমা মমা মচাগী খল্লুবদা বীক্রমগী থম্মোয নেমথবা ওমখিদে। অশাওবগী মৈনা থম্মোয ফাওনা চাক্লবা মওোম্দা বীনযগী বাহৈ না মৈচাক হেঙ্গৎহনখি। মিৎফম হোংদনা, অযেংবা অমদা মুম্না য়েংলগা পিশুম অনিহু শুকতোক্লগা, মফৈবাক্তা খুংতুম্না। কম্না শুরগা খংলাউ লাউবকই—

—জর্জ্জ বীনয

কামেশ্বব খংপ্রেক খংই, মওোম্দা মুম্না য়েংলগা—

—করি তৌরে বীক্রম?

শ্বব চাউনা হোন্দোক্লগা খুমকই—

—কৈস্‌হু তৌদে, চংলসি হায়বমগা হৌগৎতুনা থোকখি।

কামেশ্বর মচিশি থোক্তুনা মপুক্লিংদা খল্লি—মানা কয়াদা হকচিম্না নুংশিজরিবা, মাগীদমক্তা কয়াদা ৱারিবা অঙকপনি নুংশিবা নংগী সংসার, ৱাখল খম্না খম্না কামেশ্বর বীক্রমগী মতুং ইন্দুনা হোটেলদগী থোকখি।

---

# ১৮ শুবা

নোংমাইজিং নুমিৎকী অযুকনি, পুং ৯ তারে, বীক্রম ড্রোয়িংরুমদা খবর পারি। হন্দক মরক মাগী ৱাখল মকা লাগদে, চয়েৎনবা থৌদোক খরগী মরমদা তত্তনা খল্লি। অহোংবা নৈত্রবা মিৎয়েংনা খবরগী চেনাশিংদা য়ুম্না যেংলি অতুবু থোয়না পুক্কিং চংনা পারুবদি নৈতে। লৈতাত্রবা বাখলতুনা তত্তনা খল্লকখি, চন্দ্রীমা মমা মচাগী মরমদা, মমিত্তা শং শং উরকখি নুংশিরবা অঙাং অনিগী মায়থোং মাবু হেক উবদা হবাউ হর উনোক্তনা চেনশিল্লকগা কোল্লবা। মখোয় অনিগী ৱাখল খল্ল খল্লরগা মহাক নৈফম খংখিদে, মফম অতু থাদোক্তনা চংনিংঙী। স্কুলদা চংলগা উম্নকুগদবস্থ ঙসিদি ছুটিনি মযুমদা লৈরমগনি। ঐনা করিগুম্বা মযুমদা চত্তনা উনকবা তারবদি চন্দ্রীমানা করি খনখিবা, ঐনা মখোয়দা চংই হায়বগী পাউ তারবদি মাগী নুপাতুনা খজিক্তদা চিংনখিনি। করিগীনো খংদে, ঙসিদি ঐ মখোয়বু ওস্তোক্লা উনিংথ্রে। মতোমতা তৌফম খংপ্রত্নুনা পারম্বা খবর অতু টেবল মথক্তা থম্লগা সোফা অতুদা ডাথরগা ফম্মী। বাখল তৌতুনা ফম্মদগী মশা অতু খজিক্তং লেংলগা তপ্না শোল্লকই—করিগীনো ঐনা মপা মমা নৈবা মচাগীদমক অস্নুক ৱানা খল্লরিবা? থম্মোয়নুংদা ৱাহং কয়া হংলুরবস্থ, কাউবা নৈতনা খলকই চন্দ্রীমা মমা মচাগী মরমদা। মখোয়গী লোয় নায়ত্রবা ৱাখল্দা নুপলিংঙৈ তাঞ্জা অতুদা মনাক্তা নৈবিবা

টেলিফোনদু খিংলকখি। মহাক্না ফোন অদু তপ্পা পাযখৎলগা—হল্লো কনা ওইবীরবনো ?

চন্দ্রীমা বীক্রমগী খোঙ্জেল তাবদা পাক খুম্বা চনদে চহাক তুমিন্না লৈরুবগা খোঙ্জেল নিকলপ তৌনা খুমকই পীনি— ড্রাওর শান্তীবলা লৈবিব্রা ?

—লৈ।

—অমুক্কা পায়হনবীবনট।

—ফনি হাযবনগা বীক্রম ফোন্দু থম্মগা ইমুংলোমদা ওনশিন্নগা কৌবকই—

সবজ ! সবজ !

—কবি হায়গে শামো।

—মনমবেম্মা লৈব্রা ফোন লাকই হায়মু।

—অং কৌবক্কে, হাযবমগা সবজ মপাল খোককি। মানা টোটি মখোংদা কি শুবিবী মনমবেম্মাবু কৌশিন্নগা ইমুংদা চ মিন্নখি। শান্তীবালা প্রপ প্রপ চংশিন্নগা ফোন অদু তপ্পা পায খৎলগা হংঙকই—

হাল্লো কনা ওইবনো ?

—শান্তীবলাবা ?

—অং মাম্মে, কবি হাযগে ?

নহাক ঐখোয়দা ডকাও। লাকপীদবা যাম্রে, ঐ গাড়ী থারক্কে, ঐনা অডাং অমা মকোক ডাওই হাযবমগা কৌবা ডাংবা ইথুম খুমখিদ্রে। নহাক লাক্কবা যাদে হায়বমগা ফোন থনখ্রে।

শান্তীবলাসু ফোন থমলগা ইমুংদা চংখি। ওহাক লৈবগা মকি-মরোল শেৎপা লোযরদুনা মাপী বেগ অদু পায়রগা খোরকই। বীক্রম ওসারমখৈ রাখল অমদা লুপ্পুনা লৈবি। মানা অমুকসু

খল্লি - কৌজিককী ফোন তৌরকপা অতুবু কনানো ? মখোল অতুদি ওস্তোক্কা মাম্নগ্রে, ওইরমগদ্রনে ? করি তৌরবনো রাঙাংসু ইতপ তপথদে ইপা পাখৎবগী মওং মাপ্পি। করিগুম্বা খুদোং চাদবা অমা শোয়দনা থোক্লম্বা তায়, মুমসু হংহৌদ্রে করি থোক্লম গবা হায়না মপুক্কিংদা খন্দুনা লৈরিঙৈদা শান্তীবলা থোরকপা উই। বীক্রননা মঙোন্দা মুমা য়েংলগা হংঙকই—

—কদায় চৎকদৌরিবনো ?

—অনাবা য়েংবা।

—কনাগী ?

—চন্দ্রীমাগী মচা নাবে, ঙহাক্তা লাক্তবা য়াদে হায়রি অতুগী চৎকে তৌবনি।

হন্দক্তি মথা তানা হংলক্তে তুনিম্মা লৈখি। মানা ইমুংদা বারী শারিঙৈদা কোম্মোংদা গাডী খামখিবগী মখোল তায়, থোক্তুনা য়েংঙবদা চাউবা ওইরমলে। মহাক অমুক পন্থবা তৌদ্রে, থুনা ইমুংদগী থোকখি।

চাউবা গাডী থাম্লগা ডাক্তর শান্তীবলাগা লোয়ননা মথক্কী কা অদোমদা চংমিম্মখি। শান্তিবলা শিরিগী থাক কানা কানা চন্দ্রীমাগী যুমশা অতু মুমা য়েংলি। মহাককী যুম অসি মতমগা চুনরবা যুমশানি, হেক য়েংবদা অনৌবা মওং অমা লৈনা উই, দলানগী থাক খুদিংদা লৈতেংলিবা গমলাগী লৈশিংতু নিং-থিনা ফুগাইনা শাংলি। মহাককী যুম্বাল নুপা য়াঙনা পামনা যুম্বাল নত্তে, অতুবু নুপা অমনা পানবা যুম্বালদগী থোযনা তাদে। তৌথোরকপা থবক খুদিংমক তমজনিংঙায ওই, বাখল লৈবগী মওং মাপ্পি। মাগী যুমগী লৈতেং পুম্নক অনি ষ্টরপা শান্তীবলানা মপুক্কিংদা খল্লি - চন্দ্রীমা পুশীলক্তা অথোম্বীনি, নুপা অমগী বাখল না মঙোন্দগী পংহেন হেন্দে। বাখল খম্না খম্না খুৎশেমগী নিংথিবা

পুন্নমক য়েংদুনা ক্রাক্‌লকই। শানতীবলা খোংথাং তপ্পা তপ্পা থাংদুনা মহাককী কা য়োংশিন্নকলে। চাউখ্রা তপ্পা চংশিল্লগা হায়রকই—ইচেম্মা ডাক্তর লাক্রে।

চন্দ্রীমা চাউবগী খোঞ্জেল তাবদা মমাগ তপ্পা লৈথোরকপদা শানতীবলাবু উরকই। শানতী হেক উবদা মাগী পুক্নিং খরা চাউখৎপগুম তৌখি। মানা মঙোন্দা শুম্না য়েংলগা তপ্পা হায়-রকই—

—শানতী অমমক্তা মমুনা য়েংবায়, ঙসাগদগী তুম্বদৌনা লৈবিবা অসিনি।

মানা তপ্পা চংশিল্লগা অঙাং অদুগী হকচাংগী কয়াৎ খুদিংমক পায়দুনা য়েংলি। ঙহাক নমদুনা য়েংলুরবা মতুংদা যম্না থাদুনা য়াম্না কুপনা য়েংবা হৌখি। ঙহাক শুম্না য়েংলবা মতুংদা মানা তপনা হায়রকই—মিচুন থাহুন্দি অকাইবা খোয়না লৈতে, মশাদি খবা শারে, অশাবগী চাংনা হেন্দুনা তৌরিবনি, কৈস্থু তৌরোয খোম্বুনা মুংশা থীবিকনু। ইঙোন্দা ঈশিং অয়িবা খজিক্তা পীযু। রাধা প্রপ প্রপ চত্তুনা ঈশিং লৌকরে। শানতীবলা ঈশিং অয়িংবা অদুদা লশিংনা সুপ্পগা কাবক কাবক শুমদোক্লগা অশাবা লৌথোকপা কম্না লাক্লরি। অশাবা লৌথোকপা লোয-বদা মতুংদা মখোং মখুৎ, অদু থেকতোক থেকচিন ঙহাক তৌবি। অসুম্না ঙহাক হোৎনরবা মতুংদা অঙাং অদু জ্ঞান খরা খরা তাবকখি। মখুৎ মশা হায়দোক্লগা ঙহাক পোথারবা মতুংদা চে মচেৎ অমদা হিদাক মমিং খরা ইরগা হায়রকই—হিদাক অসি খরা থুনা লৈকরগা চাং নায়না অমুক্তা পীজদুনা য়েংখিশি। মসিনা করিগুম্বা ফত্রগনা অতোপ্পা অমমক থাশি। হিদাক অসিগী কামবা পুং ২ গী মনুংদা শোয়দনা খংগনি। শানতী-বনা হিদাক পীজনবগী মওং তাক্লমলগা চৎথ্রে। মহাক থিল্লুবা

হল্লকপদা চাউবনা হিদাক লৈররে. ডাক্তরনা হায়রম্বা মতুং ইরম।
মতম চানা হিদাক পীজবা হৌখি।

শানতীনা চংখিবদা বীক্রম ফমংদা লোংনা হিপ্তনা লৈরম্মী। মানা লাইবক্তা থমলিবা মখুৎ অহু লোৎথাক্লগা শানতী-বলাদা হংঙকই -

— নহাক হৌজিক্তা লাকইব্রা ?

— অং,

— করম্বা অঙাংনো নারিবদি ?

—অমা মনা মানবা, য়াম্না ঙাংবা হৈবহুনি।

—খরা ফহৌবব্রা ?

—অং, খরদি ফহৌরে অহুবু পাক ফগদোবা অনাবদি নত্তে. খরা কম্না য়েংহৌব্রবদি অহৌবা নায়হুনা লৈগদৌরিবা জাৎনি।

শানতীবলাগী রাঙাং তারগা বীক্রমনা তপথদনা হংঙকই—

—অহুদি মমাদা হায়বীরমব্রা ?

—হায়রমদ্রে নুমিৎ হুমনি লৈরগা পাউ খংহল্লকউ হায়রম্মী।

বীক্রম ঙহাক তুমিম্না লৈরগা য়াম্না তপ্না শোল্লকই খংদ্রে করম তৌসিগে, য়াম্না তপনা ঙাংবা রাহৈনি অহুবু অচিকপা-কা ওইবনা ময়েক শেংনা তাখি। মাগী রাঙাং তারগা শানতী মপুক্কিংদা চিংনবা অমা পোকখি। ঙসায় মানা অনাবা য়েংবা চংলুবদা চন্দ্রীমাগা মখোয় অনি নম্বা ফোটো অমা মকা লাম্না ফকলাংদা থেত্তনা লৈহৌই। মখোয়গী ফেংদোক্লবা থৌদোক খরা অহুনা শানতীবলাগী থম্মোয়নুংদা হেম্না চিংনহনখি।

ঙসি হুমনি শুরে, হিদাক পীজরিবা, অনাবস্থ খরা ফরে, অহুবু অকেবা অঙাংনা নাবগী হৌনবা থাদোকপদি ইম্না য়াদে। চন্দ্রীমা মচা য়াম্না লুনা তৌই. কদায়দা শোয়খিগদগে হায়হুনা

য়াম্না কয়া শেম্মজে। হিদাক পীজ পীজনা নোংমগী লাইহৌ হৌবা অত্থুদি পাক ফত্তরি চন্দ্রীমা চাউবা থাহ্নুনা মখা চত্থনবা হিদাক হুংহল্লরগা পীজরি। নোংমা মুংথিল অনা সোরোজিনি-না ফোন তৌরকই। নোংমাইজিং মুমিত্তা মখোয়দা ময়াম চাক কৌরি, চন্দ্রীনাবুসু য়াউদবা য়াদে হায়রকই। মহাকসু অনাবনা খরা ফরবদি য়াউগে হায়খি। নোংমাইজিংদি ওসিনি মচাগী অনাবসু ফত্তরি, থাদোকপা য়াদ্রহুনা মহাক চৎতরে। পাউ অমতা হায়দোক্লবদি সোরোজনিনা শাওখিবা তারে হায়না খন্দুনা মহাক্না ফোন তৌখি। মহাক থাদোকপা য়াদ্রে হায়রবনিনা অমতা য়াউদ্রবদি নুংওায়ত্রে কুকু থারকউ হায়রকপা অত্থুদা চাউবা থাহ্নুনা কুকু থিনহল্লুই। কুকু চংওকপা উবদা সরজুনা কৌশিল্লকই -

—কুকু অসিদা লাউ ৱারী শাসি।

কুকু হায়বা ইল্লি, সরজুগী মনাক্তা চংশিল্লগা ফমখি। সরজু অওাংত্থু পম্বীরগা মকোক্তা শিং শিং নানবীরগা হায়রকই—

—নখোয়গী পোলী নাবা ফরব্রা?

— উম, খরা ফরে।

—নখোয় বাবাদি চিঠিকা থারকত্রা?

—থারকতে, মশকসু খংদে, ঐখোয় মমানদি নোংমা শোয়দনা লাক্লনি, হায় অত্থুগা লাকসু লাক্কে।

কুকুগী ৱাওাং তারগা বীক্রম মপুক্লিং মুওায়তে, য়াম্না নিংওমদনা অওাং অত্থুদা মমা য়েংত্থুনা লৈরি। মখোয়না ৱারী শান্নরিঙৈদা চাক লোয়বগী পাউ তারক্লত্থুনা মহৈ মহৈ ফমন্নদগী হৌগৎনখি। কুকু করি ৱাখল খল্লবনো খংদে বীক্রমগী মথুৎ পায়রগা হায়রকই -বাবা ঐ ওসি নংগা চাক চাগনি। নোকফেৎ

তৌরগা বীক্রমনা খুম্মবই -

—উম চাসি।

মখোয় অতৈদি মপুক্সিংদা চিংনরবস্থু অশেংবা খংদবনিনা থোয়না নুংঙায়তবা পোকখিদে। চন্দ্রীমাগী পুন্সিগী ৱারী মমা তারবী সোবোজিনিদি থম্মোয় পুবা ঙমখিদে মিৎনুদগী পীরাং শিন্থখি। চাক চানরমদায়গী লাংনবম্বা পুম্নমক নেমপ্রে, চাক চাবগী মখোল নত্তনা অতোপ্পা মখোল অমত্তা তাখিপ্রে। ককং মোরোক শারত্নুনা মচিন মচাত্থু শি-শি চিংখৎলি। মাগী মোরোক শাবগী মখোল তাবদা বীক্রমনা মঙোম্দা যেংলগা হংঙকই—

—ককং মোরোক শাব্রা?

—উম, যাম্না শায়, মমদদি মমানা মোরোক য়াম্না থাক্লে।

বীক্রম ককংগা বাবী শানা শানা চাক চাবি। ঙহাক লৈরগা ময়াম চাবা থকপা লোয়নবত্নুনা ড্রোয়িং রুমদা পোখানবি। ৱারী ৱাতায ঙহাক শান্নবা মতুংদা নুমিংস্থু ফনা থেংলে হাযত্নুনা মহৈ মহৈ চৎননবা থৌরাং তৌনখি। সোবোজিনিনা অঙাং থিনবা ওইনা ঐখোযস্থু অনাবা হংবা চৎহৌবসি হায়বা অত্নুদা কামেশ্বর মফি মবোল ৰোংবা চংখি। মখোযনা ঙাংনরিবা ৱাফম অত্থু বীক্রমদি য়ানিংদবনি অহুব্রু খজিক্লনা চানগ্রগনি হায়না খন্দুনা মখাকস্থু অনাবা হংবা যাউবা তাখি। বীক্রমনা গাড়ী থৌই, কামেশ্বরগা ককংগা মাংদা তোংই, সোবোজিনি শান্তী সরজু মখোয় অহুন মনিংদা তোংই, মখোয পুন্না চন্দ্রীমাগী মমমদা অনাবা হংবা চংখি। কোম্মোংদা গাড়ী থাম্নগা মখোয় পুম্নমক মবি মবি চংশিনখি, বীক্রম কোম্মোং ৰেক লানশিল্লকপদগী মাগী যুমগী লৈতেং অহুদা মুম্না য়েংবা হৌরকখি। মাগী যুমশা, থাবিবা লৈস্থু মঙং পুম্নমক অসি উরগা

মপুক্কিংদা চন্দ্রীমাবু হন্না হন্না থাগৎখি। মখোয়না চংখিবদা চন্দ্রীমা মচাগী কন্নৈ য়েংলগা থবায় তানা নোক্কনা লৈরম্মী। পোল্লী নহাল বীক্রমনা পীরকপা লাই অদু চাপ্পা লৈরগা খুবাক খুহন্দুনা শাম্মরি। মানা খুবাক খুরিবা লাই অদুদা য়েংলগা হায়রকই—মমা, মহাক য়াম্না হুরাউরে, এস্ম খুবাক খুরগে।

—খুরো খুরো, মাস্ম খুবাক খুরে, নহাকস্ম খুরো।

পোল্লী লাই অদুদা য়েংলগা খুবাক পোক পোক শরি। চন্দ্রীমা মচাগী মতৌ য়েংলগা মথবায় মুংভায়না নোকচরি। মানা নোকল্লবগী হুগ্গিনলকপদা মী লাকপগী মখোল অমা তায় হায়দুনা থোংলোমদা হন্না য়েংথোরকখি। মানা যেংখৎলকপগা মখোয়না চংশিল্লকপগা মপা চাম্নরদুনা ফিভম খঙ্জিক্লু শেমজিল্লগা কৌ-রকই—কদায়দগীনো ওন্থোক্লা থাজদনা, লেংশিল্লকউ লেংশিল্লকউ। মখোয় পুম্নমক অহাংবা সোফা লৈরিবা অদোমদা চংশিন্দুনা ফমথখি। মখোয় চংখিবা ভহাক লৈরগা বীক্রম কক্লগা বারী শার শারদুনা চংভকই। চন্দ্রীমা বীক্রম উবদা ভকপনা থেংথ্রৌ মমিৎ কুপ্পুনা য়েংদুনা লৈরি। চন্দ্রীমা ভহাক জ্ঞান মাংলুরবা মতুংদা লৌশিং লাক্কনা মোমোন নোক্লগা বীক্রমবু কৌরকখি—

-তামো লেংশিনবীরকউ।

বীক্রম হৈনিংদনা নোক্লগা চংশিন্দুনা ফমখি। পোল্লী চংভকইবা বীক্রমদা, মুনা মুনা যেংলি। মহাক অদুগী মিংয়েংগী অর্থ খংই অদুবু ভসিদি রাগা অমতা ভাংখিদ্রে তুমিন্না ফমদুনা লৈখি। ভহাক বারী বাতায় শাম্নরবা মতুংদা শান্তীবলা ফম্মবদগী হৌগত্তনা পোল্লীগী মশাদা পায়দুনা য়েংলগা হায়রকই— ভসিদি য়াম্না ফরমলে, অদুবু লাইহৌ খরদি লৈরি। শান্তী তপ্পা হন্দোক্লগা মাগী ফমফমদা ফম্মগা কামেশ্বরগা অনাবা অদুগী মরমদা বারী শাম্নরি। চন্দ্রীমা শান্তীবলাদা লাইহৌ খরা

লৈবি হায়বা অদুদা কযা কম্না শাবিবনো হায়দুনা মচাগী মন্নায়ং বক্তা মথুৎ থম্নগা যেংলি। বীক্রম না ডাংদে, তুমিন্না চন্দ্রীমাগী মতৌ য়েংলি। থাংগৎলুববা মাগী মখুত্তুনা হাইথবকপদা য়েংকী খুনিংথৌদা ইবং লংনা শিবিবা খুদাপ অদু উরকখি। খুদোপ্তু হেক উবমক্তদা মপুক্লিংদা চিংনবা অমা পোকখি, অদুমদি ওইবগা মাগী ডন্সিগী অচম্বা মীঙ্গোদুনা লুশিন্না খনবদি ডমখিদে। বীক্রম লংলা লংজিন ফংদ্রবা চায়ৎনববা বাখল কয়াদা লমুক্তুনা লৈখি। মখোযগী বান্নীস্ত অবেপ্না লৈতে অমগী অমুক, অমগী অমুক মথং মথং হংনবি। চন্দ্রীমা ময়ামগী মবক থৎলগা কামেশ্বরদা হংডকই—

—তামো ইম্ফালদা তারে হায়বব্ চুপ্পা?

—অং, হন্দক্তি ইম্ফালদা তাবে, অদুবু খংদে কদোমদা অমুক চৎনু হায়রখিগদৌরিবনো?

ময়াম বাবী শান্নবন্নদগী তুমিন তুমিন লৈনখিবা শাঙ্গানি ককু যান্না তপ্পা বীক্রমগী মতমবাক্তা ডাথবগা হায়বকই

—বাবা নংনা এখোযগী বাবা লাকনি হায়বদায কন্নিগীনো হৌজিক ফাউবা লাক্তিবদি?

ময়াম পুন্নমক তুমিন্না লেনখিবা শাঙ্গা ওইবনা মযেক শেংনা তান্নখি। বীক্রম ককুগী মমাযদা নানবীবগা হায়রকই—

—নোংমা শোয়দনা লাকনি বারুনু।

চন্দ্রীমা বীক্রমগা ককুগা ডাংনরিবা অদু তারগা মতোমতা লৈকম খংখিদে। মানা মচাদা মুন্না য়েংলগা হান্নবকই—

—ককু চৎলো, নদোমচাদা চা পুরকউ হায়রুচো।

—অং হাযরুগে হাযনা হৌগৎলগা থোকখি।

কুক্ক্ থোকপ্রবদা মাগী রাখলছু খরা য়ংবগুম তৌইদি হায়ববু ফাজিনবদা রারবা পুক্নিং অমদি ঙমখৈ নাইত্রবা ঈপাক্তা তাউবা হিগুম্না মায়কৈ লেপ্লা ঙমখিদে। অস্তুক কুয়না বীক্রম্না ইম্ফালদা লৈরকপা অসিদা মাগা অমুক্তা মায়োক্নুনা ফমম্মিনখিদ্রি, ঙসি ফম্মিনরিবা অসিনা অহানবনি। মহাক্কী হৈনত্রবা মতৌ উবদা সোরোজিনিনা অতোপপা রাবী অমা পুথোক্লগা হংঙকই —

—নহান নংগী ইন্টরভিযুগী রাফমছু করম তৌখ্রে।

— পাস তৌরে জোইন্ট তৌরো হায়দুনা চে থারক্নে।

—অদুদি নহাক্কি লাইবক যাম্না ফরেদনা।

—খংদ্রে সোরো, লাইবক ফববু হায়গদ্রা, করিবু হায়গদবনো?

—করিগী ফরোইদোরিবনো? গোভর্নমেন্টগী অফাউবা উকিল অমা ওইগদৌরবী নংবু লাইবক ফত্তে হায়বা যারিব্রা? ঙসি ফাউবগী মন্নুংদা মনিপুরদা গোভর্নমেন্টগী নুপী উকিল অমত্তা লৈত্ত্রি, নহাক্না অহানবনি।

মখোয়না রারী শান্মরিঙৈদা বাধা চা পুদুনা চংঙকই। ময়ামদা চাদু পীরম্লগা মহাকসু মচেম্মাখোয়গী মনাক্তা চংশিল্লগা রারী শান্নবা য়াউরি। ময়াম্না চা থকপা অদু উরগা পোলীনা মমাদা হায়রকই মমা মমা ঐসু শঙ্গোম থক্নে।

—অং থকউ শঙ্গোম লৌকগে!

তল্লি ইংগামতা ফম্বা।

অমা হায় য়াদা, অমা তৌ হায়রবসু য়াদে মচিন মচাদু তুনথোক্নুনা শাওদুনা লৈরি। মানা য়াররোই হায়বা খংলদুনা কক্ক্ থাদুনা শঙ্গোম লৌহল্লুরগা পীথক্নে। মখোয় রারী রাতায় শাদুনা ঙহাক ফম্বা মতুংদা চৎলসি হায়দুনা মহৈ মহৈ হৌগৎ-তুনা থোক্লখি। বীক্রম চৎলমদাইদা ফুরিৎখাউদগী লুপা য়াম্খৈ চৎপী অমা পুথোকতুনা পোলীদা পীরগা হায়রকই —নং নাবা

ফরো, অসিনা নংনা চানিংবা অমা লৈয়ুকো, হায়রগ্নগা বীক্রম মখোং তপ্পা তপ্পা থাংদোকখি। মানা চৎলমদাম্দা চন্দ্রীমাদা মুম্না য়েংলম্মী। মহাকস্থ তৌফম খংদহুনা বীক্রমদা মুম্না য়েংহুনা লৈখি। বীক্রম পোলীদা পৈশা পীরম্নগা থুনা থোকখি। চন্দ্রীমা বাহৈ অমত্তা হায়বা ঙমদনা থোকখ্রিবা বীক্রমদা মুম্না য়েংহুনা লৈহৌই। ঙসিদি বীক্রম তেম্না পাল্লবা শক্তিগুম মশা পুম্নমক চৈনা ফাউখি। মানা বাখন্দা লুপ্তুনা চৎলিঙৈদা ইমুংদগী চন্দ্রীমানা খোঞ্জেল নিঙ্গা মচা কৌশিনখিবা তায়, মখা তাবদি খোংথাঙনা অস্থুম লাপথোক্লকপগী মতুং ইম্না করি তৌখিবগে হায়বা খংবা ঙমখিদে। বীক্রম খোংথাঙ তপ্পা তপ্পা থাংহুনা চন্দ্রীমা মমা মচাগী অরুম্বা বাখল অমা পুহুনা মযুমদা হনখি।

—•-।-✱-।-•—

## ১৯ শুবা

নোংমা চন্দ্রীমা অকুবা কেস অমগীদমক জর্জ বীনয়গী মযুমদা বা খরা তাম্নবা চংলি। মানা কোম্বোংদা গাডী থনম্নগা গেট হাংদোক্লগা চংশিনখি। মহাক্না তপ্না চংশিল্লগা মঙোম্দা লেপ্লিরবী নুপীমচা অতুদা হংঙকই—

—ইবেম্মা পাবুং লৈব্রা ?

মঙোম্দা মুম্না যেংলগা অঙাং অতুনা খুম্মকই—

অং লৈ, কৌথোকলুগে হায়রম্নগা ইমুংদা চংখি। মা ঙহাক অঙাংদু থোরকপা ঙায়দুনা মপাম্দা লৈরে। ঙহাক লৈরগা বীনয় মচানুপী অদু মথুং শম্নগা থোরকই। মহাক্তি অতোপ্পা মী লাকপা এইরবোয় নিংদুনা থৌশাদনা ঙহাকম্বু লৈথোকলুরে। মানা থোরকপদা ইথা থাজদনা চন্দ্রীমা লেপ্তুনা লৈরম্বা উবদা নোক্লগা তরাম তরাম কৌরকই—ইবেম্মা এইরে, কযা কুইরে লেংঙকপা লেংশিন্নকউ লেংশিক্লকউ। চন্দ্রীমা খোংউপ লৌথোকতুনা জুরিদা থনম্নগা রায়টিং কমদা চংখি। ঙসিদি বীনয়গী রাখল মকা লাম্না উই। মানা খায়দগী হেন্না পামজবা অমনা চন্দ্রীমাগা লোয়ননা রাবী রাতায় শান্নবা, মাগা পুম্না লৈমিন্নবা। মথুম-মরাং হৌরবা বীনয়গী মায়খোংদু উরগা মানা পুক্লিংদা খল্লি—অঙকপনি তামো বীনয় নংগী রাখল, থৌদোক খুদিংমক্লা

চিংনহল্লি ঐগী পুক্লিং। নহাক্কা লোযনবা শুকপাম পামদে, অদুবু ঐগী শিনফম্না লোয়নদবসু য়াখিদে। মাগী মতৌ, ৱাঙাং শাঙাং খুদিংমক উবগা তত্তনা নিংশিংলকখি বীক্রমবু। খোয়শাওনববা পুক্লিংবু ফাথবগা মোমোন নোক্তনা বীনযদা হাযবকই—

—তামো হুন্দক্কী কেস অসি শোয়বা য়াবা নত্তে, কবম তৌসি হায়বা? মসিদা কবিগুম্না শোয়খিবা থোক্লবদি ঐনা নিংলিবা অসি পাংথোকপা ঙমলোযদৌরিবনি। চন্দ্রীমাগী ৱাঙাং তাবগা বীনয়না হাযফেৎতং নোক্লগা খুম্মকই—

—ঐনা অঙম্না মতেং পাংগনিদা, মসিদা থোযদোক্লা শোয় নিংঙায়সু লৈতে। মখোয় অনি য়াম্না কুয়না খম্নববা মতুংদা মঙ্গল ওইবা যাই হায়না খম্নখি। চাগা থক্তনা ঙহাক পোখাববা মতুংদা মবম পুম্নমক বীনয়দা শিন্নবমলগা চন্দ্রীমা চৎলগে হায়-তুনা থোকখ্রে। মানা খোবকপদা বীনযগী মচানুপীহু মঙ্গোন্দা শ ম্নতুনা লৈবম্মী। মা হেক উবদা হাম্না শকথংনরবগুম্না নোক্লগা যেংঙকই। চন্দ্রীমা অঙাং অদুগী মতৌ উবদা মখোং থাংদোকপা ঙমদ্রতুনা ওপ্পা মাগী মনাক্তা চংশিল্লগা হংঙকই বেবী নংগী নমিং কবি কৌই। অঙাং অদুনা লুববা মমিৎ অনিহু খজিক্তুং শুপচিন্দুনা নোক্লগা খুম্মকই—

—বেবী তা কৌই।

—নংদি কবি স্কুলদা তম্মী?

—লিটল ফ্লাবার স্কুলদা তম্মী।

—লাইরিক কম্না তম্মুকো, নং হযেং চাউবগা ঐখোয়দা লৈসি।

—উম লৈসি মানা ভাব ইতা তাদনা খুম্মকই।

চন্দ্রীমা মঙোন্দা মুম্না যেংলগা মকোক্তা শিৎ শিৎ নানবী-রগা হায়বকই--বেবীতা ঐ চৎলগে, হয়েং নোংমা পাবুংগা ঐখোয়দা কোয়রকউকো, ঐগী য়ুমদা নহাক্কী মরুপ য়াম্না লৈ হায়রম্লগা

থোকখি। ভসায়মখৈ বীনয় মচানুপীগা চন্দ্রীমাগা শান্নরিবা ৱারীতু তারি। করি ৱাখলদগীনো খংদে মানা চন্দ্রীমাগী অকোনবগী ৱাহৈ খরা অদু নিংশিংলগা মতোমতা নুংঙায়জরি।

মানা ময়ুমদা হুল্লকপদা লম্বীদা সোরোজিনিগা শান্তীবলাগা লেপ্পূনা লৈরম্বা উই। মখোয় অনি উবদা গাড়ী থাম্লগা কুম-থরকই। চন্দ্রীমা উবদা মখোয় অনি চপ মান্নবা নোক্লগা কৌরকই --

—কদায চৎলুরিবনো অম্মুক ছম্না?

—ঐগীদি লায়বু লায়রি, নখোয অনিবু কদায়দা চৎকদৌরিবনো?

- ঐখোয় ইচেম্মাদো মচানুপী ময়ামগী মরক্তা হম্দক নুপা অমা পোকই হায়য়ে অদুদা হরাউমনখিদুনা হংবা চৎলুগে হায়না খন্দুনা লৈরিভৈদা তামোগা শান্তীবলাগম্ভ ঐখোয়দা লাকই, মতাং ফনা চারে পুল্লিভৈদা ভহাক হংহৌরুরসি হায়দুনা থোরকইবনি। মহৈ মহৈ গাড়ী য়াল্লদবা ভাক্তা ভায়রে অদুদা কনাগুম্বা খংনবা ড্রাইভর অমত্তা লাক্লবদি নুংভায়গনি হায়না খল্লিভৈদা নহাক থুংলরে, ঐখোয় কয়াদা লায়বক ফরবা। কনা অমত্তা হোয় মায় হায়বা হেক নংনদ মখৈ সোরোজিনিনা অপনবা লৈতনা হাযথরকই। মহাক্তা পুক্লিং-নদি কয়া য়ানিংদে অদুবু সোরোজিনিগী ৱাহৈনা নমদুনা ড্রাইভর ভইবা তাখি। মহাক্তা উমনিংদবা নুপা অমা হম্দক মরক খরা তোয়-না থেংনবা অসিদা য়াম্না হৈনদে, মহাকপু ৱাখল খরা খলহল্লি। মাগী পুক্লিং ৱায় চিল্লি, হৈনিংবা পোক্তদি হায়ববু থোযনা লুশিন্দনা মোমোন নোক্লগা হায়রকই—নোং ফাদোক মরুপ মপাংগী মতং পাংবম্ভ কৈ কৈদৌবগে? সোরোজিনিম্ভ মহাক হৈনরোয় হায়বা মুম্না খংই, অদুবু খরা তিম-তোল্লরগা অমনা অমগী ৱাখল খরা খরা খনহল্লগা অমুক্তং নকশিনহনগে হায়না

খন্দুনা মতাং চাবা য়েংহুনা থবক পাংথোক্লিবনি। মানা তৌরিবা থবক খুদিংমক থোয়না পাম্বগী মওংস্থ উত্তে, হরাউবগী মওংস্থ মান্দে। মমাংঙৈদদি মাগী পুক্লিংগী ৱারী পুম্নমক লিরম্বনি, অতুবু করি তৌরবনো খংদে রা মচেৎ অমত্তা ঙাংখিদবা কুয়রে। মথোয় অহুম্না ৱারী শারিঙৈদা বীক্রমগা কামেশ্বরগা হল্লক্লে। অরেপ্পা লৈতনা থাংডকইবা মথোয অনিগী খোংথাংনা চন্দ্রীমাগী কাব মনাক য়ৌশিল্লকখি। লাপ্লিঙৈদগী হৌনা বীক্রমগী মিৎয়েং হোংবা লৈতে চন্দ্রীমাদা মুম্না য়েংহুনা লৈরি। চন্দ্রীমা চংশিল্লক-ইবা কামেশ্বরদা নোক্রগা হাযরকই—তামো লেংশিনবীবো, ঙসিদি ময়ামগী ড্রাইভর ওইজগে হাযহুনা ঙসায়দগী ঙাযজবমলিবনি কামেশ্বরনা গাড়ী কাখৎনমদাইদা চন্দ্রীমাদা য়েংলগা অর্থ লৈনা হায়রকই—ঈশ্বর লৈতে কবম্না হায়সিগে? বীক্রম ৱা লান অমত্তা ঙাংদে থরা হঙ্গোযরপ তৌনা গাড়ী মন্নুংদা চংলগা ফমখি। অকোনবগী কামেশ্বরগী ৱাহৈগী পাউখুম পীরক্তে, মোমোন নোক্রগা অহুমক লোয়শিনখ্রে। চন্দ্রীমানা মাগী ফমফমদা ফমথখিবগা লোয়ননা গাড়ীহু তপ্পা থৌখি। গাড়ী মনিংদা চোংলিবা বীক্রম চন্দ্রীমাদা মুন্না য়েংলগা থৌখিবা পুন্সি মচেক অমা নিংশিংলকখি। মমাংদা ফমলিবা মথোয় অহুমগী ৱারীস্থ অঙকপনি, অরেপ্পা লৈতে মরক মরক্তা খবা খবা তাবকপগুম তৌই। ঙসাযমখে চন্দ্রীমা থোয়না লুবা ৱাখল অমত্তা খনখিদে। মাগী য়াম্না চেক-শিনবা অমনা গাড়ী থোৎবদা তহা-তহ দে। মানা হৌবিং পায়হুনা গাড়ী থোৎবহু উরগা বীক্রমনা মপুক্লিংদা খল্লি—মহাক অসি হৌরনা খুদিংমক্তা তমজনিংঙায় ওইরবীনি, অস্থক ফববী নহাক্না ঐবুদি কয়াদা শাথিনা ওৎলিবা, নহাকপু থাজরুবনা ঐনা কযাদা বানা খাংলিবা। বীক্রম হায়ফম খংদে, অমুকস্থ মহাকপু থাগৎলি, অমুকস্থ মহাকপু ৱারৌই। মথোয় পুম্নমক হুম্না য়েংনরুদবনা কনানা করি তৌরিবগে হায়বা মুম্না খংনবমদে। গাড়ী অনি

থৈনক্কবগী চুমথ্রিং য়েংলম্বা মিংয়েংনা য়েংলোমদা খজিক্তুং হায়-দোরকপদা গাড়ী মিংশেন্দা তারিবা বীক্রমগী শকফম অদু তশেং তশেংনা উরকখি। নোংমতা মপুং ফানা উবা ফংজদ্রবা মপুংয়োয়বগী মায়থোংবু মিংশেন্দা উবা ফংজবদা কয়াদা নুংঙাযজখিবা মাগী পুক্নিংনা। অদা নুংঙায় রাখল কয়া থন্দুনা থোবা গাড়ী অদু উকিল বীমোলগী ময়ুম য়ৌবতুনা লামখ্রে। মখোয় অদুনদি মচেম্মাগী মনাক্তা চংশিনখ্রে, বীক্রমগা কামেশ্বরগা রায়টিং কমদা ফমতুনা লৈরেহৌই। নুপীগী বারী পাক লোয়শিনবা লৈরে, মখোয অতমক্তু অতুমঙায় লোয়বা নায়দে। কয়াম্মা নুংঙায়বা বারীনো খংদে অমুক অমুকক্তু নোকপগী খোঞ্জেল লায। ফনা কুয়না ফম্বা মতুংদা চন্দ্রীমাগা সোরোজিনিগা থোরকই, শান্তীবলাদি যাউবক্তে। সোরোজিনি সোফা অমদা ফমথবগা কামেশ্বরদা হায়বকই —ইচেম্মানা ইমুংলোমদা অমুক্তা চংনীবকউ হায়রকই। কামেশ্বর বা মখা লাবনদে, তুমিন্না হৌগংতুনা মতৌবেম্মাগী মনাক্তা চংখি। বীক্রমক্তু পোযনা কোযননা ইমুং নাও, শন্না হায়বনদা নুপী মপামনি, অদুবু কবি খল্লবনো খংদে, এসিদি তুমিন্না ফমতুনা লৈবে। চন্দ্রীমাগা সোরোজিনিগক্তু তুমিন্না লৈনা হেনগতুনা তম্পাগী চেফোং জর্নেল লৈরিবশিংদু লৌরগা পাবি। চন্দ্রীমাও নৈতৈলোনগী জর্নেল অমা থরায় যাউনা পাবি। মহাক্না পাবিনা লমায অদুদা থেংনখি, “ হৌজক্কী সমাজদা নুপীগী ফিভম” মানা করম্বা নুপীগী মওংনো হায়না খংনিংবা অমগা লোয়ননা মথক্তায় যাউনা পারি। বারীনা অসুম চথরকপগী মতুং ইম্না মাগী পুন্সিগা মরি লৈনবা অসুন হেঞ্জিল্লকখি, লোয়ননা থম্মোয়দা খাংডমদনা চৈনা অমম্তু ফাউরকখি। রাখলগী চৈথেংনা লুম্লবা চন্দ্রীমা করম্বা ফিভমদা লৈরিবগে হায়বা খংবা ঙমখিদে। বীক্রম নোভেল অমা পারম্বদগী মথুং খুদোম্নীনা মবক থন্দুনা খুমজিল্লগা মমাযত্ত ত্থা হাইগৎলকই। পল্লেপফম খংদ্রবা মাগী মমিং অনিত্তনা ফল্লাংদা

থেংলিবা লাইশিং অদুদা মুম্না যেংলি। মানা মথং মথং অস্থুম য়েংঙকপদা নীংবা কায়রবী সতী সিতানা মতম্বাক্তা মচা অনি পম্মহুনা শুকথদ্দুনা লৈবা অদু উরগা মমিংদা শং শং উরকখি চন্দ্রীমাগী মচা অনিগী মতৌ। অয়েকপা লাইত্তুদা ম্মুম্না য়েংলম্বদগী হুম্বরক্লগা মমাংদা ফম্লিবী চন্দ্রীমাদা মমুম্না যেংলি। মাগী ইহৃ হাজদবা মতৌদু উরগা পোযনা হেম্না নুংশিরকখি। লাইরিক্তা পুক্লিং লুপ্লিবী চন্দ্রীমাদি কনামত্তগী বাখল লাকশিনবা ঙমখিদে। খোয়রাংলবা বীক্রমগী মতৌদু ঙসায়মখে মোজ্জা লোল্লিবী সোরো জিনিদি লোম্না লোম্না যেংলি। মানা অবোনবা কুম্মে য়ে বা গুল্লহুনা অচিকপা অদু থুগাইবগা বাক্রমদা হায়বকই—

—তামো হৌজিক্কী সমাজদা লৈরিবা মীওই অসি মীশক খেম্নগী মতুং ইন্না পুকচেলস্থু মাম্নদে, করম্বনা থাজবা যাবা মীওইনা খনবদা ব্রানা থোকই।

বীক্রম সোরোজিনিদা যেংলগা তপ্পা খুম্মকই—

—থম্মোয় শেংলবদি চিংননিংঙায় লৈদে।

—অদুদা .. তামো মাসে শংখোক্লা মখল যানংখ

—উম চুম্মী, অশেংবা থম্মোয়গী ঈহৌগা লোনম চৌবগী শক্তমগা, খক মাম্মনা চৎপা যাবো'য।

—ঙসিগী সমাজগী নুপা নুপীনা অশেংবা পুবকপা ঙম্লবোয তামো।

— মরমদি ?

—কনাগুম্বা অমগুনা থাজবা থম্মদে, ঙহাক্কী নুংঙায়বা খিনৈ পুন্সিবু করেমনৈ।

- থাজবা থাজদবা হায়বা ব্রাফম অসি পুক্লিংনা লেপ্পনি। থনক খুদিংমক লুনা খল্লবদি মমল লৈ, মায় পাকই, মাযথিবা ফংদ্রবদি মঙ্গল ওয়রে, থাজবা থমলেদনা। পুক্লিং হায়বা অসিনবু লেংদ্রবদি পুম্নমক থাজবা য়াই। মুম্না থিজিল্লুরবদি পুন্সি হায়বা অসি

কুম্মৈনি, অতুনা করেম্নবা ভাবনি, মসিদা করিস্মু চিংননিংঙায় লৈতে।

সোরোজিনি বীক্রমগী বাহৈ মুম্না ভারগা মখা তারকই—

—পুন্সি অসি শাংলবা লম্বীনি, চৎপস্মু হৌরুরে তঙ্খায় চনগদৌবা খজিক্তা ঙাযরক্কবা মতম অসিদা হন্দোক্লশিরা হায়না খল্লি করিগীনো খংদে।

—অনানবা লম্বী চৎপদা মীনা চৈশু পায়নৈ, অনানবা লম্বী চৎপস্মু নঙবা খরা শাংনা চৎপগীদমক অমুক হনগদৌরিবা, অতু- দানিনে নুপীগী রাখল লশিং মফোন্দগী হেম্না যাংই হায়নরিবা।

চন্দ্রীমা মখোয়গী ঋারীদা থোয়না পুক্রিং নপশিল্লবা ভৌদে, অতুবু অকোনবগী বীক্রমগী রাহৈ খরা অতুদি মাগী নাকোংদা নৈশিন্দুনা লৈবগুম্না ভৌরি। নুকথরম্না মাযথোংতু হায়গৎলগা বীক্রমদা মুম্না য়েংলম্নগা তপ্পা মনিং অতু হন্থখি। কদোমদগী লাকপা বাখলনো খংদে সোরোজিনি বীক্রমদা য়েংলগা ইচং থৌনা হায়বকই—

—নুপানি হায়তুনা পংচাউ চাউথোক্লমু, তুংদা অনাংবা লাক্কনি কারনো হায়না খরা থিজিনবস্মু মফৈ।

হন্দক্তি বীক্রম নোক্লগা খুম্মকই—

—চাউথোকপা ... ... ... নৈবু চাউথোকপা।

—করিগী চাউথোকওইদৌরিবনো তামো, থবক্কা তাকপনি।

—করি, করম্না থবক? ঐগী পুন্সিদা নিংশিংবা য়াবা থৌদোক অমত্তস্মু থোকখিদ্রি। লংলা লংজিন ফংদ্রবা ঐনা কনাবু থিকনি সোরো?

ওহাক তুমিন্না লৈরুরগা সোরোজিনিনা তপ্পা হায়রকখি—

—অনৌবা হিঙ্গোলগী হুন্দ্রিবা পোৎকী মহৈ চাগে হায়না ঙায়বগী

মহুত্তা হুনপ্রবা মরুগী মহৈনদি থুনা চাবা ফংগনিদা তামো।

সোরোজিনিগী ৱাহৈ অর্থ লৈ, বীক্রম চন্দ্রীমা অনিমক চপ মান্নবা শ্বায় লাউই। চন্দ্রীমা মমিৎ তথক তথক সোরোজিনিদা য়েংলগা মপুক্লিংদা খল্লি—করিগীনো সোরোনা ঙসি ইচং অস্থুক থোরিবা, মহাক্কী ৱাঙাং অসিনা তাকপদি ঐগী ৱারী পুন্নমক লোয়না ং থোকথ্রে। শান্তীবলানা করিগুম্বা তাখিবা থোক্লবদি ঐবু শেরান্নবা লৌখিনি। ৱাখল ময়াম অসি খল্লৰবা মতুংদা চমথোকহৌবনা কৈ হায়না খন্দুনা মোমোন নোক্লগা— ঙসিগী তামোগা সোরোগগী ৱারীসে অপংবা মীনা তারবদি য়াম্না লৌশিং ওইবা জাৎনি, তাবদা ওন্থোক্লা নুংঙায়রে। মফম অদুদা ঙসিদি বীক্রম তুমদনা মঙ মঙথ্রে, সোরোগী ৱাহৈগী অর্থবু থীগদ্রা, নত্রগা চন্দ্রীমাগী পাউরোগী পাউথুমবু পীগদ্রা খনফম খংদনা ঙহাক লৈরুরবা মতুংদা য়াম্না তপ্না খুম্মকই—থবক খুদিংমক চিংনৈ, লোয়না অর্থ লৈ তৌইগুম্বস্নং ঐনা ফোংনা থিবা য়াখিদে। চন্দ্রীমা বীক্রমগী অকোনবগী ৱাহৈ খরতু মাগী ৱাখলদা নৈশিন্দুনা লৈখি। মানা নুংবংননা ফম্নিডৈ তাঞ্জাদুদা শান্তীবলা থোররকুনা মথোয় পুন্নমক তুমিন তুমিন হৌগৎনরগা থোকখি।

থৱাল থাগী অঙাঙবা নোংজুনি, পাক হাংগনি হায়বা থাজদে, অদুবু খংহৌদনা খংহাং হাংখিদুনা মায়কৈ পুন্নমক পুমশেং শেংখি। নোংখোং শেংলবা অতিয়াদা থহানিচাক্লা অমগা অমগা মোমোন মোমোন নোক্তনা তাম্বংগী কুম্মৈ য়েংলি। মুমিদাংৱায়রমগী নোংহৌনা ইরুজবীরম্ববা ঊনা ৱানাশিংগী মথক্তা থাবলগী মঙালনা য়ৈবদা মতু নাল্লবী হৈবীগুম ইরং লংলি। অনৌবা ঊনাগী মতোম্পা নোংলিক্লা তনিক তনিক থাংলি। মীপায় চাউবী ঈরিক্লা তাখিগনি কিন্নিডৈ তাঞ্জা অচুমক্তা খোংথাংবা মালংবনা তপ্না তপ্না হায়জিনখিদুনা লাক্কুরি ঈরিকপু। মালংগী

তাম্থাদা মীকপ থোক্লহুনা তপ তপ তারক্লি লৈমায়দা। মায়কৈ মরিমক্তা ঝলোনগী ঈশৈ শকপগী মখোল্লনা পুমনিল নিল্লি। মপুং মরৈ ফারবা থাবলগী মঙাঙ্গা। মীপুম থুদ্দিংনা লাই খুরুম্না চংনরি। চন্দ্রীমা মাঙ্গোন্দা ফম্লগা হকচিক লাংলি। মালং হুংশিংনা মাগী হকচাং পুম্না। ঈংহল্লবসু ৱাখল্দি কৈদোংইদস্থু ঈংহনবা ঙমখিদে। হাংলবা তরক তরক্লবা মতম অসিদা মানা বীক্রমবু নিংশিংলকখি। মানা, ঐগী নাক্তা লেংদনা লৈবীরম্না থোক্লবদি কয়াদা নুংঙাযনা লেত্রমগনি ঐগী পুন্সি। মপুক্লিংদা মওল মওল খন্দুনা লৈরিইদা মচা পোলীনা মনাক্তা চংশিল্লগা ফমলে। চন্দ্রীমা মনাক্তা ফম্লিবা মচাগী মকোক্তা তপ্না তপ্না নানবীরি। পোলী বাখন্দা লম্লিনী মমাদা মুম্না য়েংলগা কৌরকই—

—মমা! মমা!

—হুং

—ঐখোয়গী বাবা কৈদোংদে লাক্কনি?

চন্দ্রীমা মচাগী বাঙাং তাবদা শ্বায় লাউই পাক খুম্না ঙমদে, তুমিন্না লৈ। মানা মচাগী ৱাহংগী পাউথুম পীবগী মতৃংতা মচাগী মকোক্তা হম্না হম্না নানবীখি। মাগী পাউথুম ফংত্রবা পোলা ঙহাক তুমিম্না লৈরগা অমুক হাযরকই—ঙসায় ঐখোয়না স্কুলদগী হল্লকপদা বাবাগা ডাক্তর মাম্মীগা থেংনৈ। ঙসিদি মাম্মীহু য়াম্না কে, ফজবা ফি শেংলি, অতুগনে মাম্মীখোয়গী বাবাহুস্থু ঙসিদি মশক য়াম্না ফজৈ। চন্দ্রীমা মচাগী ৱাঙাং তারগা খুম্মকই—মশানা হাম্মস্থু ফজৈ।

—মাম্মীদি দাদাগা ঐখোয় অনি উরগা হরাউই, নোক্রগা হেক্তা কৌরকই, অতুগা মখোয়গী বাবাদি পাক কৌদে, মুম্না য়েংই, ৱাস্থু ঙাংদে। মচাগী ৱাঙাং তারগা তপ্না শোল্লকই—তামো নংদি কয়াদা নুংঙাম্বনা লৈরিবা, ঐনা কয়াদা ৱারীবা করম্না

পীগদৌরিবা ইচাগী পাউথুম। পোলী মমা মখায় নুংঙায়তে হায়বা খংই, অতুবু করি মরমগী নুংঙায়ত্রিবনো হায়বতুদি অঙাংগী ৱাখলনিনা মুন্না খঙবা ঙমখিদে। মানা মমাদা য়েংলগা অমুক হায়রকই—

—ডাক্তর মাম্মীনা ঐবু মখোয়দা লৈসি হায়রকই।

—নংদি করি খুম্মী।

—ঐখোয়গী মমানা য়ারোয় হায়রম্মী। মাম্মীদি য়াম্না নুংশি মচা লৈজদবনা ঐখোয়বু লুনা তৌই, অতুগা মাম্মীখোয়গী বাবাদি ঐখোয়দা মুম্না য়েংলগা নোক্লকই, ৱাদি ঙাংদে। চন্দ্রীমা মচাদা য়েংলগা খম্মকই অচৌবা অরেম্বা মীদি ৱা যাম্না ঙাংদে খবক্না তাকই। পোলী মমাগা ৱারী শারিবৈদা কুকুনা প্রপ প্রপ থোরক-লগা হায়রৈ—মমা মমা হয়েং ডাক্তর মাম্মীনা ঐখোয়বু লৌবা লাক্কনি হায।

—কবিগী ?

—মখোযদা চাক চান্নবা।

—মীগী মযুমদা চৎপা যাদে।

মমানা মীগী মযুমদা চৎপা য়াদে হাযনা খরা কল্পনা হায়রকপা অতুদা মখোয় অনিমক তুমিন তুমিন লৈখি।

অযুক পুং ৮ তারে, কোম্থোংলোমদা গাড়ী খা-লিবা মখোল অমা তাখি। গাড়ী খামখিবগী মখোল তাবদা চন্দ্রীমা লাংতক্না মপুক্লিংদা খল্লি—জর্জ বীনয় শোয়দনা ওইরমগনি। মানা য়াম্না খোয়রাংলিবৈদা কোম্থোং হাংদোক্লগা ডাক্তর শান্তীবলা চংঙকই। মহাক্না কৌগে হায়না খল্লিবৈদা মচা অনিনা চেনশিন্নরুগা হায রৈ—মমা মমা ডাক্তর মাম্মী লাকলে। চন্দ্রীমা থোরক্লগা শান্তী-বলাবু কৌশিল্লগা ইমুংদা চংমিন্নখি। মখোয়না ৱারী শান্নরিবৈদা

বহাদুরনা চংঙক্লগা হায়রে—ইচেম্মা ঙসিবু ছুটি নত্রা ?

—অং মানি।

—অঙাংশিং মফি মরোল শেৎহৌই কদায় চৎকদৌরিবনো খংদে।

চন্দ্রীমা খুমগে তৌরিভৈদা শান্তীবলানা থুনা মখা তারকখি—ঐগা চৎকদৌরিবনি ঐখোয়দা, বহাদুর ঙহাক লেপগ্লগা তুমিন্না থোকখ্রে। শান্তী থোকখ্রিবা বহাদুরদা য়েংলগা হায়রকই—নখোয়গী বহাদুরসি যাম্না ফৈ, নংগী থবক চেকশিন্না তৌবী। মখোযনা বহাদুরগী অফ-ফত্তগী মরমদা বারী শান্নরিভৈদা কুকুনা চংশিন্নরক্লগা।

—ডাক্তর মাঙ্মী চংলসি।

—অং চৎলসি হায়রগা শান্তীবলা অঙা অনিগা থোকমিন্নখি।

চন্দ্রীমা শান্তীবু কোন্থোং ফাউবা থিন্দোক্লগা লেপ্পুনা লৈহোরে। মানা গাড়ী তোংদুনা চৎখ্রিবা মচা অনিদা য়েংলগা করিগুম্বা খরা খন্দুনা লেপহৌই।

শান্তীবলানা চংখিবদা সরজু রায়টিং কমদা ইংরাজিগী নোভেল অমা পাদুনা লৈরম্মী। নোভেল পাবদা পুক্নিং লুপখিবনা মনমবেম্মা চংঙকপা তাহৌদে। মাগী মনাক্তা তপনা চংশিল্লগা মনমবেম্মানা হাযরকই—

—অঙাংশিং লৌকরে।

—কদায় লাক্লব্রা ? হন্না য়েংখৎলকখি।

সরজু মখোয় অনি হেক উবদা মপুক্নিং লুম্মী। হরাউনা নোক্লগা মখোয় অনিবু কৌশিললকখি—কুকু, পোলী চংঙকউ, অসিদা ফমসি লাউ। মখোয় অনি সরজুগী মনাক্তা চংশিন্নগা ফমলৈ। চৈখাইবীনবা লৈরব্রা ইমুংগী তঙ্ক তকপা লৈতেংশিং অদু অম্মুম য়েংলম্বদগী মমাংদা ইচাউ চাউনা থেৎলিবা ফোটো।

অহুদা মুম্না য়েংলগা পোলীনা হায়রকই—দাদা অসি ঐখোয় বাবাগী ফোটো নত্রা ? কুকন্নু ফোটোহুদা য়েংলগা থুনা খল্লকই—

—উম মানি, ডাক্তর মাম্মীখোয়গী বাবাগা লুনা তিম্মৈ হায়বনি।

সরজু পারম্বা লাইরিকতু খল্লজিললগা মখোয়দা হংঙকই—

—নখোয়গী বাবাগী ফোটোগা মাম্নব্রা ?

মখোয অনি পাক খল্লদে সরজুদা মুম্না য়েংহুগা লৈখি। মঙোন্দা মুম্না য়েংলিবা অঙাং অনিহুদা ওনশিল্লগা—নখোয় ফোটো অমা য়েংঙ্ ঐ লৌরুগে হায়রম্লগা থংনবা কাদা থুনা চংখি। পন্থদে প্রপ প্রপ থোররুগা মখোযগী মমাংদা ফোটো অনিখক থম্লগা হায়বকই—মসি য়েংঙ্। মখোয়নিনা ফোটোতুদা মুম্না যেংলগা খুম্মকই—ঐখোয় মমাগা বাবাগগীনি, মসি কদাযদগীনো ? ঐখোযগীবা ?

—উম মাম্নি, মানা মোমোন নোক্লগা অঙাং অনিহুদা হাযরকই—নখোয় অনি এঙোন্দা ইনেম্মা কৌ। ভাব ইতা ভাদনা কুকন্না খুম্মকই—

—হোয কৌগে।

মখোয় অহুম ব্বারী শান্নরিইঙেদা বীক্রম চংঙকই। থমজিনবা নংহৌদ্রবা ফোটো অনিহু অঙাংশিংগী মমাংদা ইপাক পাম্না তাহুনা লৈরি। বীক্রম প্রপ প্রপ চংশিললক্লগা মখোয় অনিগী মনাক্তা ফমথখি। মবুংগী মিৎয়েংগী অর্থ খংলবী সবজু ফোটোডু লৌশিল্লগা থুনা থোকখি। বীক্রম থোকখ্রিবা মচন নুপীদা মুম্না যেংলম্বদগী লৈশিল্লক্লগা মখোয় অনিদা হংঙকই—

—নখোয় কনাগা লাকই ?

মখোয় অনি চপ মাম্মনা খুম্মকই—

—ডাক্তর মাম্মীগা।

মখোয় অহুম্না ফমলিডৈদা শান্তীবলানা শঙ্গোম গিলাস অহুম পুহুনা থোরক্লগা হায়রকই —

—চাক ভায়বা ওইনা শঙ্গোম অসি হান্না থকখো, চাক থোংবস্থু হৌগৎখ্রে।

মখোয়দা শঙ্গোম পীরম্লগা শান্তীবলা থোকখ্রে। কুকুগা পোলীগা শঙ্গোম থকলি, অচাপোৎ চারি। বীক্রম শঙ্গোম থক্লা থক্লা মখোয়দা য়েংলগা —ঐ হৌংবাং দিল্লিদা চৎকনি, নখোয়গী করি লৈরকউগে? মখোয অনি পাক খুমদোকপা ভমদে নীক্রমদা মুন্না য়েংহুনা লৈখি। নিংহুম্নরবা অঙাং অনিগী মত্তৌ উঙগা মত্তোনদা লৈফম খংখিদে।

নুংথিলনি চন্দ্রীমা মচা অনিগা চৎখোকখ্রে মতোমং। চিচিক চিক্লা লৈবহু হৈন্দ্রহুনা য়ুমজাওগী মঙ্গোম্পা ফম্নগা মচাশিং হুন্নকপা ভায়রিডৈদা কোম্বোংলোমদগী পোষ্টমেন অমা চংডকপা উই। চিঠি পুবা নুপাহু হেক উবদা মাগী মপুক্লিংদা লাংতক্লবা অমা পোকখি। পোষ্টমেন চৎখ্রবা মতুংদা মানা চিঠি অহু পাবা হৌরকখি। ঙহাঙ লৈরগা বাখল শোকরবা মতুংদা ইমাংলোমদা ওনশিন্নগা —

—চাউবা! চাউবা!

করি হায়গে?

—নহাক ইয়ার ওফিস্তা থুনা অমুক্তা চৎলুদবা য়াদে।

—উন চৎলুগে হায়রগা মফি মরোল হোংলগা থ্রেবেজদগী গাডীহু থোদোক্লগা থোকখি।

চাউবা থুনা হন্নকই, মচেম্মাদা টিকেৎতু পীরগা হায়রকই —

—টিকেৎ অহুম অসিনা অরোয়বনি, মসিস্থু মীনা ভাংলাক্রম্বদগী ফংডকইবনি।

চন্দ্রীমা মৌপাদা ইমাং মনুংগী মরমদা কুপ্না শিন্নরম্নগা মহাকস্থু মফি-মরোল লোয়শিনবা ইমাংদা চংখি।

নোং ভাল্লে চন্দ্রীমা ভন্তা ইরু মায়থঙবা লোয়রে। মানা পুগদোবা পোং-চৈ পুম্নমক হাপচিন খোৎচিন লোয়বত্থনা চৎননবা থৌরাং তৌবে। মপুক্লিংদা ঈশ্বরবু চেৎনা থাগোঞ্জববা মতুংদা ইমুংদগী থোরক্লে। চাউবগা গোপালগদা ইমুং মনুংগী অকুপ্পা মরোল পুম্নমক শিন্নরমলগা চন্দ্রীমা গাড়ী তোংত্থনা ইযাব ফিন্ডদা চৎখি। গাড়ী খামলগা কুমথবদা ভাযবি কৌকৌনা হাযবকই—

—পোলী ডাক্তর মাম্মীখোয়গী বাবা আদা লৈবে।

—কদায, পোলীনা লৈথোক্লগা যেংই।

চন্দ্রীমা মচা অনিগী ৱাঙাং তাবদা খংযেং য়েংথোরকখি। যাম্না লাপ্পবা মফম নত্তবনা অমনা অমবু মশক খংবদা লাযনা থোক্লখি। চন্দ্রীমা বীক্রমদা মমুম্না য়েংলমলগা তপ্পা মমায লুক থখি। মতমনা থেংজিন্নকপনা কৌযনা পন্থদ্রে মহৈ মহৈ গাড়ী কাখৎনখ্রে। বীক্রম চংশিন্নকইবা চন্দ্রীমাদা মমুম্না য়েংলগা হংডকই—

—কদায চৎকদৌরিবনো?

মা পাক খুম্বা ভমদে বীক্রমদা মমুম্না য়েংত্থনা লৈখি। মমানা খুমলক্তুবদা কৌকৌনা হাযবকই—

—বৃন্দাবন্দা

তপ্পা তপ্পা চংশিনখিত্থনা মখোয পুম্নমক মাগী মাগী ফমফমদা ফম্নখ্রে। অস্মুম থোকউ তমখিবনরা খংদে, বীক্রমনা যেক্তা, মচা অনিনা মরক্তা ফমলগা চন্দ্রীমা মনুংগী অহাংবা সিট অত্থদা চংশিন্দুনা ফমখি। মতম কৌয়রবগী মতুংদা লাংনকরবা থম্মোয অনিত্থু অহাংবা অতিয়াগী লম্বীদা, মনিং তম্বী উচেককৌম্না পাই-ত্থনা চৎমিন্নখি।

# ২০ শুবা

নৌনা শঙ্গাবদা ডায়রিবা ইঞ্জিনিয়ার চন্দ্রাগী য়ুমনি, নিংথৌনা লৈতেংলবা মপান ইথং থংবা কানি। পাল্লবা কা অতু করপেটনা লৈতেংই, মতুগী মথক্তা সোফা খরশু তরু তরু থারী। ফকলাংগী অকোয়বদা মতমগা চুম্নরবা লৈতেং কয়া তৌরি। মশানা ইঞ্জিনিয়ার ওইবনিনা য়ুমশাশু ময়ামদগী তোপ তোপ্পী, অয়েংবা মীশিংনা ঈখৌ লাংনৈ, খুদক্তা য়ুম শানিংবা পোকহল্লি। কালেন থাগী নুংথিলনি, ঙসিদি অয়ুক্কী হৌনা ওমচাক্নৈ, মীপুম খুদিংমক থাংবা ঙম্নদে। মহাকশু নুংশাগী মৈশা থাংবা ঙমত্রতুনা বাথ রুমদা চংতুনা ইরুজথোকলুরগা মশা পুম্নমক বোদি পাউদর চাইশিল্লগা পোত্থাবা ওইনা রায়টিং রুমদা খবর পারি। মাগী ফি থোংত্রবা হকচাংতু ফেনগী নুংশিৎনা অশাবগী চাং হন্থহনখি। পুক্নিং হকচাং অনিমক মাম্না ঈংলবা মতম অসিদা করিগুম্বা অমা নিংশিংবগুম তৌরি—মানা ঙ্কিরিদা লৈরিঙৈদা মপাবুংনা থারকপা অরোযবা টেলিগ্রাম, মপাবুংনা বারৌত্থনি খন্দুনা ইম্ফাল থোরকপদা লমখাংদা মাগী মরুপ মহেন্দগী তাখিবা পাউ। খুদক্তা ইম্ফাল থাদোক্লগা, ঙ্কিরিদা হনখি। মানা জামিনিগী রাহৈ অমশু খংনিং নিংশিংঙকখি — নোংমা ঐগী মরুপ মুতাগা মেজর অমগী মন্নুমদা কোয়বা চৎলুই। মখোয় ইমুংতু য়াম্না হুংঙায় মীগা য়াম্না থম্মী। ঐখোয়না চৎলুবা য়ুমতুদা লৈশাবী অমা লৈরম্মী, মহাক মী য়াম্না কৈ, ঐবুশু হরাউ হরাউ তৌই। ঐঙোম্পগী খরা হল্লম্বা য়াই হায়না খল্লি, তত্তুবু হৌজিক্কি

চহী ২/৩ মুক্তা হুম্নবশে মকুপকুম্না মতিম্নরে। ইনাক খুল্লি হায়দুনা মাগী মশাদা চাউথোক খোৎতোকপা অমতা তৌদে, মী পুম্নমক তবাম তম্নাম তৌই। মখোয়গী রাবীদগী ঐ ভাব খবা তাখি. মা হৌখিবা থোদোক খবনা পোথাকম খংদে। লৈতাদবা মাগী থম্মোযদু ময়ামগী মতেং পাংবদা পুক্নিং লুপশিনখিদুনা শান্তি ফংবগুম্না উই। মহাক্কী মমাম্নবী দেবীকা হায়বী অমগা মখোয় অনি পুকচেল মাম্ননা থবক তৌমিন্নদুনা মনিং চৎলবা এঙ্গ্লো-মনিপুরী স্কুল অমা লিংখৎতুনা নিংথিনা থবক চথরি। নুপীমক ওইববগুম্ মখোয অদু লেম্না মাংলবেগী মদবা জাৎনি চন্দ্রা, জাতিনি বাহৈশিং অদু নিংশিংলুবগা মতোমতা নানা মব নিংশিংলমখিগদ্রা, তৌবদি হৌজিক ফাউবা মযুম পান্দবি, করম্বা মনিং থুংদবা লৈদুনা তৌবিবনো? মতোমতা রাখল তৌদুনা ফম্লিঙৈদা মপান্দা মমানা কৌবকপা তায় -

- কৈদৌবে নহাক নহাল শাঙ্গাবা লাকত্রবদি ?

— স্কুল থাদোকপা যাদ্রদুনা লাকত্রবনি।

— নমাদু খবা ফবত্রা? নহালদি মশা ভদে হায়দুনা চাক্কা ইচা চাদ।

- ফবে কৈশু থোযদোকপা পাদ

তোম্বী মচানুপী দেবীকাদা যেংলগা মখা তানা হায়বকই—

— ইবেম্মগী গাডীদু উরুমশোমদা ইনশিল্লু।

সবজু স্কুটবদু যুময়া নক্লা উরুমলোমদা ইনশিনখি। গাড়া থনম্নগা মখোয অনি চংশিমিম্নবকখি। চন্দ্রাগী মমা তোম্বী সবজুগা দেবীকাগীদা য়েংলগা হায়রকই — চংভ, চংভু ইমুংদা নবুংগু লৈবনি, ইমা ননম্মাগা ফিশিংশে অমুক্তা থুপচিনমিম্ন-বমখিগে। দেবীকাদি ইমুং মনুংনিনা থোযনা কোযনবা লৈতনা ইমুংদা অদুম চংশিনখ্রে। সরজুদি যাম্না তিম্নবা ইমুং নগুবনা

খোংঙ্‌গ লৌথোক্লগা চংগে তৌই। মাগী মতৌ উবদা দেবীকানা হায়রকই—

— সরজু লৌথোকল্লু ঐখোয়গী যমগুম্বনি।

— খোংয়াসে য়াম্না শাবে ঙহাক ঈংহুনবনা ফৈ হাঙ্গিরগা দেবীকা মতুং ইন্দুনা চংশিনখি।

খবর পাহুনা লৈরম্বা চন্দ্রা পদার হায়দোবকপা উবদা যেংখৎলকই। ইথা থাজদনা সরজুগা দেবীকাগা চংঙকপা উবদা নোক্লগা—

— ফম্মু ফম্মু।

সরজু দেবীকাগা মমাং ওন্দুনা পাবিবা নোংমা অহুদা চংশিল্লগা ফমথখি। ঙশায়মথৈ চন্দ্রা মী লাক্লবদি নুংঙাযতে হায়দুনা ফুরিট অমত্তা লিংশিনহৌগে হায়না খল্লম্বনি, অদুব নখোয় অনি চংশিল্লকপনা হানখ্রে।

সরজু পুক্রিং নৈনানা ফম্লগা ফি থোংদুবা চন্দ্রাগী হনচাংবু মুনা মুনা যেংলি। ঙসি চন্দ্রাগী ফিভম যেংবা নুংঙায়, নুপা অমা ওইবগী অবাৎপা লৈতে। ফল্লপ তৌবা থবাক্তা তৌবিবা মতুংশিংগী মরক্তা কুপ্পনা সনাগী মখিনা নৈহনা শাম্নরি। মদুং তৌবনা কুচুদা সনাগী মরিহু থোযনা পকচরি। সরজু লৌববা হকচাংতু উবগা মপুক্রিংদা খল্লি—নুপীদনা সনাগী নৈতোং পকচবা নত্তে, নুপাদশু সনাগী লৈতেংগী মঙাল মফংই। ঙহাক মপুক্রিংদা খল্লগা মতোমত্তা ভুমিন্না শোক্লরি—ঙসি তানোগী ফিভম্না ঐগী পুক্রিং লাংহল্লি অশুক ফজরবা মাগী ফিভম ঙসি উরিবা অসিনা অহানবনি। চন্দ্রা সরজুগী মমাংদা ব্যবহার অমা থোক্কে খন্দুনা হৌগৎলগা ফুরিট অমা লিশিল্লুরগা থুনা থোরকই। মানা ফুরিট অদু কুদাম পাম্না পাম্না সোফাদা ফমথবগা হংঙকই—

—কবম তৌবি সবজ্ নুংঙাযবিব্রা ?

হোয় নুংঙায়রি হায়বা তায।

নখোয তামো, ডাক্তব শান্তীবলাগা লুহোংলে হাযনা তায়, মখোয়সু নুংঙাযবিদনা ?

—শম্মা হায়ববদা নুংঙাযবি, অতুগা মখোযগী যুম্বালদি ইত্তাউ লাউবি, অঙাং অমতা পোকতবি।

সবজগী বাঙাং তাবগা চন্দ্রানা খুম্মকই—

—পুন্সি হাযবসি অবাৎপা অমদি মবৈবনি।

—উম চুম্মী তামো।

মানা ঙহাক ৱাখল তৌবগা মখা তাবকই—

—কামেশ্বরগীদি কবি পাউ তাবি ?

—মহাক সোবোজিনিগা লুহোংলে, মচা অনি শরে। হন্দক্তি তামো কামেশু ইম্ফালদা তাবে।

—ঐসু হন্দক্তি ইম্ফালদা তাবে, মবক মরক্তা নখোয়গা উন্নবা ফংলনি।

—কযা কুযরে তামো লেংথোবকপা ?

—ঙসি তবানিমুক হেন্রে।

মখোয়না ৱারী শান্নবিঙৈদা চন্দ্রাগী মমা তোম্বী চ লকুনা নখোযগী মনাক্তা ফমলৈ। মানা অহাংবা ফিদা অমদা ফম্নগা মখোয়না শান্নবিবা ৱারীতু তারম্মী। মাদি মখোয়গী ৱারীদা পুক্নিং চংলুবা লৈতে, মনাক্তা ফম্লিবা সবজদা মুম্না য়েংতুনা লৈরে। ঙহাক মমা যেংলবা মতুংদা মচানুপী দেবীকাদা হংঙকই—

ইবেম্মা অসিবু মৌরা নত্রগা লৈশাবীরা ?

মমাইবেম্মাগী ৱাঙাং তাবদা দেবীকা হাযফেৎ ইকায়, মমায় ঙাংলপ তৌনা নোক্লগা খুম্মকই—

—লৈশাবীনে লৈশাবী, ঐগুম্বী।

তোম্বী মোমোন নোক্লগা—শাওন্নকো ইবেম্মা ইমানা ইশম শম্মা হেক হংঙরে। হৌজিক কাল অসিদি থায়নগা য়াম্মা খেম্নরে, মমাংদৈদদি মানা লৈশাবীনি, মানা মৌনি হায়রদ্রু ইরায় লায়না থংইদে, হৌজিক্তি কদায় ইমান মাম্নরে অদুনা মফম-মরাং অমতা থংদ্রে। চন্দ্রাগী মমানা লৈশাবীনি হায়বা থংবদগী মাগী মরি মখোং খঙনিংলদুনা মখা তাখরকখি—

—ইবেম্মাবু করি লমদগীনো?

সরজুনা খুমদ্রিদৈদা দেবীকানা খুম্মকই—

—ঐখোয়গী মমাংদগীনি।

—অদুদি · ··ইবেম্মা মনিশনা খোয়গা নক্করবা?

—মখোয়গীনা নাগা মপাল চিংই ঐখোয়গীনা মনিং খরা চত্থরগা লৈ। ঐখোয় মখোয় য়াম্মা নক্কবা লৈকায় নাঙে।

—ইবুংঙো নীক্রমাখোয়গা নক্কবরা?

—ঐগী ইবুংনি।

—ঐ অদুদ য়াম্মা খুকন পাঙ্গললিবা ইমুংনিনে। ইবুংঙো নীক্রমদু মুংশিবনিদা উখিদবস্ত কুয়রে। মাদি ফম য়াম্মা চাউরে হায়বা তায়।

মখোয় ইমুং মনুংগী বারী ভহাক শাম্নরবা মতুংদা তোম্বী মচানুপী দেবীকাগা লোয়ননা থোকমিম্নখি। দেবীকা মমা মচা থোকথ্রবদা চাউরবা কা অদুদা মখোয় অনিদা ভায়হৌরে মবানি বারী বাতায় অমত্তা শাম্নদে তুমিন তুমিন ফমদুনা লৈনখি। তুমিম্না ফম্লিবী সরজু লোয়নায়দবা বাথন্দা তাউদুনা লৈরি। চৈনা ফংলবী থম্মোয়দো লোয়নায়দবা বাখলনা য়েৎশিন্দুনা লৈরি। মানা য়াম্মা খৌরাংনা ভায়রিবা মীওইদু থাজদনা থেংনরবদা নিংশিংঙকখি, থম্মোয় মুংগী বারী কয়া অদুবু করম্মা লিগদৌরি

মতম অমগী নুংঙগুম্মবা থম্মোয়রুনা অমুকস্থ মতোমতা লুশিন্না খঙ্গরকখি – খনখিবা য়াই তামোনা করম্না হোংলমলিবা নুংগুম্বা থম্মোয়রু। মপান্দা তমখিরবা শকলোন পুরক্সবস্থু, থম্মোয়নুংদদি নুংশিবব মীরাম্নখিদে। ঐনা মতম অমদা কিক্সখি, নুপাগী ঈশিং ঈচাউগুম্নবা থম্মোয়রু, মসিনা মরম ওইরুনা ঐগী থম্মোযদস্থ নুংগী মশক ওইহনখি। সরজু থোদোক ময়াম অরু নিংশিংনবগী হেন্না হেন্না নিংঙমলকখিদে। মাগী পুক্নিংনা বানা খনবগুম চন্দ্রাগী পুক্নিংস্থ অরুম ৱাখি। মহাক শুপ্পগী বাহৈ অমখক্সা পুন্সিবু শান্তি ফংহনিংখি, অরুবু মযুমদা লাকপা অতিখিরুদা কবম্না ...। ৱারবা মাগী পুক্নিবু মতং পাংলগে হায়না খলরুনা থম্মোয়না তম্বা অমা কম্না য়ৈশিল্লকখি। থম্মোয় নিংডায খাংবা ৱাবনা চন্দ্রানা অচিকপরু থুগাযবগা তপ্পা কৌবকখি—সরজু।

মহাক তাদে মমিৎ অরু মখাদা য়েংরুনা লৈ। চন্দ্রা তাদ্রে হায়বা খংলরুনা অমুক্কা হন্না কৌবকই—

—কবি খল্লি সরজু?

—উম, ভাব তাদনা খুম্মকই।

— করি তৌরে।

হন্দক্কি ভাব তারমানে, নশা অরু খজ্জিতং লেংলগা খোয-রাউনরবী মমিৎ অনিরুনা তক তরু য়েংলগা, মৌনোন নোক্লগা খুম্মকই—

- অস্থুম্না উম্নগনি থাজকদ্রে।

— মরমদি?

তাঞ্জা অরুদা দেবীকা চংঙকপদগী মখোয়গী বারী লেপখ্রে। মখোয় ইমুং মনুংগী ৱারী ওহাক শাম্নরবা মতুংদা চৎলগে হায রুনা হৌগৎনরকখি। তোম্বী মচানুপীবু কোম্বোং ফাউবা থিন্দোরকখি। মানা দেবীকাদা য়েংলগা হায়রকই—ঐ নমা উম্নবা লাকনি,

ৱারী খরম্থ শাম্নগদোৱা লৈ চৎলে। চৎলো ইমা লৈহৌরগে হায়রগা তোম্বী কোম্থোংদা লেপ্লুনা লৈহৌরে। সরজু স্কুটর ষ্ট্রার্ট তৌরগা দেবীকাগা লোয়নননা চৎরে। তোম্বী স্কুটর থো থ্রিবী সরজুদা য়েংলগা মপুক্সিংদা খলহৌই—নংঙন্থী ইমৌ অমত্তা ফংলবদি নুংঙায়থনিদা খম্না খম্না ইমুংদা চংখি।

মতম কুয়না আশা তৌতুনা শারক্রবা মনিসনাগী মন্দির, অফবা নুমিৎ অমা য়েংতুনা শঙ্গারগে হায়না লেপ্পরে। লাক্রিবা লমদাগী পুনিমা নুনিৎ অসিদা শঙ্গানবা থৌরাং তৌরে। মমাদা হায়রকপা মতুংইন্না শঙ্গাবা নুমিৎ হুমনি বাৎলিঙৈদা থুংলরে। শঙ্গাবা নুমিংকী অবুকনি, চন্দ্রীমা মচা অনিগা লোয়নননা তর্পন কৎপা কুমথাখ। মনিসনা চেং থোয়দিং লৈশুশিং অদু মশু অনিদা পীরগা ঈশিংদা থাদহল্লি। মখোয় অনিস্থ মমাগা মবোক- সিগনা তৌরিবা খুদিংমক মনুম্না য়েংলগা মতৌ ওমলি। গঙ্গাগী ঈশিং ঈরৈদা তাউর্থথ্রিবা চেং থোয়দিং লৈশুশিং অদু উরগা নিংশিংঙকখি অদুঙৈ মপাংগীদমক্তা—বীক্রমগা লোয়নননা কৎখিবা তর্পন। হৌখিবা পুন্সি নিংশিংলুবগা ওসিদি মাগী মপুক্সিং ইনৌ নৌখি। মমৈথংদা মপুক্সিং ফাম্ভিনবা ওম্নকত্রতুনা হিক্না হিক্না কপলি। মমানা কপ্পা উবদা মথ্বায নুংঙাযত্রবা অঙাং অনিতু মমিৎ কুপ্পনা মমাদা মুম্না য়েংতুনা লৈখি। মখোয় পুম্নমক তর্পন কৎপা লোযরবা মতুংদা মখোয়গী লৈকমদা হনখি।

ঙংথিলনি চন্দ্রীমা মখোযনা লৈরিবা ঘুম অতুগী মাঙ্গোন্দা ফক অমা থারগা ফমলি। মচা অনিতুস্থ মঙোন্দা ঙাবোয় তিপ পোয় তৌতুনা লৈরি। তায়নফম লৈজত্রবী, ৱাজরবী মপুক্সিংনা মশা মতোমতা ৱারোরগা তপ্পা শোল্লকখি- অসিরা মীওইনা পোকপগী নুংঙায়বা? ৱাখলনা লুম্নবী মকোক অদু মখুৎ য়েৎকী খুদাংদা ঙাথরগা তপ্পা মমায় লুকথখি। ঙসায়মথৈ মাঙ্গোল

উখোংতেম্না ঙাবগা হিদাকপু প্রোক প্রোক চিংলিবী মনিসনা মচাদা যুম্না য়েংলগা মপুক্লিংদা খল্লি—কবি করম্বা নুংঙায়তবা ওইবিগবা? অসুক কুইববসি নোংমতা উথিদ্রি অসিগুম্বা মতৌ মথ্‌ৎায় নুংঙায়তত্থনা তৌরিব্রা? নত্রগা মশা ঙমদত্থনা তৌরিব্রা? মচাগী মবমদা খম্না খম্না হিদাক থকপা লোয়বত্থনা ঙাম্থক অত্থ লৌথোক্লগা লৈবাক্তা থম্মগা হিদাকপু অত্থ ফক্রাংদা ঙাবি। মনিসনা মচানুপীদা মুম্না য়েংলবা মতুংদা তপ্না হংঙকখি—

—ইবেমহল, নংব কবি তৌব নশা ঙমদব্রা?

—কৈগুম তৌদে ইমা, মকোক হায়গৎলগা থুম্মকই। মহাক তুমিন্না লৈরুবগা মমানা তপ্না শোনখি—উম, ঐনা অসি থোককনি হায়নিংবদি যামখ্রে অত্থবু মচানা নুংঙায়খিদ্রোয়দোবা অত্থ উবদা তুমিন্না লৈবা তাখি। মহাক তুমিন্না বাথল তৌরুববা মতুংদা

—নংবু কৈদৌঙৈ চৎকে হায়বা?

—ইমানা চৎসি হায়বা নুমিত্তা।

—ঐদি খবা লৈহৌখিগে হায়না খল্লি।

—মতুংদা অমুক চৎপীযু, হন্দক্তি ইমা থেংকপীদবা যাদে।

—ঐগী তৌগদবা ইথৌম্ম পাংথোকপা লোয়রে, থোকপম্ম মযাববনি অত্থদা ইমাদি ইফালদা লৈনিদে।

—কবিগীনো ইমা?

—মফম অত্থদা ইমাগী শান্তি লৈতে।

মমাগী শোম্মরবা বাহৈনা মাগী থম্মোয়বু অব্রাবা পীরি। লৈতাদ্রবা পুক্লিংত্থনা মমাদা মুম্না য়েংলম্মগা তপ্না মরু লুকথরগা বাথল অমা খল্লি—থাংববু কল্লবদি মফম পুম্মনক্তা শান্তি লৈ। অব্রা-নুংঙায়, কপ্পা নোকপা, মখোয় অনিগী থোংচৎ কায়নবা

য়াদে, মতম পুম্নমক্তা লোয়নননা চংশি। কুপ্না খিজিল্লরবদি পুন্সিগী ভমখৈ লেপ্পা ভমদে, অতুগা অশম্বা মওংদা হায়রগনা লিলা মখল অমনি, অহুনা মৈশা খরস্মু ফংবা তাবনি। মানা মপুক্লিংদা পুন্সিগী মরমদা কুপনা খল্লিভৈদা মমানা তপনা হায়রকই— ঐস্ম ইস্ফালদা থোক্লগা নোপ্‌াগী পাংথোক্লদবা থবক খরা লৈরিবহু লোয়শিল্লগা শান্তি ওইনা ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা লৈরগে হায়নস্মু খল্লি। খংদ্রে তৌগদবা থবক্তা য়াম্লিবা, মনিসনা মপুক্লিংদা মওল মওল খন্দুনা লৈবি। চন্দ্রীমা মমাগী বাভাং তারগা তপনা খুম্মকই —ইমানা ফৈ হায়না খনবা থবকতু অতুমক পাংথোকপীয়ু। বাহৈ য়াম্মা হায়দ্রবস্মু মচাগী নিংহম্নরবা মতৌহুদা মহাক ইস্ফাল থোকপা তাখি। মচানুপীগা অফ-ফত্ত কুপনা খম্নরবা মতুংদ, ইমুংদা চংখ্রে।

থবক্লা থাদোকপা য়াদ্রহুনা রাধা গোপালগা লোয়ননা মোইরাংদা লৈখ্রে। মনিসনা ইমুং মনুংগী থবক ইখাং তৌবীনবা লৈতবনে মচানুপাগী চহি মতাংগা চাশিলকপনে লুহোংনবা কম্না হোৎনরি। মানা কৈশামপাৎতা লৈবা প্রভা শিঙ্গী মচানুপী সনাতোম্বীবু হায়কে। অহল-লমন পক্লা রায়না যেংনকবদস্ম রাশি গুণ তিন্নবী ওয়রম্নহুনা লুহোংনবা নুমিৎ লেপনরে। অফবা নুমিৎ অমদা চাউবা সনাতোম্বীগা লহোংবীরে। পীশক পিকলিভৈদগী মচাগুম্না য়োকচরক্লবী মনিসনা মচাগা মমৌগগী মতৌ উরগা হুরাউনা ভমখৈ লৈখিদরে।

অরাং ইথং থংবা কানি, বীক্রমগী মমা ইবেমহল পোথারি। কালেনগী ফনা শাবা নুংশা ওইরবস্মু, থোংনাউদগী চংভকপা নুংশিৎনা মাগী মশাবু ঈংহল্লি, থোয়না অশাবা ফাউরমদে। হন্দক দিল্লিদা লাইয়েংবা চৎলুবদগী মশাদি হাম্নদগী হেন্না নুংভায়রে হায়রবু রাখলদি হাম্নদগী হেন্না রারি। মাগী রাখল অয়াম্বা মতমদা

ইহাং হাংই, মপুকনিং লৈতাদে। ঙসিমু অদম্ মঙায় ফমুংদা হিপ্তনা নুংঙাযনা পোত্থাববমু, মাগী ম্বাখলদি পোত্থাবা লৈখিদে। মানা মচানুপীনা ময়ুম পান্নু হায়বা যাদবা অসিগী মবিদা অমুন খল্লম্বদগী মচানুপাগী মরমদা অমুক খনবা হৌবকখি। ঙচিন নাচিম্মা থেমত্তুনা লুহোংলে, অতুবু অৱাবদি মচা অমত্তা পোকত্রি। ইতাউ তাউববা মচাগী য়ুম্বাল অত্তুগী মবমদা খল্লবগা মপুক্লিং হেন্না খোয়বাংখি। পৈশা লৈবা ঙাক্তনা নুংঙাযবা কৌবা নত্তে, মখোয়গী ইমুং শেল থুমগী মবমদা থোযনা অবাৎপা লৈতে অতুম্নদি ওয়বগা শান্তি ওয়না লৈবদি ঙমখিদে। মৈতৈ বাহৈ ওন্তোব্রা চুমত্রে শেল কোকথোং শামা মাংদা খিন্দ্রনা থম্বদি নোংক্লকপা পোক্কে। অত্তুগা অঙাং অমগী মতৌ যেংবদি ঙহান্না নুইবনম মমোন মনোকই হাযবা অত্ত চুমপ্রবা বাফমনি। থোযনা লাং বীনবা লৈতবনা অয়াম্বা মতমদা ইচিক্লা চিক্লা লৈ। চিকমন-খিবনা লৈবা হৈনত্রতুনা মপুকনিংদা লাংবীনবা অঙাং অমনা লৈববদি নুংঙায়থনি হায়না খল্লি। মানা অসুম খল্লম্বদগী ঈশ্বরবু ম্বাবৌবগা শোল্লকখি— ঈশ্বর ইবুংঙো ননাই ঐখোযগীসু ইমিঙা ইশু অমত্তা উহনবিবা। মপুক্লিংদা ঈশ্বরবু শোল্লকপগা লোয়নগা মচাগা মনৌগগী বাখল্দা লুপ্লিবী ইবেমহল মচানুপী সবজু হল্লক পগী মখোল তাবদা মপুক্লিং খবা চাঙথৎলি। মানা চংশিন্নকইনা মচানুপীদা মুম্না য়েংলগা হাযবকই। যাম্না শাবম্লগনি ফেনতু থাগৎলু।

—অং থাগৎকে ইমাসু হুমাং শোৱ্রা?

—ঐদি থোয়না শাদে, নহাক্কী ঈংনবা হায়বনি।

সবজু তপ্পা চংশিল্লগা ফেন থাগৎলি। মানা ফিষাম্দগী অনৌবা ফি অমা লৌরগা হোংদোক্লগা মমাদা হংঙকই—ইমা হিদাক চাবস্রা?

—অং চারে।

ইবেমহল মনাক্তা ফম্লিনী মচানুপীদা য়েংলগা হংঙকই—পুং কয়া তারে।

সরজ্ ফকলাংদা য়েংলগা খুম্মকই—

—অনি তারে।

—ঙঃ পংথেং থেংদ্রিনা ঙসিদি নং খরা ঙনবা?

—অং থাংজনি,

ঙহাক তুমিন্না লৈরগা মমানা হায়রকই—হকচাংদি হায়দগী নুংঙায়রে অদুবু পুক্নিংদি ... ... ...।

—ইমাগী করি বাংতুনা অদুক ৱারিবা?

—বাংলি, য়াম্না নিংবা থুংদে, নংনা নয়ুম পায়্, হায়বা য়াদে, নবুংগী অঙাং লৈতে।

সরজ্ মমানা মবুংগী অঙাংগী মরমদা পম্লকপা অদুদা বা খরা হায়নিংই, অদুব হায়শিরা হায়গুশিরা কম্না খল্লি। মানা মুম্না বাখল তৌরুরব। মতুংদা হাযদোক্লগে হায়না খন্দুনা মমাদা য়েংলগা তপ্না হায়রকই—ইমা ঐ ৱারী অমা শাগে, তাঞ্জা অদুদা মবুংগা মনমবেম্মগা চত্রকপগী মখোল তাবদগী ৱারীদু অদুম শাখিদ্রে।

হন্দক্তা নৌনা থোরকপা রামিল এম আরদা থবক তৌরে। ঙসিদি মানা হেক হললকপগা। সরজ্বু থীরকই। সরজ্ ইমুংগী মী অয়াম্বনা মমিং কানা কৌনদে, য়াম্না লুনা থমজবা মচাগী মরমদা মমা মপা ওইবনা কৌবা মীঙ্গৌ ইবেম্মা হায়বা অসি নত্তনা রামিল ময়ামগী ইবেম্মা হায়বা অসি থোকত্রদুনা ইবেম হায়না কৌই। সরজ্ রামিলনা মাবু থীরে হায়বা থংলদুনা ইমুংদগী কৌরকই—রামিল, রামিল ইমংদা চংঙকউ। সরজ্গী মখোল তাবদা রামিল ইমংদা চংখি।

সবজনা বামিলবু চৌক্রি অমদা ফমহললগা হংঙকই—

—কবি হায়নিংই ?

রামিল ঙহাক হাখল তৌরগা—

—ঐ ইবেমদা বা অমা হংনিংই

—কবি, কবম্বা বাফমনো ?

—মেম সাহেবনা অসিদা লৈখ্রিবা কবিগীনো ?

সবজু পাক খুমদে, পিশুম শুকলপ তৌবগা ময়ায় লুকথবগা খললি। মহাক্না পাউখুম পীবিবক্তবদা মুংশা থীনা য়েংহনা লৈবি। ঙহাক ভুমিম্না লৈকববা মতুংদা বামিল ওপ্না হংঙকখি—ইবেম নং শাওবব্রা ?

সবজু মোমোন নোক্লগা খুম্মকই—শাওদেদা।

—অদুদি, সাহেবকা কবম্না কাযনখ্রিবনো ?

হন্দক্তি সবজু ভাব তানা হংঙকই—

—কনাবুনো বামিল ?

বামিল মশক ভাকফম খংদ্রহনা দায়বাদগী ফোটোগ্রু লৌথোক্লগা সবজুগী মমাংদা থম্মা। সবজু ফোটোগ্রু মুম্না য়েংলগা ঙক্না হংঙকই—চন্দ্রীমা, নং মাবু কবম্না খঙবিবা ?

—ঐ মেম সাহেবপু মম্না মম্না খংই, সাহেবকা দিল্লিদা যাম্না কুয়না লৈমিন্নবম্মী।

সবজুনা মথং মথং হংঙকপদগী মানা বাবী পুম্নমক লিখি। রামিলগা বারী ঙহাক শান্নববা মতুংদা নোংমা চন্দ্রীমাখোযদা চৎলুবা হাযনা লেপ্লখি।

মনিসনা যুমজাওগী মঙোম্দগী মমৌনুপীবু কৌরকই—

—নুপীমচা ! নুপীমচা !

—কবি ওইববনো ইমাশি ?

—ননমমেম্মা লৈত্রা ?

—লৈ ইমাশি।

মনিসনা ওস্পোক্লগা বীনয়দা হায়রকই ইবুংঙো লেংশিলল্লু নচলস্থ লৈমালে। বীনয় মচানুপী মথুৎ শম্লগা চৎমিম্নখি। মনিসনানা বীনম্নগা চংমিম্নখ্রিবা অঙাং অচুদা য়েংলগা হায়হৌই—ইশুসে মশক ফজগ্রে। চন্দ্রীমা মমানা কৌরকপদগী ঠৌনা মপুক্কিংদা চিংনৈ, মানা ওইরমগনি হায়না নিংবগা ওইরম্নগস্থ চপ মান্নৈ। মাত্তনা বীনয় উরগা লৈতাফম খংদবনি মমাদি বীনযবু নুংশি চংবদা থোযনা থিংদে। মমাগী বাখলগা মচাগী বাখলগা ওস্পোক্লা খেন্নৈ। মানা বীনযবু মতম অয়াম্বদা চম্না খললি মহাক্লা ত'যনা লাক্লবস্থ কেশকী মরমদা বারী শাম্নবা নত্তনা অতৈ অতাপ্পা বারী খক শাম্নখিদে। চন্দ্রীমা পারুম্মাবা লাইব্রিক অচু খুমজিললগা তামো লেংশিনবীরকউ, ঙসিদি বেবীস্থ য়াউরকইনা। বীনয় নোক্লগা সোফা লৈরিবা অদোমদা চংশিন্দুনা ফমখি। ঙহাক বারী বাতায় তৌতুনা ফম্মিনরবা মতুংদা মানা বেবীতাদা হায়রকই—নংগী মকপ য়াম্না লৈ কৌনগে হায়রগা থোকখি। ঙহাক লৈরগা মচা অনিগা লোযননা চংঙকই। মানা মচা অনিদা বেবীতা জর্জ বীনয়গী অনৌ ঙায়রবা মচানুপীনি হায়না খংহনখি। বেবীতা নুংশি, মী কোয়ত্রে, চন্দ্রীমাগী মচা অনিতুগা কোমিক ফাক্লগা য়েংমিম্নরি। মাগী বাখলদি করিগুম্বা অমদা চপ য়ুংনা লেপ্তুনা লৈখিবনা বীনয়গী অফাবা বাখলদি অঙাংশিংগী মতৌ উরগা থোয়না হেম্না নকশিনখিবগুম তৌরি। ঙসিদি মখোয অঙাংশিংগী মরমদা বাবী ঙহাক শাম্নরগা বীনয়স্থ থোকখ্রে।

বীনয়না চন্দ্রীমাথোযদগী থোকখিবদা ত'ঙ্গা অচুমক্কুদা বীক্রমগা কামেশ্বরগস্থ মনিংলোমদগী হায়গৎলকই। বীক্রম খরা লাপ্লিঙৈদগী হৌনা চন্দ্রীমাগী মযুমদা মুম্না য়েংবা হায়বা অসি

মাগী হৈনবীনি. ভসিস্থ অদু মভায় য়েংদুনা অতুমক চংলি। মনিং কুপ্তনা য়েংবা মাগী মিংয়েংনা চন্দ্রীমাখোয়দগী কার অমুবা অমা মতুংদা তপ্পা থৌদোবকপা উখি, হায়রিবা কার অদু মখোয়গী মমাং থানা থৌখি। বীক্রম মমাংদা থৌপ্লিবা গাড়ী অদুদা মুন্না য়েংলগা মপুক্লিংদা খল্লি—মহাক্কা চন্দ্রীমাগা মরি লৈনখ্রবা ? মানা খরা লুনা অমুক খনজিনখি—মহাক নুপীদি লৈখিদ্রে, অদুগা অঙাং অমদি লৈরি। বীনযগা চন্দ্রীমাগগী মবনদা মুন্না খল্লি-ভৈদা কামেশ্বরনা হায়রকই—তান চারবদি চন্দ্রীমা বীনযদা লৈ-খিবস্থ ময়ারি। হন্দক মরক মাগী কারসি খরা তোয়না থাবা উই, মখোয়গী ইমাশিনস্থ য়াবগী মওং মাল্লি হায়নৈ। বী-ক্রম কামেশ্বরগী ব্রাঙাং তাবদা তপ্পা খুম্মকই—অমনা জর্জ্জ, অমনা উকিল তিন্নবা যাই। কামেশ্ববু বীক্রমনা ভাংবা তাব্রা তাদব্রা খংদে, তুমিন্না ৰাখল অমদা লুপ্তুনা লৈখি। মানা ভহাক অদুদা খল্লি—বীক্রমগী থম্মোয়দ। নুংভাযতবা খবা ফাউরম্বা য়াই। মখোয় অনি ফনা থেংনরে অদুবু বাবী ৰাতায অমত্তা শান্নদে, অনিমক থৌ ইশা শান্নদবা মাল্লি। চন্দ্রীমাগী নুপাগী ঈ-পাউ করম্না তাখিদ্রিবা ? শিখ্রবা নত্রগা হিংলিব্রা ? অশেংবা খঙবা ভমদ্রি। মাযকৈ অমরোমদদি মহাক ফবে, অম-রোমদদি অৱাৎপনা পীক থল্লি। মাগী ৰাখলদি চম্বনি অদুনা বীনয়না মাবু অৱানবা মাযকৈদা লমজিংবা ভমগদোবা মান্দে। কামেশ্বর চন্দ্রীমাগী মরমদা অফ-ফত্ত মুন্না খল্লবনা মতুংদা তপ্পা হায়রকই—চন্দ্রীমানা তরায় তরায় যাবক্কনি থাদ্দে, মহাক অম-রোমদা য়াম্না শিংবনি। বীক্রম তুমিন্না লৈখি হোয মায় অমত্তা হায়রকতে। তপ্পা তপ্পা চেনলিবা গাড়ীদু বজার মনুং যৌরক্রে। বজার মনুংগী য়েংওইননা হায়জিনখ্রিবা লম্বী অদুগী মতুংইন্না গাড়ীদু মমায় তপনা লৈশিনখি। খরা চংশিল্লগা য়াম্না ৰাংবা দলান অমগী ময়া নক্না গাড়ীদু থামখি। গাড়ীদগী কুমথরগা

মমায় মনিং ওন্দুনা ফমলিবা কার্মাসি অমদা মখোয় অনি চং-মিন্নখি। ঙহাক ৱারী বাতায় শান্নদুনা ফগলুরবা মতুংদা খোয়না অচিনবা লৈতভনা অথেংবগী সিনেমা য়েংসি হায়দুনা টিকেৎ কবলুরে। কামেশ্বর দুকাল থোং খরা ঙন্না লোশিন্নু হায়রম্লগা থোকখি। অঙনবগী সিনেমা লোয়গ্রে, অথেংবগী য়েংগদোবা মীওই খুদিংমক মাগী মাগী সিটতা চংদুনা ফমখি। সিনেমা হৌরে, মতম অদু প্রতাপতা "করন" ফিল্ম তৌরি। অহানবা হৌবদা লিলাদু নুংঙাযগদোবা মান্দে, অদুবু ৱারী অম্মম চথ-রকপগী মতুংইন্না অসুম অসুম নুংশিরকখি। বাক্রম সিনেমা-দুগী নিংবা কাইরবী হেরোইন অদুনা মতম পুম্নমক্তা অঙৌবা ফিজোলনা লৈতেংবদু উরগা মাগী পুক্নিং ফাজিনবা ঙমখিদে। সিনেমাদুগী থৌদোকশিং অদুগা মাগী পুক্নিগা যাম্না মরি লৈ-নবগুম তৌরি। মখোযগী মচা, মপা, মমাগী লৈনবিবা মরি অদু উরগা নিংশিংঙকখি চন্দ্রীমাগী মচা অনি।

নুংথিলনি চন্দ্রীমা মচা অনি পুবগা সোরোজিনিখোযদা কোয়বা চৎলি। যাম্না কোযনবা ইমুং নকনবা অপনবা লৈওনা চংশিনখি। মানা চংখিবদা সোবো অঙাং লাইবিক ওাকপীদুনা লৈবম্মী। মা হেক উবদা নোক্রগা হায়রকই—

— ঐ নংব যাম্না উন্নুনিংদুনা লৈবম্মীবনি।

—কবি মবমদগীনো ?

—তামোগী মরমদা ৱারী খবা শান্নগদোবা লৈ।

—করম্বা মাগী অনৌবা ৱারীনো ?

—নৌবা নৌদবগী ওাফম নত্তে, হৌজিক মতম চারে অঙাংশিং অসি মফম চানা শিন্নহনিংই। চন্দ্রীমা ঙহাক ৱাখল তৌরগা খুম্মকই—মখোয়গী অফ-ফত্ত খুদিংমক ঐগী ইথৌনি, ঐগী অশাবা

পাউনা মীগী নাকোং ৱায চিনহল্লোয হায়বা অসি ঐগী লেং দবা ৱাখলনি।

—নংনা খল্লিবা অতুনা খ্বাযদগী হেন্না ফবনি অতুম্মদি ওইবগা তামোনা মখোয়বু নুংশিজবা অতুগী মপুং ফাবা মবি অমা ফংহনবস্থ ফৈদনা। ওবাং তামোখোয় সিনেমা যেংঙমানে, কবি মরমদগীনো য়াম্না কপখি হায, তৌবদি সিনেমাদু নংগী পুন্সিগা মরি লৈনৈ যাম্না হাযবগুম তৌই। চন্দ্রীমা সোবে জিনিগী ৱারী ঙহাক তারগা হায়বকই—মানা ঐগীদমক্তা কপ্লিবা? মদু ঐ থাজবা ঙমদে, ঐগী মবনদা নোংমতা থীকবা লৈতবা মানস্থ কপ্লিবা?

—তামোস্ন হংনিংই, থীনিংই, নংগী মবমদা অহুবু চিন থোক্নবা উপায় লৈখিদে। হন্দক মবক ঐখোযদা তোয়না লাকই, ঐগা ৱারী খবা শান্নগদবা লৈ হায়বম্মী।

—খংদ্রে সোবো, ঐ মসিদা লুনা খল্লবোয, মাগী থৌশাদনা ৱাঙাংনা সোরোজিনিগী মপুক্লিংদু লাংতক্নহনখি। মানা তাবিবা ৱাফম অদু চুম্বা, লানৱা অশেংবা অমা খংলগে হায়না খল্লত্নুনা তপ্না হংঙকই—

—হন্দক কাব অমা তোযনা থায হাযনা তারি, মসিদা নংগী মত কবিনো?

মতুদা ঐগী করম্বা মত, সোরো ঐ অসিগুম্বগী মরমদা অমুক খল্লরোয, ঐগী তৌগদবা থবক খরা লৈরি মদু পাংথোক্নবা হান্না অমুক্তা হোৎনখিগে। হন্দক দিল্লিদা ইন্টরভিয়ু অমা য়াউববা তারি, করিগুম্বা মসিনা মায পাকপা লাববদি লণ্ডন্দা মতম খবা লৈরুবা তাবি। মখোয ৱারী ঙহাক শান্নরনা মতুংদা সোবোনা হায়রকই—

--সরজু অহুঙৈগী চন্দ্রাদা লুহোংগদৌরে।

সোরোজিনিগী বাভাংদুদা নোকনিংসুরমানে খজিক্কং নোক্লগা খুম্মকই—অতুভৈগী চন্দ্রাগী মরায়বক ফৈ লুহোংবনা কয়াম বাংলিবা? ঐ লৈম্বিভৈদা ওইরবদি যাম্না শুংভায়গনিদা। মখোয় অনি বারী বাতায শাদুনা ভহাক পোম্খানববা মতুংদা মযুম্দা হনখি।

মানা মচা অনিগা মযুম চংখিবদা কোম্বোংদা কার অমা থাদুনা লৈরম্মী। অহানবা উবদা খায় লাউখি, নকশিল্লক্লগা মচু খেন্নরম্নবদুদা পুক্নিং লৈতাখি। মখোয়না ইমুং চংভকপদা ইথা থাজদনা রামিল সরজুগা ফমদুনা লৈরম্বা উবদা ভকখি। চন্দ্রীমা রামিলদা য়েংলগা তপ্না হায়রকখি—রামিল নং মফম অসিদা করম্না, মভোম্দা মুম্না য়েংলগা অহাংবা সোফাদুদা নপ্না ফমথখি।

---

## ২১ ত্তবা

নুংথিল অমা সবজ্ মপানদা লাকই। মানা চংঙকপদা মপাবুংগা মমাগা মঙ্গোন্দা ফমতুনা লৈবম্মী। মহাক হেক উব্দা মমানা হংঙকই—

—কবি তৌবে, নতোমতা লাকপ্রা?

—কৈস্থ তৌদে, চুন্না চংঙকপনি?

—নংবু স্কুলদগীবা?

—অং মানি, মানা মখা তানা হংঙকই—

—তামোগা ইনমবেম্মগা হল্লক্লব্রা?

—নবুংদি ঙসি নিনি হুমনি শুবে, ওফিস কাদনা, ননমবেম্মদি হল্লক্তি।

সবজ্ মমাদা হংঙকই—

—তামোদি কবি ওইনা ঙমদ্রিবানা?

—মশা মউস্থ চিকই, মকোকস্থ নুংঙাযতে হাযবগুম তৌই। ননমবেম্মানা হিদাক কাপ খোক্তনা কন্না হোৎনবদগী মশা চিকপা অহুদি ফবে, অহুগা মকোক্কী অনাবহুদি ফত্তবি, অসিগী থনবদা ইমাদি ওম্মোক্লা নুংঙাযখিদ্রে। হন্দক মবকাসে মথ্বায় ইনুং নুংঙাযতে, অযাম্বা মতমদা বাখন্দা থন্দুন লৈ। কবি কবম্বা মবমদগী অস্থক শোকচিনখ্রিবনো হাযদনা নংগী পাবুংগা বাবী শাম্নবমলি বনি। নংগী পাবুংনদি অমবোমদা ঙাংলিবা, থংদ্রে ইবেম্মা

ইমাগী পুক্লিংসে পোথাকম শুকখং খংদে। হায়। মশা খরগা শোনবনে, মাগী রাখল হান্নদগী পীকথরকপা অদু উবদা বীক্রমগী মপাবুংনা হায়রকই—ওস্তোকপনিনা সরজু মমা নংনা তৌগদবনে লুখ্রে, করিগীনো নংনা রাখল অদুক পীক্লিববু লৈবাক্তী থবক পুবা হায়বসিমদি রাখল খরা চংবনিনে মশা খরা ঙমদবা অদুদা তৌরিবনি, পংবা রাকনু, ঈশ্বর লৈরি, মীবু পংশি শিবা য়াব্রা? মপুরোইবগী রাঙাং তারগা ইবেমহলনা তপ্পা হায়রকই—মহোয় পাবুংনদি রাকনু হায়রিবা, ঐদি রাদবা ঙমদেনে, ঐনা তারিবা পাউ অসিনা অশেংবা ওইরবদি ইচাগী মপুক্লিং মৈগুম্মা শারমগনি। বীক্রমগী মপাবুং বা ঙাংবদা তহা-তহাদে য়াম্না রাখল লৈ। মানা ঙহাক মুম্না খল্লগা হংঙকই—করি পাউনো ঐঙোন্দম্বু হায়মুদনা?

তারিবা পাউ অসিনা অশেংবা ওইরবদি ঐগী লাইবক য়াম্না ফরে, অদুগা মনমবেম্মদি বায় খরা চিনগদৌরি। ইমৌগী খরা খন, ইচাগী খরা খন ঐদি য়াম্না রাখ্রদা।

—নখোয় নুপীগী হাকোয়সুবদো খিং তৌরুনু ঐ হৈনদে, হায়গদৌবা লৈরবদি অশেংবা কোক হায়দোকপা য়াগ্রাও?

সরজু মপাগা মমাগগী মরক শংলগা হংঙকই—

ইমাদি করম্না খংদ্রিবা?

—রামিলনা ঐঙোন্দা রারী শারকপনি।

—ঐনা তারিবা পাউ অসিনা রামিলদগী হেন্না মরিক চুম্না খংলবী নুপী অমদগীনি। অশেংবা পাউ অসি হেক ফংবগা ইমাগা পাবুংগদা খংহনগে হায়দুনা লাকইবনি।

মমা মচাগী রারীদুদা বীক্রমগী মপাবুং ভাব তাবা ঙমদে। মানা ঙহাক রাখল তৌরগা মচানুপীদা হংঙকই—করিনোনে ইবেম্মা, নমা নচানা ইপাবু ইঙাউ হেক ডাউহল্লে, কনাগী করম্না

পাউনো ? ময়েক শেংনসু হায়দে নমা নচাদা পংলাং হেক লাংলদনা ।

—পাবুং ঐ হায়জগে, মপান্দদি মুংঙায়তে, ইমুংদা চংঙসি, করিগুম্বা ইনমবেম্মা তাখিবা থোক্লবদি খজিক্তদা মুংঙাযখিরোয় ।

বীক্রমগী মপাবুং ভাব ইংৎা হেক তাদনা মখোয়গী মতুং ইন্দুনা ইমুংদা চংখি । সবজু মমাগী ফমুংদা মখোং য়াম্বত্তনা ফম্লগা মপাবুংদা হায়বকই —

—পাবুং লমজিনগী মনিসনা খংবীদনা ?

—হোয়নে খংইনে ।

—মহাক্কী মচানুপী চন্দ্রীমা হায়বী অদু ঐখোয় তামোনা ইংহান হান্না লৌরম্বা নুপীনি ।

—কবম্না ইবেম্মা ?

—পাবুং ঐ হায়জগে ভাব তাম্নবা, মহাক লম্খোদা ংকিল তম্নবী, পবিক্কা লোযরগা ইফালদা থোরকত্রে, তামোগা দিল্লিদা অদুম চংখ্রে । মখোয় অনি কোর্ট মেরিয়েজ তৌববা মতুংদা মতম খরা দিল্লিদা লৈনিম্নখি । ইমাশিনা মাবু কৌথোক্লগা অংংাপ্পা নুপা অমদা লুহোংনবা কম্না হোৎনখি । মতম অদুদা মহাক অংৎাপ্পদা লুহোংবা য়াবা মংাং নংখিদে, বাখল মযাম অসিগী চৈনা খাঙবা ঙমদ্রত্তুনা মহাক অহিংদা মযুম থাদোক্লগা চংখি । মাগী অহোংবা লৈত্রবা থম্মোযত্তুদা কনামগুগী ঈথিল চংবা ঙমখিদে । মচাগী অচেৎপা পুক্নিং খংলবা ইমাশিনা সমাজবু নমহৎপা ঙম্নবা মহাক চেনখ্রে হায়না কোযশন শন্দোকখি । মতম খরা খুঙ্গংগী চিদাযদা মপুন্সি লেপ্পুরবা মতুংদা মযুমদা অমুক হল্লকখি । মানা অরা মৈশা, সমাজগী মীনোক পুম্নমক মায়য়োক্লত্তুনা মচা অনি যোক্তুনা লৈরিবী চন্দ্রীমা নুপীলক্তা অথোয়বীনি । হিরম খুদিংমক্তা তমজনিংঙায় ওইরবী চন্দ্রীমাগী

মচানুপা অনি অসি ঐখোয় তামোগী লেংঙ্রবা ললনি। বীক্রম মচানুপীগী রাঙাংদু তাবদা নুংঙায়, ফম্বন্দগী ফুক হৌগৎলগা মচাগী মমাংদা হুক্কং-হুন্দা চৎলি। সরজ মমাংদা চৎলিবা নপাবুংদা য়েংলগা—অঙাংশিং অসি লৌশিল্লরগা য়ুমদা থমহনিংই, অতুদা য়াম্না লুরিবা অমদা মখোয়না অঙাং তরায় তরায় পীরক্কনি হায়রবা থাজদে। বীক্রমগী মপাবুং রাখল ঙহাক খল্লগা য়াম্না তপ্না মচানুপীদা—

—করিগী পীরোয়দৌরিবনো? ঐনা চৎলগা ইবেম্মা মনিসনাদা হায়রুনি, মখোয়দা অঙ্গক কুয়না লৈরক্রে ঐখোয়দা অমুক থম্বস্থ য়াইদনা।

—যাম্না লুবনদি পাবুং, ঐখোয় অঙাং লৌকনি, ইনমবেম্মানা করি খনখিনি।

ঙসায় মখৈ থোংজিন মক্কমদা বারী তারখ্বী শান্তীবলা তপ্না চংশিল্লগা—ঐগী পুক্নিংদা চিংনবা অমত্তা হৈজদে, পাবুংগা ইমা-বেম্মাগনা অঙাং লৌবিকবা অদুমক্কি ঐনা পামজরিবা। চন্দ্রীমাগী মচাস্থ ঐগী ইচানি মখোয় অনিনা য়ুম অসিদা লেংদনা লৈবা অসিমক্কি ঐনা খ্বাযদগী পামজরিবস্থ। মমৌনুপীগী চিংনবা লৈ-ঙ্রবা রাঙাং অদু তারগা বীক্রমগী মপাবুংনা হ য়রকই—মসিগী বাফম সোরোজিনিগা কামেশ্বরগস্থ থংলম্বা য়াই, মখোয়গা খবা মুম্না থম্নখিবা তারি। মপাবুংনা ঙাংবা লোয়ত্রিভৈদা সবজ-মমানা অমুক হায়রকই—অমবু ওইরবস্থ, অমবু ওইরবস্থ অঙাং লৌকদবা যাদে। মহাকস্থ মপাবুংখোয়গা রারী রাতায় ঙহাক শাম্নবনা মতুংদা চৎলগে হাযত্তনা হৌগৎলকই। মানা চৎলম-দায়দা মনমবেম্মাগা লোয়ননা মবুংগী কাদা চংখি।

বীক্রম ঙসায় মখৈ তুমলি তুমলি তৌরুবদগী মীকপ থো-রকপা তাঞ্জানি, ময়েক শেংফাত্তনা মখোয়না অঙাংগী মরমদা

বারী শাম্নরম্বা তায়। মকোক্তগী তাবা নত্তবনা ভাব ৎাবা ঙমখিদে। মখোযগী বারীনা খংনিং নিংশিংলকহনখি চন্দ্রীমাগী মচা অনি, মখোয় অনিগী মরমদা মুন্না খন্দুনা লৈবিভৈদা মচন নুপীনা চংশিন্নগা কৌরকই—

— তামো।

—হুং নং লাকপ্রা?

—অং, হকচাং খরা নুংঙাযবব্রা?

—উম, তেল্লপ্পা খুম্নী।

সবজ্‌ তুমিন্না ফমলি, মনমবেম্মনা নুংথিলগী হিদাক কাপ্পবা শেম শারি। বীক্রম ঙহাক তুমিন লৈকুরগা মচননুপীদা—

—নহাক কৈদৌবা লাকপনো, কবি হাযনিংই?

—চুম্না লাকপনি, হায়রগা মখা ৎাখিদে।

মনমবেম্মানা হিদাক কাপ্পা লোয়ববা মতুংদা মবুংদা চৎলগে হায়বম্নগা সবজ্‌থোকখি। শান্তীসু মচনব কোম্মোং ফাউবা থিম্মোকল্লুরগা ইমুংদা চংখি। মহাক্না ইমুংদা চংঙক্রগা ফম থবদা মঙায়বি, ললিট প্রপ প্রপ চ শিন্নক্রগা হাথবৈ—মেম সাহেব, ডাক্তর সাহেবখোয লাকই। শান্তীবলা পন্নদনা থুনা থোকখি। ঙহাক পোখারবা মতুংদা কামেশ্বরনা শান্তীবলাদা হংঙকই

— অনাবা কমদৌরি, খরা ফরব্রা?

—খরদি ফরে, অদুবু কোক্কী অনাবদুদি খরা কুপনা য়েংদবা য়ারোইদৌরি। ঙহাক ঙহাক পোখায়দি হাযববু অক্নৌবা অনদি নায়রি।

কামেশ্বর শান্তীবলাগা বারী শানা শানা মপুক্কি দা বাখল অমা খল্লকখি—চন্দ্রীমাগী বারী তারগা ঐমকফাউ নুংঙায়তে, ঐনা নুংঙাযত্রিবা অসিদগী মানা শক্তক য়াম্না হেল্লিবনি, মসিদা

করম্বা ৱাখলনা ঈংনা লৈবা ঙমগদৌরিবনো ? পোত্থাদ্রবা বা-খলগী মপু অতুদি শোয়দনা লাইনাগী মকুপ ওইবা তাবনি । ঙহাক তুমিন্না ৱাখলদা পুপ্তনা ফমলুরবা মতুংদা মাম্না ওপনা শাস্ত্রীবলাদা হংঙকই —

—মহাক তুমহৌব্রা ?

—তুমহৌদে তামো, ঙহাক্তা লেংশিননীক্রবা ?

কামেশ্বর হৌগৎলগা বীক্রমগী মনাক্তা চংশিনখি। মহাক চংঙকপা তাদে তুমিন্না হিপ্তনা লৈ। মানা তপনা চংশিল্লগা চৌক্রি অতুদা ফম্মী। ঙহাক তুমিন্না ফম্লবা ফাউবদা করিমত্তা লেং-খোংপা লৈতবা অতুদা ৱাদ্রে হায়বা খংলতুনা ওপনা কৌরকই —

— বীক্রম !

জ্ঞান মাংলরবা অনাবনা ভাব ৱারকপস্না মশাতু খজিক্ত লেংলগা খুম্মকই —

— তুং কামেশ্বররা ?

— হয় মানি।

নহাক কয়া কুয়রে লাকপা।

— ঙহাক ওয়রে, ঐ চংঙকপা তাদ্রা ?

—তাদে তুংল্লরমালে।

—কামেশ্বর নোক্লগা মখা ৱারকখি হৌজিক্তা মীকপ থোক্রবা ?

বীক্রমস্থ নোক্লগা কামেশ্বরদা য়েংই। মানা হৌগৎলগা ফমগে তৌবা অতু উবদা কামেশ্বরনা হায়রকই—

—কোক নুংঙায়ত্রবদি হৌগৎতবনা ফৈ।

—কোক চিকপদি ফরে, কোক্তি বেরা খরা লৈরি হায়রগা হৌগৎলগা ফম্মী।

—নং অরুবা ৱাখল খরা খল্লি, মতুগী দোষনি।

—নহাক খংদনা ঐগী করম্বা অকবা রাখল।
—থম্বনগী ঐগী মরুপ বীক্রমগা, হৌজিক্কী বীক্রমগা খরা খেমরে।

কামেশ্বরগী রাহৈ খুদিংমক ককনিংঙায় লৈতে, অচুম্বা ঙাক-তনি। মমাংঙৈদদি মাগী পুক্নিংগী রারী পুম্নমক লিরম্বনি, অদুবু করি খনখিবদগীনো খংদে রাহৈ অমত্তা ঙাংদনা লৈখিবা মতম শাংলকলে। মানা চন্দ্রীমাগী মরমদা পন্দুনা রারী অমত্তা শা-দ্রবম্ব, মানা লুপশিম্না নুংশিজখিবী নুপী অমনি হায়বসি খক কাউবা ঙমখিদে। কামেশ্বর ঙহাক তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদা বীক্রমদা হায়রকই—তুমিন্না রাখল খন্দুনা অনাবা হেক্তিনগদোবগী শরুক, অফ ফগ খন্নবনা ফত্রা? বীক্রম রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদে অশাবা মীগুম্না তুমিন্না লৈ। মখোয় অনি তুমিন তুমিন লৈ-নরুবা মতুংদা কামেশ্বর তপ্না মখা অমুক তারকখি

—চন্দ্রীমা চংখিগদোরে।

হন্দক্তি তপথদনা থুনা হংঙকই—

—কদাযদা?

—লণ্ডনদা।

কামেশ্বরনা মপুক্নিংদা খনখি—মা করিগুম্বা খরা শোযদনা হায়রকপা য়াই অদুবু ওম তৈনব্রে রাহৈ অমত্তা হায়দনা স্বর অমা চাউনা হেন্দোক্লগা তুমিন্না লৈখি। রাহৈনা পাউথুম পীদ্রবম্ব মাগী ফুম্বংনরবা মতোহুনা কামেশ্বরগী থম্মোয় ফাউবা লৈতা-হনখিদে। মানা মক লুকথহুনা রাখল তৌরম্বদগী খজিক্তং হন-গৎলগা বীক্রমদা হায়রকখি—

—চৎত্রিঙৈদা অমুক্তং উম্নহোদনা?

—করি মরমগী উম্নগদোরিবনো?

—নংগী তুংগী করিগুম্বা খরা ফংনবগী মরমদা।

—ঐনা মঙোন্দগী করিস্থ ফংনিংঙায় লৈতে।

—মুন্না খল্লু, নং মঙোম্পগী মমল য়াম্বা পোং খরা ফংনিংঙায় লৈ। ঐ ঙসি হায়রম্ররোয়, কুইথদনা নংগা ঐগা বারী খরা শাম্নগদবস্ লৈ। নুমিৎ অতুগীদি মখোয় বারী বাতায় ঙহাক শান্নরবা মতুংদা ময়ুমদা চংখ্রে।

নুমিদাংবায়রমনি চন্দ্রীমা বহাদুরগা লোয়ননা লৈ মশা কক্‌লি। বহাদুরনা লৈ মশা কক্‌না কক্‌না মচেম্মদা হংঙকই—

—ইচেম্মা কৈদোউঙৈ চংপা তারে?

—তাং ৮ দা।

—অদুদি হংচিং।

—উম্‌,

—ইচেম্মনা চংপদা অঙাংশিং পুগনি শায়বা চুম্না?

—পুশিরা হায়না খল্লম্মনি অদুবু ইমানা কন্না ময়াখিদ্রে।

বহাদুরগা বারী শানা শানা ছিরি মথক্তা ফনখখি। য়াম্বা শমলাংচু লেংবান চোম্না খাদোক্নগা অমমমতং ওইনা শিং শিংলগা হাখিগদৌরবা নুমিৎকী মমি শায়বা মঙালচুবু মুন্না য়েংলিবা চুমিদাংবায়রমগী খোয়রাংলবা মতম অসিদা অনাবা মপুরোইবগী মরমদা ফংতনা খনবা তৌরকখি—চংকাদৌবগী খোং থাংগৎতুনা লৈরবা মতম অসিদা ঐনা তৌগদবসি করিনো? মাংগমতা বাহং কয়া হংজকরবা মতুংদা তপ্না শোম্নকখি—ঐনা মাবু কাউদবগুম, মানসু ঐবু কাউদে, অমরোমদা মহাক নুপী লৈরবা নুপানি। অদুগা ঐসু সমাজগী মমাংদা নুপা লৈরবী নুপীনি, ঐ ইত্তোমতনি অশেংবসু খংলিবা। ঐনা চংত্রিঙৈদা অমুক্তং উম্নিংবনি, মতুসু থাজদ্রে, য়াম্না বানা খল্লুরবা মতুংদা ওরাং মচানা অনাবা হংবা চংপদা মখোয়গী ইমুংগী মীনা মখোয় অনিবু লুনা তৌরকপগী বারী অদু নিংশিংঙকখি। মখোয়সু থোদোক অসিগী মরিদা লোয়ননা খংলে। মানা মপুক্লিংদা মওল মওল খল্লিঙৈদা মচা

অনি থোরক্লগা মাগী মনাক্তা ফমলৈ। উহাক তুমিন্না ফম্লবা মতুংদা কুকুনা কৌরকই—

—মমা!

—হুং করি হায়গে?

—ঙরাং ঐখোয়না অনাবা হংবা চৎলুবদা লৈহৌবা ইথৌহুনা ঐখোয়গী ছুটি থাবা ভায়হুনা লৈরম্মী। ঐখোয উবদা চংশিল্লক্তনা কোল্লগা ফুরিৎ খাউদগী চোক্লেট নিথাই লৌথোক্লগা ঐখোয় অনিদা পীরগা হায়রকই—নবোক্না নখোয়বু উনিংঙী হায়হুনা লৌবা লাকইবনি হায় অহুদগী ইথৌনা কারদা ঐখোয়বু ডাক্তর মাম্মীখোয়দা পুই। মাম্মীখোয়গী ইবোক্ত ফৈ, ঐখোয়বু লূনা তৌই। ইবোক্না ইথৌগনা ঐখোয়বু মতম্পাক্তা পমলগা কোক্তা শিং শিং নাল্লগা হায়রকখি—নখোয়গী বাবা করি তৌরিবগে য়েংঙ্চো, ঐখোয়সু বাবাগী মনাক্তা চংঙ্ই। ঐখোয়না চংখিবদা বাবাহু লাইরিক পাহুনা লৈরম্মী, ইবানি হেক উবদা লাইরিক্ত খুগজিল্লগ', মাগী মনাক্তা কৌশিল্লগা ফমহল্লি। ঙসিদি মাম্মী লৈতবনরা খংদে, ঐখোয়দা বা য়াম্না ভাংডকই মমা নহাকপুস্ লুনা তৌ হায়রকই। ঐখোয়না চৎলমদায়দা বাবানা হায়রকইবা, চন্দ্রীমা মচানা মথা তারকত্রিঙৈদা থুনা হংডকখি—

—করি হায়রকইবা?

—নখোয় নমা কৈদৌঙৈ চৎকনি হায়?

—নবানিদি করি খুম্মী।

—খংদে হায়রম্মী, ঐখোয় চৎলগে বাবা নং নাবা ফরো হায়রুবদা, নখোয় তোয়না লাকউ ঐ শোয়দনা নাবা ফগনি হায়রকই।

মচাগী রাক্সীদা মপুক্কিং লুপশিন্না তাক্করবা মতুংদা খল্লকখি—মপা মচাগী মরিস্থু খরা নকশিন্নবা ফৈ, ঐমক্না মঙোম্দগী লাপ থোক্লবসু, অঙাংশিংগী মরিদি পুমকক কক্পা তৌররোয়।

মানা মচাগা মপুরোয়বগী রাখল্দা লুপ্পিটৈঙদা মমান্না কৌরকপদগী তুমিন ইমুংদা চংখি।

হুংখিল গোবীন্দ খুরুম্মুবা হুৱকপদা সোরোজিনি খংউ উমিংলক্তনা মাগী গাড়ীত্থ কাকৈথেলরোমদা থোথখি। কৈথেল ময়া নক্কা লৈবা কোম্মোং অমদা গাড়ীত্থ থনরগা মথোংনা প্রেপ প্রেপ চংশিনখি। মহাক চংঙকপা উবদা সোরোজিনিনা কৌরকই—লাইখুকম্বা চৎলব্রা?

—অং গোবীন্দা খুরুম্মুবনি।

—কৈদৌঙৈ চৎপা তারে?

—হায়েং

সোরোজিনি তুমিন্না বাখল তৌকরগা—

—তামোখোয়গী ইমাইবেম্মা লাকপ্রা?

—লাক্কে করিগীনো?

—অঙাং লৌশিমবগী মরমদা ইমাশিগা রা খরা ঙাংনগনি হায়বনি। তামোম্ব অনাবা খরা ফরে হায়, শান্তীনা তামোদা অঙাং লৌরুসি হায়বদা তামোনা শুখুম খুমত্রমানে, মঙোন্দা ঙাংনবা তঙ্গত্থনা পাবুংগা ইমাবেম্মাগা অঙাং লৌরুনবা কন্না তক্লৈ হায়, শান্তীবলাম্ব নহাক্তা য়াম্না উমনিংই, অত্থদা মহাক মমাংঙৈগুম্না নংবু তরাম তরাম কৌবা ঙমত্রে। মানা তত্থনা শোল্লি—নংনা করি খল্লমগনি, নহাক্তী খনবদা মা ঙন্থোক্না পেনজখিত্রে।

সোরোজিনিগী বাঙাং তারগা চঞ্চীমানা খুম্মকই—

—মত্থদা ঐনা লুনা খন্দে, মাবুম্ব চয়া খললি।

মহাক রা য়াম্না ঙাংদেদি হায়ববু রাখল খরা লাংবগী মওং মাললি। মানা কৈদৌঙৈদম্ব বীক্রমবু অঙাংশিংদা মখোয়গী নপানি হায়বা রাহৈশিং হায়ররোয় হায়বা খংলত্থনা, মমা লৈ-

ৱিঙৈদা অশেংবা মপা মশক তাক্লগে হায়না খননখি। ওহাক বাখল তৌরগা সোরোজিনিনা হায়রকই—মমাদা মীরৈবাক্তা চৎখ্রিঙৈদা, নংগী বাবাগা মতম খরা লৈমিন্নকদনা। নহাল নখোয়না অমাবা হৌংবা চৎলুবদি খরা ফহোরব্রা? সোরোজিনিগী বাঙাং মুন্না তারগা পোলীনা তপা হংঙকই—

—মাম্মী সোরো, ডাক্তর মাম্মীখোযগী বাবাশিবু, ঐখোয়গী বাবারা?

—উম, মাম্মি।

বীক্রমবু অশেংবা মপানি হায়বা খংলবা অঙাং অনিদু মথ্‌ৱায় হুবাউজখি। চন্দ্ৰীমা মচা অনিগী মতৌ উবগা নুংঙায়-বগীরা নল্লগা অরাবগীরা খংদে মিৎলুনা পিরাং শিন্নবকখি।

বীক্রম চন্দ্ৰীমা লৈরিঙৈদা ৱাফম অমত্তা শেংদোক্নহৌগে হায়না খন্দুনা সোরোজিনিখোযদা চৎখি। মানা থোকখিবা ওহাক লৈরগা মমাগা মপাবুংগসু মনিসনা উমবা চৎখি। ইথা থাজদনা বীক্রমগী মপাবুংগা মমাগা চংঙকপা উবদা মনিসনা তরাম তরাম কৌরকই—

—ইনমবেম্মাগা তায়বুংঙোগীবু কদোমদা লেংঙরেনো?

—ইবেম্মা উমবা লাকইবনি।

—করি তাকপীগদৌবা?

—ইবেম্মগীদা ঐখোয়গী মনি অনি লৈ হায়রি অদু নিবা লাক-ইবনি। ঐখোয়না খংদ্রিঙৈদা ইবেম্মদি হায়া খংলবনি, কৈদৌবগে হায়া খজিক্তুংসু খংহনবীযুদনা। মাংজৌমনা খংলমবদি ইগুনি ঐখোয়সু নাউয়োক নাউকোল যাউজরক্তু ময়াবনি, অদুসু নত্রবনিনা ইবেম্মানা পংৱা হেক ৱাবিরেদো?

মনিসনা ইবেমহল্‌দা য়েংলগা হায়রকই—

— ইনমবেম্মা ঐগী ইচাসে 'মহুং খরা কলজি, ঐদি ঘনা হায়-

বনি মীতোম্দা য়েংশিংদে এচায়দনা থাবা কৌবা হৌখিদে। গুহাক ফম্মিদুনা থারী থাতায় শাজরবা মতুংদা ইবেমহল্না হুং-গুকই —

ইবেম্মা অঙাংশিংবু কদায়দা লৈবগে?

— মমা খিনবা চংখিনে ইনমবেম্মা।

— মমানা কদায় চংখিবা?

—হন্দক্তি য়াম্না লাপথে, লণ্ডনদনি।

ইবেমহল য়াম্না নিংবা কায়না শোল্লকখি —

—ইস' মদা উমগে খন্দুনা লাকপনি অদুগা চংখিরমলবা।

সোরেজিনিগী অশেংবা পাউ হেক থংবগা থিন্দ্রে থুনা এরো-দ্রোমদা চংখি। অরেপ্পা লৈতনা চেললিবা গাড়ীদুনা এরোদ্রোম য়োরে, অরাবদি মাগী গাড়ী হেক থুংলবগা লৈমায়দগী মনিং তম্না চেন্দুনা লৈরমলিবা প্লেনদু অহাংবা অতিয়াগী লম্বীদা অস্তুম রাংথংখি। বীক্রম পাইখিবা প্লেন্দুদা য়েংলগা মখোং তপনা তপনা থাংদুনা চংশিল্লকখি। চন্দ্রীমা প্লেনগী থোংনাউদা মচা অনিবু য়েংদুনা লৈরিঙৈদা বীক্রমনা তফিং তফিং চংশিল্লকপদু মমি শাম্মী ওয়না উখি। অবা নুংঙায় অনিগী চৈথেং ফংলবী চন্দ্রীমা প্লেননা অস্তুম লাপথোকখিবগী মতুং ইমা মখোয়গী মশকস্তু উবা ফং-খিদে। মানা লাইবক্তা মথুংনা নাল্লগা স্বর অমা লৈতানা হোন্দোক্লগা তপ্পা মমায লুকথখি। বীক্রম মিংয়েং রাংমা লান-থবা প্লেনদুগী ঙমখৈবু মমিৎ কুপ্পনা য়েংদুনা লৈখি। মপালগী রাখল চংদ্রেবা, অশাবা মুত্তিগুম্না মপোপ ইকায় কায়দনা লেপ্লিবা বীক্রম য়াম্মা নক্না কৌরকপা তায় —

—বাবা!

মানা হুন্থনা য়েংঙকপদা মনাক্তা মচা অনি লেপ্তুনা লৈরম্মী। মথোয় অনি হেক উবদা খাংঙমদবা মৈরিনা থম্মোয় ফাউনা চাকখি, মশা মতোমতা লেপ্পা ফাউবা ঙমদবগুম তৌখি। মানা তপ্পা ফমথরগা মচা অনিবু চেৎনা কোনশিললগা য়াম্মা তপ্পা শোল্লকখি—য়াফম অমত্তা শেংদোকহৌগে খনবনি অদুবু চৎপ্রে মাদি...............!

—ঃ লোয়রে ঃ—

## অইবীনা থোকখ্রবা ঃ

১। চন্দ্রীমা ( অহানবা শরুক )

২। চন্দ্রীমা ( অনীশুবা শরুক )

## মথংদা থোকলগদবা ঃ

১। খোঙ্গুলগী ম্যাথোক ।

২। ঐগী পুন্সিনা আশ্রমদা ।

## লাইরিক ফংফম ঃ

ডি উইমেন্স ওয়েল্‌ফেয়ার হোম,
ডিঃ সিঃ রোড লম্ফেলপাট,
ইম্ফাল – ৭৯৫০০৪